# শ্রীকৃষ্ণ লীলা

(শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধগী অহানবা শরুক)



অইবা

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ



শুকদেবনা পরিক্ষীৎতা শ্রীমদ্ভাগবত বর্ণন তৌবা।

ꯁ꯭ꯔꯤ ꯀ꯭ꯔꯤꯁ꯭ꯅꯒꯤ ꯂꯤꯂꯥ

# শ্রীকৃষ্ণ লীলা

(শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধগী অহানবা শরুক)

হুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ

**SHRI KRISNA LEELA**
*(Author by* ***Huidrom Bhorot (Bhubon) Singh,***
*Chingamathak Nameirakpam Leikai)*

**শ্রীকৃষ্ণ লীলা** (শ্রীমদ্ভাগবত দশমস্কন্ধগী অহানবা শরুক)
(অইবা **হুইদ্রোম ভরত (ভুবন) সিংহ**
চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই


অহানবা ফোঙবা ঃ নবেম্বর, ২০১০ ইং

কোপী মশিং ঃ ১০০০ (লীশিং অমা)

মমল ঃ লুপা ১৫০/- (লুপা চাম্মা য়াঙ্খৈ)

কোভর ঃ অইবা

অফোঙবা ঃ হুইদ্রোম ওংবী রেনুবলা দেবী,
হুইদ্রোম নিংঙোল বিমোলা দেবী,
হুইদ্রোম সোমোরেন্দ্রো সিংহ
*চিংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই।*








নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

## শ্রীরাধা গোবিন্দবু খুরুমজবা

খুরমজৈ শ্রীরাধা কৃষ্ণগী চরন্দা,
হে থৌজাল মশক ওইবা প্রকৃতি পুরুষ।
নংনা শেম্বীবা জীবগী হকচাংনি,
অদুগা আত্মা ওইনা লৈরি থম্মোইনুংদা।

নংগী থৌজালগী নোংলিক খিকপিয়ুগবা
তোল্লবগী পাপকী মৈচাক কোকপিয়ুনে।
কচ্চরি প্রেম ভক্তিগী লৈরাং লৌবিয়ু,
অসিতনি লৈজবা কচ্চবা ননাইগী।

কয়াদা নুংশি অঙাংগী শক্তম লৌনা
পুতনা তৃনাবর্ত্তনচিংবা হাৎঙম্বা।
পুর্ণ ব্রহ্ম নংগী তৌঙম্বা শক্তিনা,
পৃথিগী অরূম্বা কোকপিবা মুকুণ্ড।

ইজবনি "শ্রীকৃষ্ণ লীলা" ননাইনা,
রসনা থল্লবা বৃন্দাবনগী লীলা।
শ্যামগী বাঁশিনা খোইথুম্ন খোংবা শুর,
ছন্দ, অনেম, অৱাংনা ঈশৈ পরেংনি।

# ৱাফম খরা

শ্রীকৃষ্ণগী পৰম ভক্ত ওইবা শ্রী হুইদ্রোম ভরত সিংহনা শ্রী শ্রী রাধা গোবিন্দগী উজ্জল রসগী মশক ওইবা শ্রী কৃষ্ণ লীলা, কথা, কাব্য ওইনা শৈশক কয়াগা লোয়ননা গীতি কাব্য ওইনা লেংবিবি। অমদি ভাব বিচিত্রতাদা রস বিচারদা ফোংদোকই।

শ্রীৰাধা গোবিন্দগী প্রেম ৰসবু শ্রীমদভাগবতনচিংবা পুরান অমদি সংহিতা কয়াদগী মক মক্ক ওইবা মীওইবা কয়াগী কান্নগদবা অধ্যাত্মিক প্রেম রসদা ঈশৈ ওইনা শকপদসু কান্নবা লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপিরি।

মক ওইনা লাইবিক অসিদা উৎলিবা ভাবতি, কংস কনানো? হায়বসিদগী হৌবগা শ্রীগৌবাঙ্গ আবাহন, কৃষ্ণ জন্ম, শ্রীকৃষ্ণবাল্য ব্রজলীলা, গোচাবন ব্রহ্মা বিমোহন অসিনচিংবা কয়াগী মবমদা শক শোল্লি।

শ্রীৰাধা গোবিন্দগী প্রেম রস পিপাসু ওইবা ভক্তশিংগীদমক্তা লীলা প্রবন্ধ কথা কাব্য বসদা ভাবতা ফোংদোকই। প্রেমবস পবি পূর্ন ওইবা লাইরিক অনুবাদ তৌদুনা লেংবিবিবসি ভক্ত বৈষ্ণবশিংগীদমক্তা অচৌবা দান অমনি।

মহানুভাব ভদ্রলোক লেখকনা মতম শাংনা পুন্সিদুনা অপনবা খুরৌ চেন্দনা সাহিত্যগী মচাক কাব্য ওইবা মওংদা সাহিত্য ভাণ্ডার অসিবু মপুং ফাহনবদা বাধা গোবিন্দনা কৃপা থৌজান পীনবিসনু হায়না ঐনা নিজবি।

তা. ১০/১০/২০১০ ইং

শ্রীলাইপুবম কুঞ্জতোন (যদুমনি) দেব শর্ম্মা

সুধাকর

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীহুইদ্রোম ওঝা ভরতসিংহ, শিংজমৈ চীংঙা মথক্তা লৈবিবা গায়ক ওইবা অসিনা ফোঙগনি থৌরাংলিবা শ্রীকৃষ্ণ লীলা কৌবা লাইরিক অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা য়েংদুনা পাজরে, করিগুম্বা মফমদসু শ্লোক অমদি ৱাহৈ পরেংসু য়েংজরে। নুংঙাইজৈ ঐনা পাজবদা ভাব খরা চিংবসু য়াওই। লাইরিক অসি পাবিরিবা খুদিংমক্না নুংঙাইবগা লোইননা প্রেম উদ্দিপন ওইগনি অমদি ঈশৈ তৌরকইবা নহারোল ছাত্র ছাত্রি কয়াসু অর্থ খঙনা শকলক্কনি খনবদা অমুকসু হরাওজৈ, তুংগী লম্বিদা য়াম্না খঙহনবগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনাম শক-শোল্লক্কনি হায়বা বাফমশিনা হরাওবগা লোইননা ওঝাবু হন্না হন্না থাগৎচরি।

হায়নিংবা ৱাফম অমনা, হৌজিক নহারোল গায়ক গায়কীশিংনা মতাং মতাংদা শোল্লকপা শ্লোকশিংদি শ্লোক ২-৫ দি লান্দবা য়াওদে। মরম অসিনা লান্না লান্না শক-শোল্লবদি **কলৌ হরি সঙ্কীর্ত্তনম** হায়দুনসু মঙ্গল ওইগদ্রা হায়বা অসিমত্তং বাজরি। চুম্না চুম্না শ্লোক হায়বিয়ু পনবিয়ু। অদোমগী কৃপানা মহৈ য়ালহনবিয়ু।

তাং ১৮/১০/২০১০ ইং

ইতি

শ্রীফুরাইলাৎপম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

ধর্ম্ম শাস্ত্রী

শিংজমৈ ৱাইখোম্ লৈকাই।

# শ্রীকৃষ্ণ লীলা

## শ্রীগুরুদেববু খুরুমজবা

সংসাব ঈপাক্তা যেক্লবা তকক্লা গুন্তীবগুম্
যোংকে তান্নবা তাপ অহুম মৈচাক ফংল’ জীবনি।
গুব কৃপা নঙ’ কবম ফংনি অচুম্বা লম্মী,
জ্ঞান মৈবা থানবিযু ঙালহনবিযু মম্লবা পুক্নিং।
মংলম্বা নোং হুমদোক্তুনা ফংহনবিযু কৃষ্ণ জ্ঞান,
খুরুমজৈ শ্রীগুরু, ইজবা পৃম্বা চুমহনবিযু।।



কংসনা মচনবু থিনবদা আকাশবানী লাউবকপা। (লামায় - xliii)



কংসগী করাগাড়দা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌবিবা। (লামায় - ১০)



বসুদেবনা কৃষ্ণবু নন্দালয়দা থৈবা । (লামায় - ১৬)



যোগ ময়ানা কংসদা আকাশবানী লাউরকপা। (লামায় - ১৯)



শকটাসুর বধ। (লামায় - ৫৫ )



কৃষ্ণনা মমা যশোদাদা বিশ্বরুপ দর্শন পীবা। (লামায় - ৫৮)



কৃষ্ণগী উদুখন, নল-কুবর, মণিগ্রিব লানবীবা। (লামায় - ১০৩ )



বকাসুর বধ। (লামায় - ১৪০ )



বরই য়োনবীগী লুবাক সনানা থলহনবা। (লামায় - ১৫২ )



ব্রহ্মা বিমোহন। (লামায় - ১৬২)

# অইবগী ৱারোল

শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা গুণ অমসুং মাগী শান্নবা লীলাবু ইজরিবা ননাইনা লাইরিক অসিগী মমিং শ্রীকৃষ্ণ লীলা হায়না থোঞ্জরে। ইবুংঙো মহাক্তি ইহান হানবা পুরুষনি।

ঈশ্বর পরম কৃষ্ণ সচিচদাণন্দ বিগ্রহঃ।
অনাদি রাদি গোবিন্দঃ সর্বকারণ কারনম্।।ব্রহ্ম সংহিতা ৫/১

মণিপুরি ঃ গোবিন্দ হায়না খঙ্নরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসে পরিপুর্ণিতম্ ভগবান্নি। মানা পুন্নমক খঙ্ই, অরেপ্পনি, অমসুং মশা মথন্ত নুংঙাইদুনতা লৈবা সচিচদানন্দ ওইবনি। মহাক্না পুন্নমক্কী হৌরকফমনি, মাগী হৌফম অমমুক লৈতরে অদুগা (কারন) মরম পুন্নমক্কী হৌফম অদু মহাক্নি।

চতু ঃ শ্লোক্কী ভাগবতনা বর্ণন তৌরি মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা ইহান হানবা পুরুষনি।

**শ্লোক**

অহমেবা সমেবাগ্রে নান্যদ্‌ষৎ সদসৎ পরম।
পশ্চাদহং যদেতচচ যোহবশিষ্যেত সোহস্ম্যহম্।।৩।।

অনুবাদ ঃ হে ব্রাহ্মণ! সৃষ্টিগী মমাংদা ঐ ইথন্তমক লৈরম্মী। মতম অদুদা সুক্ষ্মপদার্থ অমসুং স্থুলর্পাদার্থ (অকুপ্পা-অপৌবা পোৎ পুন্নমক) অমসুং মখোইগী হৌরকফম মরম (কারণ) প্রকৃতি নৎত্রগা প্রধানসু লৈরমদে। মরমদি মহাকপু ঐঙোন্দা থুপচিন্দুনা লৈরম্মী। সৃষ্টি তৌরবগী তুংদসু ঐ লেংদনা লৈ। উরিবা বিশ্ব পুন্নমকসিসু ঐহাক্নি। মহাপ্রলয়গী মতমদা লেমদুনা লৈহৌগদবা অদুসু ঐহাক্নি। ঐনা পুন্নমক্কী অহানবনি - অনাদি - অনন্ত (লোইবা নাইদবনি। অনি শুদবনি অমসুং মতম পুন্নমক্তা মপুং ফাবনি। ৩।

শ্রীমদ্ভাগবতনা অসুম্না বর্ণন তৌরি —

"এতে চাংশকলাঃ পুঃসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বয়ম্।
ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃডয়ন্তি যুগে যুগে।।

মণিপুরি — অবতার পুন্নমকসি শ্রীকৃষ্ণগী হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা শ্রীকৃষ্ণগী অংশনা তৌবা ঙাক্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা অবতার ২২ দা ইরিবশিংসে মতম মতমগী ওইনা লৌবনি। মচছ, কুমর, বরাহ, নৃসিংহ, বামোন, পরশুরাম, রাম নচিংবশিংসে শ্রীকৃষ্ণগী কলা ১০ দগী ১৪ ফাওবতনি। মখোইদি মখল অমমমতা পাংথোক্লবা শায়ন লৌবনি। মসিদা অসুরিশিংনা দেবতাশিংগী শাসন্দা অকায়বা পীবদগী অবতারশিং অসি লৌবনি। তৌইগুম্বসুং দ্বাপর যুগকী মমৈদা অবতার লৌরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসিদি সাক্ষাৎ পুর্নতম ভগবান্নি। গর্গ সংহিতানা পরিপুর্নতম ভগবান্নি হায় মরমদি - বৈকুন্ঠনাথ হরি, শ্বেতদ্বীপকী নারায়ণ, শ্রীনারায়ণ অসিনচিংবা পুন্নমক্কা গোলোক নাথ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম ঙাক্তনি। মালেমদা শান্তি পুরক্লবগীদমক তোঙান তোঙানবা শাযন লৌবতনি শ্রীকৃষ্ণনা। শম্না হায়ববদা কৃষ্ণগা বিষ্ণুগা অমত্তনি, থবক তোঙান তোঙান পাংথোকপদনি।

ব্রহ্মানা হাযজবদগী, বৈবস্বত মনুনা পুবা ২৮ শুবা দ্বাপর যুগকী মমৈদা থৱান থাগী থা নিন্দুং থাখাইগী নিপান্নি পানবা (রোহিনী) নক্ষত্রদা থা লৈবা মতমদা, অহিং নোংয়াই চবুক্তা, দেবকীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণনা অবির্ভুত ওইখি। ব্রহ্মাদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি অবতার তৌদ্রিঙৈগী মমাংদা ঃ—

"অজোহপি সন্নব্যয়াত্মা ভূতানামী স্বরোহপি সন।
প্রকৃতিং স্বামধিষ্ঠায় সম্ভবাম্যত্মমায়য়।"

ঐগী সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবী অমসুং জগৎ পুন্নমক্কী কারন (মরম) ওইবী প্রকৃতিবু অধিষ্ঠায় ইখা পোলহন্দুনা থম্লগা ওইথোক্তবা পোৎপুসু ওইথোকহনবা ঙম্বা ঐগী মায়ানা মরম ওইদুনা সম্ভবামি ঐ পোকপগুম হকচাং লৌবগুম তৌই।

শ্রীমদ্ভাগবত পুরান্না অসুম্না হায়রি — "পিতুঃ সম্পশ্যতোঃ সদ্যো বভুব প্রাকতঃ শিশু" — ভাঃ ১০/০/৪৫ কংসগী কৈশুমশংদা লৈরিবা মমা মপা ওইবা বসুদেব অমসুং দেবকী অনিদা মাগী চতুর্ভুজ মুর্ত্তি য়েংহল্লগা মখোই অনিনা য়েংনা য়েংনা মহাক অচম্বা অঙাং ওইখ্রে। অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা — তাকপিখি, মতুংইন্না বসুদেবনা-বাসুদেব কৃষ্ণবু পুদুনা লাকখি যমুনা তুরেল লান্না অদুগা অঙাং উনবিবা যশোদা নাক্তা শ্রীকৃষ্ণবু থনম্লগা যশোদানা পোকপা নুপীমচা যোগ মায়াবু পুদুনা হল্লকখি। বসুদেবনা কৃষ্ণবু থৈখিবা অমসুং হল্লকপা মতমদা মশাদা থাংলিবা যোহিলং ফলাং অমসুং থোঙগী পৌরোন পুন্নমক মথন মথন্নতা থিংজিনখি অমসুং

লোনশিনখি, শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা মরম ওইদুনা। হরিবংশ পুরান্না অসুন্না হায়রি মদুদি দেবকীনা কৃষ্ণ পোকপা মতমদা অশোমদা নন্দালয়দা যশোদাসু মচা ফাইবোক পোকখি কৃষ্ণ অমসুং যোগমায়া অনি। বসুদেবনা-বাসুদেব কৃষ্ণবু যশোদাগী নাক্তা থম্বা মতমদা দেবকী কৃষ্ণ অমসুং যশোদা কৃষ্ণ অনি পুল্লপ পুনশিন্নখরে। মরম অসি লৈবদগী গর্গ সংহিতানা শ্রীকৃষ্ণবু "পরি পুর্ণিতম" কৌই অদুগা ব্যাসনা পুর্ণতম ভগবান কৌই। অমত্তনি। "শ্রীকৃষ্ণ লীলা" অসিদা কংস কনানো অমসুং মাগী তৌবা ঙম্বা মতিক অদু ইজরি লাইরিক অসিদা। মখাদা খরদং পঞ্জরবদা মাগী আসুর হিংচাবশিং মায়া হৈরবশিংসে, - কংসগী দিগ্বিজয়দা লোইনা মাগী মখা পোন্দুনা অচৌ অচৌবা ফম পীদুনা মথুরাদা লৈখ্রবনি। অদুগা অকনবা নিংথৌশিং শোনিতপুরগী বান নিংথৌ, নরক নিংথৌনচিংবশিংসে মরুপ শান্নখ্রবনি। অদুগা মগধ নিংথৌ জরাসন্ধনা মচানুপী অস্তি অমসুং প্রাপ্তিবু কংসদা লুহোংদুনা পিখ্রবনি। কল্লবা শামু ঐরাবৎকী মপারি কুবলয়াপীরবু মচানুপীগী অউনপোৎ ওইনা পীখ্রবনি।

মমাংগী মপোক্তা কালনেমি কৌবা কল্লবা হিংচাবা অমা লৈরম্মী। মাবু শ্রীবিষ্ণুনা হাৎখি। হৌজিক কংসসে - কালনেমি কৌবা অদুগী মপোকনি। মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণুবু মাগী য়েক্লবা ওইরিবনি। কংসগী মপাঙ্গল মথৌনাদি নোংশাগুম্বনি। লান্দা অমসুং মায়াদা খমথেংনা হৈবনি। মাগী মরুপ বান নিংথৌ, নরকাসুর অদুগা মাগী লান্মী মায়াদা খম থেংনা হৈরবা, চানুর, মুষ্টিক, কুট, শাল, তোশল দ্বিবিদ য়োংজাও, কেশী, অঘাসুর, অরিষ্টসুর, প্রলম্ব, ধেনুক, তৃনাবর্ত্ত, বকাসুর, ব্যোমাসুর, বৎশাসুর অমসুং লান্মী তেঙ্গোল পুদুনা ইন্দ্র দেববু জয় তৌবা ঙম্বা কংসনি। মথংসিদি বাল্য লীলা ইজরগে। নন্দ যশোদা অনিদো অঙাওবগুমলে শ্রীহরিনা শান্নবা বাইল্য লীলাদা। নোংমা কাংদনা ৱাকৎলি গোপীশিংনা সঙ্গোম্ ননী মাখল হুরান্দুনা চায় হায়দুনা।

**শ্রীকৃষ্ণ লীলা মতেক খরদং পঞ্জগে ঃ—**

শ্রীকৃষ্ণনা পোকপা মতুং নুমিৎ ১০ নি শুবদা চাজেনবী শাবী পুতনাবু বধ তৌখি। শ্রীহরিদি পিকপা চাওবা হায়বা লৈতে। খোংনাং মরুদা খোংনাং পাম্বী ফন্দুনা লৈবগুম্বনি। থা ৪ শুরকপা মতমদা শকটাসুরনা কাং ওন্দুনা থৌজিল্লকপদা শ্রীকৃষ্ণনা খোংনা কাওদুনা হাৎখি।

চহি অমা ফারকপদা নোংলৈ নুংশিৎ ওনবা তৃনাবর্ত্তবু শ্রীকৃষ্ণগী অরূম্বা পুবা ঙমদনা লৈবাক্তা তারক্তুনা শিখি।

শ্রীকৃষ্ণনা চহি ২ রোম শুরকপা মতমদা লৈবাক চায় হায়দুনা যশোদানা হংবদা "ইমা ঐদি লৈবাক চাদে" অদুদি নয়া কাখৎলু, হায়বদা গোপালনা ময়া কাথোকপদা মমা যশোদানা বিশ্বরূপ দর্শণ ফংজখি।

দামোদর বন্ধন লীলা চহি ২-৬ থা রোম শুরকপদা শান্নে। নলকুবর মনিগ্রীববু শাপতগী কোকপিখি। চহি ৫ শুরকপা মতমদা শনশেন লীলা হৌই। বকাসুর, বৎশাসুরনচিংবা বধ তৌই।

অঘাসুর বধ তৌরবা তুংদা রাখাল অমসুং শন্নাও পুন্নমক ব্রহ্মানা লোৎশিনখি। শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদগী শন্নাও রাখাল পুন্নমক পুথোক্তুনা চহি অমা গোষ্ঠ লীলা কাইদনা শান্নখি।

পৌগণ্ড চহি ৬ রোম শুবা মতমদা কালিদমন তৌখি। অদুগা চহি ৭ রোম শুবা মতমদা ধেনুকাসুর অমসুং প্রলম্ব বধ তৌখি। চহি ৮ চংলকপা মতমদা নুমিৎ ৭ নি গোবর্দ্ধন ধারন তৌবিখি।

হিয়াঙ্গে প্রতিবদ নুমিত্তা গোবর্দ্ধন পুজা তৌখি। একাদশীদা সুরভীগা লোইননা ইন্দ্র লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণবু অভিষেক তৌখি শ্রীগোবিন্দ হায়না মিংথোনখি। দ্বাদশীদা যমুনা ইরোন্নুংদা চত্তুনা মপা নন্দবু বরুন লোক-তগী উদ্ধার তৌখি।

চহি ৯ মপুং ফাবা চৈত্র থাগী পুর্ণিমা নুমিত্তা অরিষ্টাসুর শল লাবগী মশক ওইবা হিংচাবা বধ তৌখি। শ্রীকৃষ্ণনা কিশোর বয়শ চংলকপা মতমদা ভগবানগী ফজবা রূপ-গুণ অদুদি লক্ষ্মীমক্লা মিত্তাদুনা য়েংজবনি। কাম কৌবা লাইনা ইবুংঙোগী তুংদা ইন্দুনা রাশি হাপকদবগী হোৎনজরি। হাপচিনবদা হেন্দ্রবা লৌথোকপদা লোইনাইদ্রবা শ্রীকৃষ্ণনি। কাম কোটি হেনবা ইবুংঙো মাগী রূপ গুন্নি। ৰাহোংগী চুরানা লৈতেংবা, খোই-খোইবা শম্লাংনা লেংবান্দা য়ৈবদা ফজবা অদু রাধিকাগী মিৎকী লৈতেংনি। পীশুম লিরুংনি মিৎস্না থম্বালনি, তঙাংবা চিনবান্দা মুরুলী খোংবদা গোপীগী থম্মোই খুদিং চিংলিবা, স্না ফিগেৎ নোং-থাং কুপ্সগুম্মি, চেংলবা খ্বাংদা কিংকিনি খ্বাংজেৎ লাকলিবা চরন্দা নুপুরনা নিল্লিবা ৰাহোং লাবা অমোন্না মিত্তাজে, করি অমুক হায়রুনি য়েংউ য়েংউ খুদিংদা অৰাৎপা লৈতবা পুক্লিং হুরবা শক্তম গোলুক্কী নায়ক হরিনি, যুগ খুদিংদা অমুক্তা উৎখিদ্রিবা শকফম বেনু - মাধুর্য্য, লীলা মাধুর্য্য, রূপ মাধুর্য্য গুণ - মাধুর্য্য পুন্নমক্লা তিনবা যুগ কয়াগী মমাংদা ওইখিদ্রিবা শকফম। ফজরবা ঙক্তা কৌস্তুভ মনি, বনমালা লৈতেংবা, রাধিকাগী মবুংঙো ব্রহ্মগুগী

মবুংঙো থৌজালগী তুংনফম ওইবা শ্যাম। মাশুণ ফম্বা শাদুনা গোপীগী প্রেম্না চিংদুনা যমুনা লানবিরি। গোলোক বৃন্দাবন্দা কুইনা কাইনরুরবা রাধাগা প্রেম লীলা শান্নরি যমুনা ইপাক ইয়াইদা। শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অসিবু উজবা ফংলবা জীব অদুদি মশাদা লৈরিবা পাপ পুন্নমক কোক্কুনা গোলোক ধামদা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ নাক্তা পোকপা শিব নাইদনা লৈজবা ফংবনি হায়না শাস্ত্র খিবিক্লা প্রমাণ পীরি। পুন্নমক্তগী অমুক হেনবদি হরি মাগী নাম শোনবা, লীলা বৃন্দবু শকচ শোঞ্জবা অদুনা জীববু পাপকী মৈশাদগী কোক্কুনা শান্তি ফংজরি। ত্রিতাপ পাপ অহুম মৈচাক ইংজদুনা স্বর্গদা লৈবা ফংজৈ।

রাধা কৃষ্ণগী লীলাবু হরি সংকীর্ত্তন ওইনা শক-শোনবদা লমজিংবিনবা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা তনৌ তনৌ ভক্তরূপ নামগী রূপ লৌদুনা কলি জীববু নাম শোনবা তম্বীদুনা পাপকী মৈচাক কোকপিরি।

লাইরিক অসিদা গৌড়িয়া বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী চৎনবী মতুংইন্না শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য লীলা খুদিংদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা অবাহন তৌরগা লীলাবু বর্নন তৌরি গৌরভক্ত অপুম্বনা।

শ্রীকৃষ্ণ লীলা অসিদা অইবা ঐনা তান্নজবদি, মরু ওইনা শ্রীমদ্ভাগবত, অনিশুবদা গর্গ সংহিতা, অহুমশুবদা হরিবংশ পুরাণ, মরিশুবদা স্বর্গীয় শ্রীইরেংবম গুলামজাৎকী "শ্রীকৃষ্ণ" কৌবা লাইরিক অমসুং কালচাঁন্দ শাস্ত্রগী "বাসুদেব কাব্য' অমসুং গ্রন্থ কয়া কয়ানি।

**শ্রীহুইদ্রোম্ ভরত সিংহ (ভূবন)**

# শ্রীকৃষ্ণ লীলা

## ৱাহৌদোক

শ্রীকৃষ্ণায় নমঃ
শ্রীগণেশায় নমঃ
শ্রীসরস্বত্যৈ নমঃ

নারায়নং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ।।

মণিপুরী ঃ— শ্রীনারায়ণ, নর, নরোত্তম্ দেবী, সরস্বতী অমসুং ব্যাস দেববু খুরমজদুনা জয় (মঙ্গলগী মসক ওইরবা) গ্রন্থবু শকচ-শোঞ্জগে। গর্গ সংহিতা।

### শ্লোক

শরৎবিকচপঙ্কজ শ্রিয় মতীব বিদ্বেষকং।
মিলিন্দ মুনি সেবিতং কুলিশকঞ্জচিহ্নাবৃতম।।
স্ফুরৎ কনক নুপুরং দলিতভক্ততাপত্রয়ং।
চলৎদ্যুতিপদদ্বয়ং হৃদি দধামি রাধাপতে।।১।।

### শৈরেং

শরদ থাদা ফুগাইনা শাৎলবী;
থম্বালদা খোইমুশিংনা ইনবগুম,
মুনিশিংনা সেবা তৌজরিবা,
রাধাগী মবুংঙো কৃষ্ণবু খুরমজৈ।

চরন্দা সনাগী নুপুর লৈতেংবা,
খুয়া থম্বালদা ধজ্জ বজ্রনা,
পদ্মনচিংবনা লৈতেংলিবা,

মনাই ভক্তগী অৱাবা কোকপিবা,
রাধাগী মবুংঙো কৃষ্ণবু খুরমজৈ।

ইবুংঙো নংনা জগৎপু ঙানবিরি
পাপকী মৈচাক ত্রিতাপপু মাঙহল্লি।
হকচাংগী অৱাবা, লাইগী থৌশিল
পুক্লিংগী অৱাবসু কোকপিরি।।
রাধাগী মবুংঙো কৃষ্ণবু খুরমজৈ।

## গর্গ সংহিতা

শ্রীবিষ্ণুগী কলা ওইবা ব্যসদেবনা মাগী লাই নিংফম বোড়োই বন বদরীকাশ্রমদা, শ্রীমুখনা ফোংদোকখিবা, ইখিবা অমৃত মশক ওইবা শ্রাস্ত্রবু গর্গচার্য্য মুনিনা, শন্দোক্লা অমুক ইবা গর্গ সংহিতাবু সাধু ওইবশিংনা থকচরি।

নারদনা হায় তারো হে বহুলাশ্ব ঃ— মমাংঙৈদা দৈত্য দানব খিবিক অমদি নিংথৌশিংনা মহৈ মহৈ লৌনিং চানিংবা অমসুং দুরাচার, ফত্রবা লমচৎ চৎপনা প্রজাগী মপোৎ নম হাদুনা মুন্দুনা অৱাবগী ঙমখৈ লৈহন্দে, কাং খোং চাইহল্লি প্রজা পালন নিংথিনা তৌদ্রে, পাপকী থবক্তা হৈনবী ওইখরে। সৃষ্টিসে মাংবা তারে। মরম অদুনা পাপকী অরূম্ববু কোকপা ঙম্নবা পাম্বে অমা তাকপিয়ু। পৃথি মাতানা লূম্লবা পাপকী থবকশিংবু পুবা ঙমদ্রদুনা কনা লৈজদ্রবা মতাগুম্ শম্বীগী শক্তম লৌদুনা বিধি ব্রহ্মাগী মফমদা লাক্তুনা হঙ্গৎচৈ হে পিতামোহ করম্না কোক্কনি অৱাবা পোৎলূমসে। ব্রহ্মানা লাইয়াম তিন্নদুনা মথং শিৎনা ব্রহ্মা (মশামক) সিব, ইন্দ্রদেব, আশিনি কুমার মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ বরুন, কুবের মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং অসিনচিংব পুরদুনা ক্ষীরদকশায়ী বিষ্ণুগী মফমদা লাক্তুনা হঙ্গৎলরবদা শ্রীবিষ্ণুনা তাকপিরকই মোমোন নোক্লা মদুদি ঐগী ইথক্তা অনাদি পুরুষ পরিপুর্ণিতম ওইবা গোলোক নাথগী মফমদা চৎশি অদুগা ৱারম পুন্নমক হঙ্গৎলুসি। মতৌ অসুম তৌনা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্ লাকলে - বামন দেবনা অদুঙৈ বলি মহারাজগী লম নিবদা অহুমশুবা শ্রীচরন্না স্বর্গ লম্বী ফাৎখিবা গঙ্গাগী ঈচেল মতুং ইন্না। লাইয়াম য়ৌরকলে গোলোক ধামদা।

ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা, কাম কোটি হেনবা রাধাগী মবুংঙো, থা কোটি ঙমজবা শ্রীকৃষ্ণগী ইংলবা শক্তম্ উবদা শুমহৎখিদুনা লাইয়াম পুন্নমক অমত্তা

ওইনা ঙক্তা ফি য়েক্তুনা পরি পুর্ণিতম্ ভগবান কৃষ্ণবু লৈশি লৈথোন্না খুরমজে। অদুগা পৃথি মাতাগী ৱারোল পুন্নমক অদু হঙ্গৎচে।

লাইয়াম্না মাইকৈ খুদিংমক থক্তা খাদা য়েংবা মতমদা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম উরকলে। চনিং চনিংমুক্তা চাওনা ব্রহ্মাণ্ডশিংনা কুফেৎ কুফেৎ ঙান্না মালং ঈপাক্তা তাওদুনা থৌৱানমিচাকশিংনা লৈবদো উরকলে। পুমঙক ঙকখরে লাইয়াম পুন্নমক মপান নাইদ্রবা ঙমখৈ সিমনা লৈতবা উবদা অদুগা অমত্তা ওইনা খুৎ লোন্নজদুনা হঙ্গৎচৈ - হে ইবুংঙো! জগৎ সৃষ্টিগী মপু ননাই ঐখোইদি সৌর জগত্তবু খঙজবনি তৌই গুম্বসুং জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিবুদি খঙজদে হৈবোংদা লৈবা তীলগুম্।

তাঞ্জা অসিদা লাইযামগী মমাংমত্তদা নুমিৎকী মণ্ডাল ঙমজনা পাম্বোম নিপান পানবা শ্রীবিষ্ণুনা পরিপুর্নিতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখি। অসুন্না শ্বেতদ্বীপকী নারায়ণ, বিরাৎ পুরূষ, অকিবা শক্তম, নৃসিংহ ভগবান্ পাম্বোম লিশিং পানবা নারায়ণ, মিৎস্না থম্বাল মানবা, লিরুং পায়বদা পকচবা শ্রীরাম চন্দ্র ভগবান, যজ্ঞ পুরূষ মাগী লোইনবী দক্ষীনা, লাইনিং লম্বী তাকপিবা নর-নারায়ণ, বামোন দেব, দত্তাত্রেন, কপিল ভগবান্নচিংবা শ্রীকৃষ্ণ মাগী রূপ অমসুং শকলোনশিং শ্রীকৃষ্ণদা তিনশিল্লরে। হে লাইয়ামশা ঐনা নখোইদা উৎলিবা মপুং ফাবা শক্তম অসিগী আর্থদি ঐনা দ্বাপর কৌবা যুগতা শান্নগদবা লীলা অসিদি মশিং য়ামখ্রে মমাংদসু ওইখিদ্রি।

প্রেমগী ঈচেল ওইবা রসনা থল্লবা রাস লীলা শান্নগনি, বৃন্দাবন কৌবী ভুমিদা ঐগী প্রেমগী মশক ওইবী রাধা অমদি গোপীশিংগা লোইননা। ফত্রবা কংসনচিংবা হিংচাবশিংবু লানবিগনি। বীর রস চুপকনি রন গঙ্গা ধর্ম্ম ক্ষেত্র কুরুক্ষেত্রদা ইনাই অকনবা কয়া শেমগত্তুনা। গীতাগী পাওতাক পীগনি ঐগী সখা আর্জ্জুনদা। গীতানা শনবিগী মশক লৌরগা ব্যাস দেবনা শুমদুনা আর্জ্জুন্না শন্নাওগী মশক ওইনা অমৃত থক্কনি। তম্বীগনি জগৎ জীবদা ধর্ম্ম কর্ম্ম জ্ঞান বৈরাগ্য আত্মাগা পরমাত্মাগা লৈনবা মরিনচিংবা অদুগা রাজ শাশন, শাস্ত্র বিদ্যা প্রজাগা মরি লৈনবা অসিনচিংবা তাকপিগনি।

লাইয়ামগী ৱা মুন্না তারগা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরকখি। হে লাইসিংগী অহল ওইরবা ব্রহ্মা, হে শঙ্কর মহাদেব অমদি হে লাইয়ামশা ঐ ৱা হায়গে নিংথিনা তারো নংগী নংগী অংশনা শরুক খাইদোক্তুনা পৃথিদা যদু শাগৈদা, চন্দ্র বংশদা, অমদি ভক্তিগী মশক ওইবা শাগৈদা পোক্কুরো কৃষ্ণ ঐনা শান্নবা লীলা মপুং ফানবা।

নারদনা হায় হে বহুলাশ্ব — পরিপুর্নতম ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা লাইয়াম য়েংদুনা তাকপিরকই ঐগী শকলোনমক ওইবা ক্ষীরোদকশায়ী বিষ্ণুনা পাম্বোম মরি পান্দুনা কংসগী কৈশুমশংদা লেংলক্লগা দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা আবির্ভাব ওইরনি। খুদক্তা বসুদেব ইপানা গোকুল নন্দগ্রামদা নন্দ গোপ রাজাগী লোইনবী অঙাং উনরিবী যশোদগী নাকন্দা থরমগনি। শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং তারগা লাইয়াম পুম্নমক মাগী মাগী লোক (লৈফমদা) হন্নখরে শ্রীকৃষ্ণবু য়েৎ ওইনা তরেৎলক কোইরগা খুরমজরগা হন্নখবে।

## কংস কনানো? করিগী মানা শ্রীবিষ্ণুবু তমথিনা য়েক্লবা ওইখ্রিবনো?

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ইজদ্রিঔেগী মমাংদা কংস কনানো অমসুং মাগী তৌবা ঙম্বা মথৌনানা কল্প কল্পবা নিংথৌশিং অমসুং দানব হিংচাবশিং মাগী মখা পোনহনখিবা, অদুগা নিংগো খরনা মরুপ শান্নখিনগী মরম ইজরি শমলপনা। পাবিবিবা ভক্ত বৈষ্ণৱশিংনা অশ্বাদন তৌবিয়ু।

নারদ ঋষিনা বহুলাশ্ব নিংথৌ য়েংদুনা হায়রকই ঃ— গর্গ সংহিতাদা অসুম্না ইরম্মী। মদুদি মমাংঙৈদা সমুদ্র মন্থন (নৈবদা) কালনেমি কৌবা হিংচাবা অমা থোরকখি। মপাঙ্গল, মথৌনা, মায়া হৈবদা মাগুম্বা লৈরমদে। অসুম্নসু হায়নৈ মদুদি হিংচাবগী মমা দিতিনা পোকপনি। মাগী ওৎ নৈবা অদুদা খাংবা ঙমদ্রদুনা শ্রীবিষ্ণুনা মাবু হাৎখি। তৌইগুম্বসুং হিংচাবগী গুরু শুক্রচার্য্যনা সঞ্জিবনি কৌবা বিদ্যানা মাবু হিংহনখি। মদুদা মানা বিষ্ণুগা অমুক লান থেংনগে খনখি। তৌইগুম্বসুং শ্রীবিষ্ণুনা মপাঙ্গল হেনবা মরম্না কালনেমিনা মন্দর চীংগী মনাক্তা চত্তুনা নুমিৎ খুদিংগী অকনবা তপ তৌদুনা চাদ থক্তনা ব্রহ্মা কৌবা লাইবু নিংজখি। চহি চামা হৌখবদা মাগী - মশা অদু লৈশৌতনা কুপশিন্দুনা শরূতমক ঙাইরম্মী। খাংবা ঙমদ্রবদা বিধি ব্রহ্মা লেংঙক্তুনা মাগী মমাংদা বিরাজ ওইবিখি অদুগা তাকপিখি হে দানব নমিৎ পাংলো নংনা পাম্বা বর নিজৌ। কালনেমিনা হায় হে পিতামহ (ইবুধৌ) নংনা পীনবিয়ু তাইবংপান অসিদা বিষ্ণুনচিংবা কল্পবা দেবা দেবী অমসুং শক্তি লৈবা মী, শা, চা শক্তি লৈবশিংগী মখুত্তা শিদবা ওইহনবিয়ু।

ব্রহ্মানা হায়খি হে দিতিগী মচা নংনা নিরিবা বর - বিষ্ণুবু ঙম্বা হায়বা অসিদি ওইথোক্তবনি অদুগা লেমহৌরিবা শক্তি লৈবশিংবুদি ঙম্বা ওইজৌ। মদুদি অতোপ্পা

দ্বাপর কৌবা যুগতা নংগী নপাঙ্গল নথৌনা অদু ফংজবা ওইয়ু। অসুম হায়না কালনেমিগী মপুঙ্সি লোইখি।

## কংস পোকপা

ভোজ শাগৈগী (যদু শাগৈগী) নিংথৌ উগ্রশেনগী মহারাণী পদ্মানা সুয়ামুন কৌবা চীংদা প্রকৃতিগী ফজবা য়েংবা চৎখি। শ্রীহরিগী লীলা অঙকপগী মশকনি। মহারাণী পদ্মাগী ফজবা, শাওং শাদা অবাৎপা লৈতবা শকফম উবদা সৌভাপতি দ্রুমিলাসুরনা কামগী অপাম্বা পোকখি। মায়াদা খম থেংনা হৈরবা হিংচাবা অসিনা উগ্রশেন নিংথৌগী শকফম লৌদুনা মহারাণী পদ্মাদা পুত্রদান পিখিবনি। অরেম্বদা মাঙ্‌বা য়াদ্রবা বীর্য্য অদুনা কংস অসি পোকখিবনি। চাওবা শারেপ ফাবা মতমদগীদি কংস, অসি হিংচাবগী শাজৎ চৎখি। হায়রিবা কংস অসি কালনেমিনা ওইরকপা মপোকনি। মরম অসি লৈবনা কংসনা মপা লৈতনা কনবনি। নারদনা হায়খি তারো হে বহুলাশ্ব ঃ— কংসগী ফজবা চুং ফিরান চাবা শক্তম, কল্লবা মপাঙ্গল, মপাম্বোম, দ্বাপর যুগতদি অতাংবনি। অস্ত্র বিদ্যাদা লিরুং তেন, থাং-তা মুশল গদা যুদ্ধনচিংবা লোইনা হৈখি। মাগী ফজবা শক্তম্‌গী মতাংদা শৈরেং অমা ইজরি।

### শৈরেং

ৰাং চাওই কংস, চুং ফিরান চাই,<br>
কুচু ঙাংলৈনৈ মিৎ থম্বাল মাল্লি।<br>
নোংশা শাবান্নি য়েংবদা ফজৈ,<br>
শামু নাতানগুম্, পাম্বোম্ কনবনি।

শামু লাবা লিশিং অমগী পাঙ্গল,<br>
য়োৎনা তা-দুনা শাবা হকচাংগুম্মী।<br>
নোই পেল্লি পাঙ্গল ময়েং তাদেদা,<br>
মল্ল শান্নবনা মাগী অপাম্বনি।

নিংথৌমচা ওইবনা লালগী বিদ্যা<br>
খুৎশু-খুৎলাই লোইনা পায়বা হৈবনি।<br>
শাওনা লাওবদা অকিবা শক্তমনি,<br>
মাগী য়েক্লবদি শ্রীবিষ্ণুনি।

নারদ ঋষিনা মখা তানা লিবিরকখি বহুলাশ্বগী মফমদা মতম্ অদুদা মগধ লৈবাক্কী নিংথৌরেন জরাসন্ধনা মথুবা নিংথৌ উগ্রশেনগী মচা কংসবু জয় তৌগে হায়না খোংমি লানমী মতিক চানা পুরক্কুনা পৈররে মধুপুরগী লানফম লমপাক্তা। লানবাও তাবদা কংসসু মাগী খোংমী লান্মী মতিক চানা শেম শাদুনা লাল থোরকলে। লাল পান্নরে রথীগা রথীগা, সেনাগা সেনাগা শগোল তোংবগা শগোল তোংবগা, শামু তোংবগা শামু তোংবগা। অঙকপা লানফমনি কংস - জরাসন্ধ অনিগী লাল।

## শৈরেং

লাল থেংনরে কংস - জরাসন্ধ
লাকচনদে অমগা অমগা।
অঙকপা ওইবা লীরুং গদাগী লাল
মৈতনা ফ্রি ফ্রি হৌই থেংনবদা।

মল্লগী লাল থেংনৈ নোংশা অনিগুম্
জরাসন্ধ নোপতক তাই কংসগী লাল।
কল্লবা কংসনি য়োৎকুম্বা হকচাং
কালনেমি কৌবা হিংচাবগী মপোক।

কংস কুবলয়া পীড় লম্বানরে
কল্ল শামুনি ময়া মরি পানবা।
লাক্কুনা লংই কংসনা চাওর শামু
উপাই লৈতরে জরাসন্ধদো।

লাল লেপ্পসি হায়না জরাসন্ধনা হায়জে কংসগী মফমদা। অদুগা হায়রকই হে কংস নংগী পাঙ্গল চাংয়েংবনি। মরম অদুনা নং ঐগী ইমাক ওইবা তারে হায়দুনা মাগী মচা নুপী অস্তি-প্রাপ্তী অনিবু কংসদা লুহোংদুনা পীরে। নারদনা হায় তারো বলুলাশ্ব — জরাসন্ধ অরাইবা নত্তে, নিংথৌরেন্নি মরল মথুন্না অঙকপা ফংনা লৈবনি। মচা নুপী অনিগী স্না লুপা মণি মুক্তা মীনাই মীশন কয়া কয়া অউনপোৎ ওইনা উনবনি। ফাওরবা শামু য়ুথক ১২ চাত্তবা লাইশা ময়া মরি পানবা ঐরাবতকী, মপারিবু মচা নুপী অনিগী অউনপোৎ ওইনা উনবিখী।

# কংসগী দিগ্বিজয় (শল্লপা ইজরি)

**অহানবা দিগ্বিজয় ঃ**

মপাম্বোম পাঙ্গলতনা ময়াই কারবা কংসনা মহিষ্মতী কৌবা কোনুংদা চত্তুনা কল্ল কল্লবা চীংদুম্মুক চাওবা মল্ল ময়াম থেংনদুনা মাগী মখা পোনহনখি। মখোইগী মমিংদি মথংশিংনা - (১) চানুর, (২) মুষ্টিক, (৩) কুট, (৪) শল অমসুং (৫) তোশল।

**অনিশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

অদুগী মতুংদা কংসনা চানুর মুষ্টিকক্নচিংবা ময়ামগা লোইননা প্রবর্ষন কৌবা চীংদা লাকখিরম্মী। মফম অদুদা দ্বিবিদ কৌবা য়োংজাও অমা লৈরম্মী। য়োংজাওগা কংসগা মল্ল শান্নবদা কল্লবা কংসগী পাম্বোম্না চপ্পদা চু শুম্বগুম লৈমাইদা ৱাম্থদুনা তারে য়োংদো। মহাকসু কংসগী মখা পোল্লে।

**অহুমশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

কংসনা মাগী মনাইশিং লোইননা ঋষ্যমুখ কৌবা বন তান্না চৎখি। মফম অদুদা শগোলগী মশক ওইবা কেশী কৌবা য়াম্না চাওখ্রবা হিংচাবা অমা লৈরম্মী। মখোই অনি য়ান্নদুনা মল্ল শান্নবদা কংসনা শগোলগী খুদুং অনি অদু পায়দুনা লংবদা য়ুথক অমগী লমদা তাখি। কেশীদো কংসগী মখা পোনখি।

**মরিশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

মথংদা কংসনা মহেন্দ্রপর্ব্বত কৌবা চীংদা লাক্লম্মী। ময়াই কারবা মাইথিবা লৈত্রবা কংসনা চীংজাওদু ফুক্কে হায়না চাম্মরক হন্না নোমদুনা শান্নখি। ইখং খংহৌদনা কংসনা উরম্মী নুমিৎ মঙালগুম্না ঙাল্লবা ভগবান পরশুরাম্না তপ তৌদুনা লৈবদো। পরশুরাম্না য়াম্না শাওনা কংসবু য়েংদুনা হায়খি — "হে কংস নংদি তীলগুম্বনি, - ফৌৱামগুম্বনি নংবু হাৎপা তারে।" কংসনা খুম্মি — "ননাই ঐদি ক্ষেত্রিয় নত্তে, হিংচাবনি হাৎপিগনু।" "ফরে অদু ওইরবদি চাওরবা লীরুং মহাদেবনা ত্রিপুর হাৎপদা শিজিন্নবা অসি নং থাঙ্গত্তুনা লীরি চনবা ঙম্বরা য়েংউ অদু ওইরবদি নংবু হাৎপিরোই।"

কংসনা লীরুং অদু মখুৎ ওইনা থাঙ্গত্তুনা লীরি চল্লগা খিংবদা নোং খাকপগুম হৌখি। ভগবান পরশুরাম্না তাকপিখি মদুদি নং লীরুং অসি লৌজরো লীরুং অসিবু থুদেকপা পুরূষোত্তম অদুগী মখুত্তা নথৱাই থাবা ওইয়ু। অদুবু অতৈদি নংনা ঙমজবা ওইয়ু।

**মঙাশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

কংস অমসুং মাগী লান্মীশিংগা অসুম লাকপনা সমুদ্র মপান য়ৌরে। থেংনরে য়াম্না চাওরবা অকিবগী মশক ওইবা চীংশাংগী মতৌগুমলবা অঘাসুর কৌবা হিংচাবা অমা। অঘাসুরনা থিন্দনা কংসগী মঙক্তা কন্না য়েৎশিল্লি। অঘাসুরগী মকোক মঙক অদু কংসনা কন্না ফাজিনবা অদুদা লীলজাও অদু লেংবাফাও ঙমদরে। কংসনা মঙোন্দগী মপাঙ্গল হেল্লি খন্দুনা অঘাসুর অদু কংসগী মখা পোনগে য়ারে।

**তরুকশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

কংসনা অসুম লাকপদা অরিষ্ট কৌবা অচৌবা মমিৎ ঙাংশং ঙাংবা শন লাবা অমা উখি। শন অদুনা মচি অশাংবা অনি অদুনা নুং লৈবাক খোত্তুনা কংস তম্না লংশিল্লকখি। কংসনা হোৎচিন্দুনা শন লাবগী মচী পায়দুনা নমশিন্দুনা থম্বদা লেংওৎপফাও ঙমখিদে। মহাক্না কংসগী মনাই ওইজগে য়াজখি।

**তরেৎশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

কংসনা প্রাগজ্যোতিষপুর কৌবা ভূমিগী মচা নুপা নরক নিংথৌগা লাল থেংনশি হায়রুবদা নরক্না খুমখি হে কংস নংগা ঐগা লাল তৌনদ্রিঙৈগী মমাংদা ঐগী ইনাইশিংগা লাল পান্নৌ। মাগী মনাইশিং মথংশিৎনা প্রলম্ব, ধেনুক, তৃনাবর্ত্ত, বক উরোকনচিংবগা অমমম ওইনা কংসগা লাল পান্নবদা কংসগী প্রতাপ অদুদা খাংবা অমত্তা ঙমখিদে।

অচৌবা উরোক হিংচাবগী মচল পুতনানা কংসগা লাম্বা পাগে হায়না চংলকপদা কংসনা খামখি নংদি ঐগী ইচল ওইরবনি মরমদি নবুং বক অসি ঐগী মরুপ ওইরে অমসুং ঐগী ইখা পোল্লে। মরম অদুনা ঐগা নংগা লাল তৌবা হৌনদে। নং ঐগী ইচল হায়বদু ওইরে।

কংসগী মপা লৈতনা কনবা, মথৌনা লৈবা লান্দা মাইথিদবা অদু উবদা নরক নিংথৌনা লালগী মহুত্তা মরুপ শান্নরে অদুগা হায়খি হে কংস নংগা ঐগা লাইশিংগী মথক্তা লাল তৌবদা মতেং পাংনসি। অসুম্না সন্ধি তৌনরে।

**নিপালশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

**কংসনা সম্বর নিংথৌগা লাল তৌনসি হায়রুবদা সম্বরনা হায়খি, কংস নংগা ঐগা লাল তৌনবগী মহুত্তা মরুপ শান্নসি হায়নবদা য়ান্নদুনা সন্ধি তৌনরে।**

**মাপলশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

ত্রিশৃঙ্গ কৌবা চীংদোন্দা ব্যোমাসুর কৌবা কল্লবা হিংচাবনা তুমদুনা লৈরিঙৈদা কংসনা খোংপাক্লা কাওরুই। ব্যোমাসুরনা শাওদুনা কংস তন্না হোৎচিনখি অদুগা মখোই অনি অকনবা লাম্বা তৌনখি। মদুদা কংসগী কল্লবা পাম্বোম্না চপখাইবদা লেংবা ঙমদ্রবা ব্যোমাসুরনা কংসগী মখা পোনগে হায়না য়াজখি।

**তরাশুবা দিগ্বিজয় ঃ**

নারদনা লাল য়েংনিংদুনা কংসগী মনাক্তা লাক্লগা তাকপিখি — হে কংস নং শনিতপুবগী কল্লবা বান কৌবা মপাম্বোম লিশিং পানবা বলি মহারাজগী মচানুপাগা লাল তৌনৌ অদুগা নংগী নখা পোনহল্লু। কংসনা মাগী হিংচাবা ময়াম পুরদুনা বান নিংথৌগী মফমদা লাল তৌসি হায়রুরে। কল্লবা বান্না অশাংবা যোৎচৈ অমা লৈবাক্তা মপাঙ্গল থাদুনা য়ুংশিল্লগা হায়রকই — হে অঙাং নং য়োৎচৈ অসি ফুকপা ঙম্ব্রা য়েংজৌ। ময়াই কারবা কংসনা য়োৎ অদু ঈরাই লায়না ফুক্তোকলে পৃথি থক থক নিকই। কংসগী মনাইশিংনা খুবাক প্রোক প্রোক খুই। কংস বান অনি লাল থেংনবা শেম শারে। বান নিংথৌগী মবুংঙো মহাদেবনা শন্দম্বা তোংদুনা লাক্লগা মনাই বানদা তাকপিখি — "নংনা কংসবু হাৎপা ঙমলোই।" মাবু হাৎকদবদি পরি পুর্নিতম ভগবান শ্রীকৃষ্ণতনা ঙমগদবনি। মহাদেবনা লাল খাম্বা অদুদা বান - কংস অনি সন্ধি তৌনরে মদুদি লাইরৈবাক জয় তৌবা মতমদা মতেং পাংনসি।

তরামাথোইশুবা দিগ্বিজয় ঃ

অসিগী মতুংদা কংসনা মনাইশিং লোইননা নোংচুপ মাইকৈদা লৈবা বৎশাসুর কৌবা শন্নাও মকোক পানবা হিংচাবগা লাম্বা তৌনৈ। কল্লবা কংসনা বৎশাসুরগী [illegible]মে পায়দুনা কোইচিং চিংই। মদুদা বৎশাসুরনা কংসগী মনাই ওইগে হায়না য়াজখি।

তরানিংথোইশুবা দিগ্বিজয় ঃ

মথংদা কংসগা কাল যবনগা গদা যুদ্ধ তৌনৈ। নারদনা হায় হে বংলাশ্ব নিংথৌ তারো। অনিগী গদা হাইনবা গদা বাগ চৎনবা অদুদি ফজনগী ঙমখৈ লৈতে।

চাওরবা গদা য়েনবা অদুদা মৈতনা ফ্রি ফ্রি হৌই। গদা তেক্কনা অতেকপা হুন্দোকখ্রগা মল্ল যুদ্ধ থেংনরে। কল্লবা কংসগী মপাম্বোম্না চপ্পদা কাল যবন খাংবা ঙমদ্রদুনা কংসগী মখা পোনগে হায়জরে।

## কংসনা লাইরৈবাক্তা লান্দাবা

কংসনা অচৌবা দরবার অমা কৌরে। মদুদা অচৌ অচৌবা নিংথৌশিং লোইনা তিল্লে। তিল্লিবশিং অদুগী মরক্তা য়াওরে নরকাপুর, মপাম্বোম লিশিং পানবা বান নিংথৌ, কাল যবন, সম্বর নিংথৌ অদুগা সেনা তেঙ্গোল লীরুং পায়বা, থাং-তা, গদা মুশলনচিংবা পায়বা অদুগা মাগী তমথিনা কল্লবা, চানুর, মুষ্টিক, অরিষ্ট, শাল তোশল, কেশী বকাসুর, দ্বিবিদ বান্দর মায়া হৈরবা তৃনাবর্ত্ত, অঘাসুর অমসুং কুটনচিংবা মাগী মশিং লাকঙমদ্রবা লাম্মীশিং পুন্নমক্না জয় ধবনী লাওই "কংসনা জয় ওইরে, কংসনা জয় ওইরে অসুন্না লাওদুনা লাইগী কোনুং অমরাবতীবু কোইশিনখি। লানবাও তাবদা ইন্দ্রদেবনা মাগী লাই পুন্নমক খোমজিন্দুনা মুর্ত্তি পান্দুনা লাকলে। মৈ ঈশিং নুংশিৎ নিংথৌ, বরুন, কুবের, আশিনিকুমার বসুনচিংবা। লাই পুন্নমক মাগী মাগী বাহন তোংদুনা, লালগী ফিজেৎ লৈতেংদুনা খুৎশু খুৎলাই লোইনা পায়নরে। লাই কোটি কুন্থাহুমদোই তিল্লে। ইন্দ্রদেবনা ঐরাবৎ শামু তোংখৎলে।

কংসগী মাইকৈদা কল্লবা নরক নিংথৌ; বান নিংথৌ শম্বর মহা রথীশিংনা লুচিংলে। মাইথিবা লৈত্রবা লাম্বা লৈত্রবা, অৱাৎপা লৈত্রবা কংসনা মাগী লীরুং ভগবান পরশুরাম্না পিবা অদু লীরি খিংবদা বজ্র তাবগুম হৌই অদুগা নোংশা লাললাও লাওদুনা ইন্দ্রদেবদা হায়রকই — হে লাইগী নিংথৌ ইন্দ্র নংগা ঐগা লাল পাশি। তেঙ্গোল অনি ওনশিন্নরে। শগোল তোংবগা শাগোল তোংবগা, শামু তোংবগা শামু তোংবগা মায়াগী লাল লীরুংগী লাল গদাগী লাল শোরারেনগী লৈবাক থক থক নিকখি।

### শৈরেং

১। কংসগা ইন্দ্রগা পান্নবা লাল
লীরুংগী লাল অকিবৈ মশকনি।
মৈতনা হৌই আকাশ পুমঙান ঙান
অককপা তেনতনা কেল্লি চীংগুম্না।

২।	ইন্দ্রনা মৈগী তেন কাপলকপদা
কংসনা মুথৎলি ঈশিংগী তেন্না।
ইন্দ্রনা চীংজাওগী তেন কাপ্লকপদা,
কংসনা য়ানখাইরে বজ্রবান তেন্না।

৩।	থাংগী লাল গদাগী লাল পুন্নমক;
শোকনৈ হাইনৈ মপু মনাই অনি।
কুম্মৈ নুংঙাইদা য়েংবৈ পেন্দেদা,
নোংশা অনি লানথেংনবগুম্মী।

৪।	কান্নরোই খন্দুনা ইন্দ্রদেবনা
থাজিল্লে ঐরাবৎ শামু কংসদা।
কংসগী গদানা শামু' লাইবক্তো
থাবদা শামুদো কুন্দুনা খাংই।

ঐরাবৎনা শাওদুনা কংসবু
কোত্তুনা লংই য়ুথক তরারোম।
মপাঙ্গল ময়েং তাদ্রবা কংসনা
শামুগা অমুক লাম্বা পারকলে।

কংসনা শামুগী মনাতোন্দো,
ফোইদৎকে হোৎনরে ঙম্বমখৈ।
শামুগী চিনবান ফোইদৎপা হৌরকলে,
শামু চেল্লে খাংবা ঙমদ্রদুনা।

বান নিংথৌ নরক নিংথৌ অনিনা
লাইশিং' মথক্তা কাপশিল্লকলে তেনয়াম।
খাংবদা ৱারে লাইয়াম পুন্নমক,
তেনতনা মশা মশাদা পানবদা।

মায়াগী লাল হৌরকলে তৃনাবর্ত্তনা
নুংশিৎ ওন্দুনা শিৎলকলে তেঙ্গোন্দা।
উফুলতনা মিৎ পাংবা ঙমদরে,
খাংবদা ৱারে লাইয়াম পুন্নমক।

ইন্দ্রনা হায়রকই হে লাইয়াম্নশা,
চেক্লো নখোই লানফম থাদোক্কুনা।
ঐখোয়না কংসবু হাৎপা ঙমলোই,
মাবু হাৎকদবদি হরিতনি।

## ব্যাখা

ময়াই কারবা কংসগী লম্মীশিংনা অমরাবতীপুরদা চংদুনা চোং শেকপিন্নচিংবা পুরক্কুনা হল্লকলে মধুপুরদা। জয় ধবনি লাওরে কংস নিংথৌরেন্না জয় ওইরে।

নারদ ঋষিনা হায়! তারো হে বহুলাশ্ব নিংথৌ। কংসবু লাকচবিনবা জয় তৌবিনবা মীদি কনা অমত্তসু লৈত্রবনি দ্বাপুর কৌবা যুগসিদা। নোংমা নোংমগী ময়াই কাবা হেনগৎলকলে কংস মাগী মপাঙ্গল মথৌনা। মতাং অসিদা নারদ অমদি বহুলাশ্ব অনিনা গোলোক খণ্ডগী মতাং কংসগী দিগ্বিজয় অদু লোইশিনখি।

## কংসগী লমচৎ শাজৎ অমসুং মাগী দুরাচার প্রজাবু ওৎ নৈবা

নারদনা হায় হে নিংথৌ বহুলাশ্ব — মথক্তসু ঐনা নংঙোন্দা হায়খ্রবনি মদুদি কংস হায়বসে কালনেমি কৌবা য়াম্না কল্লবা হিংচাবনি অমসুং ব্রহ্মাগী বর ফংখ্রবা মরম্না শ্রীবিষ্ণু নত্তনা অতৈ পুম্নমক্তি মাগী মপাম্বোম মখাদা লৈবনি। মাগী তমথিনা য়েক্নবদি শ্রীবিষ্ণুনি। অদুগুম্বা কালনেমি অদুনা কংসগী নুপীগী গর্ভদা চংদুনা পোকখিবনি। মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণু নিংবা মীশিংবু য়াম্না ওৎ নৈবিখি, মপোৎ মচৈ মুনবিখি, য়াম্না থীনা থীনা ফুবিখি। বিষ্ণু ভক্তশিং অদু খাঙ্বা ঙমদ্রদুনা কোইরোৎ লোত্তুনা লোন্না লোন্না শ্রীবিষ্ণুদা পুজা কৎচখি। মাগী জাৎ বিজাতি লাইনিং লাইশোন খেন্নবা মীবু ওৎনৈবা অদুগা প্রজা শাসন নিংথিনা তৌদরে। মাগী প্রজাদি যদু, ভোজ, বৃষ্ণি অমদি ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি বৈশ সুদ্র লোইনা য়াওবনি অদুগা মাগী পাত্র মন্ত্রিশিংদি হিংচাবা ঙাক্তনি শম্না হায়রবদা চানুর, মুষ্টিক, কুট, শল, তোশল, কেশী অঘাসুর ব্যোমাসুরনচিংবনি ফত্তবা থবক্লা মথৌ ওইবা ঙাক্তনি। অফবা মন্ত্রি যাওবশিং অদু ধর্ম্ম, কর্ম্ম, আর্থনিতি খংলবসু করি অমত্তা তৌবা ঙম্লমদে।

হে বাহুলাশ্ব নিংথৌ অসিমসু খঙউ নারদ ঐনা হায়রিবসে মদুদি — দানব্কা দেবা দেবীশিংগা খেন্নবদি! লাইশিংগা - দৈত্য দানবশিংগা মপাঙ্গল মান্নে, লালগী

বিদ্যাসু মান্নে, শক্তিসু মান্নে খেন্নরিবা হায়ববু দেবা দেবীশিংনা ভগবানগী সৃষ্টিদা য়াওই, শেমগৎ শাগৎলি, জীবদা থৌজাল পীনবি অদুগা হিংচাবশিংনা মাঙ্হনবগী থবক তৌই, মীলুংশি খণ্ডদে, দুরাচার ওনাচার অধর্ম্মগী শাজৎনা মখোইগী হৈনবীনি। পাপনা কদাই পূন্যনা করি অমত্তা ৱাখল লৈতবনি। মতম অদুদা পানবা নিংথৌশিংনা হিংচাবগী শাজৎ চত্তুনা অচুম অরান বিচার লৈতে অদুগা শ্রীবিষ্ণু ভগবান অমসুং মাগী অংশ অবতারশিংবু মশক খণ্ডদে। ধর্ম্ম, কর্ম্ম, বেদ শাস্ত্র নিংথিনা নৈনদে। মানা মানা খনবা অদনা অচুর্ম্মান খল্লি।

ফত্তবশিং লাকশিন্নবা, ধর্ম্মতবু লিংখৎনবা, সাধু বৈষ্ণবপু কনবিনবা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার লৌগদবা অদু বেদ ব্যাস দেবনা শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধদা মরিক চৃম্না ইবি।

## কংসনা মচন দেবকীবু - যদু শাগৈগী মীথোই মীহেনবা বসুদেবদা লুহোংদুনা কন্যা দান ফংবা - অদুগা কংসনা আকাশ বানী তাজখিবা

ভোজ শাগৈগী নিংথৌ কংসগী মচল অমা লৈবম্মী। মমিংনা দেবকী কৌই। ফজবদা মপা লৈত্রবীনি। শাওং শাদা কুচু কুমেন অবাৎপা লৈত্রবীনি। লাইগী জগোই সাবী। বাম্ভানা কৈদৌনি। কংসনা মচনবু যদু শাগৈদা পোকপা মগুণ লৈববা বসুদেবদা লুহোংদুনা পীবে। অঙকপা ফংনা উল্লি অউনপোত্তনা। কংসনা দোলাইগী শগোল চুকলি পাযদুনা মচনবু লুহোংবা মতুংদা থিল্লি মবি মতা প্রজা লোইনদুনা।

### শৈরেং

কংসনা দলাই চুকলি পায়দুনা
থৌরম্মী মচনবু পুরদুনা।
মোমোন নোকচৈ দেবকী কন্যাদো
লুহোংবা থিনবা মীযাম উবদা।

ঙাংনবি ধর্ম্ম লৈবা কাংবুনা,
চিবোন চিবোন মুকুম মুকুম শোন্না।
কবিগী লাওরি কংসগী জয
মবল লৈরে তৌবা ঙমলে হায়না।

"খঙ্হৌদ লাওরকখি আকাশ বানী
হে কংস অপঙবা নং খঙ্উনে।
নচন্না পোকপা নিপানশুবা,
নচানা নংবু হাৎলগনি।"

লুহোংবা থিনবা নুমিৎনি হায়বা
খঙ্খিদরে কংস নিংথৌদো।
মহাক্কী মচন্নি কাওখরেদো
নুপীনি হায়বসু খল্লুদরে।

শগোল চুকলি পায়রম্বা অদো
থাদোকলে মচনগী মশম পায়রে।
থাংখুমদগী থাংশাং শৎখরে,
হাইগৎলে থাংশাং মচন হাৎনবা।

বসুদেবনা মাংলে করিনো,
হে কংস নিংথৌরেন নগুণ লৈবা।
হায়জখি খুৎ অনি লোন্নদুনা,
তপ্না তপ্না অথোৎপা ৱাহৈনা।

## ব্যাখা

পুং শেল খোঞ্জেল লেপখরে পূম্বা মীপুম খুদিং থম্মোই নিক্লরে। তিঙক তিঙক য়েংনখি ময়াম, দেবকী দশা তাবদা। স্বর্গ নিংখাইদুনা তাবগুম্, খমথেংনা ৱাজখি দেবকী। দেবকী কৌবী সতীদো মপি, তরং তরং চেম্থনা য়েংজখিদো মপুরোইববু, মবুংঙোগী পাম্বোমদা ঙাদুনা। বলিগী হামেংগুম নিক্লবী নোংশানা লাকথুর শজিগুম কনবিনবা উপাই থীজবী মিপাইরবী দেবকী দেবীনি। বশিষ্ঠগী শনবী নন্দীনিনা নোংশাংনা লাক্ল মতমদা, দিলীপপু কনবিনবা য়েংজখি। অদুগুম্না দেবকীনা বসুদেববু চিংনা য়েংজখি; তনিক তনিক মাবু কনবিনবা। চেম্থরিদো লুমাং চাইরুংদা কাজলগী পীরাংনা তত্তনা। বসুদেববু তিংঙক তিংঙক য়েংজৈ ৱাদি ঙাংঙমদে খৌরি ফুক্লে।

## শৈরেং

করম্না কনসিগে খনখরে
থম্মোইদা অবাবা য়ৌখরে।
ফত্রবা কংসনি তাবিরোই
থাংদা ঈশিং চংদবগুম্মী।

খুবাং চাংজৌ লোন্ননা বসুনা,
হায়জরকই লৈশি লৈথোন্না।
ভোজরাজ হে পাঙ্গনবা নিংথৌরেন,
হে শাগৈগী মৈতাল অরাবা।

নুপী অঙাং শন ব্রাহ্মণশিংবু
লুনা তৌনৈদো জগৎসিনা।
প্রজাদি নুপীনা পোকপনি,
নিংথৌগী লাল প্রজানা তৌই।

নুপী অঙাংনা ফববদা
নিংথৌগী অফবতা ওইদো।
কবিগী নুপীবু হাৎকনি,
মহাবাজগী গুণ ময়েং তাগনি।

নচননুপী দেবকী অসে
দান তৌখ্রেদো বসু ঐঙোন্দা।
অচৌবা কংসগী যেক্লবা,
হৌজিক ফাওবদি মরু হুন্দরি।

প্রজাবু ঙাক্লবা নিংথৌগী
পাঙ্গলদো নুপী হাৎনবা নত্তে।
নচন দেবকীবু হাৎলবদি,
থবক পুম্বদা মঙ্গোল ওইরোই।

বসুদেবগী ৱাঙাং তারগা
কংসনা খুম্মি য়াম্না শাওনা।

ঐবু হাৎকদবা অঙাংগী
মমা হাৎলবদি পোক্লেদনা।

মহাবাজবু হাৎকদবদি,
দেবকী নত্তে মচাননি।
যেক্লবা নত্তবী নচনবু
কবিগী কবম্না হাৎকনি।

কংস ঐনা মুন্না তাহৌই,
দেবকী মচা নিপাল শুবনা,।
কংসবু হাৎকনি হাযবা নত্রা,
কংসু তাহৌবিবনি হে বসু।

বসুনা অমুক হঙ্গৎচবকই,
দেবকী কৌবী নচন অসে,
মমা সিংদসু চন্দবিনা
মচা পোকপদু ঙাইবিযুনে।

কংসনা শাওদুনা হাযবকই,
মমিৎ খানা খানা যেংদুনা।
অপংবা নহাক্লা ঐঙোন্দা,
পাওতাক্কসু পীবা শাবিববা?

মকুদা পাম্বী লৈবনিনে,
পাম্বীদা মকু যাওবিবনি।
মমাদা মক লিংফমনিনে,
মমা হাৎলবদি মচা ফংলোই।

বসুদেবনা অমুক খুমৈজে
যাম্না নোঞ্জ নোল্লুক বাহৈনা।
ইশানা থাজবা হৈ পাম্বীদি,
হু পাম্বিবুসু যাম্হোকফদে।

শাস্ত্রগী লেংদ্রবা প্রমাণ লৈ,
বৃষবৃক্ষোহপি সংবর্দ্ধ। (হু পাম্বিবুসু যাম্হোকফদে)

স্না বুদ্ধি মুন্না তৌবিয়ু
হে জ্ঞানগী পুক্কৈ ওইবা নিংথৌ।

য়াররোই খঙ্‌দুনা বসুদেব
ৱাশকলে কংসগী মমাংদা।
সত্যনি ঐনা হায়জরিবা,
সত্যনি ব্রহ্মগী মসকনিনে,
(ব্রহ্মসু সত্যনি মহারাজ)

অচুম্বা লৈবনা সংসার লৈরি,
ঐবু থাজবিয়ু মহারাজ,
দেবকীনা পোকপা মচাশিংদো,
কংসগী খুত্তা লোইনা শিন্নজগে।

নুমিৎ থা লেংলি পাল্লিবনা
থৌৱানমিচাকশিংনা শাক্কিনি।
ইপারোমদগী - ইমারোমদগী
পূবন তরেৎ তরেৎ নরক তাগে
কাখৎপা ঙমদনা লৈজখিগে,
দেবকী'মচা পীব ঙমদ্রদি।

কংসনা মশেনগী বাশক তাবদা
অঙকপা হরাওবনা য়ান্নখি।
থাজবে কংসদো মপুং ফানা
বসুদে নংগী ৱাদো ঐ য়ারে।

নুপীবু কন্নবা হোৎনবদা, মচাবু কংসদা পীথোকপসে থাগৎনৈ মীয়াম পুন্নমক্কা ধন্যনি ধন্যনি বসুদেব মীনা ঙমফদ্রবা থবক্নি। কংসদো কোনুংদা - লেঙশিনখ্রে বসুদেবগী বাশক্ত যাদুনা। দেবকী বসুদেব অনিসু চংখরে য়াওংশংদা।

## শৈরেং

তুম্বা চাবা খংদনা লাংতক্কা
অকাশবানীবু নিংশিং নিংশিং
ঙাইজখি কংসনা দেবকীগী
পোক্লক্কদবা মচাশিংবু।

বন্দি ওইরেদো দেবকী বসু,
য়ুম্বানবগী অরাবা মরক্তা।
হরিবু তত্তনা শোঙ্গেদো,
হায়জৈ খিকপিয়ু থৌজালগী মরিক।

কংসগী থম্মোইদা যোগ মায়া থারকই,
খিকপিরে থৌজাল কংসগী লৈকংলাদা।
মীনুংশি খংলকলে কংসগী থম্মোইদা,
নিপাল শুবা মচাদনি হাৎকদবা।

বসুদেবনা পুরক্কুনা শিন্নরে,
পোকপদা ঙাইরিবা মচাদো কংসদা।
মোমোন নোকই কংস অঙাং উবদা,
তাকপিরে বসুদা পুজখরো অঙাং।

অসিবগী খয়াত্তগী নাম্থোক্কুনা,
দেবকী মমানা মচাবু ফংজরে।
অদুবু কংস' পুক্লিং ৱাখল পোখোদে,
করিগী ঐনা অঙাংবু পিথোকখিবা।

কংসগী মরমচৎ কন্নানা খঙগনি
থাজবা লৈতেনে বসুদেবনা।
ঐগী ইচা মখৈদি নোংমা হাৎখিনি,
ফত্রবা কংসনা ইখং খঙহৌদনা।

ধারা মুৎপা তারে খন্দুনা
লোন্না লুহোংখি রোহিনিবু,

থমখী রোহিনীবু বসুনা
নন্দালয়দা কনা খঙ্হন্দা।

## ব্যাখ্যা

নন্দ বসুদেব অনিসে মচিন মনাওনি মমা তিন্নদে। নন্দনা গোপী নিংঙোন্না পোকই অদুগা বসুদেবনা যদু নিংঙোন্না পোকই। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু খঙজবা নাবদ ঋষিনা থুংলরে কংসগী কোনুংদা খংহৌদনা। হায়ররে হে কংস নংনা অসুক পঙ্ইবা, দেবকীগী মচা মখৈ থাদোকপা য়াদে লোইনা, হাৎকদবনি। অসি হায়বল্লগা নারদ ঋষি লেঙখরে। মীনুংশি খঙদবা কংসনা নারদবু হন্না হন্না থাগত্তুনা ফাক ফাক নোকখি।

## শৈরেং

তমথিবা কংসনা অঙাং মথং মথং,
তরুকমক হাৎখিদো নুংপাক্তা হাইহত্তুনা।
অদুগা দেবকী বসুদেববুনা
কৈশুমশংদা থমখি য়োৎহ্লিং চন্দুনা।

তবেৎশুবা অঙাংদো দেবকীগী
গর্ভদা পুমঙান ঙান্ন লৈরে থাজগুম্।
হরিগী য়াথং ইন্দুনা যোগ মায়ানা,
চিংদুনা হাপ্লুরে রোহিনী গর্ভদা।

দেবকী গর্ভদগী রোহিনী গর্ভদা,
হাপলুই হায়দুনা রোহিনীগী মচাবু,
সঙ্কষণ বলরাম হায়না খঙ্নখি।
অনন্ত শাইওন্নি কৃষ্ণগী অংসনি।

তাকলুবে কংসদা তরেৎশুবা অঙাং
লাইয়ৈ চৎখরে অরেম্বদা মাঙ্খরে।
কংসগী পুক্লিংদা চিংনবা হৌরকলে,
হৌজিক্তি নিপালশুবা অঙাংতা মঙাইরে।

বসুদেব দেবকী অনিমক্না
পুক্নিংদা অকি তুজুংবা ফাওরক্নে।
ঙানু থঙ্গোং লাবা অমোম অনিবু
লোংউপ্না উপ্পুনা থম্বগুমখি।

শাদানবা নুপানা চানিংবা মতমদা
চাননবা য়োক্কুনা থম্বা শজিগুম।
উপাইদি করি লৈ বন্দি ওইবনা,
মানা পীবা দণ্ডি ঙাইবতাই ঐখোই।

কৈশুমশং মনুংদা পোম্বী চেক্লাগুম,
ৱারি শারি বসু দেবকী অনিনা।
করি থোক্লগবা নিপাল শুবা অঙাং
মতিক মগুণ লৈবা অঙাংদি ওইগনি।

বসন্ত ঋতুগী মতমনি দেবকী
অরি অনৌ শিন্নবা য়েন্নিং থানি।
দেবকীগী মাইথোং থাজগুম লংলকলে,
য়েংবদা ফজবগী মপা লৈতরে।

মপুং ফারবা পূর্ণিমা থাজনা,
সমুদ্র ঈপাক্তা ইংনা ঙাল্লকপগুম্,
দেবকীগী হকচাংদো পুমঙাল ঙাল্লকখি।
হরিনা দেবকী গর্ভদা লৈবনা।।

মমঙদা অসুম্না হায়রকই হরিনা,
পৃশ্নি গর্ভদা পোকে হায়খিবা,
লমন শিংলে করি মত্তা ৱাগনু,
হে ইমা নংগী গর্ভদা ঐ লৈরেনে।

উজরে দেবকীনা, হরিবু মমঙ্দা
আকাশকী কুচু কোক্তা মণিগী লুহুপ।
খ্বাংদা স্না ফিগে কৌস্তুভ থোনবা,
খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পাদ্ম পায়বা।

মোমোন নোক্লা থাজ কোটিবু ঙমজনা,
ইংলবা মাইথোংনা জগৎপু শুমহৎপা।
হে ইপা বসুদেব হে ইমা দেবকী,
নখোইগী নচা ওইনা বিষ্ণু ঐ লাক্লে।

মিকপ থোকলে দেবকী হিক্লা কপলকলে,
শিঙ্খরি পিরাং অবা নুংঙাই য়ান্ননা।
বসুদেবদা য়েংজরগা দেবকীনা,
ইবুংঙো ননাই নুবীবু চেকশিনবিয়ু।

মঙগী ৱারিদো তমজরে মবুংঙোদা
ননাইগী গর্ভদা লৈরিসে হরিনি।
কংসগী মৃত্যুনি ফত্তবা মাঙহনবা,
জগত্তা শান্তি পুরক্লবা বিষ্ণুনি।

নোংদম্বা মা লাক্লবদি ইচা ওইনা
ঐখোইগী অবাবসে কোক্লগনি।
ৱাদি ঙাংদ, খোন্দি থোক্ত বসুদেব,
হরি মাবু চেংনা থাগোন্নজখি।

## ব্যাখা

বসুদেব দেবকী অনিনা ৱানা লেঞ্জখি
কংসগী কারাগাড় কৈশুমশংদা
শ্রীবিষ্ণুনা (কৃষ্ণনা) মালেমদা খোংদাদ্রিমখৈদি।
কপ্পা কপ্পা কৌজখি থম্মোইনুংদা।
হে ভগবান লেংবিরক্লো ঐখোইগী
অৱাবা, কংসগী মীওৎ মীনৈদগী কনবিররো।
শ্রীনারায়ন্না অবতার তৌগদবা অদু ঙাইজরি
দেবকী বসুদেব অনিনা নোংইন কৌবী
চেক্লানা থাজ মাবু ঙাইজবগুম্।
হে জগৎকী মবুংঙো কৃষ্ণ! নংগী থৌজালগী
নঙাল অমৃতবু থক্তুনা ঙাইজরি অসুক

কুইরবাসে শুক্লবা কৈশুমশংদা লোংউপ্পা
উপতুনা থল্লবা ঙানু থঙ্গোং অনিগুম্।
কনবিররো ইমাগী ইবুংঙো কংসগী অকিবা
চৈরাক্তগী। মৈরক্তা লৈরবা নংগী বাবা নমানি।
হে দেবকী বসুদেব ঙাইবিয়ু শ্রীনারায়ন্না
লেংঙক্কদবা (অবতার তৌরগদবা) থৌৱান থাদা
কংসগী কৈশুমশংদনি।

---

# হরিসংকীর্ত্তন নাম্‌প্রচারক
# শ্রী গৌরাঙ্গগী অবতারগী মরম খরদং

শ্রীচৈতন্য দেবসে শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপুনবা শক্তমনি। চৈতন্য চরিতামৃতগী আদি লীলাদা বর্নন তৌবিখ্রে শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা। শ্লোক অদু মখাদা ইজরি।

## শ্লোক

রাধা কৃষ্ণ প্রর্নয়বিকৃতির্হ্লাদিনী শক্তি রস্মা।
দেকাত্মা নাবপি ভুবি পুরা দেহ ভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকট মধুনা তদ্দ্বয়ং চৈক্যমাপ্তং।
রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপম্।।

## ব্যাখা

শ্রীশচীনন্দন শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা "রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতম্" হায়বদি শ্রীরাধাগী মশক মঙালনা তিল্লবা রসরাজ শ্রীকৃষ্ণনা নুংদা ঙান্দুনা, শ্রীধাম্ নবদ্বীপতা অবতার তৌবিররে। হৌজিক কলিদা রাধা কৃষ্ণনা যুগল রূপ অমত্তা ওইনা পুল্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু (কৃষ্ণদাস) ঐনা খুরুমজরি।

শ্রী গৌরাঙ্গসে শ্রীকৃষ্ণ অবতারনি হায়না পুরান কয়াদা ইখ্রবনি। পুরানশিং অদুদি, নৃসিংহ পুরান, বামন পুরান, পদ্ম পুরান, দেবী পুরান, মার্কণ্ডেয় পুরান্নচিংবা অমদি গ্রন্থ কয়াদা ইবিরমলে।

১) অহমেব দ্বিজ শ্রেষ্ঠ লীলা প্রচছন্ন বিগ্রহ।
ভগবদ্ভক্তরূপেন লোকং রক্ষামি সর্ব্বদা।।

নৃসিংহ পুরান

২) ভবিষ্যামি চৈতণ্য ঃ কলৌ সংকীর্ত্তনাগমে।
হরিনাম প্রসাদেন লোকান্‌নিস্তারয়াম্যহং।।

ব্রহ্মাযামলে

শ্রীযুক্ত স্বামী শিবানন্দ সরস্বতীগী প্রার্থনা মঞ্জরীদা ইবিরম্বা "শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভু ধ্যান"

শ্রীগৌরাঙ্গমহং বন্দে রাধা কৃষ্ণ স্বরূপকম্
অন্তঃ কৃষ্ণং বহির্গৌরং দ্বিভুজং করুনাময়ম্
তপ্ত কাঞ্চন পূজ্ঞাভং রক্তবস্ত্রং সুনাসিকম্।।

মথক্কী শ্লোক অসিদা ফোংদোকলিবদি শ্রীগৌরাঙ্গগী থম্মোইদা কৃষ্ণ লৈ অদুগা মপান্দনা অঙৌবা মেমানবা কুচুনা লৈতেংবা গৌরনি।

প্রভূদি হরিনাম্‌গী শক্তমনি, শ্রীমদ্ভাগবতকী শকলোন ওইনা হরিগী লীলাবু মাগী থম্মোইদা শান্নরি অতৎপা লৈতনা। রাধা অমদি গোপীশিংগা শান্নরিবা রাস-পঞ্চাধ্যায়না শ্রীকৃষ্ণগী থব্লাই ওইবগুম শ্রীগৌরাঙ্গগী থম্মোইদসু লেংদনা শান্নরি রাস লীলা।

মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীমতি রাধিকানি। কৃষ্ণদগী তোপত্রবী প্রেমগী মশক ওইবীনি। কৃষ্ণতনা পেল্লগা লোইরে খঞ্জবীনি। কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ অমা খন্দ্রবীনি। রাধাগী প্রেমদা লুপ্লবা শ্রীকৃষ্ণনা - রাধাগী প্রেমগী মহাও অদু চাগে হায়দুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা পোক্লবনি কলি যুগতা। শ্রীকৃষ্ণগী অনিংবা অহুম (তিন বঞ্চা) গী মরমদা চৈতন্য চরিতামৃতগী শ্লোক অমত্তং থমজগে।

তথাহি—শ্রীস্বরূপ গোস্বামি শ্লোক :

"শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈর্বা স্বাদ্যো
যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।

সৌখ্যঞ্চাস্যমদনু ভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভাৎতদ্ভাবঢ্যঃ
সমজনি শচিগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ।"

অনুবাদঃ ১) শ্রীরাধাগী কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবগী মতিক্তো করম তৌরিগবা।

২) শ্রীরাধানা নুংশিবতনা ঐগী অঙকপা
মীপুক লুবা রসবু চারিবদো করম তৌরিগবা।

৩) নুংশিবতনা খুদম চন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংবদগী
শ্রীরাধাগী নুংঙাইবা অপেনবদো করম তৌরিগবা

**অহুম অসিবু ফংনিংবদগী, শ্রীরাধাগী পুকচেল কুচু মশক লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা থা ওইদুনা শচীগর্ভ সমুদ্রদা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য কৌদুনা শকাব্দ ১৭০৪, চৈত্র পুর্ণিমাদা পোকখি।**

**দেবর্ষি নরদনা জীবগীদমক্তা খন্দুনা লৈশেম্বা ব্রম্মা য়েংদুনা হঙ্গৎচৈ — হে পিতা তাকপিয়ু নচাদা মদুদি উপাই লৈত্রবা ফত্তবদা হৈনরবা কলি জীবনা মতৌ করম্না লানগনি?**

ব্রম্মানা মচা য়েংদুনা তাকপিরকখি কলি জীবগী লান্ন পাম্বৈদি কৃষ্ণগী নাম শোনবনি।

হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম
কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্য থা।।

আর্থ —

কলি কৌবা যুগ অসিদা হরি নামতনা হরিনামতনা হরি নামতনা লেপ্পমক অথোইবা পাম্বৈ ওইগনি। অতৈ পাম্বৈদি লৈতরে। অমম্বা লম্বীবু অমম্বা পুক্নিংবু ঙালহনবা ঙম্বদি শ্রীকৃষ্ণবু নুংশিবতনা ওইগনি।

জীবগী লান্ন পাম্বৈদি হরিনাম মহা মন্ত্র শোনবনি।
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে।
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।

ইতি ষোড়শকং নম্নাং কলি কল্মষ নাশনং
নাতো পরতো পায় সবর্বদেবেষু দৃশ্যতে।
নাম যজ্ঞং মহাযজ্ঞং কলি কল্মষ নাশনং
শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রীত্যর্থে নাম যজ্ঞং সমপর্ণম।
শম্না হায়রবদা কলিদদি নাম যজ্ঞনা অথোইবনি।
নাম যজ্ঞ অসিতনা শ্রীকৃষ্ণবু পেনহনবা ঙম্মী।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা কলিগী মতমদা নামগী রূপ লৌদুনা অবতার তৌবিররে। "কলি কালে নাম রূপে কৃষ্ণ অবতার।" শ্রীমদ্ভাগবত গীতানা তাকপিরে

"পরিত্রানায় সাধূনাং বিনাশায়-চ-দুষ্কৃতাম্।
ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে"

"ফত্তবনা মাংথরক্লবা, সাধুশিংবু কনবিনবা
ধর্ম্মবু ঙাকপিনবা কৃষ্ণ ঐনা যুগ যুগ খদিংদা
অবতার হেক হেক তৌই।"

কলি যুগ অসিদসু শ্রীহরিনা (মহাপ্রভুনা) হরে কৃষ্ণ নাম লৌরগা অবতার তৌবিরি। হরিগী মহা মন্ত্র নাম শোঞ্জবনা মুক্তি ফংনবগী পাম্বৈ ওইরি। ঙসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুগী কলি যুগতা মীপুম খুদিং জীবশিংদা পীনরিবা কৃপানি। মণিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলকপগী মতাংদা নৈনসি। মৈদিংঙু চরাইরোংবগী স্না হাক্তক্তা নিম্বার্ক বৈষ্ণব সম্প্রদায়গী বনমালী রায় হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ অমা মণিপুরদা লাকখি। ব্রহ্মণ অদুনা চরাইরোংববু "নীলাম্বর" হায়না মিংথোন্দুনা দীক্ষা পীখি। চরাইরোংবগী মচা ইবুংঙো পামহৈব (গরিবনিৱাজ) শকাব্দ ১৬৩০ থৱান থাগী ২৩ নি পানবদা মণিপুরগী ফম্বান তোংখি। মহাক্না শকাব্দ ১৬৩৯ দা নিম্বার্ক বৈষ্ণব শ্রী গোপাল দাসকী শিষ্য ওইদুনা দীক্ষা লৌখি। শকাব্দ ১৬৮৮ গী কালেনগী ৫ নি পানবদা শ্রীকৃষ্ণ মন্দির কৎখি।

মণিপুরগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগী অয়ৌবী থাক্তি মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা ময়াম্না খংনবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র স্না হাক্তক্তনি। মহাকুম্বা নিংথৌ অতাংবনি। ব্রজরাজ শ্রীকৃষ্ণমক্না মাগী মমঙদা দর্শন পীনবিখি।

তেখাওদা শামু ফাবগী মতাংদা ইজররোই।
শ্রীকৃষ্ণগী মহাঅমৃত বানীগী মতুং ইন্না কাইন চীংদা
থৈবোং পাম্বী ওইনা হৌরমগে হায়না নিংথৌগী মমঙদা
তাকপিরম্বগী মতুং ইন্না কাইনদগী থৈবোং পাম্বী
য়ান্দুনা দারু মুর্ত্তি ৭ শাখি। অহানবা শাবনা বিজয়
গোবিন্দ, অনিশুবনা শ্রীগোবিন্দ ৩শুবনা অরাম নিত্যানন্দ
৪শুবনা লমাংদোং অদ্বৈত ৫শুবনা নিংথৌখোংগী
শ্রীগোপীনাথ মুর্ত্তি, অনিদি য়েৎনবা খরা লৈদুনা
পঞ্জররোই। অসুম্না শ্রীগোবিন্দ নির্পন তৌদুনা হৌজিক
ফাওবা পুজা তৌদুনা লাৎনরিবসিনি। শ্রীকৃষ্ণনা
লেঙদনা ঙাম্থোইবা মরম্না মণিপুর অসে অহুমশুবা
বৃন্দাবন ওইরে হায়বাদ হায়মনবা থোকলোই। মরমদি
অনিশুবা বৃন্দাবন্না শ্রীধাম নবদ্বীপনি হায়না অখং
অহৈশিংনা প্রশংশা তৌরি।

অসুম্না মথং মথং নিংথৌরোন হাক্তক্তা শ্রীগোবিন্দবু
ইরাৎ থৌগন তৌজরি। কৃষ্ণভক্ত অথোইবশিং অদুদি
লিক্লাই ইবুংঙো নরসিংহ মহারাজ, অদুগা ময়াম্বুং গম্ভীরসিংহনা
পোকপা চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং চুড়াচান্দ মহারাজ অমসুং বুদ্ধচন্দ্র
মহারাজ অসিনি। নিংথৌশিং অসিগী মতমদা মণিপুরদা
রাধা গোবিন্দগী নাম শোনবা অসি নট ঈশৈ
হায়না খংনৈ। নট ঈশৈ অসিগী মনুংদা
সম্প্রদায় কয়া থাইরি মথংশিংনা পালা
অরিবা, লালসা পালা, স্নাপালা অসিনচিংবনি।
হৌজিক মণিপুরদা শ্রাদ্ধ কর্ম্মনচিংবা অমদি লুহোং
খোংদোংব, নাহুৎ নারেংনচিংবা শক্লবা মতমদা
মণিপুরগী লাই ওইরবা ওঝাশিং অমদি ঋষিশিংনা
ইবিরম্বা অমদি তাকপিরবগী মতুং ইন্না অহানবদা
শ্রীগৌরচন্দ্রবু অবাহন তৌই। মতুংদা শ্রীগৌরাঙ্গ
অবতার শকই। মসিগী অর্থদি সাধক দেহগী
গুরুদি শ্রীগৌরাঙ্গনি, মদুগী ভাব লৌরগা

গৌরাঙ্গনা অহানবা ওইদুনা মতুংদা সিদ্ধক রাধা
গৌবিন্দগী অয়াম্বা লীলা বর্নন তৌরগা অরোইবদা
গৌরাঙ্গ নিত্যানন্দা লৌইরিবা অসি সাধক্তা
অমুক হন্দোক্তুনা লৈবনি।

অসুন্না সঙ্গীৎ অমা শক্লবা মতমদা মণিপুরগী
হিন্দুস্থান সঙ্গীৎ অশৈবশিংনা শ্রীগৌরাঙ্গ অমদি
রাধা গোবিন্দগী নাম শোনবা মতমদা নট তা
শক্লরিবা শৈহৌ অমসুং শৈরোই অসিগী মত
লৌদুনা শৈশক্লরি।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূদি শ্রীকৃষ্ণগী নাম অবতার ওইবা
মরম্না ইবুংঙো মহাক্না অষ্টকাল লীলাবু নুমিৎ খুদিংগী
শান্নরি মাগী হৃদি থম্বাল মন্দিরগী ফম্বাক্তা।
মরম অসিনা পাংজদ্রবা অইবা নাপীদগী হেন্না তোল্লবা
ননাইনা অসুন্না থমজগে মদুদি শ্রীহরিনা শান্নখিবা
লীলা পুন্নমক শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা মনাই পার্ষদ
ভক্তশিংগা লোইননা শকলি শোল্লি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী
নাম শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নখিবা লীলা পুন্নমক অমদি
শ্রীকৃষ্ণ জন্মদগী গোলোক/বৈকুণ্ঠদা হনবগী
লীলা পুন্নমক। জগৎকী মবুংঙো মবেস্মগী লীলাবু
মরিক চুম্না বর্নন তৌবা ঙমজদে, লাইরিক অসি
চাওথোকখিনি খনবদগী। হৌজিক হরি সংকীর্ত্তনগী
মতাংদা ইজবা লোইজরে।

মথংদা ইজরি শ্রীগৌরচন্দ্র অবাহন অমসুং
শ্রীকৃষ্ণ অবতার অমসুং পরিপুর্ণতম্ ভগবান
শ্রীরাধা গোবিন্দগী লীলানচিংবা। শ্রীমদ্ভাগবতকী
দশামস্কন্ধগী লীলাবু অস্বাদন তৌবিয়ু ভক্ত
বৈষ্ণবশিংনা। অরানবা কয়া য়াওরবসু চৈবিরগা
পেঞ্জগনি।

# হিরম লামায়



শ্রী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভূগী ষডভুজ মুর্ত্তি

# শ্রীকৃষ্ণ লীলা শ্রীহরি সংকীর্ত্তন (হরি ধ্বনী)

**শ্রীমদ্ রাধা গোবিন্দ প্রীতি আনন্দে বলহ প্রেমসে কহ শ্রীরাধা কৃষ্ণ প্রভু নিত্যাই চৈতন্য অদ্বৈত শ্রীরাধা রাণী কহত সন্ত সাধো মধুরস বানী হরে হরে।**

নত্রগা

## হরে কৃষ্ণ

শোল্লসি অমত্তা ওইনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী
প্রেম রসনা ঈচেল ওইবা নুংশিরবা নামামৃতবু
থকচরগা খৌরাংবা কোক্তুনা মহা আনন্দদা
তাওজবা "শ্রীরাধা কৃষ্ণ প্রভু নিত্যানন্দ চৈতন্য
অদ্বৈত শ্রীরাধা রানীপী খোইথুম্লবা মিংলেন
তাবিয়ু সাধু বৈষ্ণব পুন্নমক্লা লিচিং
অমত্তা ওইনা শ্রর্দ্ধা ভক্তিগা লোইননা।"

হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।

## গুরু বন্দনা

(ক) গুরুর্ব্রহ্মা, গুরু র্বিষ্ণু, গুরু র্দেব মহেশ্বর
গুরু সাক্ষ্যাৎ পরং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।
অখণ্ড মন্দলা কারম্ ব্যাপ্তম্ যেন চরা চরম্
তৎপদম্ দর্শিতম্ যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ
অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া
চক্ষুরুন্মীলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ।।

মণিপুরী আত্মা জ্ঞান বাৎপদগী মিৎ তাংলবা ঐবু
জ্ঞানগী ওইবা কাজলগী তুরিনা মিৎ পাংহল্লিবা
শ্রীগুরুবু খুরমজরি।

## শ্লোক

(খ) ব্রহ্মানন্দং পরম সুখদং কেবলং জ্ঞানমূর্ত্তিম্
দ্বন্দ্বাতীতং গগণ সদৃশং তত্ত্বমস্যাদি লক্ষ্যম্
একং নিত্যং বিমলমচলং সর্ব্বধী সাক্ষিভূতং
ভবাতিতং ত্রিগুণরহিতং সদ্‌গুরুং তং নমামি।

আর্থ ব্রহ্মানন্দগী মশক ওইবা, অথোইবা নুংঙাইবা,
মশক ওইবা, সংসারগী অপাম্বা লৈতবা, জ্ঞানগী
মশক ওইবা, অৱা নুংঙাইবনচিংবা অনি থোকত্রবা
ৱাখলগী ৱাংমদা, আকাশকা মান্ননা শিঙ্খুংবা,
তত্ত্বমসিগী ফীদম ওইবা, (জীবাত্মাদি ব্রহ্মানি)
হায়বগী ফিদম ওইবা, অমত্তা ওইবা,
অরেপ্পা, অমকপা লৈতবা পুম্নমক্কী বুদ্ধিদা শাক্ষী
ওইবিরিবা, ভাবনা য়ৌবা ঙমদবা সত্বঃ রজঃ তমঃ
গুণ অহুমদগী লাম্থোকখ্রবা সৎগুরুবু খুরমজরি।।

(গ) আজানু লম্বিত ভূজৌ কনকবদাতৌ
সংকীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায় তাক্ষৌ
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগ ধর্ম্ম পালৌ
বন্দে জগৎ প্রিয়করৌ করুনাবতারৌ।।

মণিপুরি পাম্বোম খু চোনবা কুচু স্না ফুদোংবা,
সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকপা মিৎস্না থম্বানবা,
জগৎ সংসার য়োকপিবা, ধর্ম্ম শন্দোকপা
অমসুং ধর্ম্মবু ঙাকপিবা
কলি জীব কনবিবা নাম পীনবিবা
থৌজানগী অবতার শ্রীগৌরচন্দ্রগী
শ্রীচরন্দা খুরমজৈ হন্না হন্না।।

জয় জয় মহাপ্রভূ মহা অবতারি,
অবতার শিরমনি কলি যুগে চিন্তামনি।

সংকীর্ত্তন অসিমক্তনা ধন্য কলি হায়বনি
তাকপিরম্মী কলি জীবদা, কৃষ্ণ নাম হরি

সংকীর্ত্তনগী পাম্বৈতনা জীবনা লানগনি
লানঙমদবা সংসার ঈপাক।

মহাপ্রভূনা তাকপিরম্বা মহা অমৃতগী মশক ওইবা শিক্ষাষ্টক নিপান,
অদুগী অহানবা শ্লোক অদু মখাদা ইজরি।

## শিক্ষাষ্টক অহানবা

চেতোদর্পমার্জনং ভবমহাদাবাগ্নি নির্বাপনং
শ্রেয় ঃ কৈরব চন্দ্রিকা বিতরনং বিদ্যাবধু জীবনম্
আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং প্রতি পদং পুর্ণামৃতাস্বাদনং
সর্ব্বত্মাস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তনম্।। ১।।

চেতোদর্পমার্জনং — মিংশেন্দা পকলিবা অমোৎপা অদুবু ফি অমনা শেংদোক্লগা লংবগুম পুক্নিংগী অমোৎপবু হবি সঙ্কীর্ত্তনগী পাম্বৈনা শেংদোকপা ঙম্মি।

**ভব মহাদাবাগ্নি নিবর্বাপনং —**

সংসারগী তাপ অহুমনা চাক্লবা জীববু শ্রীহরি সংকীর্ত্তন্না থৌজালগী অমৃত ওইনা খিকলগা মুৎহল্লি।

**অনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং**

হবি সঙ্কীর্ত্তন শকলগা সংসারগী অৱাবা মৈচাক কোক্তুনা নুংঙাইবগী ইথক ইপোমদা তাওহল্লি।

**শ্রেয় - কৈরবা চন্দ্রিকা**

থরোনা থাবল মঙান্দা শাৎপগুম জীবনা হরি সঙ্কীর্ত্তনগী থৌজাল মঙান্দা হিংজরি। সঙ্কীর্ত্তন্না ভক্তি পোক্লকই।

**বিদ্যা বধু জীবনং**

হবি ভক্তি তত্ত্ব জ্ঞানবু বিদ্যা বধু কৌই।

**আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং**

অৱাবা অমসুং নুংঙাইবগী মথক্তা লৈবা অপেনবগী মশক ওইবা আনন্দ সমুদ্রগী ইথক ইপোম কাহল্লিবা — শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন্নি।

**প্রতি পদং পূর্ণামৃতাস্বাদনং**

পদ পদ খুদিংদা মপুং-ফাবা অমৃত্‌বু অস্বাদন তৌবা ঙমজবা হায়বদি প্রেম ভক্তি রসগী মহাও ফংহনবা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন্নি। পরং বিজয়তে - কলি কৌবা যুগকী অথোইবা শ্রীহরি সঙ্কীর্ত্তন্না জয় ওইরি।

## ঈশৈ (শিক্ষাষ্টক্কী ১বা শরুক)

শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন্না ফিগী মশক ওইনা
শেংদোকই অমোৎপা পুক্নিংগী মিংশেনবু।
তকথোক তকথোক্লগা মিংশেন্না লংবগুম
লংহল্লি পুক্নিংসু নাম শোল্ল-শোল্লগা।

## আধিভৌতিক, আধিদৈবিক, আধ্যাত্মিক তাপ

তাপ অহুম্না চাক্লবা সংসারগী মৈচাক,
মুৎহল্লি কৃষ্ণ নাম অমৃত — নোংলিক্না।
থাবলগী মঙালদা থরোনা শাৎপগুম
শাৎচরি জীবনা মাগী থৌজান্দা।

বিদ্যাবধু কৌবা কৃষ্ণ নাম তত্ত্বজ্ঞান,
শকচৌনে তত্তনা ইহৌর থম্মোইনা।
খোংথাং খুদিং নুংঙাই ঈপাক্তা তাওহল্লি;
কৃষ্ণ প্রেম্না ইথক ইপোম হৌহল্লিবা।

কলিগী উপাইদি সঙ্কীর্ত্তন মথন্তানি,
হরি নাম শোনবনা ধন্য কলি কৌবনি।
মাঙখরে কলিগী পাপ তাপ পুম্বা লোইনা,
জয় ওইরে শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন্না জয় ওইরে।।

# শ্রীগৌরাঙ্গ অবাহন (গৌরবু কৌজবা)

## ঈশৈ

লেঙশিনবিবকউ গৌব হবি
হবি সঙ্কীর্ত্তন মযাইসিদা।
ভক্তিনা নিমন্ত্রন কচ্চবি, প্রভূ
হবি সঙ্কীত্তন হৌবিবরো
প্রেমগা চন্দন ওইনা চংজবি।

কৌজবি নংবু খোঞ্জেল বাংনা
তাবিযু প্রভূ থৌজাল হৈব।
সঙ্কীত্তনগী মপুনি নংদি,
ভক্তি মাপলগী মবুংঙোনি,
ভক্তিনা নিমন্ত্রন কচ্চবি প্রভূ
প্রেমগা চন্দন ওইনা চংজবি।

নমজি বিযুনে হে গৌব হবি
কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জগেনে।
ব্রজগী অমুবা থাজ ওইবা
রাধিকাগী চান্নথোইবা।
মিশ্র পুবন্দবগী মচা,
জগৎপু লানবিবা হা গৌব।।০।।

## ব্যাখা

**(শ্রী গৌবাঙ্গ প্রভূনা কৃষ্ণ অবতাবগী মবমদা বর্ণন তৌবা)**

শ্রীকৃষ্ণ চেতনা কৌবা ঈশ্বব মা অহিংবা কুচুনা মপান্দা থা কোটি ঙমজনা ডানবা, রাধাগী কুচু মঙাল মশেক্লা নিক নিক লাওবা প্রেমগী মুর্ত্তি মনুংদা বস বাজ কৃষ্ণ ত্রিভঙ্গ

মুর্ত্তিনা লোৎলিবা যুগল রূপনি শ্রী গৌরাঙ্গা প্রভু। শ্রীমদ্ভাগবত শক্তম ওইবা ইবুংঙোনি অতৈ নত্তে শ্রীকৃষ্ণমক্কি গৌরাঙ্গাসে।

## নিংথৌশিংগী লমচৎ-শাজৎ

ভাগবতকী দশামস্কন্ধগী কৃষ্ণ জন্মগী বিবরনগী মতাংদা শকলি শোল্লি শ্রীমুখনা থম্বাল লকানা তাংজবা নয়ন্দগী প্রেমগী ধারা শিঙ্গ্না মনাই ভক্তশিং লোইননা (১) গোপীনাথ, (২) শঙ্কর, (৩) গোবিন্দ, (৪) গদাধর পণ্ডিত, (৫) স্বরূপ, (৬) রামানন্দ, (৭) হরিদাস নিত্যানন্দ প্রভু, (৮) অদ্বৈত অমসুং শ্রীবাসনচিংবা লোইনা লৈতেং ওইরি শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌবদা। গদাধর পণ্ডিতনা ভাগবত পাঠ তৌরি মিৎলু পিরাং ইহৌনা।

অহানবদা নিংশিংজৈ খুরমজৈ দ্বৈপায়ন বেদ ব্যাসবু; লৈনা ১২ পানবা ফুগাইনা শাৎলবা থম্বাল লৈরিক্না মরিক চুমলবা শ্রীমদ্ভাগবতপু লেংবিরম্বা। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা অমৃত রসবু অস্বাদন তৌবিরি। মমাংঙৈদা মধুপুর কৌবা রাজ্যদা উগ্রষেন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। দান ধর্ম্মদা, ধর্ম্ম কর্ম্মদা হরি ভক্তিদা পরায়ন ওইবা নিংথৌনি। মপাগী ওন্নতৈনবদা তৌবা মচা দৈত্যগী শাজৎ চৎপা কংস কৌবা অমা পোক্লম্মী। মপাগী লৈঙাক সাশন অদু পামদদুনা মপাবু বন্দি থমজিল্লম্মী অদুগা মানা নিংথৌ ওইরম্মী। মপাঙ্গল মথৌনা শক্তি লৈবনা মী লাই হিংচাবা মরোল অহুম্ব জয় তৌরম্মী।

মতম অদুদা মধুপুর (সুরশেনপুর) নৎত্রগা ব্রজ মণ্ডল কৌবা অসিদা জাৎ শাগৈ যাম্না লৈরম্মী। মথংশিৎনা ভোজ; যদু, অন্ধক কুকুবনচিংবা পুল্লপ পুন্না — বৃষ্ণি বংশ হায়না খংনখি। ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি বৈশ শূদ্রসু চারি জাৎ লৈবম্মী। ভোজ শাগৈনা অথোইবনি মবম অদুনা কংসবু ভোজরাজ কংস হায়না কৌনরম্মী। মতম অসিদা পৃথিবীদা পাল্লিবা নিংথৌশিং অসি হিংচাবগী শাজৎ চত্তুনা প্রজাবু য়াম্না ওৎ নৈবম্মী। মখোইগী অনিংবদা তৌদুনা প্রজাগী অবাবা অমত্তা য়েংবিরমদে। মফম মফম খুদিংদা হাৎনরি শুনরি নোংমা কাংদনা, পাপকী শাজৎ চত্তুনা পৃথি লূম্নবগী মশক ওইরম্মী। মদুদা পৃথি মাতানা খাঙ্বা ঙমদ্রদুনা শনবী অমগী শক্তম লৌদুনা ব্রহ্মাগী মফমদা হিক্ল হিক্ল কপ্পুনা বাকৎচখি। “ননাই ধবতী ঐদি খাঙ্বদা ৰারে, নিংথৌনা প্রজা পালন নিংথিনা তৌদরে অবানবা দুরাচাবনা মখোইগী হৈনবী ওইরে। উগ্রসেনগী মচা কংসনা মপাবু ফারগা বন্দি থমজিন্দুনা মশানা নিংথৌ ওইখরে মধুপুরদা। নুপী অঙাং শন ব্রাহ্মণবু য়াম্না থিনা ওৎপিখি। ব্রাহ্মন্না বেদ পাঠ তৌবদা তৌবা য়াদে হায়না থিংলে; মরম পুম্নমক অসিনা ধর্ম্ম লৈবা মীশিংদি অৰাবগী ঈপাক্তা তারে। অসিগুম্বা অত্যাচার ময়াম অসিগী পাপতনা — লূম্লদুনা পৃথি ঐনা পুজবা ঙমদরে।”

"পৃথ্বি মাতাগী ৱাঙাং ৱাকৎ তাবিদুনা চতুর্মুখ বিধি ব্রহ্মানা, লাইয়াম পুন্নমক হায়বদি মহাদেব, ইন্দ্র, যম, অশিনি কুমার, বসু নিপান, পাবন দেবনচিংবনা পুরুষোত্তম ভগবান পুর্ন ব্রহ্মানা চেপলিবা ক্ষীর সমুদ্র মপান্দা লাক্কুনা ব্রহ্মানা যোগাসন্দা ফমদুনা শ্রীহরিবু ধ্যান তৌজখি। শ্রীহরিনা আকাশ বানী ওইনা তাকপিরকখি।

"ৱাগনু হে ব্রহ্মা লাইযাম পুন্নমক ! হবি ঐনা দ্বাপর যুগকী মমৈদা দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা অবতার তৌরগনি। ফত্তবশিংবু মাংহন্দুনা সাধু বৈষ্ণবশিংবু কন্নবিরনি অদুগা ধর্ম্মবু রক্ষা তৌদুনা অফবা সংসার অমা শেম্নগনি। মরম অদুনা লাইয়ামশা নখোই হান্ন পোক্লুরো পৃথিবীদা, ব্রজ মণ্ডল অমদি হস্তীনাপুরনচিংবা মফমশিংদা হরি ঐনা শান্নবা লীলা মতেং পাংনবা। ফত্তবা মাঙ্‌হন্দুনা প্রেম ভক্তিগী লম্বী তাকপিবগে। দেব বানী অমদি লাওরম্লগা অন্তর্ধ্যান ওইবিখি শ্রীহবি, অদুগা অমুক হন্না তাবা ফংখিদরে।

মথংসিদি ব্যাস দেবনা লেংবিখ্রবা শ্রীমদ্ভগবতমগী দশমস্কন্ধদা নুমিৎ কোটি হেন্না লংলবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু খবদং ইজরি।

---

# শ্রীকৃষ্ণ লীলা

## "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়"

নারয়নং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ।।

শ্রীনারায়ণ, নর, নরোত্তম্ দেবী সরস্বতী
অমসুং ব্যাস দেববু খুরমজদুনা জয় (মঙ্গলগী মশক ওইরবা)
শ্রীমদ্ভাগবতমগী দশমস্কন্ধগী
শ্রীকৃষ্ণগী অবতার অমসুং পরং ব্রহ্ম মাগী
অমৃত হেনবা লীলাবু শকচ - শোঞ্জগে।

## শ্রীকৃষ্ণ অবতার

জয়তি জয়তি দেবো দেবকী নন্দনাসৌ,
জয়তি জয়তি বৃষ্ণি বংস প্রদীপঃ
জয়তি জয়তি মেঘ শ্যাম কমলাঙ্গঃ
জয়তি জয়তি পৃথ্বি ভার নাস মুকুণ্ডঃ

দ্বাপর যুগকী মমৈদা শ্রীকৃষ্ণনা নোঙ্গুমলকপা।
থৱান থাগী ২৩ নি নিন্দুংগী নিপান্নি পানবা রোহিনী
নক্ষত্রদা থানা লৈবা মতমদা, য়ুমশকৈশ নুমিৎকী
নোংয়াই চবুক য়ৌরকপা মতমদা নোংনা ৱা ৱা
চুদুনা শুক্কা মল্লবা অহিংদা কংসগী করাগাড়
কৈশুমশং মনুংদা বন্দি ওইনা লৈরিবী দেবকী অমদি বসুদেবগী
মচা ওইনা দেবকীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণ আবির্ভুত ওইখি (ফোংদোকখি)

# জন্ম কোষ্ঠি

মহাক্কী পোকপগী মতমদি মতৌ অসুন্না ওই—চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ অমসুং শনি গ্রহ মবি অসি মখোইগী উচ্চস্থান্দা (অৱাংবা মফমদা) লৈরম্মী (চন্দ্র বৃষরাশিদা মঙ্গল, মকব রাশিদা বুধ কন্য রাশিদা অমসুং শনি তুলা রাশিদা লৈরম্মী) লগ্না বৃষ রাশিনি: বৃহস্পতি গ্রহ লাভকী মফমদা (১১ শুবা ভাবতা) লৈরম্মী। সিংহ তুলানচিংবা রাশিদা (সিংহ কন্যা অমসুং তুলা রাশিদা) সুর্য্যি, শুক্র অমসুং রাহু মথং মথং লৈরম্মী। অহিং নোংয়াইগী মতমনি: অষ্টমীনি, য়ুমশকৈশনি, ব্রহ্মা মাগী স্বামী ওইবা রোহিনী নক্ষত্রনি। অসিগুম্বা মতমদা শাক্ষাৎ পরংব্রহ্মমক্না কমলনয়ণ শ্রীকৃষ্ণ মিং লৌদুনা অবির্ভাব তৌখি (ওইখি)।

> শ্রীমৎপরমহংস পরিব্রাজ কার্চায্য
> শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি বেদান্তচার্য্য
> সিদ্ধান্ত জ্যোতিষাচার্য্য না ইবা "অবতারগী
> অথুপ্পা ৱা" হায়বা লাইরিক্তগী শ্রীকৃষ্ণ
> অবতারগী মরমদা ইজবনি।

শ্রীকৃষ্ণ অবতারগী মরমদা মখাদসু অসুন্না ইরি।

শ্রীবিষ্ণু পুরান, শ্রীমদ্ভাগবত, হরিবংশ, ভবিষ্যপুবান্দা শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম তিথি অমদি মতম ইরি। খৃষ্টগী মমাং চহি ৩২৩০ জুলাই তাং ১৩ শগোলশেন নুমিৎকী অহিং নোংয়াই, শ্রাবনী কৃষ্ণ অষ্টমীগী অরোইবা শরুক্তা মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণনা লাংওনখি। অদুগা নোংয়াই মতুং লানবগা কৃষ্ণানবমী হেক চংলকপগা নন্দগ্রামদা যোগমায়ানা যশোদাগী কন্যা ওইনা পোকখি। শ্রীবিষ্ণু পুরানগী তৃতীয় অধ্যায় ৫ ম অংশদা ইরি মদুদি শ্রবন্য কৃষ্ণ অষ্টমীগী অহিং নোংয়াইদা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা পোকপা মতম অদুদা নোং থিৎলি থিৎলি চুখি। ভবিষ্য পুরানগী তয় খণ্ড, জন্মাষ্টমী ব্রত মহাত্ম্যদা অসুন্না ইরি, মদুদি শ্রীকৃষ্ণ বৃষ বাশি বৃষ লগ্ন রোহিনী নক্ষত্র অমদি রবিনা সিংহ রাশিদা লৈবা মতমদা পোকখি। অইবা ঐগী মত অমত্তুং থমজরবদা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মগী নুমিৎ অসি য়ুমশকৈশ অমসুং শগোলশেনগী লোম্নবা অহিং নোংয়াইদনি হায়না লৌজগে।

মথক্তা হায়খ্রিবশিং অসি মখাগী শ্লোক অসিনা উৎলি শ্রীকৃষ্ণগী অবতার (জন্ম কোষ্ঠী)।

> "দ্বাপরযুগ শেষে ভাদ্রকৃষ্ণাষ্টম্যাং রোহিনী
> নক্ষত্রে নিশীথে দেবকীগর্ভে আবির্ভূত:।

তস্য জন্মসময়: তথা-উচ্চস্থা শশিভৌমচান্দ্রি
শনয়ো লগ্নণং বৃষো লাভগো জীব: সিংহ
তুলা দিষু ক্রমবশাৎ পুষোশনেরাহব: ।
নিশীথ: সময়োহষমী বুধদি নং ব্রহ্মাক্ষর্মত্রক্ষনে
শ্রীকৃষ্ণ ভিধমম্বু জেক্ষনমভূদাবি: পরং ব্ধাতদিতি ।।"

**দেবকীগী অৱাবা**

ৱারেদা ! দেবকী ঐগী থম্মোইসে।
লেংবিরকলো হে বিষ্ণু ননাইগী মাংসিদা।
কোকপিররো কংসগী অকিবা চৈরাক্তগী।
দেবকী বসুদেব অনিবু কনবিরোগবা মতম ওইরে।

## বিষ্ণু ধ্যানম্

শান্তা কারং ভূজগশয়নং পদ্ম নাভং সুরেশং
বিশ্বা ধারং গগন সদৃশং মেঘবর্নং শুভাঙ্গং
লক্ষ্মী কান্তং কমলনয়নং যোগিভির্ধ্যান গম্যং
বন্দে বিষ্ণুং ভবভয়হরং সর্বলোকৈকনাথম্।

## শৈরেং

অমংবা নোংহৌ কুচুবু ঙমজবা
খুত্তা শঙ্খ চক্র, গদা পদ্ম পায়বা।
মনিগী লুহুপ্না নিংথিজবা কোক্তা,
খ্বাংদা সনা ফিগে থোনবা বনমালি।

অনন্ত শৈয্যাদা চেপলিবা শ্রীবিষ্ণু
লক্ষ্মীনা শ্রীচরন সেবা থৌগঞ্জবা।
ব্রম্মানা খোইদৌ থম্বালদা ঙাক্লিবা,
অনন্তনা থক্তা শেকপিনগুম খক্লিবা।
জগৎকী মবুংঙো হে পর ব্রহ্ম
অহানবসু নংনি অরোইবসু নংনি।
থাজ কোটি ঙমজবা মোমোন নোকপা,
ঙাল্লরে কংসগী মম্ল কৈশুম শংদা।

শ্রী বিষ্ণুনা আবির্ভাব ওইনা ফোংবিরে অদুগা তাকপিরকই ঃ—

"হে পিতো ! হে মাতা নখোই অনিনা হরি
ঐবু নচা ওইনা ফংজগে হায়না নহানমুক্কী
মপোক্তা সুতপা অমদি পৃশ্নি কৌরম্বনা
চাবা থকপা পুন্নমক কাওথোক্তুনা অকনবা
তপ তৌদুনা হরি ঐবু নিংজখি। নখোইগী
পূন্য ফলনা হন্দক্কী মপোক অসিদা নচা ওইনা ফংজবনি।

বসুদেব দেবকীনা খুৎ লোন্ননা হায়জখি হে নারায়নঃ
নংগী জগৎ শুমহৎপা নুংশিবা মুর্ত্তি অদু কংসনা
উরবদি ঐখোইবু অৱাফম তারগনি। ৱাহৈ অদু
তারগা হরিনা তাকপিখি।

শ্রীনারায়ন্না তাকপিরকই ঃ—
থৈবিয়ু ঐবু (নচাবু) গোকুল নন্দগ্রামদা অদুগা
থম্বিয়ু যশোদাগী নাকলদা ! পুবিরকউ যশোদাগী
মচা নুপীদো কংসগী কৈশুমশংদা।
বেদনা খঙবা ঙমদ্রবা ইবুংঙো মাগী লীলানি।
ৱাহৈশিং অসি তাকপিরম্লগা অঙাং ওন্দুনা তারে
লৈমাইদা। পাম্বোম মরি পানবা তোক্তুনা পামবোম
অনি পানখরে। জগৎ শুমহৎপা শক্তমনি,
ফুইনা নোংহৌ কুচুনি, প্রলয়গী ঈচাওদা তাওবা,
স্না খোংনাং মনা থক্তা, অঙাং শকলোন মুকুণ্ডনি।

## ঈশৈ (শ্রীকৃষ্ণ অবতার)

জগৎকী মবুংঙো হে কৃষ্ণ,
লেঙ্‌বিরকলে মর্ত্ত লোক্তা।
মালেমগী লূম্বা কোকপিনবা,
সাধু বৈষ্ণবপু কনবিনবা।

ধর্ম্মতবু য়োকপিনবা,
ফত্তববু মাঙ্‌হনবিনবা,
ভক্তি কর্ম্ম জ্ঞান তাকপিনবা,

লেঙ্‌বিরকপনি মর্ত্ত লোক্তা।
পোকপিরকপনি মীওইপোক্তা।

পুমঙাল ঙাক্লে কংসগী কৈশুমশং
শ্রীকৃষ্ণগী মেংল মঙাললনা।
তাকপিরে কৃষ্ণনা বসুদেবদা
থৈবিরো নচাবু নন্দগ্রাম (গোকুলদা)।

## শ্রীকৃষ্ণ অবতারদা অতিয়াগী শক্তম

ঙাইহাক লৈরগা স্বার্গসে (অতিয়াসে) পুমহাং হাংলে মঙ্গোলগী মশক ওইরে। নামিবা নুংশিৎনা লিরি লিরি শিৎলকলে। থৌরানমিচাক্লা তগুপ-তরেং ঙাল্লকলে। য়েংউ য়েংউ মাইকৈদা তরু তরু তশেং তশেংলে। শংবান্নবা অতিয়া উবা ফংলে। নিংথৌ তুরেন্না পরেং ওইনা উবা ফংলকলে।

স্বর্গদা বিমান তোংদুনা ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্রদেব, নুংশিৎ নিংথৌ, যমরাজ, বরুন, কুবের মাইকৈ ঙাকপা লাই নিপান নবগ্রহ, ধ্রুব, অষ্টবসু, দেবর্ষি নারদ — দৈত্য দানব, অগস্ত্য, ভৃগ্রু, মাকর্ণ্ডেয়, বিশ্বামিত্র কৌশিক, ধৌমা, মৈত্রেয়, মহাযোগী, শুকদেব, গৌতম মুনিনচিংবা লোইন কুম্মৈ য়েংলি জগৎকী মবুংঙো কৃষ্ণনা মালেমদা অবতার তৌবদা।

স্বার্গদা লৈবী অপ্সরাশিংনা ফিজেৎ ফিরোন নিংথিনা লৈতেংলবী; মুণি মুক্তা স্নাগী খুজি; খোংজি ঙক্কী লিকফাং পাম্বোম ফাবী নাইন্নচিংবা লৈতেংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নোঙ্গুম মঙ্গোলগীদমক খুৎ লোন্নরি মোমোন নোক্লা লৈশি লৈথোঞ্জরি। ঈশৈ হৈব গন্ধর্ব কয়ানা পুং জগোইগী গুরু চিত্ররথ গন্ধর্বদা খুৎ লোন্ননা হায়জৈ জগোই ঈশৈনা শ্রীকৃষ্ণগী অবতারদা মঙ্গোল পীরসি শৈথারোল শকশি। পুং শেন যন্ত্র শুনা য়াওরে। লাপতক্লা লেপলি নারদ ঋষি বিনা যন্ত্র পায়দুনা খোংলি নারায়ন নারায়ন হায়না ইংলবা শুরনা। ঈশৈ হৌরে।

**লাইয়াম্না মঙ্গল পীবা (ঈশৈ)**

পুম্নিন পুম্নিল নিঙ্লে স্বর্গ ধামসে
শ্রীকৃষ্ণগী মর্ত্ত অবতারদা।
চাইথরকলে পারিজাৎ খুজোক খুজোক
মবুংঙোগী শ্রীচরন থম্বালদা।

ব্রহ্মা সিব নারদ লাইয়াম্না
পীনরকলে মঙ্গোল খুৎ লোন্নবা।
মতোক লিশিং পানবা অনন্তনা,
থৌগঞ্জে শেকপিনগুম খান্না কৃষ্ণবু।

ফজবী অপ্সরা লাইরেম্বীশিংনা
অরংবা অশেংবা ফী লৈতেংলে।
জগোই শারকলে দুন্দুভি তাম্থাদা,
ঝন ঝন ঝন নিঙ্লি নুপুর খোঞ্জেল।

নোংথাং কুপলি — খুজি খোংজিনা
জগোইগী খুৎথেক্না হাইরকপদা।
খিকথরি অমৃত মালেম শিন্না,
মেঘ মল্লারগী রাগ শক্তিনা।

মালংনা লিরি লিবি থৌগল্লি,
নুংশিবা হৈনম লৈনম পুদুনা।
ইংজরে থম্মোই য়াকাইরকলে
লাওজৈ তত্তনা শ্রীকৃষ্ণনা জয়।

বসুদেব দেবকী অনিদো অঙকপনা খম্ থেংখরে মচাগী শুমহৎপা শক্তম উবদা। ফুইনা নোংহৌ কুচু ঙমজবা থাজ কোটিগী মঙালনি, মেংনা ইংনা ঙানবা শকফম্, য়েংদুনতা লৈনিংবা মিৎফম হোংনিংদবা জগৎকী মনুংদা লৈতবা নুংশিবা শকলোন্না থল্লবা। ভগবানগী ইচ্ছা কনানা খঙ্গনি। হৌজিক্তা — উৎলম্বা পাম্বোম মরি পানবা মুর্ত্তি অদু মাঙ্খরে অদুগা পোকপদা ঙাইরিবা অঙাংগী শক্তম্ লৌখরে। অঙকপনি শ্রীকৃষ্ণগী মায়া, দেবকীদো ব্যাসল্য প্রেমনা ইহৌরকলে। ইচা অসিবু কংসনা হাৎখ্রবদি দেবকী ঐদি মাঙজরেদকো। তোল্লিদা দেবকী ঐগী মপোক অসেঃ কৈশুমশংদা নুংশিখ্রবা ইচা অসিবু ফংজবা। নিংথৌগী কোনুংদা ইচা অসিবু ফংজরবদি নিংথেমনুবী কয়ানা পুমকোই কোইদুনা হরাও মথোই কানা ইচাবু আশীর্ব্বাদ পীগনি অব্রাৎপা লৈরোইদকো। অসুন্না বাসল্য প্রেমনা থুমহৎখিদুনা

মচা কায়নরগনি হায়বা ৱাখন্না কায়রবা থম্মোইনা তুমিন তুমিন মচাবু চিংনা চিংনা য়েংজদুনা খঞ্জখি হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা।

**দেবকীনা মচা কৃষ্ণবু পাওমেঞ্জবা, ৱাখল**

**(নাটক)**

ইমাগী যদুমনি পিক্লিবা,
চৎলোকো গোকুলদা লৈরুরো!
কৈশুমশংদা ৱানা লেঞ্জবী
কপ্পতনা পিরাং কংদ্রবী;
দেবকী ইমাবু কাওগনুকো।

কংসগী তমথীবা অকনবা চৈরাক,
মীনুংশি খঙ্দনা ওৎপা নৈবা,
য়োৎহ্লিং ফলাং চল্লবা নপাবু
লৌররাওকো ঐখোই অনিবু,
নংনা চাওর কাংদোং ফারগা।

ইমা পাওমেনগে মুন্না তারো নে,
সাধু বৈষ্ণবপু কনবিরকউকো।
ধর্ম্মবু য়োকপিয়ু ঙাকপিয়ুকো।
তোল্ল তারববু চিংখৎপিয়ু;
নংনা হয়েং চাওর, কাংদোং ফারগা।
লৌররাও নমা নপাবু কল্লোরাও
ফৎত্রবা কংসগী মখুত্তগী।।

**শ্রীকৃষ্ণবু নন্দালয়দা থৈবা**

বসুদেবদা থাংলমলিবা য়োৎহ্লিং ফলাং পুন্নমক মতোমতা হিকথদুনা লৈমাইদা তারম্মী। অথেঙ্বা অহিংনি মিচিক মিরাওখোন তাদবা মতমনি। থোংশংবশিংসু লোইনা তুমখুম তাল্লম্মী। বসুদেবনা মচাবু ফিনা য়োমশিল্লে অদুগা থুমোক অমগী মনুংদা হাপচিল্লি। ভগবান্না শান্নবা লীলানি অঙকপনা থনবা। কৈশুমশংগী য়োৎকী থোংজাওগী য়োৎকী পৌরোন ৱাইখুশিং অদু মথন মথন্তা হাংদোকচখি। মপান থোরকলে বসুদেব থোংজাও মথং মথং লাম্থোক্তুনা। চৎলকলে মচা পুদুনা গোকুলগী লম্বীদা। অঙকপনি বর্ষা ঋতু ওইবনা যমুনা তুরেল অদু অকিবা ফংনা চাওরম্মী ইথক ইপোন্না মরৈ মরৈ তাদুনা চেল্লম্মী।

লান্দবদি যাদে মচাবু থৈনবা। ইবুংঙো মাগী ইচছা কনানা খঙগনি — লমহুই অমনা লুখ্রবা যমুনা অদু চোপ চোপ লাল্লম্মী। কুমথবে যমুনা তুবেন্দা বসুদেবনা। লম্বী পিবি যমুনা মবুংঙোবু অদুঙৈ শ্রীবামচন্দ্রবু সমুদ্রনা লম্বী পীবগুম থোং অমা শাদুনা। ভা দশমস্কন্ধ

## শৈরেং

খঙদেনে বসুদেবনা কাওখবে
মচাদো জগৎকী মপু কৃষ্ণনি।
শ্রীহবি মানা শান্নবা লীলাবু
শ্রুতি শাস্ত্র বেদনসু খঙ্ঙমদে।
চেল্লি যমুনা ইথক ইপোম হৌনা
মবৈ মবৈ তানা অকিবা ফংনা।

কবম্না লানগনি পাক্লবা ঈশিং ইপাক,
কুমথখবে বসু মচা পুদুনা
লুপথবা হৌবকলে ইযাই যৌবদা
যমুনানা শোকচৈ খুযা থম্বালবু।

তাখবে কৃষ্ণ যমুনা ইবোন্দা
চেপখবে অনন্ত শয্যাদা হবি।
হান্নগুম লৈবম্মী কৃষ্ণ থুমোক্তা,
কযাদা ঙকখবে বসুদেবদো।

অনন্তনা খাল্লি হবিগী কোক্তা,
কংসনা উদনবা ঙাক শেন্দুনা।
গোকুলগী লম্বী যৌবে বসুদেব
চংলকলে নন্দগী কোনুং মনুংদা।

## ব্যাখা

নন্দগী কোনুংদা চংলকপদা উবম্মী বসুদেবনা
নুপী মচা অমা যশোদাগী নাকন্দা তুমদুনা লৈবম্বদো।
বসুদেবগী মচা অদু যশোদাগী নাকন্দা থল্লমলগা
অঙাং নুপী মচা অদু পুদুনা লাকলে কংসগী কৈশুমশংদা।

(যশোদাদি তুমদুনা লৈবা মরম্না মচা নুপী পোকইসু খংদে,
কৃষ্ণবু থনম্মী হায়বসু খংদে
শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ওইবনা)। থিন্দনা, অঙাং
নুপী মচা অদু পুদুনা বসুদেবনা হল্লকলে মথুরাদা।
কংসগী কৈশুমশংগী য়োংকী পোরোন্দো
মতোম মতোমতা লোনশিঞ্জখি বসুদেবনা অঙাং
নুপীমচাদো পুদুনা কৈশুমশং মনুংদা চংখ্রবা মতুংদা।
বসুদেবদা থাংলিবা য়োৎহ্লিং ফলাং অদুসু মথন মথন্তা
থাংজিনখি মাগী মখোং মখুৎনচিংবদা।
শ্রীহবিনা যোগ মায়া নিদ্রা দেবীবু চিংথোকখ্রবদা
থোংশংবা পুম্বা মিকপ থোক্লম্মী। অঙাং কপ্পা
মখোল তাবদা থোংশংবশিং অদুনা ফুক ফুক
হৌগত্তুনা কংস নিংথৌদা তাক্লুবে অঙাং পোকলে
দেবকীদো হায়না।

কংস — (কংসনা মশম মনা ইফা ফানা)
চেল্লকলে কৈশুমশংদা অদুগা হাযবকই —
"দেবকী। অঙাং অদু পীয়ু।—"

দেবকী — য়াম্মুং অঙাং অসিদি নুপীনি, মসিমদি
থমজরগে অঙাং নুপাসু নত্তবনা।
অদুগী মথক্তা ইচা নুপা তরুক হেক হেক
পোকপগা ইবুংদা শিন্নখিবদুনি।

কংস — দেববানীদা - নিপান শুবা দেবকীগী মচা
নুপানা কংস ঐগী মৃতুনি তাকপিখি।
দেববানীবু লানগদরা?

বসুদেব নংসু তাবা নৎত্রনে? দেবকীগী লুহোংবা
নুমিত্তা কংস ঐনা ইচনবু শগোলনা চিংবা দোলাইদা
তোংহন্দুনা থিনবা চৎপা মতমদা আকাশবানী লাওখিবা
নৎত্রনে? বসুদেব নংসু তারিবনি। লাইগী দেব-বানীবু
লানগদরা করিগী নুপী ওইনা পোকপনো?

নুমিত্তুমক্তদা দেবকীবু কংস ঐনা থাংনা কক্তুনা
হাৎকে তৌবদা হে বসুদেব নংনা ঐবু পেলহন্দুনা
দেবকীনা হেক পোকপা মচামখৈ ঐঙোন্দা শিন্নগে
হায়না ৱাশকখিবা নত্তবরা ? হে বসুদেব নং ৱাশক
ঙাকউ ! কদায় অঙাং অদু পীরো।

বসুদেব — তাবিয়ু ভোজরাজ ! বসুদেব ঐনা
অঙাং অসি শিন্নরগনি। দেবকীনা পোকপা অঙাং
তরুক্তি ভোজরাজগী মফমদা শিন্নজখ্রবনি ৱাশক ঙাক্তুনা।
(দেবকীগী মতম্বাক্তগী অঙাং নুপীমচা অদু মুল্লগা কংসদা পীরে।)

কংসনা — অঙাং অদু তাপ লৌরগা - মখোং অনি
পায়শিল্লগা নুংপাক্তা হায়হক্তুনা হাৎকে তৌবদা
— খংহৌদে মখুত্তগী নাম্থোক্তুনা পাইখৎখি
অতিয়াদা, অদুগা খুৎ নিপান পানবী থাং চুঙ্গোই খুৎশু
খুৎলাইনা লৈতেংবী পুমলং লংনা ফজবী যোগ মায়ানা
লাওরকই —

যোগ ময়া — "হে কংস হায়বা অপঙ্বা নংনা হাৎকে হায়বা নুপাদুদি পুরূযোত্তমনি
নংনা হাৎপা ঙমলোই। অঙাং অদুদি মফম অমদা পোকখ্রবনি।"

কংসনা — ইঙক ঙক্লা অতিয়াদা য়েংদুনা ঙাইহাক
লৈখি - করিনো অসিদি ইমা দুর্গনি করিগী, করম্না দেবকীগী গর্ভদা
পোক্লরিবা ?

নত্তে ! নত্তে ! ঐগী ৱাখল লাপ্লে।
হে বসুদেব মীনম্বা নংনা অঙাং অদু গোকুলদা
থৈখিবনি অদুগা নুপী পোকই হায়দুনা অঙাং অদু
কংস ঐঙোন্দা পীবনি।

বসুদেবনা — ভোজরাজ করিনো তাকপিরিবদুবো ?
কৈশুমশংদগী হেন্দোক্ত্রবা বসুদেব দেবকী ঐখোই
অনিনি, খোংদা য়োৎহ্লিং ফলাং চন্দুনা থম্বীবনি।
অদুগীসু মথক্তা থোং শংবনা ঙহাক লৈতনা চেকশিন্না
য়েংদুনা শেন্নদুনা লৈরিবনি।

কংস নিংথৌদো মথৱাই নুংঙাইতনা নিংজিং মাংজিন্না
পুক্লিং লৈতাফম খঙ্দনা চংখরে কোনুং মনুংদা।

"হবিবংশপুরান্না অসুম্না বর্ণন তৌরি মদুদি - যশোদা রানীনা — মচা ফাইবোক পোকই গোলোক নাথ কৃষ্ণগা যোগ মায়াগা।"

পুন্নমক অসিদি যশোদাদি — যোগ মায়া নিদ্রানা শুমখিবনা মচা ফাইবোক পোকই অঙাং উনৈ হায়বা করি অমত্তা খংহল্লমদে অদুগা মাগী মবুক্তুদি ময়েং তারম্মি অঙাং উনবগী মওংদি কায়দনা লৈরম্মী। বসুদেবনা পুরকপা দেবকীগী মচা অদু যশোদাগী নাকন্দা হেক থমজবদা যশোদাগী মচাগা দেবকীগী মচাগা অমত্তা ওইনা তিন্নখরে নোংগা নোংথাংগা তিন্নবগুম। বসুদেবনা নুপী অঙাং অদু পুরগা চৎখ্রিবদুনি। শ্রীহরিগী লীলাবু কনানা খঙ্গনি।

## ঈশৈ (যশোদা কৃষ্ণ)

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অঙকপনা থনবা,
পোকপনি, কৃষ্ণ - যোগ মায়া ফাইবোক ওইনা।
লাইবক ফবী নন্দ - রানী যশোদানা,
মমাংঙৈগী মাগী পূন্যগী ফলনা।

তিন্নখবে হেক্তা দেবকী বিষ্ণুগা
যশোদা কৃষ্ণগা অমত্তা ওইনা।
গোলোক নাথ কৃষ্ণ বৈকুণ্ঠ নাথ হবি
অনিসি অমত্তা ওইবনি খেন্নদে।

অশংবা থবোগী কুচুবু ঙমজবা
তনৌ তনৌবা রূপ জগৎ শুমহৎপা।
স্না ফিগে থোনবা, বাঁশিনা লৈতেংবা
কলাগী হৌরকফম রসগী তুংনফম।

নংদি অহানবনি পুন্নমক্কী হৌরকফম
কৌনৈ নংবু ঈশ্বর, গোবিন্দ, শ্রীকৃষ্ণ।
সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মপুনি নংদি
প্রকৃতি রাধানা নংগী লোইনবিনি।
যুগ খুদিং অবতার তৌরিবা বিষ্ণুদো
নংনি হে বৈকুন্থ নাথ শ্রীহরি।

## শ্রীকৃষ্ণগী মহিমাগুণ

শ্রীকৃষ্ণগী গুণাবলীগী মতাংদা খরদং ইজগে। ভক্তগী মখা পোনবা শ্রীহরিনি। মথক্কী মপোক্তা দ্রোন বসু কৌরম্বা অদুনা হন্দক্কী মপোক অসিদা নন্দরাজ অদুগা দ্রোন বসুগী নুপী ধারানা যশোদা ওইনা পোকপনি। ধারানা মচা ওইনা য়োকচগে শ্রীকৃষ্ণবু হায়খিবনা হন্দক যশোদানা শ্রীকৃষ্ণবু য়োকচখিবনি। চিংনগনু হে মহারাজ পরিক্ষীৎ ঐনা বর্ণন তৌরিবা কথাসে।

মরোল অহুমগী মবুংঙোনা পূন্য ক্ষেত্র মর্ত্তদা লেংবিরকপনি জীবগী কল্যান য়াইফনবা। শ্রীকৃষ্ণগী চাংদমনিংঙাই লৈতনা ফজবা নুংশিবা অরাৎপা লৈতবা মিৎফম হোংদনা শুমহৎপা শক্তমবু উবদা শ্রীমতি লক্ষ্মী ঠাকুরানীনা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংদুনা লৈবনি। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ ৬৪ নি অদুগা শ্রীবিষ্ণুগীনা গুণ ৬০ নি। গুণ ৪ হেনবনি শ্রীকৃষ্ণনা মদুদি — রূপ মাধুর্য্য, গুণ মাধুর্য্য, লীলা মাধুর্য্য অমসুং বেনু মাধুর্য্যনি।

বেনু খোংগে, গোষ্ঠ লীলা শান্নগে শন শেনগে, শনশেন্নহাশিংদা নুংশিবা সখাগী মহাও পীবিগে, শ্রীমতি রাধিকাগা খঙ্ঙমদ্রবা থুপথবা প্রেম ভক্তি রসনা ঈচেল ওইবা লীলা কয়া গোপীশিংগা শান্নগে, হায়না ব্রজ বৃন্দাবন্দা লেঙঙকপনি জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণনা। ইবুংঙোদি পুর্নতম ভগবান্নি ব্রজ বৃন্দাবন্দা, অদুগা মথুরাদা পুর্নতর ভগবান বৈকুণ্ঠ নাথ হরি (কৃষ্ণ), অদুগা দ্বারকাদা পুর্ন ভগবান বিষ্ণু পাম্বোম মরি পানবনি। অসুন্না ইবুংঙোনা তাংকক্ অহুম থোক্না শান্নবনি। পুন্নমক্তগী হেনবা প্রেম ভক্তি পীনবিবা বৃন্দাবন চন্দ্র রস রাজ ত্রিভঙ্গ রূপ ওইবা গোপীগী মবুংঙো শ্রীগোবিন্দনি বৃন্দাবন্দা, ভক্ত বৈষ্ণবকী থম্মোইদা লেংদনা লৈবনি। মরম অদুনা ইবুংঙোদি বৃন্দাবন থাদোক্তুনা খক লেংথোক্তে। "শ্রীবৃন্দাবনং পরিত্যজ এক পাদং ন গচ্ছতি"। মরমদুনা কবিশিংনা শিংথানরি মদুদি প্রেমগা মান্নবা লল অমমুক লৈতরে। রাধিকাসে প্রেমগী মুর্ত্তিনি। রাধা কৃষ্ণবু থম্মোইদা লাৎচবনি। জীব আত্মানা অরোইবদা বৃন্দাবন্দা ফংজবনি। হায়রিবসে অরাইবা রাফম নত্তে। ভক্ত বৈষ্ণবকী থম্মোইদা ঙানবা অশংবা মনিগুম্বনি ইবুংঙো মাদি। মাগী লোইবা নাইদ্রবা চরিত্রবু ব্রহ্মা, শিব, নারদ অনন্তনচিংবনা খঙবা ঙমদবনি। ইবুংঙোনা মর্ত্তদা তাংকক্ অহুম থোক্না লীলা শান্নবিখি। (১) বৃন্দাবন খণ্ড, (২) মথুরা খণ্ড অমসুং (৩) দ্বারকা খণ্ড।

হৌজিক শ্রীকৃষ্ণগী জন্ম বিবরনগী মতাং খরমখৈ ইবা লোইজরে। লোইবা নাইদ্রবা হরি মাগী চরিত্রনি শিংথাবা ঙমদ্রবা। মথংদা গর্গ সংহিতাগী মতাংদা খরা অমুক ইথজরকলি।

নারদ ঋষিনা মিথিলাগী নিংথৌ বহুলাশ্বগী মফমদা হায়রকই গর্গ সংহিতাদা ইরম্মী শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা গুণবু। শ্রীকৃষ্ণসে জগৎ ব্রহ্মগুগী মপুনি পর ব্রহ্ম সনাতন্নি। ইহান হান্না

মানা শেম্বনি। বিষ্ণু, নারায়ন, বৈকুণ্ঠ নাথ, মাগী শকলোন্নি। মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিয়া, লৈবাক, গ্রহ পুম্নমক মানা পুথোকপনি। ব্রহ্মা, শিব, অনন্ত মাগী অংশনা ওইবা ঙাক্তনি। পরমাত্মা বিষ্ণুগীসু আত্মানি মাদি। ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্তা চংদুনা লৈবনি। মাগী থৌজান্দি মপান নাইদে। জীব পুম্নমকপু লুনা তৌবিবনি।

মতম অমদা পৃথিদা পাল্লিবা নিংথৌশিংনা হিংচাবগী শাজৎ চত্তুনা মীনুংশি খঙ্‌দনা শা, কৈনা চৎকদবা লিচৎকুম অত্যাচার তৌদুনা প্রজাবু য়াম্না থীনা ওৎ নৈরম্মী। পাপকী অরূম্বনা পুবা — ঙমদ্রদুনা পৃথি মাতানা শনবী অমগী শক্তম লৌদুনা ব্রহ্মাগী মফমদা হঙ্গৎখি। পৃথি মাতাগী ৱা তারবা মতুংদা ব্রহ্মা, শিব, ইন্দ্র দেব অমদি লাইয়াম পুম্নমক্না গোলোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা লাক্লম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী ফংঙমদ্রবা শ্রীরূপ্পু দর্শন হেক ফংজবদা লাইয়াম পুম্নমক অদু মতু চুংজে জগৎ শুমহৎপা শক্তম উজবদা — ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা, চুড়া থোনবা খুত্তা বাঁশি পায়বা, স্না ফিগে থোনবা থাজ কোটি মঙাল ঙমজনা ইংলবা মাইথোং নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা শকফমনা তরাম তরাম লাইয়াম্বু নুংশিনা চান্না কৌবিখি। লাইয়াম্না ব্রহ্মা শিব অনন্তনা খুরু খুদক কুন্দুনা খুৎ লোন্নজৈ অদুগা হঙ্গৎচৈ। তাবিয়ু হে জগৎকী মবুংঙো গোবিন্দ — "ননাই পৃথি মাতাসে পুজবা ঙমদরে পাপকী অরূম্বনা; কয়াদা তমথিখ্রবা নিংথৌশিংগী লিচৎ শাজৎ, শা কৈগুম্না মীনুংশি খঙদনা প্রজাবু য়াম্না থীনা ওৎনৈবা মরম্না।" অসুম্না পাওদমলিঙৈ মতমদা লাইশিংগী মমাংদা উনা উনা পাম্বোম নিপাল পানবা বৈকুণ্ঠ নাথনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনশিনখি। অদুগী তুংদা বিরাট রূপ ওইবা নৃসিংহ ভগবান্না শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনশিনখি। মথং মথং শ্বেতদ্বীপকী মপু ওইবা, মফম পুম্নমক্তা শিনথুংনা লৈবা বিরাট পুরুষকী মশক ওইবা অঙৌবা শগোল লক্ষা অমনচিংবা দোলাইদা লাক্তুনা পাম্বোম লিশিং অমা পানবা শ্রীনারায়ন্না, লক্ষ্মীনা সেবা তৌদুনা খুৎলাই মতিক চানা পায়দুনা মনাই পার্ষদশিংনা সেবা তৌদুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা চংদুনা তিনখি। অদুগা পাম্বোম কল্লবা মিৎস্না থম্বাল নুংশিবা, লীরুং পায়বদা পকচবা শ্রীরামচন্দ্রনা, সীতা দেবীনা থৌগন্দুনা - লক্ষ্মনচিংবা মনাওশিংনা কোইরদুনা, নুমিৎ কোটি তরাগী মঙালগুম্লবা দোলাই তোংদুনা লাক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনশিনখি।

মখাতানা নারদনা তাকপিরকখি বহুলাশ্ব নিংথৌদা মথক্তা পল্লিবা বৈকুণ্ঠনাথ, শ্বেতদ্বীপকী নারায়ন, নৃসিংহ দেব অমসুং রামচন্দ্রশিংসে শ্রীকৃষ্ণদগী থোকখিবা ঙাক্তনি। চহি কয়া তপ তৌদুনা নিংজরবসু ইবুংঙো মাবু ফংজবা হায়বদো ওইথোক্তবনি। ধ্রুব নারদ (ঐ) অমসুং ভক্ত প্রহলাদনা দর্শন ফংদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণগী তাঙ্‌লবা শ্রীরূপনি।

লাইশিংনা খুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ করম্বা মতমদা ইবুংঙোনা মালেম পৃথিবীদা অবতার তৌরক্কনি। তাকপিয়ু ননাই ঐখোইদা।

শ্রীমুখনা তাকপিরকই —

বৈবস্বত মনুনা পুবা ২৮ শুবা দ্বাপর যুগতা দেবকী বসুদেবগী মচা ওইনা অবির্ভাব ওইনা পোক্কনি অদুগা গোলোক নাথ ইশামক্না নন্দ যশোদাগী মপারি ওইদুনা প্রেম ভক্তিগী বাস লীলা শান্নগনি পুন্য চেনবী বৃন্দাবন্দা।

মতুংদা কংসবু বধ তৌগনি, পৃথিগী অরূস্বা কোকপিগনি ধর্ম্ম ক্ষেত্র কুরু ক্ষেত্রদা নুংশিরবা ইনাই পঞ্চপাণ্ডবকী মতেংনা ফত্রবা পাপ চেল্লবা পৃথিগী, নিংথৌমচা ময়াম লানবিগনি। অসুন্না তাকপিরম্লগা অন্তবধ্যান ওইখরে শ্রীগোবিন্দা।

নারদ মুনিনা মখা তানা অমুক হায়রকই — হন্দক দ্বাপর যুগকী মমৈদা অবতার তৌরিবা শ্রীকৃষ্ণ অসিদি পরি পুর্নিতম ভগবান্নি শ্রীবৃন্দাবন্দা। অদুগা মথুরাদা পুর্নতরনি অদুগা দ্বারকাদা পুর্ন ভগবান্নি শ্রী বিষ্ণুনি। হে বহুলাশ্ব নিংথৌ নং খংউনে মদুদি গোলোক্তা শ্রীকৃষ্ণদা চংদুনা তিনখিবা বৈকুন্ঠ নাথ অমসুং শ্বেতদ্বীপকী শ্রী নাবায়ননি। শ্রীকৃষ্ণসে মপুং ফাবা অৱাৎপা লৈতবা ঐশ্বর্য্য তরুক্না তিনবা ভগবান্নি। "গোলোক্তা লৈবা কৃষ্ণ ঐনা ঐগী উঙমদ্রবা শক্তম অসি উহনগে হায়না ব্রজ বৃন্দাবন্দা ঐগী হকচাং পুরদুনা লাকপনি" — হায়না নাবদনা বহুলাশ্ব নিংথৌদা ৱারি লীথখি। শ্রীকৃষ্ণদি পুর্ন-ব্রহ্মনি মরম অসিনা "কৃষ্ণস্তু ভগবান স্বযম" হায়রিবনি। ব্রহ্মানা প্রার্থনা কচৈ শ্রীকৃষ্ণবু লৈশি লৈথোঞ্জে।

## শৈরেং

জগৎকী মপু হে পর ব্রহ্ম কৃষ্ণ,
পূর্নতম ভগবান নংবু খুরমজৈ।
নংগী শকলোন্নি বৈকুন্ঠ নাথ বিষ্ণু
ব্রহ্মা, শিব, অনন্ত নংগী অংশনি।

শ্বেত দ্বীপ নারায়ন লক্ষ্মীগা লোইননা
লাক্কুনা তিন্নখি কৃষ্ণগী হকচাংদা।
নৃসিংহ বিরাট শকফম ওইবা হরিনা
তিল্লরে হে কৃষ্ণ নংগী শ্রীঅঙ্গদা।

পুন্নমক্কী আত্মা ওইবা হে গোবিন্দ!
নংতনা ওইবনি বিষ্ণু ময়ামসে।
পুথোকখি শকহেনবা পাঙ্গলবা রামচন্দ্র
অমুকসু তিনশিল্লি নংগী শ্রীঅঙ্গদা।

বিষুণ্ণা মালেমদা অবতার তৌবসে,
অংশ অমদি কলা হায়না খাইদোকলি।
পরশুরামদা কলা তরাদমক চংই,
নৃসিংহ ভগবান কলা তরানিথোইনি।
ভগবান রাম কলা তরামরিদনি।
কৃষ্ণদি কলা তরাতরুক মপুংনি।।

## ব্যাখা

ফুইনা নোংহৌ ঙম্বা চুরানা লৈতেংবা
জগৎপু শুমহৎপা বাঁশি পায়বা কৃষ্ণ।
তাকপিরকই হে ব্রহ্মা মুন্না তারোনে!
দ্বাপর যুগকী মমৈদা কৃষ্ণ ঐনা
ইশামক ঐগী মুর্ত্তিসি পুরদুনা
লাককনি শ্রীধাম ব্রজ বৃন্দাবন্দা।

## ঈশৈ

নারদনা হায় - তারো হে বহুলাশ্ব!
হান্না শেমখ্রবনি অথোইবী বৃন্দাবন,
বন তরানিথোই অমত্তা চিংখদনা।
চেলহল্লি যমুনা, লৈহল্লি গোবর্দ্ধন,
গোলোক বৃন্দাবন্দগী খাইদোক্তুনা
ইথক হৌবা প্রেমগী লীলা শান্ননবা। (গর্গ সংহিতা)

ইংলবা কৃষ্ণগী শুমহৎপা শকফম্বু,
— দর্শন পীনবিরে জগৎনা ফংঙমদ্রবা।
ফুইনা নোংহৌ চুড়া চেপ্পা লৈতেংবা
মথেক অহুমদা বাঁশি পায়বা শ্যাম রূপ।

চহি কয়া ঐবুতা নিংজবীশিং
গোপী পুন্নমক্কা শান্ননি রাস লীলা।
থম্মোই ইথক হৌহনগনি রাধাবু
নুংশিরবা ঐগী বাঁশি শুর তাবদা।

য়েনগনি ঐনা জগত্তা ভক্তি প্রেম,
ফংজরগা প্রেম রস কোকচনি পাপ মখৈ।
য়াংহনগনি পৃথিগী অরূম্বসু
জগত্তা শাস্ত্র বিদ্যা ধর্ম্ম তম্বীনি।

## গোকুল খণ্ড "নন্দ মহোৎসব"

ওঁ নমো গনেশায় !

ওঁ সরস্বতী মহাভাগে বিদ্যে কমল লোচনে।
বিশ্বরুপী বিশালাক্ষী বিদ্যাং দেহি নামোহস্তুতে।

## গুরু বন্দনা

ধ্যানমুলং গুরোর্মুর্ত্তি পুজামুলং গুরো: পদম।
মন্ত্র মুলং গুরোর্ববাক্যং মোক্ষমূলং গুরো: কৃপা।।

অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া।
চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নম:।।

## গৌরচন্দ্র

লেঙশিনবিরকউ গৌরহরি
হরি সংকীর্ত্তন ময়াইসিদা।
ভক্তিনা নিমন্ত্রন কচ্চরি প্রভূ
প্রেম্না চন্দন ওইনা চংজরি।

কৌজরি নংবু খোঞ্জেল ৰাংনা
তাবিয়ু প্রভূ থৌজাল হৈব।
সংকীর্ত্তনগী মপুনি নংদি
ভক্তি মাপলগী মবুংঙোনি।

লোইনবিরকউ নিত্যানন্দ,
আদ্বৈত গদাধর শ্রীবাস।
পুংলোনগী নুংশিবা খোম্থোক্তা
রাধা কৃষ্ণ নাম শোঞ্জগেনে।

শ্রীকৃষ্ণগী অংশনা ওইবা শ্রীল শ্রীযুক্ত ব্যাস দেবগী মগুনবু শৈথাজবি হংঙোইগী লৈযেং ফংদবা ননাইনা। মপান নাইদ্রবা শ্রীমদ্ভাগবতকী পান্নবা ইপাক্তা দশমস্কন্ধগী থম্বাল মনা ১০৮ পানবা শংবান্ন মচুনা লৈতেংবা মনমনা তাইবং জগৎ শিন্থুংবা, মঙালনা জগত্তা নুমিৎ কোটি মঙালগুম ঙানবা অদুগী থম্বাল লৈবিক্তগী হেন্না থোৎপা ভক্তিগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু বর্নন তৌজবা ননাইগী ইতিক ইপা চাজদে। ননাইনা ইজবি খবদং হৈত হৈতনা। মথোং চাদবা কযা যাওববসু সাধু বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপিগনি চৈবিগনি। চৈবিবগা থোইনা হেন্না পেঞ্জগনি।

**হরিবংশ পুরান্না অসুন্না হায়রি**

থৌবান থাগী নিন্দুং নিপান্নি পানবদা
রোহিনী নক্ষত্রদা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার।
গোলোক নাথ কৃষ্ণ অমদি যোগ মাযানা
ফোংদোকখি ফাইবোক্কুম অবির্ভাব ওইদুনা।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কনানা খঙ্গনি,
যশোদাসু খংদে, অঙাং উনবা মতমদা।
জগৎনা হাযনৈ দেবকীগী মচানি,
তাইবংনা শোন্নৈ যশোদগী মচানি।

মমাংগী মপোক্তা ধাবা কৌবস্বীনা
যশোদা কৌদুনা কৃষ্ণবু ফংজখি।
ইবুংঙো মাগী থৌজান্দি মপান নাইদেনে,
নিংজবগী মখা পোন্না ফংহনবনি।

## শৈরেং

পোকপা শিব নাইদ্রবা শ্রীহরিবু
ফংজরে যশোদানা মচা ওইনা।
অচম্বা অঙাংগুম কপ্পা তাদুনা
চেনশিঞ্জে গোপীশিং হবাওদুনা।

চেপ্পকলে নন্দ নিংথৌ থিন্দনা
হবাও মথোই কাবে মচা ফংবদা।
শুমহৎলে নন্দ নিংথৌ যশোদা,
মচাগী ফজবা কপ উজবদা।

অশংবা মণিগুম নিক নিক লাওবা,
থাজ কোতিগী মঙাল ঙমজবা
থম্বাল লকানা তাংজবা মিৎস্না
তয়ানবু ঙমজবা চিবান্নি গোপাল।

ভগবতি পৌর্ণমাসিনা হায
য়েংউনে নংবো হে নন্দমুখি।
প্রলয়গী মতমদা বাল মুকুন্দনা
খোংনাং মনাদা তাওবগুম ফজে।

## শুকদেব বাক্য

তারোনে হে পরিক্ষীৎ মহারাজ হরিগী লীলাদি অমৃত কথানি। তাবিমখৈ পেন্দবনি। পোকপা শিব নাইদবা হরিনা, যশোদাবু মচা ওইনা ফংহল্লি। যোগিন্দ্র মুনিন্দ্রনা হরিবু দর্শন ফংনবগীদমক চাদ-থক্তনা ধ্যান তৌজদুনা উপাষানাদা লূপচবনি। নহালমুক্কী মপোক্কী মাগী পূণ্য ফলনা শ্রীহবিবু মচা ওইনা ফংজবনি। দ্রোন বসু কৌরম্বা অদুনা হন্দক নন্দ ওইরবনি অদুগা ধারা কৌবীনা যশোদা বানী ওইবরিবনি।

হরি মাগী লীলা কনানা খঙগনি, অঙাং উনবা নুমিদাং নোংয়াইদা মচা ফাইবোক পোকই হায়বসু খঙহনদে অদুগা বসুদেবনা কৃষ্ণবু থৈবদুনা যশোদাগী মনাক্তা থম্লবসু খঙদে।

### যশোদানা মচা কৃষ্ণবু ফংজবা

যশোদানা মিকপ থোক্লক্লবা মতমদা মচাবু অদুম মুন্না য়েংদুনা অদুম লৈখি। করিনো সিদি ঐগী ইচাবো। হে হরি ননাইনা মীযাই চল্লক্লবা মতমদা অশংবা মনি মঙাল ঙমজবা ইচা নুপা অমা পীনবিবে। ইচাগী মাইথোংসিদি থাজনা ইকাইবা শকফমনি। জগৎকী মনুংদা থিবদা ফংলোই, মঙালনা থাবল মঙালদগী হেন্না ইংই অনৌবা নোংহৌ কুচুনি - করিমত্তা অৱাৎপা লৈতেদকো ইমানা য়েংবদা। গোপ জাত্তা পোকপনি হায়না ইমানা নংবু কৌগেনে গোপাল। ঙাওরে ঐবো বাসল্য প্রেমনা। খঙদেনে যশোদা রানীদো শ্রীহরিবু মচা ওইনা ফংজবনি। রোহিনীনচিংবী ব্রজ গোপী; ভগবতী পৌণমাসী অমদি নিংথেমনুবীশিংনা মচা গোপালবু য়েংদুনা অদুম লৈখি। করিনো কুম্মৈ ওইরে মচা গোপালবু উবদা। মচাগী বাসল্য প্রেমনা ইথক হৌরকলে যশোদা শনবী চাজেনবীগুম অদুগা মচাবু তম্পাক্তা পমদুনা হায়রকই নুংশিবা খোম্থোক্না —

## শৈরেং

ফজৈদকো ইমাগী নীলমনি,
ইমানা কৌগেনে নংবু গোপাল।
অশংবা থরোগুম ফজবা হকচাং,
থম্বাল লকাবু ঙমজবা মিৎস্নানি।

কৈনোনে ঐবু য়েংলিমখৈ পেন্দে,
ইমাগী থম্মোই হুবা লাকপরা। (গোপাল)
হে গোপাল থা কোটিবু ঙমজবা মাইথোং,
বাশিনা পুময়োম য়োম্বা নহাকপু।

কয়াদা ইংলে নিংথৌগী কোনুংসে,
অশংবা নঙান্না য়ৈবদা গোপাল।
লাইবক ফৈদা নন্দ যশোদা ঐখোইনা
থাজ নংবু ইচা ওইনা ফংজবা।

নোংঙাল্লে অয়ুক্কী অইংবা মতমনি, ঙাংঙ্গ্রাবা কোরৌ মশেক মঙালনা গোকুলদা মণি মুক্তা চাইবগুম চাইথরক্লে। দিনমনী কৌবা মহাকসু খঙই, জগৎকী মপু শ্রী হরিনা মালেমদা লেংথরক্লে হায়না মোমোন মোমোন নোক্লা খিকথরকখি মঙাল মপৈ মপৈ লিক্লাং লৈবাংগুম স্নাগী মচুনা। স্বর্গগী লাইরেম্বীশিংনা শাইওনবা গোপীশিং ঙাক্তনি গোকুলদা লৈরিবা পুন্নমক। থম্বাল লকাবু ঙমজবা ফজবা মিত্তা পানবী কুচু হেল্লবী তনাপ তনাপ নিংথিবী গোপীশিংনা গোপী জাতিগী হৌনবী ফিজেৎ নির্ংথিজবা ফজবা, ফুরিৎ, কুণ্ডল নাইন্নচিংবা শেৎ-চাদুনা লাক্লখি, নন্দগী শঙ্গাইদা। অথেনপোৎকা লোইননা যশোদাগী মচা গোপালবু য়েংনবা মীতনা কোনুংদো তিনখি চিক্লা চাইনবা য়াদবমখৈ ক্রিক ক্রিক ইন্ননা।

নন্দ নিংথৌনা রাজ বেশ লৈতেংদুনা ফজবা অরংবা অশেংবা ফিরোল শেত্তুনা মাগী উপনন্দশিং মনাইশিংগা লোইননা লাকইবা ময়ামদো তরাম তরাম ওকলি। যশোদা রানী শকহেনবী গোপালগী মমাসু স্নানা শাবা মুক্তা থিনবা খুজিগী লৈতেং খুদোপ খোংদোপ, ফজবা আভরন লৈতেংদুনা পুমঙান ঙান্না নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈতনা মচাবু পমদুনা ইমুংদা ফমখি। অঙাং য়েংলিবা গোপী ময়াম অদু কুম্মৈ ওইরে মিৎফম হোংদে।

## ঈশৈ

যেংউনে সখী গোপালগী শক্তম
কযাদা ফজৈ চাংদমফম লৈতে।
জগৎকী মনুংদা থিবদা ফংলোই,
অশংবা মনি, কুচুনা নিক নিক।

অশংবা মঙান্না পুকনিংসে ইংলে
জগৎসে মঙ্গোলগী মশক ওইবে।
থা কোটি ঙমজবা নুংশিবা মাইথোংনি।
যেংলিমখৈ পেন্দে মিৎফম হোংনিংদেসে।

বাশিনা যোম্বা লাইগী শক্তমনি,
কামদেববু শরুক কোটি হেল্লি।
লাইবক ফৈ যশোদা বানী নংসে
লাইগুম্বা নচা অমা ফংজবা।

**নন্দগী বৈভব (মরল মথুম)**

ইনাক খুনবা নিংথৌনি নন্দ মহাবাজ। শনবী কোটি অমা হেন্না লোইবনি। শঙ্গোম অমসুং শঙ্গোমগী পোৎথোক ঘী, মাখন্নচিংবা যোনবতদা স্না লুপাতনা চীংমুক পৈবনি। মাগী প্রজাসু শা শন যোকপনা শঙ্গোম যোনবনা মথৌনি। নিংথৌগী ফজবা মমল যাম্লবা নুংতনা শাবা কোনুং অমসুং শঙ্গোলতনা শাংনা শাখ্রিবা মদুদা শন হোৎননবা স্না লিক্কোন পীদুনা মী যাম্না থমলিবা, হাযদুনা কান্নদে। লক্ষ্মীনা ভাণ্ডাব ওইবনি। যমুনা তাবা ফজবা লম্বী বাজপন্থ অমা লৈ মদুদা নাক যেত্তা হৈনৌ থৈবোংনা নোল্লুক নোল্লুক হৌবিবা। নিংথৌগী শনথোংদা লাইওইববা উ ফাইবোক অমসু হৌবি মদুবু কনা অমত্তনা শোরুদে। মাগী প্রজাগী যুমশিংদি ইনা কুপ্পনি তান্না তান্না শাখবি, শন্দোকখবি উবক বাবক্তা শঙ্গোলশিংগা লোইননা মবক মবক্তা হৌবি উজাও পাম্বী খোংনাংনচিংবা।

## শৈরেং

নন্দগী চাওববা মাণ্ডব অমা
মনিতনা হত্তুনা শাববা,
লৈবোংনা যেক খোত্তুনা শেম্লবা,
মী যাম্না চনবা ফজবা মাণ্ডবনি।

ফজবা লিক্লাই য়ুম্বী কয়ানি
ইন্দ্র, নিলমনীনা থাম্লবা
সুর্য্য কান্তি মনিনা, ফকলাং ওইবা,
অয়ুক নুংথিল খাইদ-ইঙাল ঙাল্লিবা।

মাণ্ডব ময়োল অকোইবদা থেৎলি
মথং মথং অয়েকপা লাইগী মুর্ত্তি
মৎস্য অবতার, (কচ্ছপ) থেঙ্গু অবতার,
বারহ অবতার, নৃসিংহ শক্তম।
বামন পরশুরাম, লীরুং পায়বা রাম।

মাণ্ডবকী মনাক্তা, মনি মন্দির লৈ,
মমল য়াম্ল স্পর্স মনিনা শাবা।
মন্দির মতোন্দা নীল চক্রগী
নুংশিবা মখোন্না থম্মোই ইংলিবা।

মন্দিব মাঙ্গোন্দা গরুড়গী মুর্ত্তি,
হনুমান মুর্ত্তিগা লোইননা থমলি।
সিংহাসন্দা লক্ষ্মী নারায়ন্না
ঙাল্লি নুমিৎ থাগুম পুমঙান ঙান্না।

কাংশি মখোন্না পুক্লিং হুরিবা,
পুংজা খুদিং ওইনা য়েরকপদা।
ধুপ দ্বীপ মনমনা কয়া নুংশিবা
অনিশুবা গোলোকনি গোকুলসে।
ফংজরি সেবা তুলসী পাম্বীনা।।

মনি মন্দিরগী অকোইবদু তনান তনান পুমলং লংনা মমল য়াম্লবা স্পর্স মনি ইন্দ্র সুর্য্য কান্তি মণিগী নুংনা থারিবা পরিক্রমা চৎনবা লম্বীনি। লম্বীগী নাক য়েত্তা হৈকোল লৈকোল শেমলি। ফুগাইনা শাৎলকপা মতমদা লৈগী লৈনমনা কয়াদা পুক্লিং হুরিবা। জাতি, যুতি, মাধবী, মাল্লিকা, শেফালিকানা লৈকা ফন্না ফন্না শাৎচরি। মালংনা লিরি-লিরি হুমদুনা খোমদুনা পুরি লৈনম, কচ্চরি মবুংঙো মবেম্মগী চরন থম্বালদা। মনি মন্দির মাণ্ডব তাবা লম্বী অদুনা কয়াদা তনাল তনাল তরু তরু শেংদোক্তুনা চন্দন থাওনা উফুল ফারিবা। মফম মফম খুদিংদা ঘট চফু, লফু পাম্বী য়ুংলিবা, মচা ফংবগী নুংঙাইজরদুনা

মুনি ঋষিশিং দেবা দেবীশিং লাকপদা ওক্নবা শনথোংদগী লেপ্তুনা যেংবদা কযাদা ফজখ্রবা শকলোন্ন থনবা, বন ১২ না শন্দোকখবি বৃন্দাবন তন্না।

১) মহাবন — বন অসি গোকুলগা খ্বাইদগী নক্নবনি। অমসুং কংসাগী কোনুংগী মনুংদা মথুবাদা শ্রীকৃষ্ণগী জন্মস্থান্নি। যমুনা তুবেলতনা খল্লিবনি। অমুক মনাক নকপদা বাধিকাগী পোকফম বাভেল গ্রাম অমসুং বর্ষান লৈ মফম অদু বৃষভানুপুব হাযনা খংনৈ বৃষভানুগী কোনুং শাদুনা লৈবিবনি। ২) ভদ্রবন, ৩) ভান্দীববন, ৪) লৌহাবন, ৫) বিল্ববন, ৬) তালবন, ৭) মধুবন, ৮) কুমুদবন — মফমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা জলকেলি শান্নফমনি। ৯) বহুলাবন, ১০) কাম্যবন, ১১) খাদিববন, ১২) বৃন্দাবন — বৃন্দানা লাইনিংবা মফম। মানা শেমজবা বন্নি হাযদুনা বৃন্দাবন থোনখিবনি।

গীবিবাজ গোবর্দ্ধন্না চীং লেম্না লেপলিবা। যমুনানা লিক্লাংগুম থেক্না খোইনা চেল্লিবা। বাধা কৃষ্ণগী শান্নফম লাইবৈবাক গোলোক বৃন্দাবনগী মচেৎ অমা থাদবক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা মর্ত্তদা বৃন্দাবন শেমখিবনি শ্রী বাধা গোবিন্দনা বাসনচিংবা শান্নগে খন্দুনা। মবম অদুদগী জগৎকী মনুংদা শ্রীধাম বৃন্দাবন্না অথোইবনি। স্বর্গগী যমুনানা মর্ত্তদা চেলহনবনি। দ্রোন পর্ব্বগী মচানুপা গীবিবাজ গোবর্দ্ধনবু পুলস্ত্য মুনিনা পুবক্তুনা বৃন্দাবন্দা থম্লবনি মাগী যোগ শক্তিনা অদুগীসু মথক্তা গোলোক ধামগী কুঞ্জবনশিং অদু বৃন্দাবন্দা শেমখিবনি। জীবনা শিববা মতমদা নৎত্রগা বৃন্দাবন্দা শিজববদি লেপ্নমক মুক্তি ফংবা অদু ওইবিবনি, বাধা কৃষ্ণগী চবন নাক্তা লেংদনা লৈদুনা পোকপা শিব অমুক লৈতবে। তাপ অহুমগী মৈচাক ফংলবোই।

হন্দক ব্রজদা পোক্লবিবা গোপীশিং অসি স্বর্গগী বিদ্যাধাবিশিং, সিদ্ধি গোপীশিং, শ্রুতিনা ওনবা বেদনচিংবনা শাইওনবা ঙাক্তনি। কবি অমুক হাযগনি মখোইগী শকফম চমনা ফজবদ্দি ফোংদোকপগী বাংমদা লৈথ্রবনি।

## সুত্র

খোবক লে জগোই শাবীশিং
চেংলোই খুথেক কৎনবা
লাইগা লাইমাং মান্দবদা।

## শৈরেং

ফজেদা গোকুলগী ইরেম্মশিংসে
চুং ফিবান চাবী শাবান্ন লমযৌবী।

লেংবান ফল্লপ, পাম্বোম শমু নাতান,
চেংলবা খ্বাংনি লফু লেমরাগুম।

কোক্তা শম্বুল লৈ পরেং য়েৎলিবী
নাপু মচুগী ফুরিৎ লিৎলিবী
ফজবা আভরন (ফিজেৎ) লৈতেংলিবী
খ্বাংদা কিঙ্কিনীনা ইরং লংলিবী।

নিংথিবা ঙকশমদা স্নাগী লিকফাং
নৌর খুজেংদা স্নাগী খুজি তান।
তুল্লবা খুৎচাদা স্নাগী খুদোপ,
খোংদা খোংজি নুপুরনা নিল্লিবা।

নটবর বেশ (জগোইগী ফিজেৎ) থোনবদা পকচবী
য়েংবদা পুক্নিং শুমহৎলিবীনি।
কামগী খোংথাংনা ঝন ঝন লাওরিবী
হাইফেৎ য়েংবদা পুক্নিং হুরিবী।”

# শ্রীকৃষ্ণ পোকপগী দৃশ (শকলোন)

## সুত্রগী ঈশৈ

ফজৈদা থৌৱান থা, কৃষ্ণনা খোংদাবা,
শিথবকপা নিপান্নি পানবা অহিংসে।
থম্মোইবু ইংহনবা শকলোন্না থল্লবা,
নোংঙাল্লমদাই থাজ মচেৎনা ঙাল্লিবা,
তগুপ তবেং থৌৱানমিচাক্লা ইবং লং।।

চিংখৈ ফিদুপ হুল্লে অযুক ওইবকলে,
ইংল নামিবা নুংশিৎনা লিবি হুমলি।
লৈকা ফন্না শাৎলবা লৈবাংশিংদা
খোইমুনা ঙংলি চাক্লা চাক্লা গুন গুন।

ঙাংঙ্বাবা মঙানগা লোইননা কোবৌনা
চাইথবকলি মনি মুক্তা খিকথবি অমৃত।
কৃষ্ণগী অবতাব তাইবং জগত্তা,
মালেমগী পুঙমদ্র অব্দম্বা কোক্লবা।

## ব্যাখা

তাইবং থম্মোই ইংলে, হবাওবে নুংঙাইবে,
শান্তি নুংশিৎনা শিৎলকলে থম্মোই খুদিং।
হাযবকই গর্গ মুনিনা তপ্পা তপ্পা,
নন্দগী মচাসে জগৎকী মপুনি।
নন্দ নিংথৌ যশোদানা ফংজবনি
মখোইগী পূণ্য ফলনা।
নহানমুক্তী অহুমশুবা মপোক্তা
দ্রোন বসু ধাবা কৌবম্বনা অকনবা তপ তৌজখি শ্রীকৃষ্ণবু

মচা ওইনা ফংজগে হাযনা। অসুম্না হন্দক নন্দ অমসুং যশোদা নখোই অনিনা কৃষ্ণবু নচা ওইনা ফংজবনি।

## রাগ

জগোই হৌবে ঈশৈগা লোইননা
চা-ন-বা পুংলোন যন্ত্র খোংবশিংনা।
নন্দগী মচা গোপাল পোকপগী
মাগী যাইফ মঙ্গোলবু ওকচবি। (তবাম তবাম)

কোইনা কোইনা পবেং লেংলে গোপীশিংনা
খুমজবি ঈশৈ হনবীনা শকপা ঈশৈ
শুমহৎলে ঈশৈগী নুংশিবা শৈহেক্না,
শুব তবেৎ, খোন্থাং মণ্ডা, গ্রাম অহুম কাযদনা।
(শা, বি, গ, ম, প, দ, নি, শা,     )
জগোই শাবকলে শকহেনবী গোপীশিংনা
পুংলোনগী তান্থা তাল্লোই তান চানা চানা।
খুজিনে খুদোপনে, খোংদোপনে, তান্নে
পুমলং পুমলং লংলে নোংখাং কুপ্পগুম

খোংজিনা শকলি ঝন ঝন ঝন নোং খোংবগুম
নুপুবনা নিল্লি রুনু ঝুনু রুনু ঝুনু।
নৌজবী খুথেকনি লেমজবী খোংথাংনি,
কেনা কেনা লৈনা লৈনা লৈনা শাবি।

## স্বর্গদা

শাবকলে সুবাবেন্দা অপ্সবাশিংনা
নোং খোংবগুম দুন্দভী যৈবদুনা
নোংগী মবক্তা নোংথাং কুপলি ইবং লং
ফজবে অতিযাসে কুম্মৈ ওইবেনে।

চাইথবকলে লৈবাং খুজোক খুজোক থন্ন
নোং চুবগুম শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা।
নন্দগী কোনুংদো লৈতনা পুমথন থল্লে,
নোকলি গর্গ মুনিনা মনিং থুংজবে।

নন্দ নিংথৌগী মচা নুপা অমা ফংজরে তারদুনা গোপ লুচিংবা বৃষভানুবর কৌবা নিংথৌনা, নহানমুক্কী মপোক্তা কলাবতী ওইনা পোকখিবী কৃর্ত্তিদা মহারানিগা লোইননা শামু তোংদুনা নন্দগী শঙ্গাইদা লাকখি।

নন্দ মাপল (নন্দ মহারজ থারগা) উপনন্দ মাপল বৃষভানু তরুক (বৃষভানু থারগা) শন্না হায়রবদা মাগী মাগী পাত্র মন্ত্রিশিংনা বৃষভানু নিংথৌবু তরাম তরাম ওক্তুনা ফজবা আশন্দা ফমহনখি।

শ্রীনারদনা হায়খি -- হে বহুলাশ্ব নিংথৌ যান্না ঙকপা অমনা মুনি অথোইবশিং লোইয়াম পুমুমক শ্রীকৃষ্ণগী অবতার মঙ্গোলগীদমক নন্দগী কোনুংদা লাকখি।

## শৈরেং

গোকুলদা থুংলরে মুনি অথোইবশিং
সনৎকুমার, কপিল দেব, শুকদেব।
য়াওরকখি চিখদে, ব্যাস দেব হংসদত্ত
বশিস্ত পুলস্ত নারদ মশামক লাকখি।

লেংঙকখি ব্রহ্মা সিবনচিংবা লাইয়াম
কাংঙ শন্দস্বনচিংবা তোংদুনা।
বৈকুণ্ঠ থাদোক্লম্লবা শ্রীনারায়নগী
লোইনবী লক্ষ্মীনা লেংঙক্তুনা লৈখি।
(লেংদনা লৈখি মবুংঙোগী নাক্তা)

ভাগবতী দুর্গানা নোংশা তোংদুনা
শ্রীকৃষ্ণগী দর্শনগীদমক লেংঙকখি।
হরাওরবী পৃথি মাতাসু থুংলবে
ফজরবী শম্বীগী শক্তম লৌদুনা।

ঐরাবৎ শামু তোংদুনা ইন্দ্র দেব,
য়ৌরকখি শ্রীকৃষ্ণগী দর্শনগীদমক।
সরস্বতীনা বীনা যন্ত্র পায়দুনা
কাংঙ খোংনেৎনা কৃষ্ণগী নাম শোল্লরে।

পরং ব্রহ্ম ভগবান কৃষ্ণনা পরিপুর্ন ওইনা বৈকুণ্ঠ নারায়ন, শ্বেতদ্বীকী বিষ্ণু পুন্নমক্লা তিন্দুনা মালেমদা খোংদাবিবদা লাইয়াম পুন্নমক অমত্তা চিখদবমখৈ গোলোক বৃন্দাবন্দা লাকখিবশিংগী মমিং হায়রবদা — মৈ কৌবা লাইনা হামেং তোংদুনা, বরুন দেবনা ঙা

কিহোম তোংদুনা, কার্ত্তিক্লা ৰাহোং শাদোংদুনা, দোল'কৌবা (হাই হুমদুনা শান্নবনা) শাদোং ওইবী, কুচু পানবী মাতৃকা ১৬ (ষোড়শ মাতৃকা) লাইরেম্বীশিং, মখুত্তা থাং চৈনচিংবা খুৎলাই পায়বী মী মরিনা পুবা দোলাই তোংবী ষষ্ঠি দেবীসু মফমদুদা লাকখি।

মঙ্গল গ্রহ, বুধ গ্রহ, বৃহস্পতি, শুক্রগ্রহ, শানিদেব প্রভৃসু মফমদুদা লেংঙকখি। লাই পুন্নমক অদুগী মঙান্না নুমিৎ কোটিগী মঙালবু ঙমজখি। মখোই পুন্নমক অদুনা শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন ফংজববা তুংদা ঙন্নমক মাগী মাগী মফমদা হন্নখি।

শ্রীনারদনা নিংথৌ বহুলাশ্ব য়েংদুনা মখা তানা হায়রকই — শ্রীকৃষ্ণগী অবতারসিদা অথাপ অথাপ্পদগী মী লাক্তুনা মতম কুইনা উনখিদ্রবা মরুপ মপাং ফাওবা উনদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লরি। মী ময়াম তিনবনা কুম্মৈ ওইরে। ফজ ফজবা ফিরোল শেত্তুনা লাক্লরিবনি নন্দগী মচা অদু উবদা অঙকপা নুংশিবনা থনখি। মখোইনা থাগৎলি নন্দবু অহল ওইরবা মতমদা ফজবা মচা অতাংবা অমা ফংবদা।

শ্রীনারদনা মখা তানা অমুক হায়রকই বহুলাশ্ব নিংথৌগী মফমদা। যেংউ' অঙকপনি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাসে' শন য়োক থাকপা শঙ্গোমগী কারবার তৌবা গোপ জাৎকী মনুংদা পোক্তুনা তোল্লবা গোপ গোপীবু চিংখৎপিরি।

শন য়োকপনা মথৌ ওইরবা গোপশিংনা মখোইগী শণয়ামশিং অদু শেংনা শেংনা ইরুজবিরে। অদুগী মতুংদা শনবী ময়াম অদু — অঙম্বা মীনা মচিন্দা স্না য়োমশিল্লি! খবনা মচিন্দা লুপা য়োমলি, মঙকশমদা লৈ পরেং শিবিরি, শরীক শিবিরি, খোংজিনচিংবা শিবিরি, মনঙ্গন্দা অঙাংবা ফি, অচৌবা ফীরোল, পকচবা য়েংদুনা শেৎপিরি। শনবী মচুদি ওম্থোক্লা য়ামখ্রবা জাৎনি — ধবলী, শৱালি, কালিশুরভী হিঙ্গোরি, পিঙ্গোরিনচিংবনি। য়াম্না নোই পেল্লবা শন্নাওমচাশিংনা, মঙক্তা শরিক শিবিদুনা খৌশা খৌশানা চেল্লি — অমুকসু মমা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লি। নুমিত্তুদা গোকুলগী লৈরক খুল্লক্তা ফজবা শনতনা মনঙ্গন্দা ফী, কুপশিনবিদুনা মঙক থাঙ্গত্তুনা নুংশিবা খোংথাংদা কোইনা চৎলি। শনবী শন্নাও ঙাকশেনবনা মথৌ ওইরবা শল্লাবশিংদুনা মনম নুংশিরবা ঈশিংনা তৈথোক নাম্থোকপিদুনা ঈরুজবীদুনা লৈ ময়াম ৰাংহোং মতু উনা ৰানা, থেৎপীদুনা নন্দ মহারাজগী শনথোংগী মফম পুম্বদা, হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা পুক্লিং হুনা ফজরি। (গর্গ সংহিতা)

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ তাবিয়ু —

> লাকইবা গোপীশিং অদুনা
> পায়রি মখুত্তা চেং-য়াম হঙ্গাম মরু,
> যব — য়াইঙং মকুপ্নচিংবনা

শ্রীকৃষ্ণগী লাইবক্তা নমদুনা
মঙ্গল আশ্বীর্ব্বাদ পীনবিখি।

ওইসনু নচাশে পুন্সি শাংবা
প্রজাবু যোক থাকপা থৌজাল হৈবা
ধর্ম্মবু যোকপিবা নুংশি চাওবা,
পাঙ্গল কনবা তৌবা ঙস্বা ওইযু।

ফজৈদা যশোদা নংগী নচাসে
অশংবা কুচু, বাশিনা যোম্বা।
মমিৎনা থম্বাল লকাবু ঙমজৈ,
খোই খোই শমলাং লাইবক্তা বাই বাই তাবা।

লাইবক ফবী ওইবে হে নন্দবানী
নংগুম্বী লৈবোই পূন্য চেনবী।
নহালমুক মপোক্তা কবি কর্ম্মনা
অসিগুম্বা নচা ফংজবনো?

হবাওববা ব্রজ গোপ গোপীশিংনা শঙ্গোম অফম্বা, অনৌবা ঘী মাখোন্নচিংবনা থিৎলদুনা মহৈ মহৈ খিল্লখি চাইনখি। কোনুংগী মনুং মপান খুদিংদা শিঙ্গুংনা শঙ্গোম্না লৈখোম থোকপা হাযদু ওইখি। মদুদা নাম্বুদুনা তুনবদা মযান্না বা বা নোল্লখি। গোপগী শঙ্গোম্না থবাইনি, শঙ্গোম্না জীবীকানি শঙ্গোমতনা গোপগী পুন্সিনি হাযনা লাওনবকখি।

## শৈরেং

শঙ্গোম অথিৎপনা লৈখোম্ থোকলে,
মহৈ মহৈ তৈন - চাইনবদা।
কুমৈগী কুম্মৈ ঙাক্তা ওইবেনে,
নিংথৌগী শুমাংদা শান্নবা লীলা।

গোপ পাখং অমনা অমদা,
তৈনবি শঙ্গোম অফম্বা মাইথোংদা।

চেল্লি তৈবি তান্না তান্না শঙ্গোম
ফজবে মাইথোংদো পুমঙৌ ঙৌবে।

নাম্বুবে নিংথেংন তুবে শিৎলেদো লৈমাইদা
অযো। অযো। হাযবি শুগৎ শুগৎনা।

ৱা ৱা নোকলি খুবাক খুরদুনা,
নোক্তবা য়াওদে কনা অমত্তা।
চিনি অঙৌবা মানবা কোইয়েৎ য়েৎপা,
পাখং অমনা হরাও মথোই কানা,
শিঙ্গা পাইদুনা লৈনা লৈনা খোংলি।
ইহে! তুরেদো শঙ্গোমদা ওল্লেদো।।০।।
(থরো থরো ওল্লে)

যশোদানা হায়বকই — হে ইতা রোহিনী! বুদ্ধি জ্ঞান লৈববী ইবেম্মা নংনা চুং শো পাইদুনা স্না লুপা মণি মুক্তা পুন্নমক মানা মানা পাম্বগী মতুং ইন্না গোপ গোপীশিংদা দান তৌরো মনিং থুংহল্লু।

বানীনা হাযবা মতুং ইন্না দান কৎচরে লাকইবা গোপ গোপীশিংদা রোহিনী দেবীনা।

নন্দ নিংথৌগী সেবারিশিংনা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না চীংমুক চাওনা পৈদুনা স্না লুপা হিরা মণি মুক্তানা লাকইবা গোপশিংদী নুপী অঙাং যাওনা মনিং থুংনবা অপাম অপাম্বা মতুং ইন্না দান তৌজরে। মখোই পুন্নমক অদুনা গোপালবু আশীর্ব্বাদ পীবম্মী।

হে মহারাজ বহুলাশ্ব অসিগুম্বা মখোইশিং অসিদা তোঙান তোঙান্না শম্বী লিশিং অমবু, ফিরোল কয়াবু, স্না লুপা, মণি রত্নাগী লৈতেং কয়াবু শগোল শামু কয়াবু দান তৌখি। দান থুংদবা অমত্তা য়াওখিদে।

নন্দ নিংথৌনা খুৎ লোন্নজরগা তিল্লিবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুন্নমক্তা দণ্ডবৎ তানা খুবমজরগা হঙ্গৎচরকই। তাবিয়ু হে নারদ ঋষি, গর্গ, অনিনা মকোক্তা ফমদুনা ঐনা লাংজরিবা অন্ন উৎসব শন্দেশনচিংবা শ্রীহরিদা কৎলবা মহা প্রসাদিশিংসে খরদং ফংবিখো। ব্রাহ্মণ ভক্তশিংনা ফংবিরবদি ইচা গোপালগী মঙ্গোল ওইগনি। নারদনা মোমোন নোক্তুনা খুল্লকখি। গর্গ মুনিগা ঐগা শোয়দনা য়াওগনি অন্ন উৎসব ফংবা। গর্গচার্য্যনা হায় নংগী নচাশে জগৎকী মবুংঙো শ্রী হরিগী অবতারনি। মাগী কুম্মৈবু মতম খ্বাদংমক্তা য়েংগনি অদুগা লাইবক ফবা নারদ ঐনা কোইচৎ চৎলিবসে মাগী নাম শোনবা কোইনা চৎপনি।

(গর্গ মুনিদি থাদোকপা য়াদে মরমদি মাদি যদু শাগৈগী পুরোহিংনি। নন্দসে পারি পুরোন্দা যদু শাগৈনি, মমা গোপী নিংঙোল ওইবনা গোপ জাৎ হাইনা খংনখিবনি।)

**শ্রীনন্দমহোৎসব (নন্দ উৎসব)**

নারদ মুনিনা খ্বাইগী মকোক্তা,
মথংদা গর্গ মুনিনা ফমলি।
মথং মথং ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবশিং

বৃষ্ণভানু নিংথৌসু লেংশিল্লে।

চালুক খুদিংদা ফিদা খুদিংদা
মথং মথং লোইনা ফমনবে।
নহা অহল নুপী অঙাং খাযনা
ব্যবহাবগা লোইননা ফমলিবা।

ফজনা শেল্লবা চাল্লুকশিংনি,
মথেল শুনা হাপলি ব্রাহ্মণশিংনা।
পুক্লিং নুংঙাইনা খোইদানা হাবি,
হাওখ্রেদা ঙসিগী উৎসবসিদি।
থাগৎনৈ মযাম্না নন্দ নিংথৌবু।।

নন্দনা খুৎ লোন্নবা হাইবকই —
হাবিযু চাবিযু হবাও হবাও।
মনা মশিং হবাই মথেল পকৌবা
মথেল লুকোই লাংজবিবা মযাম।

ননাইনা লাংজবা মহোৎসবনি
শ্রীহবিদা কৎলবা প্রসাদিনি।
খোইদাবিযু থম্মোই পেন্না হাবিযু,
ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনা পেনবনা নুংঙাইজে। (ঐগী)

অবোইবদা যেল্লকই পুজাবিশিংনা
অথুম অগাও, ননি মাখন লদু।
শঙ্গোম ক্ষীব গুলা জিলিবিনচিংবা
হাপলি চিনি যাওবা শঙ্গোম অফম্বা।।০।।

নাবদ ঋযিনা লাওবকই "মহাপ্রসাদি সমাপ্তং"। লুক হাবিবা পুন্নমক হৌগৎনবকলে। হাওখ্রেদা হাওখ্রেদা হাযনা। কবিগীদি হাওতনি মহা লক্ষ্মীনা মবুংঙোগী অবতাবদা লাংবা উৎসবনি।

নাবদনা লেংশিল্লে অঙাং লৈফমদা। উৎপিবে কৃষ্ণনা নাবাযণগী মুর্ত্তি খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম পাযবা লক্ষ্মীনা থৌগনবা। কনাবুদি উহন্দে। নাবদনা বিনা পাযদুনা নাবাযন নাবাযন শোন্দুনা স্তুতি তৌবগা চৎখবে।

———

## নন্দ উৎসব

## শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা হরি সঙ্কীর্ত্তন হৌরকলে মনাই ভক্তশিং লোইননা

শ্রীগৌবাঙ্গ মহাপ্রভূ নিত্যানন্দ অদ্বৈত, গদাধব শ্রীবাস, গোবিন্দ ঘোষনচিংবা ভক্ত মখৈনা শ্রীবাসকী মণ্ডবতা নন্দ উৎসব পাংথোকলি শ্রীকৃষ্ণ জন্মগী মবমদা। শকলি শোল্লি শ্রীমদ্ভাগবতকী শকুক অযাম্বা শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভূনা।

শ্রীবাসকী মন্দিব ৰালহৌশংদা পুজাবি মখৈনা শ্রীকৃষ্ণদা কৎনবা ইনশাং মথেল মথেল থোংলি ঙৌবি হৌবি পকৌবানচিংবা মখল মখল চাক, তল, পুবি, পুৰা, শঙ্গোম ক্ষীব শনদেশনচিংবা লাকলিবা তিল্লিবা মীপুম খুদিং পীজনবা।

### ঈশৈ

বাগ হৌরকলে হবি সঙ্কীর্ত্তনগী ঈশৈ
অদ্বৈত গোবিন্দ ঘোষনা পুং যৈদুনা।
গৌবনা থাজগুম মযাইদা ঙাল্লিবা,
ভক্তশিংনা কোইশিল্লি থৌৰানমিচাক্কুম।

শকচরি গৌবনা কোকিল সুব ঙমজনা,
তয়ান ঙমজবা চিনবান্না পেহৌ পেহৌ।
থম্বাল লকানা তাংজ নয়ন অনিদা
শিন্থরি প্রেম ধারা গঙ্গা ইহৌবগুম্।

থৌৰান থাগী নিন্দুং নোংনা ৰা ৰা চুবা
শ্রীবিষ্ণুনা ফোংদোকখি মালেম পৃথিবদা
দেবকীগী মচা ওইনা কৈশুমশংদা
কংসগী মরালদা থংজিন্দুনা নহাক্না।

অঙকপনি জগৎকী মবুংঙো কৃষ্ণ,
হে গোলোকনাথ পর ব্রহ্ম নহাকশে।

যশোদানসু নংবু ফংজৈ হায়জবা,
মমাগী খোমলাং অমৃতবু থকখিবা।

কনানা মমানো কনানা মপানো?
ইবুংঙো নহাক্তি অমত্তনি পুন্নমক।
পোকপা শিব নাইদ নংনা মালহল্লিবা
মায়ানা মবম ওইদুনা ঙাওহল্লিবা।

ঙাওবে শ্রীগৌরসে সঙ্কীর্ত্তন মযাইদা
ব্রজ ভাবতা লূপ্তুনা কৌরি হা কৃষ্ণ।
গোপাল নংগী জন্ম উৎসবনি ঙসিসে,
কদাইদা লৈখবে নংবু তাকপিয়ুবা।

নিত্যাইবু উবদা নিংশিংদুনা গৌরনা
কৌবকলে হা দাউজী বলরাম নুংশিবা!
যশোদাগী নাক্তা তুমলিবা শ্রীকৃষ্ণবু
কয়া লুনা চান্না মকোক্তা নানবিবা।

গৌবনা ব্রজদা থম্বা প্রেম উবদা,
অদ্বৈতনা য়ৈরকলে পুং হীক হীক কপ্তুনা।
জগোই শাবকলে ভক্তশিং কপ্পা কপ্পা
কপ্তবা য়াওদে ভাবুকশিং কনামত্তা।

গৌরগী শ্রীঅঙ্গদা শিঙ্খরি হুমাং,
মবিক মরিক ইবং লং থৌৰানমিচাক্লুম।
ঙক্তা তুলসী মালা লুগুণ খাওনবা,
স্না ফিগে থোনবা চরন্দা নপুর।

হরি সঙ্কীর্ত্তন ময়াইদা শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভূনা নন্দ উৎসবকী রহস্য মগুণবু বর্ণন তৌরকই। তাবিয়ু তিনবিরিবা সাধু সন্ত ভক্ত বৈষ্ণব পুম্বা। শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা খোংদাবিরকপগী মরম জগত্তা শান্তি পুরকনবা ধর্ম্ম য়োকপিনবা ফত্তবা মাঙ্হন্দুনা সাধুশিংবু কনবিনবনি। গোকুলগী ব্রজবাসী গোপীশিংগী চৎনবী মতুং ইন্না গৌরনা ভক্তশিংগা লোইননা জগোই শাবা হৌরকলে খুত্তা শঙ্গোম অফম্বা ননি মাখন য়াইঙং মচু পায়দুনা তৈনবা হৌরকলে। কলিগী পাপ তাপ মাংনবনি গৌরগী জগোই।

## ঈশৈ

তাণ্ডব জগোই শারকলে গৌরনা
তাঞ্জাও তাম্থা ফজবা খোংথাংনা।
ইনিল নিল্লকলে খোংজি মখোলনা,
লৈনা লৈনা চোংদুনা শাবদা।

স্নাগী পাম্থোম নৌরবা খুৎথেক
ফজৈ ফজৈ চাংদমনিংঙাই লৈতে।
শাথেক্তা শাওংদা মিৎয়েং নায়েংদা,
শুমহত্ত য়াওদে য়েংলিবা পুম্বা।

নিত্যানন্দ প্রভূনা তৈশিল্লে,
শঙ্গোম অফম্বা গৌরগী মাইদা।
গৌর নিত্যাইনা খুৎ অনি পায়দুনা
চক্রগুম্ উরু রু লৈনা শারকলে।

অদ্বৈতনা য়েরক্লে পুংগী পুংলোন
অনানবা লৈমাইদা খোংথাং চানা।
গৌর নিত্যাইনা তুরোই ঙামলোইনা
হরাও মথোই কারি নোকফেৎ নোকফেৎ।

ভক্তশিংসু তৈনরে ননি মাখন
য়া য়া নোকলে কুম্মে ওইরে।
অমুক কপহল্লি অমুক নোকহল্লি
ফজৈদা গৌরগী লীলা অসে।

ফুগাইনা শাৎপা গৌরগী থম্মোইদা,
লৈহী চুপলি ভক্ত খোইমুশিংনা।
মপান নাইদ্র গৌরগী ব্রজ ভাবনি,
রসনা থনবা থম্বাল লৈরিকনি।।০।।

শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভূনা মখা তানা শ্রীমদ্ভাগবতকী বাল মুকুণ্ডগী মরমদা অমুক বর্ণন তৌবিখি। বাল (অঙাং) মুকুণ্ড অসি কনাসু নত্তে গোলোক নাথ হরিনি। ইবুংঙো মাগী মায়ানা মরম ওইদুনা নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা উহনবনি। প্রলয়গী মতমদা বৃক্ষরাজ স্না খোংনাং মনা অমগী মথক্তা তাওদুনা অনৌবা সংসার অমা শেম্নবা জগৎকী কারন ওইবা ইবুংঙো মানা মিৎয়েং শান্না য়েংদুনা সচ্চিদানন্দ রূপ লৌবিখিবনি।

## শৈরেং

প্রলয়গী মতমদা বাল মুকুণ্ডনা
খোংনাং মনা মথক্তা তাওদুনা লৈরম্মী।
ব্রহ্মাণ্ডগী মপু অঙাংগী শক্তমনি,
বাঁশি পায়দুনা খোংবী য়ানা চুপ্পনি।

মার্কণ্ডেয় মুনিনা ঈশিং ইপাক্তা,
তাওদুনা লাকখিদো অঙাংগী মনাক্তা।
খংহৌদে চংখরে অঙাংগী য়ানুংদা,
শ্রীকৃষ্ণগী মায়া কনানা খঙ্গনি।

লৈরমলে য়ানুংদা অতোপ্পা জগৎ সংসাব
উরে খঙ্লে কৃষ্ণগী মায়ানি হায়বা।
গৌবনা তাকপিবকই তারো ভক্ত নখোই
অঙাং অদু কনা নত্তে — শ্রী হরিনি।
জগৎপু শুমহৎপা নন্দগী মচানি।
নাওশুমদা তাওরিবা যশোদা গোপালনি।

শিবনা দুর্গাগী মফমদা লীবা,
গোপাল সহস্রনাম মমিং লিশিং ওইবা।।০।।

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী যাথং লৌদুনা সঙ্কীর্ত্তন লোইশিন্লে। ভক্তিগী মবুংঙোনা সভাদা দণ্ডবৎ তাজবে। শিঞ্জ লাংজরিবা অন্ন বেঞ্জন্নচিংবা পুম্নমক শ্রীকৃষ্ণগী অগ্রদা কচ্চরে। আর্তি সেবা ফংজরে। হৈ লৈনচিংবা পুম্নমক রাধা কৃষ্ণগী চরন্দা কচ্চরে। চালুক থারে। চাক তাক্নুনা অদ্বৈত, নিত্যানন্দনচিংবনা মথং মনাও নাইনা ফমদুনা উৎসব ফংলে। শ্রীগৌরাঙ্গগা মনাই ভক্ত শ্রীবাসকদি ময়ামগী অরাৎ অপা য়েংদুনা হাপ্পুনা সেবা চংজৈ। প্রেম ভক্তিতবু তন্বীগে লাকপনি শ্রীগৌরাঙ্গ মালেমদা। লুক হাবা লোইরগা ময়ামদা ভক্ত বৈষ্ণবশিংদা অঙম অঙস্বা দক্ষিনা কৎচৈ। শ্রীগৌরাঙ্গসে কৃষ্ণনিনা মশাগী থবকনি খঞ্জে। অঙকপনি শ্রীগৌরগী ভাব। অসুম্না শ্রীগৌরগী নন্দ উৎসব লোইরে।

### শুকদেবনা হায়—লিরগে কৃষ্ণগী বাল্য লীলা

তাও হে ভরত শাগৈ অথোইবা নংসে ওম্লোক্লসু লাইবক ফৈদা, শ্রীমদ্ভাগবতকী দশম স্কন্ধ তাজবা ফংবা। অশোমদনা গদাধরনা অসুম্না লীথরকই। কংসনা য়াম্না অকিবা ৱাখলগা লোইননা পোখাফম খংদনা লৈরম্মী। মরমদি যোগ মায়াগী মুখ বাণীদগী অসুমনা তাখি মাবু (কংসবু) হাৎকদবা পুরুষোত্তম ভগবান অদুদি মফম অমদা পোকখ্রবনি।

কংসনা লৈবাক পুংজাও থিলহন্দুনা পাত্র মন্ত্রিনচিংবা ফমনাইবা অকন অথৌনচিংবা হিংচাবা চীংদুম চীংদুম্মুক চাওবা মায়া হৈরবা পুন্নমক কৌখত্তুনা সভা দরবার তৌরে। অচৌবা ফমনাইবা খবগী মমিংদি মথংশিংনা — (১) কেশী, (২) অরিষ্টাসুর, (৩) চানুর, (৪) মুষ্টিক, (৫) তৃনাবর্ত্ত, (৬) শকটাসুর, (৭) বোকাসুর, (৮) বৎশাসুর, (৯) অঘাসুর, (১০) প্রলম্ভ, (১১) নুপীলক্তগী পুতনা অসিনচিংবনি।

লাম্বা লৈতনা কল্লবা মায়াদা খমথেংনা হৈরবা ঙাক্তনি। দরবারদা অসুম্না খন্নখি মদুদি থৌৰান থাদা পোকপা অঙাংমখৈ হাৎকদবনি। গোকুলগী প্রজা পুন্নমক অৰাবা তাহনগদবনি প্রলয় তৌগদবনি।

অসুম্না কংসনা তাকপিরকই খন্ন নৈনখিবা হিরমশিং অদু।

১) থৰান থাদা পোকপা অঙাং নুপা পুন্নমক হাৎকদবনি।

২) ভোজ শাগৈগী মমিং মশক নাইবা মীশিংদু তমথিনা ওৎ নৈগদবনি।

৩) ব্রাহ্মন্না হবি পুজা তৌবা য়ারোই।

৪) বৃষ্ণি বংশদা লৈবা অয়াম্বা লাইগী শাইওন্না পোকপা ঙাক্তনি, মখোইবু থিনা তৌগদবনি, প্রমান ফংলবদি হাত্তোক্কদবনি।

৫) খ্বাইদগী মরু ওইবদি যদু শাগৈ অসিনি। বসুদেবসি যদু শাগৈদা পোকপনি। মাগী শাগৈবু কুপ্না শেন্নগদবনি।

**কংসনা পুতনাবু গোকুলদা কৃষ্ণ পোকপা মতুং নুমিৎ ১০ নি শুবা নুমিত্তা থাবা-**

নুংশি হৈত্রবা কংসনা,
পুতনা য়েংদুনা হায়রকই।
থৰান থাদা পোকপা অঙাং
নুপামচা মখৈ হাৎলুরো।

পুতনা ঐনা করম্না,
অঙাং হাৎকদগে ভোজরাজ!
ঐসু মমা ওইবিনিনে,
মচা নুংশিবা খঙবিনি।

কংসনা লাওরকই অয়াকপা
অকনবা ৰাহৈনা পুতনাদা।
কংসগী য়াথংনা লুম্বরা,
অঙাং নুংশিবনা হেনবরা?

লাকলে পুতনা গোকুলদা,
কংসগী যাথং ফংদুনা।
বাশি পুন্নমক হাপ্তুনা
স্বর্গ লাইবেম্বী বম্ভা হেন্না।

শুমহৎপা শক্তম মাইথোংনি,
তনৌ তনৌবা শাবান্নি।
পুক্নিং হুববা শকফমনি
যেংনিংদুনতা লৈনিংবনি।

খোমনৌবী শানা হু তৈশিল্লি
থাবুমদা অঙাং হাৎনবা।
মকোক্তা থুম্মোক অমা পুবি,
মখুত্তা বীনা যন্ত্র খোংলি।

পুতনানা হাযজবকই নোল্লুক্না,
মোমোন মোমোন নোক্না মাযা তৌনা।
হে ইতা যশোদা বাণী নুংশিবী,
নচাদো অমৃত অমুক্তা ইঞ্জগে।

পমখৎলে কৃষ্ণবু মতস্বাক্তা
হু তৈবা খোমলাং ইল্লি মযাদা।
পুতনাগী মাযানা শুমত্তুনা,
কনামত্তনা তৌগনু হাযঙমদে।

অমৃত চিংবা হৌবকলে গোপালনা,
লানবিবগে খল্লে পুতনাবু।
হুসু থবাইসু পুন্না চিংথোকলে,
শিবে শিবে লাওই পুতনানা।

হবি খুত্তা থবাই থাবে পুতনা,
মাযা কাযদুনা হিংচাবী ওল্লে।
চাওববা হকচাংনি পুতনাদো,
মাইল তবানিংথোইবোম শাংবনি।

পুতনাগী ঙং লাওবা খোঞ্জেলবু
তাবদা চেনশিল্লকই যশোদা।

কৃষ্ণদি হিংচাবীগী থবাক্তা,
ফমদুনা লৈবম্মী নোকফেৎ নোকফেৎ।
পাখৎলে রাণী উবদা শকফম।'
মচাবু পমখৎলে তফিং তফিং।
হে হরি নংনা ইচা কনবিরে
মচাবু চেজেৎ কোনশিল্লে রাণীনা।।০।।

**শুকদেবনা হায়**

শুকদেবনা হায় তারো পরিক্ষীৎ
অঙকপনি হরি মাগী থৌজাল।
ইবুংঙোদা শিংনবা জীববুসু
হেক্তা চানবিবনি নুংশিবিবনি।
ওইরম্মী পুতনা বলিগী মচন,
মমিংনা রত্নমালা কৌরম্মী।
মানা বামনবু অমৃত ইন্নিংখি,
দ্বাপর যুগতা থুংহনগে খনবিখি বামন্না।
ভক্তগী মখা পোনবা শ্রীহরিনা,
অসুম্না থকখি পুতনাগী খোমলাং।
লাইরক ফৈদা পূন্য চেল্লি পুতনা
স্বর্গ ফংজখি হরিগী কৃপানা।

## শ্রীমতি রাধানা মর্ত্তদা লেংথরকপা

শ্রীকৃষ্ণনা কংসগী কারাগাড়দা খোংদাবিখ্রবা মতুংদা ইবেম্মা রাধাসু সিদামগী শাপতা থংজিল্লগা বৃষভানু নিংথৌ গোপগী মমোম ওইনা লেংথবিরকখি। বৃষভানুনা চেৎনা নিংজবনা জগৎকী মবেম্মা রাধানা মাগী মমোম ওইরবনি।

ভানুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা (ক) জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা, (খ) কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙা অমসুং মন (পুক্নিং) য়াওরগা ইন্দ্রি তরামাথোই লাকশিন্দুনা শ্রীহরিবু অরাধনা তৌজবদা লাপ্না উখি সরোবর অচৌবা পুখ্রি অমদা স্নাগী থম্বাল, য়েংবদা নুমিৎকী মঙাল ঙমজবা ফুগাইনা শাৎপা অদু উজবদা ভানুনা শ্রীকৃষ্ণদা থম্বাল অদু কচ্চনিংখি। য়াম্না যতন তৌনা থম্বাল অদু হেকচরে।

মতমদুদা আকাশবানী লাওরকই—

"হে বৃষভানু বরষানগী গোপ নিংথৌ। নংনা থম্বাল অদু পুরগা নংগী মহারাণীগী মতম্পাক্তা থাদজৌ অদুগা খংহৌদনা নচা নিংঙোল অমা ফংজগনি।" থম্বাল অদু যতন তৌনা হেকচরে। থিন্দনা লাক্কুনা ভানুনা থম্বাল অদু কীর্তিদাগী তম্পাক্তা থাদবদা মপা লৈতনা ফজবী স্নাগী কুচু ঙমজবী অয়ুক্কী কোরৌ মঙালনা তাংজবী ইবেম্মা রাধানা ঙাম্থোইবীখি। ইবেম্মনা মালেমদা খোংদাবসে লাংবন থাগী পানখৎলকপা ৮ নি পানবা শুক্লা অষ্টমি নুমিৎনি। অতিয়াসে তরু তরু লৈচিল পক্ত্রবা মতম নুমিৎ য়ুংব মতমনি। অমৃতনা নোংলিক ওইনা খিকথরকখি বৃষভানুপুব, ব্রজ বৃন্দাবন অমদি নকনবা বন তবানিথোইদা শান্তিগী নুংশিৎ শিৎলকখি। মীপুম খুদিংমক প্রেমগী ইথক হৌরকখি। জীববু নুংশিবা ধর্ম্ম হায়বদো ফাওরকখি থম্মোই খুদিং। ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বব ইন্দ্র বরুন মৈ ঈশিং নুংশিৎ লাইয়াম্না লৈ খুবাম খুবাম চাইথবকখি ইবেম্মনা মালেমদা খোংদাবগী জন্ম নুমিৎ অসিদা।

জীব পুন্নমক থম্মোই মকা লামজখি। হুইগা হৌদোংগা কুনমিন্নখি, কৈ, নোংশা, শজি অমত্তা ওইনা কুনমিন্নখি। বাধা কৃষ্ণগী প্রেম, থম্মোই থম্মোইদা ফাওখি জীব খুদিংমক্কা। ইবেম্মগী জন্ম কোষ্ঠীদি লাংবন শুক্লা অষ্টমী নুমিৎ য়ুংবা অভিজিৎ কৌবা মহুর্তদা অনুরাধা নক্ষত্রদা যোগ তৌবা পুংফমনি। শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইবী, তঙ্খাই হাযবগী অর্থদি মপুম অদুগী শক্তি, জ্ঞান, মহাও (রস) পুন্নমক তিনবা হাযবনি। পঙ্জখ্রবা ঐনা ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানগী শরুক্তগী লৌথোকচদুনা ইজবনি। ইবেম্মনা মালেমদা খোংদাবগী জন্মগী মতাংদা লাইবিক অতৈদা অসুন্না ইরি — বৃষভানুনা ক্রুতু মুনিগী মফমদা চত্তুনা হরিনাম জপ তৌজরগা ইবেম্মা মাহা মায়া কত্যায়নীবু অরাধনা তৌজদুনা পেনবিদুনা ডিম মতুম অমা পীবিরকই বৃষভানু নিংথৌদা। ডিম মতুম অদু কীর্তিদা রাণীদা শিন্নবদগী শ্রীমতি রাধাগী জন্ম ওইখি।

অসিগুম্বা ৱারি অসিবু নাকোইননা থমজরগা ইজরিবা ঐনা অসুন্না থমজগে মদুদি শরোবরদা শাৎপা থম্বাল থমজেত্তা ঙাম্থোইরিবী অপিকপা তিনগী মতৌ ওইনা লৈবিবী অজোনী সম্ভবা ওইবী ইবেম্মগী অবতারনি হায়না লৌজরে?

রাধা কৃষ্ণ অনি সি থানবা য়াদ্রবনি হায়না মথক্তসু পঞ্জখরে। সিদামগী শাপতা থংজিল্লগা মপু মনাই অনি মর্ত্তদা লীলা শান্নগে জীবদা প্রেম, ভক্তি, তম্বীগে অমসুং জীববু লান্নবা লম্বী তাকপিগে লাকপনি।

## অহানবা ঈশৈ রাধা জন্মগী

গোলোক্কী মবুংঙো মবেম্মা রাধা কৃষ্ণনা
খোংদাবনি মর্ত্তদা — শৃদামদা থংজিন্দুনা।
প্রেম ভক্তিবু য়েনবিগে — তোল্ল জীববু লানবিগে,
পাপ কোকহনগে শোল্লগা — হরি নামামৃতবু।

তাকপিরে শ্রীকৃষ্ণনা — হে রাধে নহাক চৎলো,
পোক্লুরো বৃষ-ভানুগী — তাঙ্‌লবা মমোম ওইনা।
কৃষ্ণ ঐনা নন্দগী — মচা ওইনা পোক্লুগে,
কৌগে নংবু রাধা রাধা — বাঁশিগী নুংশি শুরনা।

শ্রী বৃন্দাবনগী কুঞ্জ — কুঞ্জ খুদিং কোইদুনা
শান্নসি রাস নং ঐ — গোপীশিংগা লোইননা।
রস পুস্বনা তিনবা — অমৃত ঈচেল ওইবা
থুপ্লবা রাস লীলানি — প্রেম্না ইথক হৌরবা।

লাঞ্জবা ওইরসনু — জীবনা রাধা কৃষ্ণগী
অমৃত কথা লীলা — শোঞ্জরগা তাজরগা।
ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী — লাইনিং লম্বী ওইরবসু
রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ তত্তনা শোল্লগা।।০।।

## রাধিকা ধ্যানম

"দেবী কৃষ্ণময়ি প্রোক্তা রাধিকা পরদেবতা।
সর্ব্ব লক্ষ্মীময়ি সর্ব্ব কান্তি সম্মোহনী পরা।।"

## অনীশুবা শৈরেং রাধা ষ্টমি

লেংথরকলে ইবেম্মা রাধানা,
গোলোক থাদোক্লুনা রাভেল গ্রামদা। (বরিষালদা)
শরোবর পুখ্রিগী ইয়াইদা,
শাৎলরে স্নাগী থম্বাল ওইনা।
(ভাল্লরে নুমিৎকী মণ্ডালগুম্না)

লাওরকখি আকাশবানী খোঞ্জেলনা,
হে (বৃষ) ভানু নংগী নিংবা মহৈ য়াল্লে।

ফুগাই শাৎপা নিংথিবা থম্বালদো,
হেক্কুনা পুজখরো নমোম ওইনা।

পুরকলে থম্বাল ফিগাওদা য়োমদুনা,
থাদরে কীর্ত্তিদাগী মতম্বাক্তা।
খঙ্হৌদ' ওনখরে রাধাগী শক্তম্
জগৎ শুমহৎপী নৌজবী লেমজবী।

স্নাগী কুচু থাজগী মাইথোংনি,
কাম কোটি হেনবী রাশিনা চংখোনবী
মিৎফম হোংঙমদে প্রেমগী মুর্ত্তিনি,
গোবিন্দগী হকচাং তজ্বাই ওইবী।।০।।

শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবী
শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি ওইবী
লক্ষ্মী পুন্নমক্কী মশক ওইবী
মঙাল পুন্নমক্কী হৌরকফম্
প্রেম ভক্তিগী শক্তম ওইবী
পরা প্রকৃতি রাধানি।

## ব্যাখা

নিংঙোল অমা ফংজবদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজখি বৃষভানু নিংথৌ রাণী কীর্তিদানা। অদুবু লুরিবদি পোকপদা ঙাইরিবা মচাদো মমিৎ পাংঙউ য়াদরে। ফজবদি জগৎকী মনুংদা লৈতে লক্ষ্মী ফাওবদগী হেল্লি, স্নাগী কুচুনি, থাজনা তাংজবা শকফমনি। নাতোন্না থোইদিং মপানবু ঙমজে, চিনবান তাবা য়েংলে তয়ানবু ঙমজে। মাগী মঙান্না কোনুং মনুং অদো পুমঙান ঙানখি নুমিৎকী মঙানগুম্না।

## অহুমশুবা শৈরেং

ফজবদা মপা লৈত্রবী রাধাবু
ফংবদা ভানুনা কয়া হরাওজখি।
স্নাগী কুচুনি থাজগী মঙালনি,
অয়ুক্কী কোরৌগুম ঙাংঙ্খাবা মঙালনি।

করিনো খংদেনে মমিৎ পাংউ য়াদে,
কপচৈদো কীর্ত্তিদা মচাবু য়েংদুনা।
কাম কোতি ঙমজবী শকওংনি শকফমনি,
লক্ষ্মী পুম্নমক্তগী হেল্লবী রাধে।

তয়ান ঙমজ চিনবান শুমহৎপী শক্তমনি,
মাগী মঙালতনা পুমঙান ঙানখি কোনুং।
য়েংউবা খুদিংদা মিৎফম হোংনিংদেসে
ফজবী পুম্বগী ফজবীনি মাদি।।

(জগৎকী মনুংদা থীবদা ফংলোই।।)
(চাংদম্নবা খুদিং মাতনা হেনবনি।)

বৃষভানু অমসুং কীর্ত্তিদাগী মচানুপী অমা ফংলে তাবদা গোকুলগী গোপ গোপীশিং যশোদা রোহিনীনা লুচিংদুনা অথেনপোৎ পোৎয়েংবা লাকলম্মী। অঙাং নুপীমচা অদুগী ফজবা স্নাগী কুচু ঙমজে, মঙালনা থাজবু ঙমজবা উবদা পুমঙক ঙক্কুনা যশোদানা হায়রকই ইশ ঃ ইতা কীর্তিদা নংগী নচানুপী অসি ওম্বোক্লসু ফজখ্রে! লৈরোই জগত্তা মাগুম ফজবা অঙাং — অৱাৎপা অমত্তা লৈতেদা। কীর্ত্তিদানা খুমলকই মথৱাই নুংঙাইতনা। য়েংবিয়ু ইচাসে মমিৎ পাংদে অমৃত থকউ য়াদে। ভগবানগী ইচ্ছা কনানা খঙগনি। যশোদাগী মচা নীলমনি অশংবা মণিবু ঙমজবা অঙাংবু উবদা অমৃত পীথকনিংখি কীর্ত্তিদানা, হায়রিমক্তদা অমৃত নংথরকলে।

## মরিশুবা শৈরেং

পমজরে গোপালবু কীর্ত্তিদা রানীনা
পিথকলি খোম্লাং তম্পাক্তা কোন্দুনা
অঙকপা কৃষ্ণগী মায়ানি কনা খংদে,
ইবুংঙোনা পুক থন্না থকখি অমৃত।

লৌথোকখরে গোপালবু যশোদানা,
কীর্ত্তিদাই তম্পাক্তগী মচা গোপালবু।
ইমাগী ইবুংঙো নং য়াম্না থকলেকো,
হাওবরা নমা কীর্ত্তিদাগী খোম্লাংসে?

কীর্ত্তিদানা মচা নুপী রাধিকাবু
মতম্বাক্তা পমদুনা শিৎ শিৎ নানবী।

অঙৱকপনি রাধা মমিৎ পাংথোরকলে
থকচরে অমৃত মবুংঙোগী প্রসাদি।
ঙকখরে কীর্ত্তিদা মচাগী মতৌদা
মোমোন নোকচৈ মচাবু চিংনা য়েংদুনা।
ফজৈদা ইচাগী মিত্তাসে ওখোল্লা;
শজি মিত্তা ঙমজৈ শুমহৎলে ইমাবু।

মচা অমৃত থকলে তাবদা বৃষভানু নিংথৌনা কোনুংদা চেনশিল্লক্তুনা মচাবু হন্না হন্না য়েংজখি। নুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওরে অদুগা য়াথং পীরে মনাইশিংদা। পোৎয়েংবা লাকপশিং অদুগা তিল্লিবা মীশিংদা অচা অথক লদু পেরা, জিলিবী, ননী, মাখন্নচিংবা শন্দেশ লোইনা পুথোক্তুনা য়েল্লে দক্ষিনা চাওনা কৎলে। শনবী কয়া স্না লুপানচিংবা দান তৌজরে নিংথৌনা মচাগী মঙ্গলগীদমক। তিল্লিবা ময়াম পুন্নমক অদু পেল্লদুনা বর পীবম্মী — হে বৃষভানু নংগী নচা অসিগী হাক্তক্তা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংজবা ওইসনু।

বৃষভানুনা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ ঐনা ঙসি অন্ন উৎসব অমা লাংজবি, মসিদা গোকুলদগী লাকপিরিবা অদুগা ঐগী প্রজা পুন্নমকসু উৎসাব অমা লাংজরি, মসিদা উৎসব য়াওবিদবা য়াদে। পীজনিংবগী তৌজবনি থোইদোক্লা চিংনবা মরম খনবিগনু। ঐগী ইচাগী মখোই য়াওদনা পোকপনি — লাইনা পীবা ইচানি।

## বৃষভানু উৎসব

জগৎকী ইবেম্মা রাধানা রাভেল গ্রামদা (ববষালদা) খোংদাবিববা মতুংদা মপাবুং বৃষভানুনা মচা ফংলমদবদগী ফংজরবদা নুংঙাইমনখিদুনা অন্ন উৎসব অমা শিঞ্জ-লাংজরম্মী। বার্ত্তন তৌজরম্মী অকোইবদা লৈবা নিংথৌ মকওইনা নন্দ নিংথৌ অমসুং গোপ রানী যশোদা অদুগা বসুদেবগী অনিশুবা নুপী রোহিনী দেবী, মমিং লৈববী ভগবতী পৌর্নমাসী দেবীনচিংবা। বার্ত্তন কচ্চরম্মী বৃহস্পতীগা মান্নরবা গর্গ চার্য্য মুনিবুসু। জগোই ঈশৈনচিংবা মখল মখলগী কুম্মৈ তৌরম্মী চাওরবা মণ্ডবতা। মীতনা ক্রিক ক্রিক ইন্নরম্মী মাগী মাগী ফমফমদা ফমলি নিংথৌদগী হৌরদুনা ফজবা তাংবলদা। মীচম প্রজাগীনা গালিচা ফিদা পরেং পরেং থাদুনা ফমহল্লি। মখল মচুগী ফিজেৎ শেক্তুনা যশোদানচিংবীনা ফজবা লিক-কোন শিদুনা সভাগী লৈতেং ওইরি। ফজৈদা ববষান নিংথৌগী কোনুং। অকোইবদা হে লৈ পরেং পরেং হৌরিবা। য়েংবদা পুক্লিং হুরিবা। ফমলিবা সভাদা নিংথৌনা মনাইশিংবু মনম নুংশিবা থাও কয়া ঈশিংদা হাপ্তুনা পিচকাবিনা য়াম্না পানা কাপলিবা। ফমলিবা প্রজাশিংনা কয়াদা হবাওবিবা। থাগৎলি বৃষভানুবু মাগী ফজনা শিল্লাংলিবা ভক্তি উবদা।

## সূত্র

তিল্লবে অহল লমন ব্রাহ্মণ বৌষ্ণবশিং
বৃষভানুনা কচ্ছবা উৎসব সেবাদা।
নুংঙাইজবে বার্ত্তন ফংদুনা লাকপিবা,
ইচা নিংঙোলগী উৎসব যাওবিববদা।

## শৈরেং

ফম্বীবে গর্গ মুনিনা মকোক থংনা
মথং মথং নন্দ নিংথৌনচিংবা।
হাবিযু হবাওনা অন্ন উৎসবসে,
ইচা নিংঙোল অমা ফংবগী লাংজবনি।

ঐগী ইচাসে তাংনা ফংজবনি,
অহল ওইববা ওইববী অনিনা।
উৎসব খুনবা লেংবিবকপা নুংঙাইজবে,
ভগবতী পৌর্নমাসী যশোদানা।

হাবিযু মযাম পুন্নমক খোইদানা
বিষ্ণুদা কৎলবা মহা প্রসাদিনি।
মথেল লুকোইদি মতিক চাদেকো,
ঙমজবা খবদং কচ্ছবা লৌবিযু।

উৎসব খুনবা লোইদুনা খুৎ শেংদোক্লবে,
তাংবলদা লেংশিল্লে মাগী মাগী ফমফমদা।
ঙমজবা ক্বা-পানা হৈ-বানচিংবা
কৎচবি লৌবিযু লৎনবা লৈতনা।

স্না লুপা দক্ষিনা ঐগী ঙমজবা
ভক্তিগা লোইননা দান তৌজবিনে।
কচ্ছবি ব্রাহ্মণশিংদা শনবী চাজেনবী,
পেনবিযু অথোই অহেন নাইবিদনা।।

গর্গ চার্য্যনা তাকপিবকই হে ভানু,
নংগী নচাসে গোলোক্কী বাধাদুনি।
তাইবংদা প্রেম ভক্তি তম্বীগে লাকপনি,
যেংউ নচানা সুর্য্যগুম্ ঙাল্লিবসে।

কৃষ্ণগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইবীনি,
লক্ষ্মী পুন্নমক্কী অথোইবীনি মাদি।
নচাগী মিং থোল্লবনি গর্গ ঐনা,
শ্রীকৃষ্ণগী প্রানগী প্রান ওইবী রাধা।

## রাধা পোকপগা মরি লৈননা ৱাফম খরা

রাধা পোকপগী জন্ম বিবরনগী মরমদা খরদং ইজরবদা ভবিষ্য পুরান্না অসুন্না হায়রি মদুদি - মহাভানু কৌবা বৈষ্য শাগৈগী নিংথৌ অমা গোকুল বৃন্দাবন্দা পাল্লম্মী। মহাক্কী মচা মরি মথংশিংনা বৃষভানু, রত্নভানু সুভানু অমসুং প্রতিভানু পোকখি। বৃষভানুনা নিংথৌ ওইবা মতমদা ব্রজধামদা বিন্দু কৌবা বিষ্ণু নিংবা গোপ অমা লৈরম্মী, মহাক্কী বাণীনা মুখবা কৌই মচা নুপা মঙা মচা নুপী অহুম পোকখি। মচা নুপী অদুনা কীর্ত্তিদা কৌই। মহাকপু বৃষভানুনা লুহোংদুনা মহারানি হাপখি।

লাইগী নোংদম্না জগৎকী মবেম্মা রাধাবু মচা ওইনা ফংজখিবনি, মাগী মপুরোইবা ভানুনা লাই নিংজবদগী।

যাবট গ্রামদা মাল্যাক কৌবা ইনাকখুনবা গোপ অমা লৈরম্মী। মাগী নুপীনা জটিলা কৌই। মচা নুপী অহুম পোকখি মথংশিংনা যশোদা, কুতিলা, প্রভাকরি কৌই। অদুগা মচা নুপা ৪ সু পোকখি মথংশিংনা মদন, দম্মদ, দাম, অমসুং আয়ন কৌই। যশোদাসে নন্দ মহারাজদা লুহোংদুনা পীখি। নন্দ যশোদা অনিনা মাগী প্রজাগা লোইননা গোকুলদা বাজ রাণী ওইনা পাল্লম্মী। নন্দ মহারাজ অসি কৃষ্ণগী জন্ম পিতানি। যশোদানা কৃষ্ণগী মমা ইবেম্মনি। আয়ন অসি যশোদাগী মপ্পা অতোনবনি। মরম অসি লৈবনা গোষ্টগী মতমদা, রাধাবু যশোদানা কৌদুনা প্রাত; কালগী মতমদা চাক থোংবা হেক হেক শিজিন্নখিবনি। ইবুংঙো মাগী লীলাদি লোইবা থম্বা নত্তে। ইবেম্মা রাধাদি জগৎকী মমানি গোলোক বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগী অমত্তা ওইবী লোইনবীনি। শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইবীনি। হলাদিনী শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি, পুন্নমক্কী মমা ওইবীনি। তোইগুম্বসুং মর্ত্তদা লীলা শান্নবগীদমক শৃদামগী শাপতা থংজিন্দুনা নপুংসক আয়ন্দা রাধাবু লুহোংদুনা পীখি। আয়নসে কৃষ্ণগী অংশনা পোকপনি। ইবুংঙো মাগী লীলাদি অঙকপনি। আয়ন্না ইবেম্মবু মাগী নুপীনি হায়না খন্দে, শক্ষ্যাৎ মমাগা মান্ননা খনবনি।

শ্রীমতি ইবেম্মা রাধাবু আয়নগী নুপী ওইহনবগী মরমদা ৱারি অমা লৈ।

মমাংগী মপোক তরেৎলক হন্না হন্না আয়ন্না শ্রীকৃষ্ণবু নিংজখি অচেৎপা ভক্তিগা লোইননা। শ্রীকৃষ্ণনা আয়নগী মমাংদা বিরাজ ওইবিখি। "নমিৎ পাংলো আয়ন নংনা পাম্বা বর নিরো!"

অয়ন্না খুৎ লোন্নরা ওক্তা ফি য়েত্তুনা দণ্ডবত তানা হঙ্গৎচৈ। ইবুংঙোগী লোইনবী রাধাদো ননাই ঐঙোন্দা পীনবিয়ু। মমৈথংদা য়াররোই খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী মধুরবানীনা তাকপিখি। হে আয়ন! নংনা নিরিবদু হৌনদবা থবকনি। রাধাদি পারা প্রকৃতিনি জগৎকী মমানি। ফরে! অদু ওইরবদি হয়েং দ্বাপর কৌবা বৈবস্বতনা পুবা য়ুগতা নংগী নিংবা থুংজরো তৌবতদি নং নপুংসক ওইয়ু। আয়ন্না মিৎ হঙ্গৎনা য়েংজরগা খুৎলোন্নদুনা — হঙ্গৎচৈ! ইবেম্মা রাধাবু ঐগী নুপী ওইবা ইতিক ওইজদে! ইমা ওইনা ঐগী য়ুমদা লাৎচগে হায়বনি। মতৌ অসুম তৌনা আয়নগী য়ুমদা রাধানা য়ুমগী মৌ ওইনা থুপ্পুনা লৈরবনি।

বহুলাশ্ব নিংথৌনা নারদ য়েংদুনা খুৎ লোন্নরা হঙ্গৎচৈ। অঙকপগী মশক ওইরবা অঙাংগী মশক মতৌ লৌবিরিবা মনাইবু চানবীবা শ্রীকৃষ্ণনা পুতনাবু হাৎখ্রবা মতুংগী ৱারি অদু অমুক লিবিয়ু হে মুনিদেব য়াম্না তাজনিংলে খৌরাংলে।

শ্রী নারদনা হায় — নিংথৌ নংনা অফবা ৱাবু হংলে শ্রীকৃষ্ণবু পুক্নিং অনি লোংদনা নিংজরবা নহাক্কুম্বা অফবা মীশক্কা তিন্নবা হায়বসি থোইদোক্কা মঙ্গলগী মশকনি।

## কৃষ্ণ পোকপা মতুং থা মরী শুরকপা

নোংমগী নুমিত্তা যশোদানা কৃষ্ণ পোকপগী নক্ষত্র (থৌৱানমিচাক থাবান) অফবা তিথি তাবা নুমিৎ ওইবনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমদি গোপ গোপী মী ময়াম বার্ত্তন কচ্চদুনা মাগুবতা তিনখিবম্মী। হরাও কুমৈ য়াম্না তৌখিরম্মী। গোপ গোপীশিংনা নাৎকী ওইবা ফজ ফজবা ফিরোল শেত্তুনা লাক্লগা ঈশৈ শকই পুং য়েদুনা জগোই শাই। ব্রাহ্মণশিংনা বেদ গান তৌবম্মী। মমা যশোদানা মচাবু অঙাংবা মচুগী ফি শেৎপিদুনা স্নাগী লৈতেংবিরবা, ফজবা মিৎস্না থম্বালদা কাজ্জল তৈবিরবা, শংবান্ন মচু ওইবা চন্দ্রহার কৌবা লীক পরেং শিবিরবা, অঙাং ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু তম্পাক্তা পল্লদুনা লাইশিংবু খুরমহল্লি অদুগা ব্রাহ্মণশিংদা স্না লুপা কয়া দান তৌজখি। যশোদা মমানা লাকইবা গোপীশিংগা ৱারি ৱাতাই কয়া শান্নখি — ইচাগী দশাসে ওম্থোক্ল কনখরে। য়েংবিয়ু পোকপা নুমিৎ তরানি শুবদা পুতনা লাকই! ইচানা লান্দবনিনা পুতনা হিংচাবী মথৱাই মাঙ্জখি। শ্রীহরিগী কৃপাদগী ইচা গোপাল হিংহৌবনি। যশোদানা থুনা য়াংনা মচাবু নাওশুমদা থনম্লগা গোকুলগী লাকপিরিবা পুন্নমক্তা পীজ পীথক তৌজদুনা গোপ গোপীশিংবু তরাম তরাম তৌবিখি। মচা গোপালসু তম্পাক্তা তুমথখরে। মরম অদুনা মচাবু নাওশুমদা থমখরে। অদুগা যশোদানা মচাগী নাওশুম অদু পায়দুনা মচাবু শুমলি।

## শৈরেং

হুম হুম ইমাগী মণি অশংবা,
তুমলোনে স্নাগী নাওশুম মথক্তা।
প্রলয়গী ইচাওদা খোংনাং মনাদা
বাল মুকুন্দনা তাওশুম হিপ্লো নংসু।

ফজৈদা গোপাল ইমাগী শম্লু,
ইমাগী থম্মোইগী থাজ ওইবা।
গোপগী থাংমৈ ওইবা নীলমনি,
থানবিরো গোপদা জ্ঞানগী মণ্ডাল।

থবীনা কারিঙৈ চাওরো গোপাল
নুমিৎনা কারিঙৈ কাহৌরো নংসু।
নংগী কুম্মেবু য়েংনিংই ময়াম্না,
বাশি চবুলনা য়োম্বা গোপাল নংবু।

ইচানা হয়েং চাওব কাংলো[illegible]
ইমাবু মিরাইনু নুংশিনা তৌকো।
ইমাগী ফিজিগী মনি নহাকপো,
গোপাল গোপাল কৌগে ইমানা নংবো।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণনা শকটাসুর হাৎপা

মাগুবকী চিদাইদা কাং (রথ) অমা থম্‌লম্মী কাংখ্রোং চাকা নিংথিনা পান্দুনা ফিরাল অমদি ফজবা লৈতেংনা য়োমশিন্দুনা মদুদা থারিবনি ফম্নবা ফরাংজিনচিংবা। স্নাগী মোমপাক মোন্দুম মফম চানা চানা থাদুনা শেমলি হিপ্না ফম্বা য়ানবা।

পুতনা শিরে হায়বা পাও তাবদা লৈফম খংদে কংসদো সভা দরবার তিল্লে অদুগা শকটাসুরবু গোকুলদা কৃষ্ণবু হাৎনবা থাবা লেপ্পরে।

লাকলে লাকলে থিন্দনা, শকটাসুর নাপল তৌনা, মাগুম্বা অঙাংনা ঐঙোন্দা করি তৌজগদগে কাংনা তক্কুনা হেক্তা হাৎলগা লোইরে। শকটাসুর লিল ওনবা ঙম্মি, কাং ওনবসু অদুগা ওইনিংবা শকলোন ওইবা ঙম্মি।

## শৈরেং

শকটাসুর লাকলে নন্দগী মাণ্ডবতা,
মুন্না শংত্রিক য়েংই তুমলিবা গোপালবু।
কাং (ওন্দুনা) থৌরকলে গোপাল - হাৎনবা,
হরিনা কাওবদা তেক্তুনা তারে কাং।

মথৱাই মাংলে হিংচাবা মায়া কায়দুনা
ঈ ওদুনা তারে শকটাসুর লৈমাইদা।
মিপাই চাওবী যশোদা থবাক য়ৈদুনা,
লাওরকই ইচাগী লাংফমসে কল্লিদা।

লৈনাদগী হেন্ন থোৎপা শ্রীচরন্দো
বজ্রদগী হেন্না কল্লি পাপীশিংদা।
মুক্তি ফংখরেদো হরিগী কৃপানা,
ইবুংঙো মাগী খুত্তা থৱাই থাবনা।।০।।

## শকটাসুরগী মমাংগী মপোক

উৎকচ হায়বা হিংচাবা ওইরম্মী অহানবদা শকটাসুর অসে। মহাকসে হিরন্যাক্ষ হিংচাবগী মচা ওইরম্মী। নোংমা মানা, লোমশ মুনিগী আশ্রমদা চৎলগা চাওর চাওরবা উ ময়াম থুদেক্তুনা শান্নরম্মী। মপাঙ্গল কনবনা নাপল কারবা হিংচাবগী শজৎ অসি উরবদা লোমশ মুনিনা শাপ তৌরকই — "হে হিংচাবা নং উৎকচ হায়বদি লিলগী মওংগুম্না শাজৎ চৎপনিনা লিল ওল্লো। খংহৌদনা লিল ওন্দুনা লৈবাক্তা তারে। হিংচাবনা হঙ্গৎচরকই — শাপ অসি কোকপিয়ু। মুনিনা তাকপিরকই হৌজিক্তি নং লিল ওন্দুনা অদুম লৈরো। বৈবস্বত মন্বন্তরদা, হরিনা খোংনা কাওবদা নং মুক্তি ফংগনি। মুনিগী শাপ অমসুং বরনা, হন্দক গোপালনা খোংনা কাওবদা উৎকচ অরাণবা খুভম ফংজখি।

## শ্রীকৃষ্ণনা লৈবাক চাবা

"পুর্ণ ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরি
অঙাং শক্তম লৌনা গোপ অঙাংগা
নুংশিবনা থনবা ব্রজগী প্রেম্
অমৃত হেনবা তারিমখৈ পেন্দবা।"

ইমাগী নীলমনি শকহেনবা,
মাঙ্গোন্দা সুম লৈয়ু চখোক্কনু।

ইচাদি মবম মোকপনি গোপাল,
ইমানা হাযবা ইনবা ইচানি।

ইমানা ইমুং থবক নোম্মুগে,
ফমদুনা লৈযু নযাম্বা বামগা।
নংগী চানবা পৈদুনা থমলে,
নমাংদা লড়ু পেবানচিংবা।

শন শানা শানা চৎখবে গোপাল,
শন্নথোংদা শ্রীবামগা লোইননা।
লৈবাক চাবি গোপাল নোক্ল নোক্ল
দাউজীনা চাগনু হাযবা যাদে।

দাউজীনা তমলুবে মমা যশোদাদা — হে ইমা ! তাবিযু গোপালসে লৈবাক চাবে। খাম্বসু যাদে।

"গোলোক্কী শ্রীহবিনা যশোদগী মচা ওইনা
শান্নবি বাল্য লীলা
নুংশিবা প্রেম্না থনবা তাবিমখৈ পেন্দবা
তানিংদুনতা লৈবা।
হে পুক্লিং পঙ্গনুনে, শোল্লু হবিনাম অমৃত
মম্লবা লমশাং ঙানগনি।"

## ব্যাখা

ঙাওবে যশোদা মচা নুংশিবা প্রেমনা। লৈবাক চায হাযবা তাবদা অশাও নুংশি যান্নবা মচাদা খুদোনবী থিন্দুনা হাযবকই।

## ঈশৈ

ইমাগী ইবুংঙো নীলমনি,
থবাইদগী হেনবা ইমাগী শ্যাম।
কবিগী নংনা লৈবাক চাকবা,
ওস্থোক্না ৱাহল্লি নমা ঐবু।

থমলিদো পৈদুনা নংগী চানবা,
লদু বেবা শন্দেশ ননী মাখোন।

যশোদা ঐসে ঙাওরেনে গোপাল,
ইচাগী য়াইফবতা খনবদা।

ইচানা চারগা ঐনা পেল্লি,
নংনা কপলগা ঐসু কপনিংই।
ইমাগী গোপাল ইমাগী থৱাই,
ফজমখৈ তিনবা হে কৃষ্ণ।

গোপালনা খুমলকই:

কোকিল খোন্থাংবু ঙমজনা হায়রকই
হে ইমা! ঐহাক লৈবাক খক চাদেনে।
দাউজিনা হেক্তা হায়জিনবনি ইমা,
ইমানা য়াদবা খক তৌদে নচানা।

হায়নৈনে ইমা ইপাদি গুরুনি
মিৎনা উবা লাইনি ঈশ্বরনি।
থা তবা গর্ভদা পুদুনা নচাবু
কয়াদা লূন্না পুবনো ঐবু।

পিক্লিবা অঙাংনা শাস্ত্রগী ৱাঙাং
তাবদা খনফম খংদে যশোদা।
ঐগী ইচাসে ওস্থোক্না শিংই,
ঙকখ্রেদা নংসে ইমাগী গোপাল।

নযাম্বনসু নমান্নবশিংনসু লৈবাক চায় হায়বনিনা যেংবা তাবে নয়াদু কাথোকউসে।

## ঈশৈ (বিশ্বরূপ দর্শন)

নযা কাথোকউসে, ইমা য়েংগে গোপাল
মীনা হায়নৈ নংবু লৈবাক চায় চুম্বরা?

হাই! কবিনোসিদি নংগী য়ানুংদা শ্যাম
উবেনে ইমানা জগৎ, সংসার ব্রহ্মাণ্ড
নন্দগ্রামগী কোনুং ব্রজ গোপ গোপী
যশোদা ঐসু উরে গোপাল ননাক্তা।

তান্না উবি চিংশাং পরেং পাৎ তুরেল লোক
ফজবা কোনুং কংসগী লৈবাক মধুপুর

নিংথিজে লেমজেদা গোবর্দ্ধন বৃন্দাবন
শকহেনবী যমুনানা কোযনা চেল্লিবা।
অশংবা লমহাংদা ষন্না শজিক চাবি
শনশেন শনঙাকলিবা শনশেন নহাশিংনা।

নোংমদোন্দা লংলি থবানমিচাকশিংনা
ঙাল্লি নুমিৎ থা গ্রহ নংগী যানুংদা।
থেঙ্গাইনৈ নোংলৈ নুংশিৎ মৈ হৌনা চাকলি,
অকিবা শক্তম্না থনবা ব্রহ্মাণ্ডদা।
মমিৎ উইশিল্লি যশোদা যেংঙমদনা
অমুক পাংথোকই উদুনা অদুম লৈ।

## ব্যাখা

ব্রহ্মা শিব ইন্দ্র অনন্ত লাইযাম্না
চাইথবকখি পাবিজাৎ চবন থম্বালদা।
খিকথবকখি অমৃত নোংলিক গোকুলদা
খুৎ লোন্ননা খুবমজে গোপাল দেববু।।০।।

যশোদানা খল্লি ইশ। গোপালদি ঐগী ইচা নত্তে। জগৎ শেম্বীবা মপুনি। কবিনো ঐনা উবিবসিবো মঙলা তাইবংলা। গর্গ মুনিনা হাযবিবম্বী মপাবুং নিংথৌদা নংগী নচাসিদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি। হৌজিক্তা মচাগী যানুংদা বিশ্বরূপ দর্শন উবম্বা যশোদা বাণীদো কাওখবে মঙ ওইববোই খন্দুনা। শ্রী হবিগী লীলানি ব্রহ্মা শিবনফাও খঙবা ঙম্বা নত্তে। বাসল্য প্রেমনা ইহৌবক্তুনা মচাবু চেজেৎ কোনশিল্লি।

## নন্দগী কোনুংদা গর্গচার্য্য লেংলকপা রাম অমসুং গোপালগী মমিং থোনবা

নোংমা বসুদেবনা গর্গ চার্য্যবু লোন্না উনজে। ঐগী ইচা গোপাল অমসুং বোহিনীনা পোকপা অনি অসি মিং খবা থোনবিযু মুনিদেবনা। মবমদি অঙাং অনি অসি থা তবেৎ নিপাল হেল্লকলে। খংদেনে নন্দ নিংথৌসে মাগী মচানি হাযবিবা গোপালসে বসুদেবগী মচানি হাযবা। কংসগী কবাগাডদা দেবকীনা হেক পোকপগা নন্দগীদা থৈখিবনি। মবম অদুনা মুনিনা চানবিদুনা গোকুলদা লেংলগা অঙাং অনিগী মমিং থোনবা অমুক্তা পাংথোকপিযু হাযনা বসুদেবনা মুনিদা হাযজবদগী লাকপনি মুনিনা নন্দগী শঙ্গাইদা।

লেংলকলে নন্দগী শঙ্গাইদা গর্গ মুনি। মুনি লেংলকপগী হৌনবী পুজা তৌজরে নন্দ নিংথৌনা। মুনিনা তাকপিরকই মদুদি রোহিনীগী মচাগা যশোদাগী মচাগা মমিং থোনবা মতম চারে! করি হায়বগে নন্দ মহারাজ। মুনিনা তাকপিবা অদু ঐনা পাংথোকচগে। গর্গ চার্য্যনা শাস্ত্রগী মতুং ইন্না অঙাং অনিবু নামকরণ পাঙথোকই।

## বলরাম হায়না মিং থোনবা

### শৈরেং

রোহিনীনা পোকপা অঙাং অসে
লুপানা ফুদোংলবা কুচুনি।
শাবান মুর্ত্তি শাওং শাদা
য়েংবগী পেনবা নাইদ ফজৈদা।

দেবকী'গর্ভ থা তরেৎ শুবদা
যোগ মাযানা মাবু চিংথোক্তুনা
রোহিনীগী গর্ভদা হাপখি হায়না
সঙ্কর্ষন কৌই কলাবতারনি।

মপাঙ্গন্দা মাগা মান্নবা লৈতে,
লাঙ্গোন য়োৎশুক্লা মাগী খুৎলাইনি।
মরম অদুনা মাগী মমিংসে,
বলরাম হায়না থোল্লবনি।

## যশোদাগী মচাবু কৃষ্ণ হায়না মিং থোনবা

হে নন্দ নিংথৌ নংগী নচাসে
পুর্ন ব্রহ্ম সনাতন্নি খংউ।
মাগী মপোকসে কয়া য়ামখ্রবা,
কুচুসু অমত্তা মান্নদেনে।

সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি হায়না
যুগ মরিনা ওন্না ওন্না চৎলি।
সত্যদা ঙৌনা পোকপনি মাদি,
পাম্বোম মরি পাল্লি কোক্তা জটা পুই।

ত্রেতা যুগতা পোকপা ভগবান্দি
কুচু ঙাংই কোক্তা জটা পুবনি।
অঙাংবা ফিনা খ্বাংদা লৈতেংই
পাম্বোম মরিদা খুৎলাই থোনবনি।
যজ্ঞনা অথোইবা ধর্ম্মনি তাকই।

কলিদদি স্নাগী কুচুনি,
তুলসী চন্দন্না লৈতেংবনি।
কমণ্ডলু চৈশু পায়বনি।
সঙ্কীর্ত্তনগী মপুনি মহাক্তি।

দ্বাপর যুগকী মমৈদা শ্রীহরিনা
কুচু মুনা পোকপনি লাকপনি।
স্না ফিগে থোনগনি চেংল খ্বাংদা,
লৈতেংগনি শ্রীবৎস কৌস্তুভনা।

ভৃগুঃ পাদ চিহ্ন থৌগনগনি,
জগৎকী মবুংঙোনি হাযদুনা,
বাসুদেব হায়না খঙ্‌নগনি।
কুচু মুই হায়না হে নন্দ নিংথৌ,
নংগী নচাসে কৃষ্ণ থোল্লবনি।

কৃষ্ণ হায়বা ৱাহৈসিনা তাকলি।
কৃষ্ণগী অর্থ পুন্নমক হাযবনি।
ন-গী অর্থ স্বরূপ - পরং ব্রহ্মনি।
হে নন্দ নচাসে পবমেশ্ববনি।

তাও মহারাজ নন্দ, নচা কৃষ্ণসে অচম্বা নত্তে। "শ্রীকৃষ্ণ কৌবিবগী মবমদি মহাক্তি কলা ১৬ না তিনবা পরমেশ্বব ভগবান মশামক্নি" অসিগুম্বা ফিভম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং অদুবু ভৌতিকনি, মায়িক নত্তে হায়বসি করম্না য়াফম থোক্কনি? অন্নপ্রশন অমসুং নামকরনগী সংস্কারগী মতম অসিদা গর্গ ঐনা নন্দ নংগী নফমদা নচাগী মগুণগী মরমদা শ্লোক অমা হাযরগে তারো!

পুর্নব্রহ্ম স্বব্দপোহয়ং শিশুস্তে মাযয়া মহিমা।
আগত্য ভারহরনং কর্ত্তা ধাত্রা চ সেবিত॰।।
স বের্বযাং তেজসাং রাশিমুর্ত্তি মানাগতো বিভুঃ।

স বসুং দশয়িত্বা চ শিশুরূপো বভুব হ।।
সাম্প্রতং সুতিকা গারাদাজগাম তবালয়ম্।
অযোনি সম্ভবশ্চায় মাবিভুর্তো মহীতলে।।
বায়ুপূণং মার্তৃগভং কৃত্বা চ মায়য়া হরিঃ।
আবিভূর্য় বসুং মুর্ত্তিং দর্শয়িত্বা জগাম হ।।

ব্রহ্মবৈ: কৃষ্ণজন্ম খ: ১৩/৪৮, ৫১-৫২,৫৩

"হে নন্দ! নহাক্কী নচা অঙাং অসি সাক্ষাৎ পুর্ন পরং ব্রহ্মমক্নি। চতুর্মুখ ব্রহ্মানা হায়জবদগী মায়ানা মরম ওইদুনা পৃথিবী অসিদা লাক্লগা পৃথিবীগী অরূস্বা - কোকহন্নবা লেংলকপনি। মফম পুন্নমক্তা শীন থুংনা লৈবা মঙাল (চেতন) পুন্নমক্কী মপৈ অদু মুর্ত্তিমান - (মওং লৈবা) ওইনা লাকপনি। মহাক্না বসুদেববু মশাগী অশেংবা মশক য়েংহল্লগা অচম্বা অঙাংগী মওং ওইখিবনি। হৌজিক অঙাং পোক্লবা মফম অদুদগী নংগী য়ুমসিদা মহাক লাকপনি। মহাক মমাগী গর্ভদগী (ঈশিং থোঙ্দগী) পোকপা নত্তে সূপ্না আবির্ভাব ওইদুনা পৃথিবী অসিদা লাকপনি। ভগবান অসিনা মায়ানা মরম ওইদুনা মমাগী গর্ভবু নুংশিৎনা থলহল্লগা (পুক কংহল্লগা) গর্ভ লৈ হায়না উহনবনি। মানা মশামক ফোংদোক্নুনা মাগী মুর্ত্তি বসুদেববু য়েংহল্লগা চৎখিবনি"

"শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা হায়গদবা য়াম্না বাৎলি ঐনা শাম্না হায়রিবসিনি।"

"কৃষ্ণ হায়বা ৱাহৈ অসিদা কৃষগী অর্থ "পুন্নমক"নি, ন গী অর্থ স্বরূপ (মওং) নি অদুগা পুন্নমক্কী মওঙ্ সর্ব্বভুক ওইবদি পরং-ব্রহ্মনি। মরম অদুনা পরংব্রহ্মবু কৃষ্ণ কৌই। মবম অসিনা হে নন্দ নিংথৌ, নচা অসি সাক্ষাৎ পরমেশ্বরগী অবতারনি।

নচা অসি ফংজবদগী নখোই অনি পাপ অমত্তা লৈররোই। নচাসি য়াম্না লুনা য়োকচৌকো। নখোইনা শিরগা বৈকুণ্ঠ ফংগনি। অসিগুম্বা বর অসি পিরম্লগা গর্গ মুনি লেংখরে।

## শ্রীকৃষ্ণ চাউম্বা থা ৭/৮ মপুং ফারকপদা

শজিবু থাগী হুমনি পানবা মতমদা
কৃষ্ণগী চউম্বগী অভিষেক তৌরে।
পুজা কৎলে শ্রীবিষ্ণুগী চরন্দা,
অথুম অহাও শন্দেশনচিংবা হৌদুনা।

ফিজেৎ লৈতেংলে শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদা,
ৱাহোংগী চুড়ানা কোক্তা লৈতেংলে।

চেংল খ্বাংদা স্না ফিগে শেৎচিনবিরে,
খোইদৌ য়ৌনা শিবিরে স্নাগী লিক্কোন।

খুজিতান খোংজিনা কযাদা পকচবা
ফজবা খন্দুনা নিংথিনা লৈতেংলে।
নোংথাং কুপ্পগুম শ্রীঅঙ্গ পুমলং লংলে
মণি মুক্তানা থামলবা আভবন্না।

স্নাগী পাত্রদা থমলি হাওববা ক্ষীব
থেন্দুনা থমলি লড়ু বেডা ননি মাখন।
যশোদানমুক ইন নন্দনামুক ইন,
চাবগী পেনবা নাইদে শ্রীকৃষ্ণনা।

উপনা হিপলিদো গোপাল দেবনা,
ফিজেৎ ফিবোন লিক-কোন্না ইবং লংনা।
কুম্মৈ ওইনবে মাবু যেংবদা,
মযুমদা হনগনি হাযবা কাওনবে।

গোপী অমনা খুৎ থিল্লদুনা,
যেংউ যেংউ গোপালগী মতৌসে।
পাযবে পাযবে ননী মাখোন পাযবে
হে যশোদা মাখোন যান্না থন্মুকো।

ফজৈদা গোপাল নমিৎনে ননানে,
অমুক্তোইনা নোক্না নোক্না যেংইবা
কবিনো খংদে ঐগী ইচাদগী,
নংনা হেন্না নুংশিনে গোপাল নংবো।

কপলকলে গোপী অমনা হিক হিক
পীনৌনে ইচা অমা গোপালগুম্বা (হে ঈশ্বব)
থম্মোই যাওনা নুংশিদা গোপাল নংবো,
চাজেনবী শস্বীগুম নংবু নুংশিদা।।০।।

চাবা থকপা লোইবগা। মযাম্না বব পীবি — হে গোপাল কৃষ্ণ নং কুইনা পুনশিযু। নপাবুং নমা ইবেম্মগী সেবা লুনা তৌবা ওইযুকো। গোকুল ব্রজবু চিংখৎপিযুকো নংনা। খোং থাংদোকপা ঙমদে লাকইবা পুন্নমক গোপালবু যেংদুনা অদুম লৈখবে।

## শৈরেং

যেংউ শ্রীগোপালগী নিংথিবা রূপ,
কোক্তা ৱাহোং চুডা ওইদা চেপ্তুক।
লাইবক্তা চন্দোন হুমনি পানবা থা
মযাইদা বিন্দু নম্বা ফজদবা ॥

লৈতেংবনি যশোদা মমানা,
চউম্বা নুমিৎ পুজা কত্তুনা।
মণি মুক্তা পবেং খোইদৌ যৌনা,
লিক্কা কোনগা তানগা নোংথাংগুম,
পুক্লিং হুবে খোংজি খুজি মখোন্না,
লৈতে লৈবোই জগত্তা চাংদমফম।

ফমলি গোপালসে লড্ডু পাযদুনা
মখুৎ নামনা বাঁশি পাযবিবা।
ইনবিবি মমানা ননি মাখোন
অমুকসু ইল্লি লদু (বেডা) নন্দনা
হবিনা পেনবা নাইবা হৌনববা ॥
জগৎসে মাগী পুক্তা থম্বনি।

গোকুলগী গোপী অমনা হাযবকই
যেংউ গোপালসে ঐঙোন্দা নোকইসে।
নোকপদা যাথক যাখা অনি অনি,
বাশি গুণতনা পুমযোম যোমলিবসে।

পিশুমনা কামগী লীকংনি যেংউ
থম্বাল লকানা তাংজবা মিৎস্না।
নাতোন্না থোইদিং মপান্না ইকাইবা
নাশিকানা ইবং লং নুংশিদবা ॥

পকচৈদা খ্বাংদা কিঙ্কিনী লাকপা
স্না ফিগেনা কযা পকচবা।
খুত্তা খুজি খোংদা খোংজি নুপুর
স্নাগী খুজুপ চেংল খুজেংদা।

হে ইতা! হন্নিংদরে, ইয়ুমদা

যেংদুনা সুম লৈনিংই গোপালবু।
গোপ শাগেবু চিংখৎপিনবা,
ঙাক্লববা থাংমৈগুম গোকুলদা।

বাসল্য প্রেমদা ঙাওবে যশোদা,
মচা গোপালগী কুম্মৈ যেংবদা।
উপাক্লা অমুক হিপ্পুনা কৃষ্ণ
মখুৎনা লামদুনা হুকলে ক্ষীব
তঙাংবা চিনবান ইতৈ তৈববা
থোইনা ফজবে ইমাগী গোপাল।

শৃদাম্বু পোকপী গোপী মমানা,
গোপালবু অমৃত পীথকনিংই।
ঙকইদা কৃষ্ণ ব্রজগী প্রেম বস
মমাগুম খল্লিবা গোপীশিংবু।

গোকুলগী গোপ গোপী পুন্নমক
মযুম মযুমদা লোইনা চৎনখবে
কৃষ্ণগী চউম্বা লোইবদুনা।
কৃষ্ণগী কুম্মৈদা ঙাওবে পুম্বা।

## বলদেব অবতার

কৃষ্ণ জন্মগী মমাংদা হান্না ইগদবা বলবামগী অবতাবনি অদুমওইনমক কৃষ্ণ জন্মনা খবা থোইনা যামখিবনা হান্না ইজখিবনি। হৌজিক বলবামগী জন্ম বিববণ মতাংদা খবা ইজবি।

কংসগী কাবাগাব কৈশুমশংদা দেবকীগী মচা তরুক মথং মথং পোকখি। ঙন্নমক কংসনা নুংপাক্তা হাইহত্তুনা হাৎখি। মথংদা তবেৎশুবা মচা ওইগদবা অদু দেবকীগী গর্ভদা ধাবন তৌখি। তৌইগুম্বসুং শ্রীহবিগী লীলা অঙকপনি যোগমাযাগী শক্তিনা দেবকীগী গর্ভগী অঙাং অদু চিংথোক্তুনা বোহিনীগী গর্ভদা হাপখি। মবম অসিদগী বলবামবু সঙ্কর্ষণ হাযনসু খংনবিবনি। শ্রীবলবামদি অনন্তগী শাইওন্নি। মপানথোংদা কৃষ্ণগী মযাম্বা ওইববসু অন্তবদদি শ্রীকৃষ্ণগী পৃথি ভাব কোক্লবা অবতাবদা মতেং পাংবনি বামাযন্দা লক্ষমন্না বামচন্দ্রগী মতেং পাংবগুম হন্দক দ্বাপবদা লক্ষমন্না মযাম্বা বলবাম ওইনা পোক্তুনা কৃষ্ণনা মযাম্বগী সেবা তৌববনি।

শ্রীকৃষ্ণ অংশ কালানা ওইবা বলদেবনি। কালেন থাগী (জৈষ্ঠ মাস) পানখৎলকপগী ৮ নি পানবা মঘা নক্ষত্রদা শ্রীবলদেবনা রোহিনীগী গর্ভদগী পৃথিবীদা অবতার তৌবিররে। রোহিনী দেবী অসে বসুদেবগী অনিশুবা নুপীনি। নন্দগ্রামদা থম্বনি লৈবনি যশোদাগী নাক্তা। বলরামনা ময়াম্বনি কৃষ্ণনা মনাওনি। বসুদেবগী মচা ঙাক্তনি হায়বসে রাম কৃষ্ণ অনিদি খংবনি। রাম কৃষ্ণ অনিনা নোংমা নোংমগী নুমিৎনা কাবগুম চাওরকলে নন্দগী য়ুমদা। শন শাদুনা লৈবাক্তা কোয়না চৎপা হৌরকলে। য়েংবদা রোহিনী যশোদা অনি মচা অনিগী কুম্মৈদা অপেনবা ওইরে। বলরামনা লুপানা ফুদোংবা কুচুনি, অদুগা কৃষ্ণনা থরো অশংবগী মঙাল ঙমজবা কুচুনি শ্যাম। কাফে কাফে মীরক্তা কোয়না কোয়না চেনশিল্লি, মমা মমাদা অমুক চেনশিল্লি। অনিগী কুম্মৈ য়েংবদা অঙকপা ওইখবে। করিগুম্বদা লীল ফাদুনা শান্নে। মমা যশোদানা থবাক য়ৈদুনা মচা লিন্না চিক্তুনা শিরমগনি হায়না অৱাবা ওইখি। মমাদা অমুক হোৎচিলি কৃষ্ণনা অদুগা অমুক শংগোন্দা চংদুনা ষনগী মখোম থকখি। ষনবীশিং অসিদি মুনি ঋষিশিংনা ওনবা ঙাক্তনি মীবোন থোক্তে হাযবতনি। ঈশিং লৈবা মফমদা শান্নে কোয়না চত্তুনা ফারুরগা নিংঙাই তৌই মখোং থিন্দুনা। মমানা শাউবা উরগা নোক্তুনা মমাগী অশাউবা কোকহল্লি। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য লীলা অসি ব্রহ্মা শিবমক্কা খঙ্ঙমদবনি মহা অমৃতগী মশকনি। নন্দ যশোদাগী অপেনবা ঙমখৈ লৈতরে রাম কৃষ্ণ অনিগী কুম্মৈ য়েংবদা।

## রাম কৃষ্ণ অনিগী পিকলিঙৈগী লীলা

### ঈশৈ

রাম কৃষ্ণ অনিনা শন শাদুনা চৎলি,
ৱাইনদুনা শান্নে অঙকপা কুম্মৈনি।
রামনা অমুক ঈল্লি গোপালনা অমুক ঈল্লি,
য়েংনা য়েংনা নোকনৈ হবাও মথোই কানৈ।

শন শাদুনা চৎলগা শঙ্গোন্দা চংই,
শম্বীনা মরৈনা লেকই রাম কৃষ্ণদা।
অমুক থোবক্তুনা শান্নে ঈশিং চাইদুনা,
অফং অফং চারি অফ ফত্ত থাইদে।

চেনশিল্লি গোপাল নাবক মোংশোং মবক্তা
লিল ফাগে তান্নে অকিবা খংদ।
পাখৎলে যশোদা মচাগী মতৌদা,
ইশঃ ইচাসে লীন্না চিক্লমগনিদা।

নন্দ বাবানা হাযবকই যেংউনে যশোদা বানী নংবো ইচা গোপালসে কাফৈ কাফৈ চৎলিবসে অমুক তুই অমুক হৌগৎলি। স্মমুক নোকলকই ঐখোইবু যেংলগা। ঈশ্বরনা ঐখোইদা পীনবিবে থৱাইদগী হেন্না নুংশিবা ইচা। খংদেনে নং ঐ নহানমুক্কী মপোক্তা কবি পূন্য তৌবননো?

## শৈরেং

কাফৈ কাফৈ চৎলি শামু মচাগুন্না
তুবোই ঙামলোই চৎলি কুম্মৈ ওইনৈ যেংনৈ।
মোমোন নোকই গোপাল মমাদা চেনশিল্লি,
তম্পাক্তা কোনশিল্লি মচাবু যশোদানা।

অমৃত মপুক থন্না পিথকই মমানা,
চেপ্থোকই গোপালনা শুগৎলি মীযামদা।
তুবসু কপই পেহৌ পেহৌ নুংশিনা,
শুমহৎলে যশোদা চিংখবে থম্মোইসে।

শুগৎলসু ফজৈ নোক্লসু বাশি লৈ,
কপ্লসু নুংশিদা থম্মোই হুবে গোপাল।
থাজনি থাজ নোংদোনথক্কী থাজনা,
লৈবাক্তা চৎপগুম ফজৈদা হে কৃষ্ণ।।০।।

গোলোক্কী হবিনা অঙাংগী শক্তম লৌদুনা শান্নবি বাল্য লীলা। অঙাংগী কুম্মৈদা মমা মপাবু পুমশুম শুমহৎহল্লে। লৈকাইগী গোপ গোপী পুম্নমক্কী থম্মোই হুহল্লে। তাইবং মাযাগী কুম্মৈদি অসিনি খংহল্লে। মচা পোক্তবা নুপীমখৈদি কপহল্লি নিংহল্লি গোপালবু মচা ওইনা ফংজগে হাযনা।

লেপ্না কোইচেন চেল্লে গোপাল শল্লক্তসু চেনশিল্লি। মমানা তান্নদুনা ফাদোকই। অঙকপনি যন্না মাবু কাওদেনে কবম্না কাওগনি মীরোন খংবী শনবী ঙাক্তনি। মুনি ঋষিশিংনা মবুংঙোগী লীলাগীদমক শনবী ওল্লবনি ব্রজ বৃন্দাবন্দা। ইবুংঙো মাগী প্রেম সেবা ফংজনিংদুনা শনবী মখৈ গোপালনা তৌবিমখৈ যাবিবনি।

গোপালনা শনবীগী খোমজিন পাযদুনা চিংই অদুগা মযাদা কাপশিল্লি। অসিবু জগত্তা লৈবিবা অঙাংনা কবম্না ঙমগনি। ওইথোক্তবনি। ব্রজ বৃন্দাবন্দা হৌবিবা উপাল, কল্প বৃক্ষ লতা উবী বাবি পুম্নমক মুনি ঋষিশিংনা ওনবা ঙাক্তনি। কযাদা চানবিবা ইবুংঙো মানা ব্রজদা পোকলিবা গোপ গোপী পুম্নমকপু।

## শৈরেং

যেংউনে ইতা হে চান্নবী রোহিনী,
গোপালনা নোকপদা য়া হৌবা উবেসে।
অসুক নুংশিবসে লৈবমলোই জগত্তা
শাজৎ শাথেক শাওং রাশিনা যোম্লবা।

ঙাওখ্রেদা হে গোপাল নংসে ওম্থোক্লসু
চেনশিল্লি শনবীগী নাক্তা থৌশাদনা।
কাপশিল্লি য়াদা শঙ্গোম খুৎনা চিংদুনা,
মপুক থন্না থকই হে তৌঙমদবা শ্যাম।

শন্নাও মচাদা কোনশিল্লুই গোপালনা
শন্নাওগা কন্না হেক্তা ৰাইনৈ ইন্ননা।
অঙকপা কুম্মৈনি য়েংবগী পেন্দেদা,
চেনশিন্দুনা পমই মমা যশোদানা।

দুর্গা দেবীনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু য়েংনিংদুনা ভগবতী পৌর্ণমাসী ওইনা গোকুল ব্রজ বৃন্দাবন্দা পোল্লবনি ভগবান শিবগী মফমদা হাযজদুনা। পৌর্ণমাসি গর্গ চার্য্যগী মচন নুপীনি। ভগবতি পৌর্ণমাসিনা হাযরকই নন্দিমুখীগী লেংবান্দা পায়দুনা! যেংউ নন্দগী মচা কৃষ্ণসে মুন্না য়েংউ। অমুক য়েংউ অতিয়াদা। পাইবিবা লৈচিলদা কৃষ্ণ মাগী মমি তাবনি। পাইরিবা নোং মহাক্কি, উনালক্তা কোকিল খোঞ্জেল মাগী খোম্থাংনি ৰাহোংনা জগোই শারিবসে গোপালদা উৎপা জগোইনি। মসিবু ঐতনা হায়জিনববা। থাজ মাসু গোপালবু উবদা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবিশে য়েংউনে। (শৈরেংদা অমুক ইজগে পাবদা নুংঙাইনবা।)

## ঈশৈ

ভগবতী পৌর্ণমাসীনা হায়রকই
হে ইতা নন্দিমুখী নং মুন্না য়েংউ।
পাইরিবা লৈচিলদা কৃষ্ণবু উগনি,
পাইখিনি মিৎকী অরোইবা ফাও লৈচিলনা।

কৃষ্ণগী খোইথুল্লবা নুংশিবা ৰাঙাং,
খোম্থাং য়ৈবনি পঞ্চম রাগ কোকিলদা।
চেক্লানা ইবুংঙো মাবু শৈথাবনি,

খোইমুনা ঙংবা কৃষ্ণগী গুণ শকপনি।

লৈবনি মহাক্তি জীব খুদিংমক্তা
ঈশিং কংফান অহাংবা মফম পুম্বদা।
আত্মা ওইনা থম্মোইদা লৈদুনা,
হিংহল্ল জীববু পাংথোকহল্লি কর্ম্ম।

বেদ, শ্রুতি, শাস্ত্র মন্ত্র বিদ্যা ধর্ম্ম
কর্ম্ম ভক্তি জ্ঞান পাপ পূন্য মানা শেম্বনি।
নুংশিবা প্রেম ৰাঙাং দান যজ্ঞ মহাকনি,
ৰাযেন চৈরাক অচুম অরান মাতনা ওই।
কাইনবা, অৰাবা, নুংঙাইবা মাগী লীলা,
ধর্ম্মনা জয় ওই হায়বা পাওজেল পাওতাকনি।

কবিতা কয়ানা ইবদা লোইদ্রবা,
কল্পনা কয়ানা মাইথিবা ফংখ্রবা।
মাগী প্রতিমাবু শেম্বা ঙমদ্রবা,
কনাসু ঙমলোইনে মাগী রূপ শৈথাবা।

চিত্রকাবনা য়েকপদা লোইনাইদ্রবা রূপ
কাম কোটিবু ঙমজবা ফজবা শকফম।
সরস্বতীনা বিনা যন্ত্র শৈহেক্লা
শকপদা লোইনাইদ্র হবি মাগী গুণ।

ব্রহ্মা শিব অনান্ত মচিন লিশিংনা
শকপদা লোইনাইদ্র হবি মাগী লীলা
মুনি ঋষি কয়ানা ধ্যান তপ তৌবদা
ফংঙমদ্র হরিবু ফংজৈ যশোদানা
মচা ওইনা নহালমুক্কী পূন্য ফলনা।।০।।

## তৃনাবৰ্ত্ত হাৎপা চহি ১ ফাবদা

হে বহুলাশ্ব নিংথৌ, নোংমগী নুমিত্তা নন্দগী লোইনবী যশোদা বাণীনা মচা গোপালবু মতম্বাক্তা শান্নরিবা অঙাংবু য়ান্না লূম্মনবনা পম্বা ঙমদদুনা লৈবাক্তা থমলে। কয়ামুক লূম্বগে হায়বদো চীংগুন্না লুমথখি শ্রীকৃষ্ণনা। মমাদি করিসু খঙদবনিনা মচাবু লৈবাক্তা থনম্লগা ইমুংগী থবক ইখাং তৌবা চংখিরম্মী। মথুরাদনা কংসনা অসুম খল্লম্মী,

নন্দগী মচানা থা ৪ দা ঙাইরিঙৈদা কংস ঐগী কল্লবা শকটাসুরবু হাৎখিবনি। নন্দগী মচা গোপাল অসে শ্রীবিষ্ণুগী শাইওন্না পোক্লবরা? তৌইগুম্বসুং কংস ঐবু হাৎকনি হায়বদি দেবকীগী নিপাল শুবা মচাননি, অদুবু নুপী ওইনা েপাকখিবনি। অদুম ওইনমক ঐনা য়াম্না চিংনরে মদুদি দেবকীনা কৃষ্ণবু পোক্লগা নন্দগীদা থৈখিবরা? মদুসু প্রমান লৈতে। অদুম ওইনমক নন্দগী মচা অসি হাত্তবদি ইয়ামক য়াদে। মরম অদুনা মায়াদা খম্ থেংনা হৈরবা তৃনাবর্ত্তবু গোকুলদা কৃষ্ণবু হাৎনবা থারগে।

লাকলে তৃনাবর্ত্ত গোকুলদা নোংলৈ নুংশিৎ ওন্দুনা মথক মখা খোন্না শিৎলকলে নুংশিৎ। মতম অদুদা যশোদা মমাদি মাগী থবক্কীদমক ইমুংদা লৈখি মচাবু মঙ্গোন্দা থনল্লগা। তৃনাবর্ত্তনা অঙাং গোপালবু মাঙ্গোন্দা থম্বদু উরম্মী অদুগা হায়বকই ঐনা অঙাংসিবু উরগা করিগী ইশাশি নিকলিবা? হাত্তবদি য়াদে! নোংমদোন অতিয়াদা পুখৎলগা থাদদুনা হেক্তা হাৎলগে মাবু! মতমসিদা কংসনা থারক্লবা মপাঙ্গল কল্লবা তৃনাবর্ত্ত কৌবা হিংচাবনা অঙকপা ফংনা মাইকৈ খোন্দুনা - নোংলৈ নুংশিৎ শিৎপা হৌবকলে। হৌরিবা উপাল বাপাল পুন্নমক লৈবাক থেংলে উফুলনা গোকুল অদু পুম্মম্ মমখি অমসুং মদুগী খোঞ্জেলতনা নিনখি। উফুলনা কুপখিবনা দণ্ড অনি (মিনিট ৪৮) চুপ্না মিৎ পাংবা ঙম্নখিদে।

তৃনাবর্ত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু লেংবান্দা হাপ্পুনা অতিয়াথক্তা যোজন লক্ষ অমগী (যুথক লক্ষা অমা = পুং লক্ষা অহুমগী) লম ৰাংনা পুখৎখি। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী অরূম্বা ভার অদুনা শনজিংগী মতৌগুম লূম্লবদা পুবা ঙম্লক্তবে তৃনাবর্ত্তনা শ্রীকৃষ্ণবু থাদবগে খন্দুনা লংথোক্কে হোৎনবদা কৃষ্ণনা হিংচাবগী ঙক্তা কন্না কোনখিবনা শ্বর ফুল্লে তৃনাবর্ত্ত।

হিংচাবা অদু লৈবাক্তা তারকলে কৃষ্ণনা মথক্তা নল্লগা, নুংপাক্তা তাদুনা হিংচাবগী মশা মকোক অদু পুমতোই তোইদুনা মথৰাই থারে। তারকপগী মখোলনা মাইকৈ পুন্নমক পুমনিল নিলখি।

## শৈরেং

নোংলৈ নুংশিৎ ওইনা লাকলে তৃনাবর্ত্ত,<br>
গোকুলগী মাইকৈদা চক্রগুম লৈদুনা (ঊংদুনা)।<br>
উপাল ৰাপাল পুম্বা লৈবাক থেংলে নোল্লে,<br>
অকিবা ফংলে মীশক মিশা খংদরে।

পুখৎখরে গোপাল অতিয়া মালংদা<br>
উকুরু লৈনা হিংচাবগী লেংবান্দা।

থাদবক্কে হোৎনৈ গোপালবু লৈমাইদা,
থাদবা ঙমদবে মঙক্তা চেৎন কোনবনা।

হবিগী অৰুম্বা পুবা ঙমদনা,
তাবক্লে তৃনাবৰ্ত্ত, লৈমাইদা ওন্না ওন্না। (তাবকলে)
নুংপাক্তা যৈবে, মকোক পুমতোই তোইবে,
গোপালনা ফমদুনা লৈ হিংচাবৈ'থক্তা।।০।।

মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী চহি অমাবোমদা মঙাইবি। গোপীশিং অমদি মমা যশোদা চেনশিল্লক্কুনা তৃনাবৰ্ত্তগী মথক্তা ফমদুনা লৈবিবা গোপালবু পমখৎলে। ইশ। ইচা শিবমনিদা। ইচাগী লাংফম অসে কনখবে, হৌজ-থেংখাং যামখবে। শ্রীহবিবু ঐনা চেৎনা নিংজবনা ইচাবু কনবিবম্বনি। গোপীসিংনা হায — হে - নন্দবানী। নং অসে নচা ওহ্লোক্লা থৌওইখিদবে। নচাসু অচম্বা নত্তবা। জগৎকী মনুংদা নচামুক ফজবা, বাশি লৈবা গুণ লৈবসে লৈবমলোই। অদুগীসু মথক্তা অহল ওইনা তাংনা ফংজবা নচানি। মচাগী দশা কোক্লবা নন্দ নিংথৌনা বেদ খঙবা ব্রাহ্মনশিং কৌকদুনা অৰ্চ্চা পুজা তৌজবে যজ্ঞেশ্বব শ্রীহবিগী মফমদা।

অৰ্ঘ পুজা দান দক্ষীনা যাওনা মন্ত্র থীদুনা। নন্দনা ব্রজ (গোকুলগী) লাকইবা পুন্নমক্তা দান দক্ষীনা কচ্চখি মচাগী দশা কোক্লবা হাযদুনা।

শ্রীনাবদনা হায — নন্দ নিংথৌনা শনবী লাক্ষ অমা স্না মোহব লক্ষতবা, অনৌবা মনি বত্ন লিশিং অমা অথোইবা ফিজোল লক্ষা অমবু ব্রহ্মণশিংদা দান তৌখি।

বহুলাশ্বনা হায — হে মুনি। তৃনাবৰ্ত্ত হাযবা হিংচাবা অসিগী আত্মানা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখ্রিবসে যাম্না ঙকলে। নহালমুক্কী মপোক্তা মহাক্কী কবি পূন্য ফলননো অমুক্তা লিবিযু।

মমাংঙৈদা সত্য যুগতা পাণ্ড হাযনা কৌবা দেশতা দান ধৰ্ম্মদা পুক্লিং চংবা, হবি ভক্তিদা পবাযন ওইবা কল্লবা নিংথৌ সতশ্রাক্ষ কৌবা মতিক মগুণ লৈবা অমা পাল্লম্মী। নোংমা মানা মাগী নুপী লিশিং অমগা লোইননা মযাই কানা, নৰ্ম্মদা তোৰ্ব্বান্দা কোযবকপদা লমখাংদা দুৰ্ব্বাসা মুনি উনবে। নাপনগী মযাইনা মুনি উবদা ভক্তি তৌকদবে। মদদা শাউগল্লবা দুৰ্ব্বাশানা হিংচাবা ওল্লো হাযনা শাপ তৌবম্মী। মমৈদা নিংথৌনা মুনিগী মখোং কোন্দুনা ঙাকপিযু হাযনা হাযজবদা মুনিনা পেনবিবদুনা বব পীবিবে।

দ্বাপব যুগতা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগা হেক শোক্লবদা মুক্তি ফংজবা ওইযু। মবম অসি লেবনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগা হেক শোক্লবদা মাগী আত্মানা মণ্ডাল অমনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিনখ্রিবা অসিনি।

## শ্রীরাধা গোবিন্দ অনি লুহোংবা (গর্গ চার্য্য)

মতিক মঙাল চাওরবা মহামুনি গর্গ চার্য্যগী থম্মোইদা পুমঙান ঙাম্থোরক্লে শ্রী রাধা গোবিন্দগী (মরকত) অশংবা অঙৌবা মঙাল অনি পুন্না থাজ কোটি ঙমজনা। প্রেমগী ইথক হৌরক্লে শ্রীগোবিন্দগী থৌজাল ফংদুনা মমিত্তা শং শং উদুনা মুনিনা ইরকলে গর্গ সংহিতা কৌবা লাইরিক "গোলোক খণ্ড অমসুং বৃন্দাবন খণ্ড" রাধা কৃষ্ণনা ভাণ্ডিরবন্দা লুহোংবগী অধ্যায় য়াওনা, ইবুংঙো ইবেম্মগী নুংশিবা রসনা থনবা লীলানি।

শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা কনানা খঙ্গনি! ইবেম্মা রাধানা বৃষভানুগী মমোম ওইনা পোকখিবদু উননিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিংদু, কয়াদা লাংতক্নখি।

নোংমা নন্দ নিংথৌনা মচা কৃষ্ণবু পমদুনা মথানুংদা চেজেৎনা কোনশিঞ্জরম্মী নুংশিনা চান্ন, শন শেন্না শেন্না যমুনা তুরেল মপান্দা লাকখি। ফজবা ভাণ্ডিরবন উমং মহৌশা খুৎশেন্না থনবা উমংনি, ফজ-ফজবা কল্প বৃক্ষ - তোমাল, কদম, হৈনৌ, থৈবোং, বোবোই, খুজু চম্প্রা, কমলা, কফোইনচিংবা পরেং পরেং হৌরি, শাৎলিবা হৈরাংদা খোইমুনা গুণ গুণ ঙংলি, শকলি রাধা কৃষ্ণগী মগুণবু। শ্রীকৃষ্ণগী লীলা কনানা খঙগনি, অঙকপনি। অকনবা নোং নুংশিৎনা শিৎপা হৌরকখি ভাণ্ডিববন্দা। কদম, তোমাল উশাশিং তেক্কুনা তারকখি। উগী উনানা চবুল চবুল নুংশিৎনা হুমদুনা পুরি উরুরু লৈনা লৈনা অসুন্না নুংশিৎকী অমদি উরাও খোন্না অকিবা ফংখি।

অঙাং শক্তম্ লৌরিবা গোপাল কৃষ্ণদো কপ্পা হৌরকখি থেম্বা য়াদবমখৈ মপাবুংনা থেম্ল থেম্লগা থোইনা হেন্না কপখি। ইবেম্মা রাধাবু উনগে খল্লি কৃষ্ণনা নুংশিবী মাগী চেংলৌ শক্তম্বু নিংশিংদুনা।

পিক্লিবী বৃষভানুগী মমোম্ রাধানা উজরে শ্রীগোবিন্দবু লাপ্পা, তাজরে মবুংঙোনা মাবু কৌবিবদো।

### শৈরেং

ইবেম্মনা কিশোর বয়স, শক্তম লৌরদুনা,
লেঙ্‌লকলে ভাণ্ডিরবন্দা, কৃষ্ণনা লৈবা মফমদা।

নুমিৎ কোটি মঙান্না, মাইকৈ শিন্না ঙানবগুম্
গোলোক্কী মবেম্মনা, লাকপদো উখি নন্দনা।
থা কোটি ঙমজ মঙাল পুরিবী রাধিকানি,
তরু তহেন ফিজেৎনা, লৈতেংলিবী ইবেম্মা।

অশংবা ফিজোন্নি লেমজবী খ্বাংগোই শরিকনি,
খুজি তান পাম্বোম ফাবী, নাপদা কুণ্ডল্ নাইন,
নাতোন নাকচিদা থোইদিং মপানগুম্ ফল্লপ শাৎলিবী,
ফজৈদা স্নাগী লিক্লাং হাই হুমলি নিংথিনা ঙক্তা।

মোমোন নোক্লা রাধানা লেপ্লরে নন্দগী মাংদা,
রাধাবু উজবদা খুরমজৈ নন্দ নিংথৌনা।
খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ, হে ইবেম্মা রাধিকা!
নংদি কৃষ্ণগী লোইনবী, জগৎকী মমানি।

তাবিয়ু হঙ্গৎচবা ঐনা পমলিবা অঙাংসে
নহাক্কী মবুংঙোনি, গোলোক নাথ কৃষ্ণনি।
তাজৈ ননাইনা গর্গ চার্য্যগী মচিন্দগী,
রাধা কৃষ্ণ অনিনা, বৃন্দাবন্দা খোংদাবিরে।

নোং নুংশিত্তে কিরবা নহাক্কী নবুংঙোসে
লৌবিরগা নহাক্লা, য়ুমদা থিনবিরকউনে।
হে ইবেম্মা রাধিকা নংনা পেনবিরবদি,
অনিগী নখোং থম্বালদা চংজবা পীনবিয়ু।

রাধানা তাকপিরকই, হে নন্দ নং খঙ্উনে,
রাধা ঐবু উবসে ব্রহ্মামক্লা ফংদবনি।
ঐ পেল্লে তারো নিংথৌ, নংনা নিংজবা অদু
থুংজরো (ফংজরো) রাধা কৃষ্ণগী নাক্তা লৈজবা।

রাধানা গোপালবু নন্দগী মথাদগী লৌজরে
ফংঙমদ্র মবুঙোবু অমুক হন্না ফংজরে।
তনিক তনিক ৱাহৈনা হায়জরকই রাধানা,
হে ইবুংঙো! নহাক্কী লীলাদি অঙকপনি।

চৎখরে নন্দ কোনুং পাংনা থৱাই নুংঙাইনা,
উজরগা রাধা শ্যাম্, অনিগী নুংশিবা মুর্ত্তি।

## বৃন্দাবনগী হৌরকফম

শ্রীনারদনা হায় হে বহুলাশ্ব
তারো লিরগে, বৃন্দাবনগী মরম।

কবম্না বৃন্দাবন ওইবকখিবা ?
মবোল অহুমগী অথোইবীশে।

মমাংঙৈদা হিবন্যাক্ষ দৈত্যনা
পৃথিবু বশাতলদা পুথখি।
শ্রীবিষ্ণুনা ববাহ শক্তম লৌনা,
অবতাব তৌখি দৈত্যবু হাৎনবা।

অঙকপা শকওংনি ববাহ দেব
মাইথোংনা ওকনি, হকচাংনা মীনি।
পাম্বোম্ মবিদা থোল্লি শঙ্খ চক্র
গদা পদ্ম, শংবান্ন শ্রীহস্তদা।

হিবনক্ষ্যবু ববাহ দেবনা
গদা যুদ্ধদা ফুদুনা হাৎখি।
শ্রীহবিনা পৃথিবু যাতোন্দা
হাপ্তুনা পুখৎলকখি মালংদা।

পৃথি মাতানা নাপল তৌবকখি
ঐঙোন্দা অবাৎপা অমত্তা লৈতে।
সমুদ্র ইবম তবেৎ লৈবিদো,
চাওববা কংফাল, জীবগী লৈফম।

ফজবা চীংশাং তমফা লিক্লাংগুম,
স্না, লুপা, যোৎকী চীংদোন কযানি।
হিবা, মনি, মুক্তা থন্না লৈবিবা,
হৈকোন লৈকোন্না কযা নিংথিজৈ।
চানবা পোৎনা মবাং কাযবিবা,
অবাৎপা লৈতে সমুদ্র - পোৎথোক্লা।

মবুংঙোগী যাতোন্দা তোংনা তোংনা
হঙ্গৎচৈ শ্রীহবিদা খুৎ লোন্ন।
কবিনো অসুক ফজবা লমসে ?
মঙান্না থাজ কোটিগুম ঙানবা।

শ্রীহবিনা হায পৃথি যেংদুনা
বৃন্দাবন কৌবনি পূন্য ধামনি।

গোলোক্কী মচেৎ অমনা শেম্বনি,
রাধা কৃষ্ণগী লীলা শান্নফমনি।

য়েংউনে পৃথ্বি নংবো ফজদরা?
হৌরিবা কল্প বৃক্ষ, হৈনৌ, তোমাল,
কদম, থৈবোং, নাগেশ্বরনচিংবা।
হৈকোল লৈকোলনা পরেং নাইরিবা।

যমুনানা খোয়না চেল্লি লিকলাংগুম্
চীং লেম্না লেপলি গীরি গোর্বদ্ধন।
নিংথিজবা বন তরানিথোইনি,
কুঞ্জ কুঞ্জ কয়ানা লৈতেংলিবা।

নাপল তেকলেদো পৃথি মাতাদো,
হঙ্গৎচৈ হরিগী শ্রীচরন্দা।
বৃন্দাবনবু ঐগী কোক্তা থমদুনা,
লৈতেং ওইজগেনে লুহুপকুম্না।

তাকপিরে - হরিনা পৃথি য়েংদুনা
বৃন্দাবনসে তিলহনগে নংঙোন্দা।
পুঙমদ্রবা নংগী পাপ পুন্নমক;
কোকচবা ওইরো কৃষ্ণগী থৌজালনা।

অমকপা লৈত্রবা শ্রীবৃন্দাবন
থৌগল্লকলে বসন্ত ঋতুনা।
হৈরাং লৈরাংনা লৈকা ফন্না ফন্না
শাৎচরি কৃষ্ণগী থৌগনগীদমক।

## শ্রীকৃষ্ণ

খঙ্‌হৌদে, মাংখরে; অঙাংগী শক্তম,
লৌরে কৃষ্ণ চহি তরাতরুক্কী রূপ।
নোংহৌ ঙম্বা কুচু স্না ফিগে থোনবা,
চুড়া বাঁশি নুপুরনা নিনবা শক্তমনি।

জগৎ শুমহৎপা ইংল মাইথোংনি কৃষ্ণ।।
ঙাম্থোরকলে থাজ কোটিবু ঙমজনা,

জগৎ - শুমহৎপা ইংল মাইথোংনি কৃষ্ণ।
মোমোন মোমোন নোক্লা রাধাবু চানবীবা,
খুৎ অনি পায়দুনা মিৎয়েং তাবিরক্লে।

কৃষ্ণ ঐদি লৈফম্ খঙদেদা চান্নবী
নংবু উদবদা কয়াদা ৱাজবা।
ফোংদোক্কে ঙসিদি পুক্নিংগী ৱা অমা
শান্নগনি ঐ, নং, নুংশিবা রাস লীলা।

পুশিনখরে রাধাবু মাণ্ডব ময়াইদা
লেঙ্শিল্লে বর - কন্যাগী ফম্বাক্তা। (আশন্দা)
রাধা গোবিন্দনা লুহোংগে খন্দুনা,
থৌরাংলে কুশ ঈশিং লোইনা থমদুনা।

লৈশেম্বা ব্রহ্মানা লাকখি মফমদুদা,
খুরমজৈ রাধা কৃষ্ণগী শ্রীচরন্দা।
লৈশি লৈথোঞ্জে নিংথিজবা ৱাহৈনা (ৱাঙাংনা),
খুকউ লৈদা তা, খুৎ লোন্নজদুনা।

হে ইবুংঙো নংদি নুপা অথোইবনি,
খ্বাইদগী অহানবা জগৎ শেম্বীবনি।
মশিং লাকঙমদ্রবা তাইবংপান পুম্ববু
ৱায়েন থৌদা তৌবিরিবা মবুংঙোনি।

গোলোক্কী মবুংঙো কৃষ্ণসু নহাকনি,
ইবেম্মা রাধানা নংগী লোইনবীনি (তালোইনি)।
বৈকুণ্ঠগী নারায়ন হায়বদো নংনি,
রাধানা লক্ষ্মী ওইনা থৌগনবনি।

দশরথগী মচা রাম হায়বদো নংনি,
রাধানা ওইবা জানকী সীতানি।
হরিনা কৃষ্ণ কৌনা অবতারদা,
রাধানা কমলয়া হায়বদু ওইবনি।

ভগবান্না যজ্ঞ ওইবা মতমদা,
রাধানা দক্ষীনা কৌনা লোইনবীনি।
নৃসিংহ অবতারদা রামানা লক্ষ্মীনি।

নর-নারায়নগী অবতারদা রাধানা,
মিগী মতৌগুম শান্তি দেবী ওইরে।।

হে ইবুংঙো নংদি ব্রহ্মগী মশকনি,
প্রকৃতি কৌবীদো রাধিকা অসিনি।
কাল কৌবা লাই বীজ মরূদু নংনি,
রাধানা মশক নাইহনবী মগুণ মায়ানি।

হে গোবিন্দ নংতনা পরমাত্মনি,
রাধানা পরা প্রকৃতি ওইবীনি।
মরমদুনা পঞ্চভূতসু রাধিকানি,
জীববু য়োকপিবসু রাধা কৃষ্ণনি।

হে কৃষ্ণ নংনা বিরাট মুর্ত্তি ওইবনি,
অচৌবা তাইবংপান মশক লৌবিবনি।
জীব পুম্বগী লৈফম ধাবনাসু কৌবনি,
পৃথিদা জীবগী লীলা শান্নবনি।

শংবান্ন, অঙৌবা নঙাল অনিনি নংগী
শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপুনবা নঙালসুনি।
মপান্দসু মনুংদসু ঙানবা কৃষ্ণ
গোলোক ধামগী মবুংঙো নিংনফম ওইবা।

চংজরি হে ইবুংঙো নংগী নফমদা,
তোল্লবা ব্রহ্মানা চরন থম্বাল শোক্লা।
নংদি লাই পুম্বগী লাইনি অথোইবনি,
অতৈ লৈতে রাধা কৃষ্ণদগী হেনবা।

জগৎ শেম্বদগী হৌনা রাধা কৃষ্ণনা
চান্নবা চান্নবী ওইনা লৈরকপনি।
অদুম্ ওইনমক ব্রহ্মা ঐনা ঙসিদি,
রাধা কৃষ্ণবু লুহোংজগে চানবিয়ু।

নারদনা হায় ! হে বহুলাশ্ব —
ব্রহ্মানা লুহোংনবা শেম শারে।
রাধা কৃষ্ণগী ফমফম (পীঠ) মমাংদা
যজ্ঞ কুণ্ড অমা খুদক্তা তৌরে।

বেদগী ৱায়েনগী মতুংইন্না,
পানিগ্রহ কৌবা নুপাগী খুত্তা,
রাধাগী নৌর খুৎ হাপ্লদুনা,
দানগী থবক পুম্বা লোইনা তৌখি।

রাধা কৃষ্ণবু যজ্ঞগী মৈদা
তরেৎলক হন্না কোইহল্লগা,
ব্রহ্মানা রাধা কৃষ্ণ অনিবু,
হায়হনখি লুহোংবৈ মন্ত্র তরেৎ।

মতম কুইনা উনরুদ্রবা গোলোক্কী শ্রীহরি অমদি ইবেম্মা রাধানা ভাণ্ডিরবন্দা নায়ক, নায়িকা অনিনা উনবদা, ঙমখৈ লৈতনা প্রেমগী ইপাক্তা তাওখি। পোক্লরে শ্রীকৃষ্ণনা গোপ নিংথৌ নন্দগী মচা ওইনা অদুগা ইবেম্মা রাধানা বৃষভানু অমদি কীর্তিদাগী মমোম ওইনা লাংওনখি। মপান নাইদ্রবা প্রেম রসকী ইপাক্তা তাওদুনা অনিনা শান্নরগনি রাস লীলানচিংবা লীলা কয়া কয়া। সুভ ব্বিাহগী থবক পুন্নমক ব্রহ্মানা পুরোহিত ওইদুনা লাংজখি।

## রাধানা কৃষ্ণদা লৈ হুকচবা

### শৈরেং

ফুগাইনা শাৎল' থম্বাল পরেং অমা
হুকচবে রাধানা কৃষ্ণগী ঙক্তা।
অদুগা থম্মোইদগী পুথোরকপা,
নিংথিবা কুণ্ডো পরেং অমসু,
হুকখি রাধানা কৃষ্ণগী ঙক্তা।

অপেনবা নাইদ্রবী রাধিকানা
য়েৎশিঞ্জখি বকুল পরেং অমসু,
শ্রীকৃষ্ণগী চুড়াগী মখোংদা।
অদুগা ফমথজে শ্যামগী ওইদা।

কৃষ্ণনা নিংথিবা কুণ্ডো পরেংদো,
হুকপিখি রাধাই ঙক্তা মোমোন নোক্লা।
কুম্মৈ য়েংলিবা লাইয়াম খিবিক্লা,
ৱা ৱা নোকখি লুহোংবা কুম্মৈদা।

অতিয়াদগী দেবা দেবীশিংনা
চাইথরকখি লৈরাং নোং চুবগুম্।
রাধা কৃষ্ণগী খোংদগী কোক ফাওবা,
লৈতনা য়োমখি পুমথন থনখিদো।

হরাও মথোই কানা জগোই শাখি
বিদ্যা ধরিশিংনা লাইরৈবাক্তা।
ঈশৈসু শকখি গন্ধর্ব চারন্না,
কোকিল ঙমজ নুংশিবা শুরদা।

পুং, বীনাযন্ত্র, ডালপুরা, বংশী,
মোইবুং আনকদুন্দুভি যন্ত্রনা
য়েখি, থিনখি, খোংখি মরোল হাপ্পুনা
হৌরবা খোঞ্জেল - মঙ্গল মশক ওইখি।

শ্রীহরিনা হংবিখি ব্রম্মাদা,
করি করম্বা দক্ষিনা পাম্মী।
ব্রম্মানা হঙ্গৎচৈ শ্রীকৃষ্ণদা
নংঙোন্দা ভক্তি লৈবা পীনৌনে।

শোঞ্জগে নংগী নাম জপ তৌজগে,
নুমিৎ খুদিং কাওদবা পীনৌনে।
হরে কৃষ্ণ মহা মন্ত্র নামসে
লৈয়েংদা তত্তনা শক-শোঞ্জগে।

কৃষ্ণনা তাকপিরকখি ব্রম্মাদা
অদুমক লেপ্পা ফংজবা ওইরো।
তাকপি তম্বীয়ু জীব খুদিংদা
কৃষ্ণ ঐবু ফংনবা লাইনিং লম্বী।।

ব্রম্মানা কোক নোন্না খুরমজখি,
রাধা কৃষ্ণগী চরন থম্বাল শোকচৈ।
পুক্লিং থম্মোই পেনবগা লোইননা,
হনখরে ব্রম্মা মাগী লৈফমদা।

শ্রীকৃষ্ণনা খোইরুম মোমোন নোক্লদুনা
লেংশিল্লে নিকুঞ্জ কৌবা শঙ্গাইনুংদা।

হাবিরে অহাও অথুম শন্দেশ কয়া,
পুক্লিং খোইদানা রাধা মানা কচ্চবা।
চাক ইনশাং; তল, মিঠাই, শায়দুনা চাবা
চুপ্তুনা, লেক্তুনা, থক্তুনা চাবা,
অহাওবা পোৎ পুম্বা কৃষ্ণনা হাবিখি।
রাধাসু চাখি কৃষ্ণগী মহা প্রসাদি।।

রাধানা শেম্বা নিংথিবা পানা খুদপ,
হাবিখি কৃষ্ণনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা।
ৱাজরবী রাধাই অমম্বা পুক্লিংবু,
প্রেম ইথক হৌহনখি থৌজালগী মিৎয়েংনা।

চান্নথোইবীগী খুজেং পায়রদুনা শ্যামনা
কোইচৎ চৎখি বৃন্দাবনগী উমংদা।
শংবান্ন ফজবী যমুনা মপান্দা,
হৌরিবা উরী ৱারীবু মিৎয়েং তাবিখি।

কৃষ্ণনা নোক্লা নোক্লদুনা তাকপিখি,
ফজবা ৱাঙাংনা ইবেম্মা রাধাদা।
চান্নবী হে রাধে নং ঐগী শান্নফম
শ্রীবৃন্দাবন কৌবী শংবান্ন কুঞ্জবননি।

নিংশিংউ গোলোক বৃন্দাবন্দা শান্নবা,
প্রেম রসনা থনবা নং ঐগী নুংশি নুংওন।
অদুদগী শরুক কোটি হেনবা লীলা,
শান্নরনি নং ঐ ব্রজ বৃন্দাবন্দা।

মবুংঙোসে লোৎখিগদৌবা মানবনা,
স্না ফিগে পায়দুনা য়াঞ্জে রাধানা।
শ্রীকৃষ্ণগী খুৎপু চেৎনা পায়রদুনা
চেনমিন্নে রাধা শ্যাম, মোল্ল পৃথি থক্তা।

ইবুংঙো ইবেম্মগী নুপুর খোঞ্জেন্না,
খোঙ্থাং য়েনা নিনখি ফজবা উমংদা।
রাধানা মতোমতা চেন্দুনা শান্নখি,
কালিন্দীগী মপান উরী উনা লক্তা।

স্নাগী উরীনা য়েৎলবা তোমালগুম্,
নোংলক্তা নোংথাং কুপ্পদা ফজবগুম্,
স্না লুপা খনি পুন্নমক্না তিনবা,
চীং নিংথৌ নীলাচন্না ফজবগুম্,
ফজখি রাধা শ্যাম্ বৃন্দাবন উমংদা।

রতিগী মবুংঙো কাম দেবগী
কন্দর্প কোটিদগী হেনবা কৃষ্ণনি।
ফজবা উরীনা য়োর্মশিল্লবা কুঞ্জদা,
শান্নখি বাস লীলা ইবেম্মা রাধাগা।

শান্নবদা পেনবা নাইদ্রবা বাধা শ্যাম্
লেংঙকখি গোবর্দ্ধন চীংগী নাপোমদা।
ফজৈদা ময়াই কারবা খোইমুশিংনা
ঙংদুনা ঙংদুনা পাইরিবা লৈরাংদা।
য়েংজরি রাধানা খোইদার পুক্নিংনা।।

লৈহী থিরি লৈশক খল্লি খোইমুনা
জাতি যুতি মাধবী লৈরাং খিবিক্তা।
ফজৈদা গোবর্দ্ধন নাপোমদা হৌরিবা,
হিদাক্কী মঙান্না ঙাল্লবা উরীশিং।

ঙাইজরি মবুংঙো মবেম্মা অনিবু
মুনিশিংনা ওল্লবা উরী ৱারিনা।
শাৎলি লৈরাং ফুগাই ফুগাইনা নুংশিনা
মবুংঙো মবেম্মা অনিদা কৎনবা।

গোবর্দ্ধনগী মশা চীং মচা কয়ানি,
লোক মচা মচানা চেম্হরি চীংজুম ওইনা।
চাইজরি ঈশিং রাধানা শ্যামগী মাইথোংদা,
জগোই শারি রাধা কৃষ্ণ অনিনা
গোবর্দ্ধন তময়াদা খুৎ অনি পায়দুনা।

শান্নরি রাধা কৃষ্ণনা জলকেলী,
যমুনাগী ঈশিংদা কুমথরদুনা।
অমগা অমগা চাইনৈ নোক্ন নোক্ন চাইনৈ,

রাধা শ্যামনা নোকপদা ফজবদুদি
রাশিনা য়োম্বনি, থাবু ওমজ' শরুফম।
কাম কোটিদে হেনবা মাইথোংনি রাধা শ্যাম।

রাধাই খুত্তা পায়বা, মনা লিশিং পানবা
থম্বালদো মুল্লগা ইরোইরি কৃষ্ণনা।
ইবেম্মনসু মুল্লে নমখাংনে বাঁশিনে,
কোইচেল চেল্লি কোইতান তান্নে রাধা কৃষ্ণ।

মিৎকা মিৎকা চানৈ মোমোন মোমোন নোকনৈ
রাধা কৃষ্ণনা প্রেমগী ইপাক্তা তাওমিন্নে।
কৃষ্ণনা পীবিরে রাধাগী থম্বালদো,
রাধানা কচ্চরে - বাঁশি নমখাং শ্যামদা।

রাধা শ্যান্না গোলোক্কী লীলাগুন্না
শান্নখি বৃন্দাবন লীলা মাংজৌননা।
বন তরানিথোইদা কোইচৎ চৎলদুনা,
মিৎয়েং তাবিখি কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং।

স্নান ক্রিড়া লোইরবা মতুংদা রাধানা,
মখল মখলগী শৃঙ্গার লীলা শান্নখি।
ইবেম্মনা অকে অমৌগী লৈতেংজৈ,
ফজৈদা ইবেম্মা থা কোটিবু ওমজৈ।

তাঞ্জা ফংলদুনা মাংখরে শ্রীকৃষ্ণ,
অঙাংগী শক্তম্ লৌখরে ভাণ্ডিরবন্দা।
অকিবা শাদুনা কপলকলে গোপালনা,
ইবুংঙো মাগী মায়া কনানা খঙ্গনি।

## শ্রীকৃষ্ণ মাংখ্রবদা রাধাগী অৱাবা

কপলে রাধা হিক হিক থম্মোয় শোক্ক
করি মতৌনো হে শ্যাম নিংথিবা।
অঙাংগী শক্তম্ থল্লগা লেঙ্খিবা,
নংগী কাইনা - মৈচাক করম খাংগনি।

পীনা চদুম চদুম মুক্তা পরেংগুম্
তক্তুনা তারে লৈমাইদা চোইজাইন।

থৱানমিচাক কেন্নবগুম্ অতিয়াদৈ,
কেপ্লে লৈমাইদা শাৎলিবা লৈরাংসু।
খাঙ্বদা ৱারে শ্যামগী প্রেমগী মৈচাক
অসিরনে সিদামগী শাপ হায়দো?
হা বিধি নংনা রাধাবু ৱাহনবা
শ্যাম্বু উদ মিকুপনা যুগ অমগুম্।
খঙহল্লমলে ননাই রাধাবু হে শ্যাম্
থুংনবা কায়নবা অনিগী লীলা।
উদ্রবরা হা কৃষ্ণ ননাই রাধাবু
করম্ন লেল্লু হায়বগে পুন্সিসে।।০।।
"লাওরকলে আকাশ বাণী হে রাধে!
ৱাগনু ফংগনি শোইদনা শ্যাম্বু।
নিংলিবা পুক্লিংগী অরেপ্পা ৱাখল,
শোয়দনা থুংহনগনি নবুংঙোনা।।"
করি লীলানো নংনা শান্নগদবা?
হে শ্যাম করি ৱাৎলি রাধাবু লাক্লবা? (বানবা)
তাইবংসে মঙ্নি - মঙসে তাইবংনি হে শ্যাম!
অমংবা নোংগুম্ চুদবগুম্ উৎলম্বা।
ঋতু কায়ানি চহি অমগী মনুং
নোংজু ঋতুনা জীবগী থৱাইনি।
খিকপিরো রাধাগী কংলবা থম্মোইদা,
ময়োল চোংহল্লু নংগী প্রেমামৃতনা।
মীনা থীনা ঙাংনগদবা রাধাবু
নাকোং মেনশিনগনি নংগী প্রেম ফংনবা।
প্রেম পুজা কচ্চগে শ্রীচরন থম্বালদা,
লেংদ লৈবিয়ু হে শ্যাম রাধাই থম্মোইদা।
রাধানা গোপলবু চেৎনা কোন্দুনা
পুরকলে শিন্নরে নন্দগী খুত্তা।
লাকলে রাধিকা বৃষভানু পুরদা
অঙাং শক্তম লৌনা ঙাল্লে হান্নগুম্না।

অদুগুম্বী ভানুগী মমোম, গোলোক্কী মবেম্মা ওইবী কৃষ্ণদগী তোপত্রবী রাধাবু কৃষ্ণনা লুহোংবীখি। রাধা কৃষ্ণগী লুহোংবগী ৱাবি অসিবু শক-শোঞ্জববদি লেপ্পমক গোলোক ধাম ফংজগনি।

হে রাজর্ষি বহুলাশ্ব নহাক খণ্ডউনে জগৎকী মনুংদা বৃন্দাবন্না অথোইবনি। গোলোক - বৃন্দাবনগা ব্রজ বৃন্দাবনগা অমত্তনি খেন্নদে। হে নিংথৌ নংনা রাধাবু চেৎনা নিংজরবদি শ্রীকৃষ্ণবু ফংবদি শোযদ্রবনি।

মতাং অসিদা শ্রীগর্গ মুনিগী ৱাবিদা গোলোক খণ্ডগী মনুংদা - নাবদ বহুলাশ্ব অনিনা ঙাংনবা শ্রীবাধাগী লুহোংববু - হায়বা তবাতকুকশুবা অধ্যায় লোইরে।

গর্গ সংহিতা

## শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য লীলা

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা খুদিংমক শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা শান্নরি লীলাগী অহৌবদা। (শচী ঠাকুরানীনা মচা নিমাইবু হৌদোকপা)

### ঈশৈ (গৌরচন্দ্র)

হৌরো হৌরো ইমাগী নিমাইচান্দ
ইমাগী থম্মোইগী থাজ নংবো।
স্নাগী কুচুনা লৈতেংবা ইচানি,
মোমোন নোকলো নিমাই অয়ুক্কী কোরৌগুম।

য়েংউ ! অয়ুক কৌবি লাইরেম্বীনা
য়েল্লরি অইংবা নুংশিৎ নামিবা।
ইহৌর গঙ্গাগী ইথক ইপোন্না,
শকচরি কৃষ্ণগী বাঁশি শুরগুম।

তাদরা নিমাই চেক্লানা খোংবা,
মপুগী কোলোইবু শক শোল্লিবা।
ফুগাইনা শাৎলবা থম্বাল লৈকাদা,
খোইমুনা ঙংনা ঙংনা লৈহী চুপ্লি।।০।।

### নিমাইগী লোল

হৌগৎলে ইমা নচা হৌগৎলে। ঐগী ইমাসিদি হৈখরেদা। কবিগী ৱা ঙাক্তা ঙাংলিবসে, হে ইমা নংগী নচা ওইজবা; কয়াদা লাইবক ফখ্রবা ঐসে।।০।।

### ঈশৈ (নিমাইনা হৌগৎপা)

হৌগৎলে নচা নিমাই শয্যাদগী,
তুমনিং তুমনিং ইমিৎসে নোইরদুনা।

মাই তাথোকপিরো হে ইমা নচাবু,
মাই মিৎসে ইফা ফাজিল্লেনে ইমা,।

পুরক্লে শচী ঠাকুরানীনা
চাইশেন্দা হাপ্পা গঙ্গাগী ঈশিং।
থাবু ঙমজবা গৌরগী মাইথোংবু
তাথোকপিরে মমানা মোমোন নোক্না।

বাল্য লীলা ব্রজদা শান্নখিবা,
সখাশিংগা ননী মাখন হুরানবা।
শান্নগে নিংলে গৌরগী থম্মোইদা,
নুংশিবনা থনবা অঙাংগী কুম্মে।।০।।

## ব্রজ লীলা ঃ

প্রাত ঃ গী মতম অয়ুক অঙনবদা রাণী যশোমতীনা শয্যাদগী লেংখৎলে চিংখৈ ফীদুপ হুল্লকপা মতমদা। নিত্য কর্ম্মগীদমক মপুরোইবা গোপ নিংথৌ নন্দগী পোৎলম শুনা থনমলে। মহাকসু নিত্য কর্ম্ম চিন য়া শেংবা মাই তাবনচিংবা লোইরে।

মতম তাঞ্জা অসিদা বলরাম পোকপী মমা বোহিনীসু লাকলে যশোদাগী শঙ্গাইদা। হকচাং শেংদোক্তুনা খুৎ শা শেংনা হাল্লগা মখোই অনি সুর্য্য পুজাগীদমক লৈ হেকপা চৎমিন্নবে।

য়েংউনে ইতা অয়ুক অঙনবা
কোরৌগী মঙালসু ফাওরকলে।
হেকসি লৈরাং যাতি যুতি টগর
মালিকা মালতী লবঙ্গ কেতকী,
জুবাকুশুম অঙাংবা অথোনবা,
হাপচিল্লো ইতা লৈরাংশিং য়েন্দাই থন্না,
অঙানবা কৌবা সুর্য্যদা কৎনবা,
নিজসি বর মঙাল চাওবা মঙোন্দা।

হল্লসি ইতা ইচা গোপোল হৌদোকলুরগে। রোহিনী নংসু চৎলো নচা বলরাম হৌদোক্লুরো। চেন্না চেন্না লাকলে যশোদা রানী স্না শঙ্গাইদা। ফজবী লেমজবী যশোদানি, সতী সাধবী ওইবিনি। মমাংগী মপোক্তা ধারা - কৌবিনা হন্দক্কী মপোক্তা গোপী নিংঙোল ওইদুনা পোক্লবে। অচম্বা নত্তেনে কৃষ্ণগী মমা মপা। নন্দ নিংথৌনা দ্রোন বসু কৌরম্বনি

পতি পত্নী ওইরম্বনি। শ্রীহরিগী বরনা কৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংজরিবনি। চীংলেমজবী শক্তমনি যশোদা। কৃষ্ণগী মমা মপাবু অচম্বা ওইবা হৌনদে। রাশি গুন্দা অৱাৎপা লৈতবনি। ধৰ্ম্ম কৰ্ম্মদা মাই ওনশিনবনি। হৌদোক্লে মচা গোপালবু য়াম্না নুংশিনা কৌদুনা।

## শৈরেং

ইমাগী গোপাল হৌগৎলো থেংলে,
নোংঙাক্লে য়েংউ ফাওরকলে মঙাল।
মোমোন নোকলিনে কোরৌহনবা,
নংসু নোকলো ইমাগী মণি মতুম।

কোরৌগী ঙাংঙ্গাবা মঙাল শুমহৎপা
খিকথরকলে মণি মুক্তা মালেমদা।
নুংশিদরা য়েংউ মপুগী লৈকোন,
লিরি হুমনি মালং লৈনম পুদুনা।

চেক্লাগী য়াকাইরোন নুংশিবা শুরনা
কৌরি নংবু হা কৃষ্ণ হৌগৎলো।
লৈরাংনা নোকচরি নংবু য়েংদুনা
খোইমুনা শকচরি নংগী নগুণবু।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণগী লোন

হৌরে হৌরে ইমা ঐবু থাংথবিরো।
ঐবু ইরুজথোকপিরো, শেংদোকপিরো।

যশোদা ঃ লাকও লাকও গোপাল ইমা ইরুজবিগে!
ফম্মুনে নংবু স্নাগী তাংবল থক্তা।
স্নাগী পাত্রদা হাপ্পা যমুনাগী,
তরুবা ঈশিংনা চাইথবিগে ইচাদা!

ফজৈদা গোপাল নংগী শংবান্ন কুচু,
থরো অশংবা মনম চেনবা ইচানি।
খোই খোইবা শম্লাংনা খোইমুবু ঙমজবা
থম্বাল লকানা তাংজ ইচাগী মিৎস্না।

ইমা তৈথোকপিগে সে রেশমগী ফিনা,

মোল্লবা ইচাগী তনৌবা হকচাংদা।
ফজৈ গোপাল নংগী শাওং শারানসিদি
শামু মচাগুম্মী য়েংবদা নোই পেল্লি।

ফিজেৎ লৈতেংবিরে। খোই খোই তাবা মুরবা কাম কোটি ঙমজবা শল্লাংদো থাদবে লেংপাক্তা, পকচবা চুড়া থেৎপিরে। লাইবক্তা মঙানি পানবা থাজনা য়েকপিরে মদুগী মযাইদা চন্দোনগী বিন্দু নম্বীরে। নাদা কুণ্ডল নাইন, শেৎপিরে খ্বাংদা স্না ফিগে, খুত্তা স্না খুজি তান, খোংদা মনিগী নুপুর। চেংল খ্বাংদা কিঙ্কিনিনা লাকশিল্লে। বাঁশী থেৎচিনবিবে খ্বাংদা। হন্দোক্কুনা য়েংই যশোদানা অমুক শেমজিল্লি ফিজি-ফিনা মাগী ফিজেৎ ফিবোন। অমুক চুপ্পী লাইবক্তা অমুক য়েংই চিংনা চিংনা। ফজৈদা গোপাল ইমানা য়েংলিমখৈ পেন্দেদা।

## যশোদাগী ঈশৈ

কস্তুরি কুঙ্কুম জা চন্দন্না লৈতেংলে,
নোংহৌঙম্বা শ্যামগী ফজবা অঙ্গদা।
শেৎপিগে সে পকচবা ফি খন্দুনা,
খোই খোই শল্লাংদা চুডা চেপ্লক ফজৈদা।

লাইবক্তা চন্দন মঙানি থাজগুম্না,
চন্দনগী বিন্দুনা ময়াইদা নমলিবা।
মিৎস্না থম্বালনি, পিশুম্না লিকুংনি,
কাম কোটিবু ঙমজবা মিনোকনি গোপাল।

নাপদা কুণ্ডল নাইন্না নোম নোম হাইরি,
কৌস্তুভ মনিনা ফজবা থবাক্তা।
নিংথিবা লিক্লাং পরেংনা শ্যামগী ঙক্তা,
খুত্তা খুজি তান ইরং ইরং লংলিবা।

খ্বাংদা স্না ফিগে কিঙ্কিনিনা লাকপা,
ওইদা বাঁশিনা চেপ্তুক থেৎলিবা,
মনিগী নুপুরনা খোংদা ঝন ঝন ঝন
রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু নিল্লিবা।

কহ্নৈয়াগী ফিজেৎ ফিরোল শেৎপা লোইরে। য়েংজৈ মমানা চেপ্না চেপ্না/ঙাওরে যশোদা বাসল্য প্রেম্না, মচাগী শুমহৎ শক্তম উবদা/পেনবা নাইদ্র মমানা শৈথারি অসুম্না;

হে গোপাল গোপ জাত্তা পোকপা নংসে অযেকপা বিষ্ণুগী প্রতিমাদা (মুর্ত্তিদা) অনন্ত শয্যাদা চেপ্পা লক্ষ্মীনা থৌগনবা ক্ষীব সমুদ্রদা চেপ্পা অদুগা ওথোক্লসু মাল্লিদা। ঐনা হাযশিনবা নংও রোহিনী নংসু যেংউ কুচুদা শত্তা, ৰবিসু। থন্নদে। খেন্নবদি ইচানা বাঁশি পায অদুগা শ্রীবিষ্ণুনা পাম্বোম মবি পাল্লি শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্মনা লেতেংই, অদু মঙাই। থোৎপা নৌজবা বাঁশি পাযবদা পকচবা মথেক অহুম থেল্লা নুংশিবা মমিৎনা যেংদুনা তযান ঙমজবা চিনবান্ন ইমা ইমা। কৌবদুদি যশোদাগী পুক্লিং হুবিবা হাযফম খংদেদা ইমানা।

## যশোদাগী অনিশুবা ঈশৈ

ফজৈদকো ইমাগী নীলমনি
ইমানা কৌগেনে নংবু গোপাল।
অশংবা থবোগুম খোৎলবা হকচা
থম্বাল লকানা তাংজবা মিৎস্না।

কৈনোনে ঐবু যেংলিমখৈ পেন্দে
ইমাগী থম্মোই হুবা লাকপবা।
থা কোটি ঙমজবা ইচাগী মাইখোং
বাশি গুন্না পুমযোম যোম্বা নহাকপু।

কযাদা ইংলে নিংথৌগী কোনুংসে
অশংবা নঙান্না যৈবদা গোপাল।
লাইবক ফৈদকো যশোদা ঐহাকসে
গোপাল নংবু ইচা ওইনা ফংজবা।। ।।

## যশোদাগী (লোল)

হে ইতা রোহিনি তাবিববনে
নচা দাউজিবু হৌগত্তিববা?
মনাও ইবুংঙো কন্হৈযাগা
চবা বালহনসি ঙাইদুনা লৈবে।

## রোহিনীগী লোল

হৌগৎলো হৌগৎলো ইমাগী বাম
নুমিৎনা তবং তবং থোবক্লে।

অতিয়া ইপাক্তা ঙাংঙ্রা মাইথোংনা
জগৎপু মঙ্গল পিরকলে য়েংউনে।
নমা ইবেম্মা নন্দ রাণীনা
ঙাইদুনা লৈবে চরা ৱান্নবা।

## বল দেবগী (লোল)

হৌগৎচরে ইমা নোংঙাল্লবরা?
ইনাও কহ্বাইদি হৌগৎলবরা?

## রোহিনীনা মচা বলরামবু ফিজেৎ লৈতেংবীবা

## সুত্র

স্নাগী চাইশেন নিক নিক থনবা
যমুনাগী ঈশিং পুবক্তুনা,
মচাগী মিৎমায় তাথোকপিবে,
তৈথোকপিরে অমোনবা ফিনা।

নিত্য কর্ম্ম পুম্বা লোইরবা তুংদা
ফিজেৎ লৈতেংবিরে রামবু মমানা।
ফুদোংবা লুপাগী কুচুবু ঙমজবা,
শংবান্নবা ফেজোম্না লৈতেংবিরে।

চেংল খুত্তা খুজি, খোংদা নুপুর
ঙক্তা স্না মনিগী লিক্লাং পরেং
ফজবা শমলাং কোক্তা পুনশিল্লে
উপলে অনন্ত মতোক থেৎপা চুড়া।

## রোহিনীগী ঈশৈ

ফজৈদা নিংথিজৈ ইমাগী বলরাম,
ইমানা য়েংবদা অৱাৎপা লৈতেদা।
ফুদোংল লুপাগী কুচুবু ঙমজবা
শংবান্ন ফিগেনা চেংলবা খ্বাংদা।

তারকপা পাম্বোমনা শামু নাতান মানবা,
কল্লবা লাঙ্গোন্না ইচাগী খুৎশু ওইবা।

জগওা লৈরোই নংগুম ফজবা মূর্ত্তি
পকচৈদা বলবাম শেৎলিমখৈ পকচৈ।

ইমানা নহাকপু ফংজবসে হে বাম,
কবি পূন্য তৌজবনা ইচা ওইজবা।
লাও লাও বলবাম ইমাগী তম্পাক্তা
ইমা অমুক্তা পমগে পেন্না পমজগে।

## রোহিনীগী লোল

ইতা যশোদা তাবিযু বাণী
ইচা বামগী ফিজেৎ লৈতেংবা লোইবে।
লাকহল্লগে চবা বান্ন-নবা,
মচিন মন্নাও ফম্মিন্নদুনা।

## যশোদাগী লোল

যান্না ফবে ইতা পুবকলোনে
নংগীদগীসু চান থক্লবা।
ঐগীদসু লৈবে পুবি পুবা
খাজা বসগুলা বাম কেল্লি।

## রাম-কৃষ্ণ চরা ৰানবা

চবা বাল্লি মচিন মনাও নোক্লা নোক্লা
বামনা ইল্লি গুলা মনাও গোপালদা।
মনাওনা অমুক ইল্লি যাম্বুং দাউজিদা,
কযাদা কল্লবা মচিন মনাওগী প্রেম্।
কৃষ্মে ওইবে যশোদা বোহিনী অনি
মচা অনিবু যেংবগী পেনবা নাইদে।

## রাম কৃষ্ণগী জগোই

জগোই শাবি বাম কৃষ্ণ ফজনা,
থেক্লা থেক্লা লৈনা লৈনা নৌনা।

য়েত্তা রাম ওইদা গোপালনা শারি,
ঝন ঝন ঝন ঝন নিল্লি নুপুরনা।

নৌরবা খুজেং ফজবা পাম্বোম,
খুজি খুদোপ তান পুমলং পুমলং লং।
বামগী কোকথোন শ্যামগী চুরা ওইদা
চেপ্ন চেপ্ন মিৎচিনা য়েংনা য়েংনা।

লৈবা মান্নে চোংবা মান্নে মান্নে
খুবাক খুদুনা তাম্থারি মমানা।
শুমহৎলে গোপ গোপী য়েংবদা
অনিগী জগোই নুংশিবা শাথেক।

যৈবকলে পুং য়ৈবনা পুংলোন হাপ্পুনা,
ধৃমিকিত ধৃমিকিত থৈযা থৈয়া তাতা থৈয়া
তা থৈযা থৈয়া থৈয়া তা থৈয়া থৈযা
ঝি ঝি কত ঝন ঝন ক্রমধা ক্রমধা হায়না।

## যশোদানা শঙ্গোম শুম্বা

মচা অনিগী জগোই য়েংবা লোইরবদা
শঙ্গোম শুমগে হায়না লাক্লে নন্দ রাণী।
মমাগী ফিজি পায়দুনা য়াল্লি গোপালনা,
চেল্লি তুংদা শন্নাও মচানা চেনবগুম।
ফজবা নুংশিবনা তিল্লবা গোপালনা
কৌজরি ইমা ইমা তোইনা তোইনা।

## যশোদা

লৈরম্মী শম্বী চাজেনবী ময়াম
ধবলী শওয়ালী, কালি সুরভি শারঙ্গি
কপিলা, লালী, রেবতী, সুবঙ্গিনী
শঙ্গোন্দা লৈরম্মী।

মমানা শঙ্গোম শুম্বা মথং মথং হৌরক্লে,
স্নাগী পাত্রদা চোন্না চোন্না অঙৌবা
কোঙ্গোন কাদুনা।

কৃষ্ণ —ইমা ইমা ঐসু খবা থক্কে পুক লামলে।

যশোদা —ঙাইখো ঙাইখো লালা সুর্য্যদা অমুক্তা কৎখিগে। হৌজিক্তা নংনা চবা বানখিবা অদুদি নংগী দাউজিগা?

যশোদা — হৌনদে হৌনদে ইমাগী কাহ্নাই, সুর্য্য দেবদা হান্না কত্রবদি শঙ্গোম থকপা যাবা নত্তে।

কৃষ্ণ —ঙম্মোই ঙম্মোই ইমা ঐ হান্না থক্কে?

যশোদা — গোপাল নংসিদি ঐনা হাযবা ইন্দেদা, হাযবা ইনবা মচা ওইগদবনি। লম হেনগনু তুমিন্না লৈযু গোপাল নংবো। কবিনো নশক্তি ফজে নতৌদি ফত্তে।

## সুত্র

মমানা শাউবা পিশুম শুকপা
উবদা গোপাল চৎখবে তুমিন্না।
থাদোকখবে শন্নাও মখৈ লোইনা
অঙকপা কুম্মৈনি কৃষ্ণগী লীলা।

যশোদা — গোপাল নংসে ওখোক্লা লম হেল্লিদা,
ইমানা হাযবসে নং খক তাবোইদবা?
লমহেনবা মচা মমানা খক যানিংদে
চৎখবো লৈবনু মফম অসিদা
মমানা মনঙ্গন্দা ঈনবা অদুদা
মচা গোপালনা ওইনদুনা লৈবা
মখুৎনা মমিৎ নোইবদুনা কপ্পুনা
ফমদুনা মখোং তিংথোক্কুনা কাওদুনা।

## যশোদাগী প্রাতঃ স্নান

মপুবোইবগী অমদি মচাগী নিতি কর্ম্মনচিংবা লোইববা মতুংদা মতা বোহিনী হৌদুনা যশোদানা চৎখবে যমুনাদা স্নান ক্রিয়াগীদমক। স্নান লোযববা মতুংদা যশোদা অমদি বোহিনীনা যমুনাগী অশেংবা জল পুবক্কুনা স্না শঙ্গাই কোনুংদা লেঙ্লকলে। তুলসী মচুম থকচবে বৃন্দাগী মৃতিকা মাইদা নমশিঞ্জবে। খুবমজৈ হে ইমা বৃন্দা দেবী মচাগী সতী ধর্ম্ম কায়হনবিনু। ইপুবোইবা সেবা কাযদবা পীনবিযু। খুবমজৈ বৃন্দা বাণীবু

পঞ্চাঙ্গ প্রনামনা। চোৎল শম্লাংদো শমজেৎনা নিংথিজনা হাত্তোক্তুনা পুনশিঞ্জরে। তিলক ধারন ফজনা থিঞ্জবে লাইবক্তা। সিন্দুর নমশিঞ্জরে লৱাইদা। ফিজেৎ ফিরোন শারিনা লৈতেংলে গোপগী ফিজেৎনা। ফজৈদা নিংথিজৈ যশোদা বাণী লেমজবী শকফমনি নুপী ওইবীগী অবাৎপা অমত্তা লৈতেদা।

সুর্য্য পূজাগী পোৎলম লাংজরে অর্ঘ্যনচিংবা - পানা, হৈকৰু অথুম অহাও শন্দেশ, হৈরাং লৈবাং ফজবা স্নাগী পাত্রদা হাপ্পুনা। যশোদা মমানা জ্ঞান তানা তাকপিরে গোপালবু য়েংদুনা লাও লাও ইমাগী নিলমনি সুর্য্য দেববু খুরমসি। গোপালনা মমাগী নাক্তা ফমদুনা অদুম লৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা আদি পুরূষ ভগবান্নি, প্রকৃতিসু ইবুংঙো মানা শেম্বনি নুমিৎ থা গ্রহনচিংবা পুমনমক। যশোদানা ধুপ, থাংমৈ, চন্দন বর্ত্তিনচিংবা থেন্দুনা থমদুনা সুর্য্য দেববু খুবমজরে। হে দিনমনি নুমিৎ কৌবা লাই নংদি যুগ খুদিং ঙান্দুনা লাকলি তাইবং কুম্মৈ যেংলি, ইচা গোপালবু পাঙ্গল শক্তি পুন্সি পীনবিয়ু।

## ওঁ সুর্য্যায় নমঃ

### (১)

খুরমজৈ দিনমনি অঙানবা,
জীব যোকপিবা সুর্য্য নারায়ণ।
ঙাংঙ্গা মাইথোংনা মোমোন মোমোন,
শুমহৎলি তাইবং ইংহল্লি থম্মোই।

হে পবং ব্রহ্ম কৃষ্ণগী শক্তম্,
নঙাল কোটিনা জগৎ ঙাল্লিবা।
অতিযা ঈপাক্তা শান্নরিবা,
নংনা য়েংদুনা লাকলি সংসার যুগ খুদিং।

কচ্চরি জুবাকুশুম ধুপ থাওমৈ
লৌবিয়ু ঈশিং খুজোক (২) হে দিবাকর।
থম্বালনা নঙান্দা শাৎচবগুম
শাৎহনবিয়ু পুন্সিগী লৈরাংসু।

পীনবিয়ু পাঙ্গল শক্তি ইচাবু;
যেক্ল খুদোংথিবা লৈহনবিনু।

মঙ্গল পীনৌনে ইচা গোপালবু
পুন্সি নুংশাং তোলোইনা লৈহনবিয়ু।।০।।

## শৈরেং প্রার্থনা

## (২)

হে দিবাকব নংদি মিৎনা উবা লাইনি
অচৎ চত্তা জীব হিংবনি নঙান্দা।
নংগী আকর্ষন শক্তিনা চিংশিন্দুনা,
উংলি গ্রহ পুম্বা লৈদুনা চৎলিবা।

অহিং নুংথিল চযোল থাখাই নুমিৎ থা,
নিংথম কালেন নোংজু নুংশা বসন্ত,
পুন্নমক নংনা ওইহল্লি হে কোবৌহনবা,
অমম অঙান খাইবিবা হে সুর্য্যনাবাযন।

মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিযা লৈবাক (প্রকৃতি)
জীবগী পঞ্চভূত নঙোন্দগী পোকপনি।
অঙাংবা জুবাকুশুমগী মাইথোং মানবা
হে সুর্য্য! কচ্চবি ঈশিং খুজোক খুজোক
লৌবিযু লৎনদ কচ্চবিবা পূম্বা।

ইমাগী ইবুংঙো কাহ্নাই নযাম্বুং বলবাম নখোই অনি চখোক্কনু, যুমদা অসুম শান্নদুনা লৈযু। মীনা ঙাংনৈ নংবু ননী মাখন হুবানবা হাযনা। অসিগুম্বা বাকৎসে ঐ খক তানিংদে। ইমা মাখন চিংলুগে শঙ্গোম শংদা।

## মাখন চুরি কহ্নৈয়া (মাখন হুবগী লীলা)

শ্রীকৃষ্ণনা মমান্নবা সখাশিংগা লোইনা উনবে কোনুংগী মপান হোজংদা। সুবল মধুমঙ্গল সৃদাম্ সুদামনচিংবা গোপ মচাশিংনা ঙাইদুনা লৈবম্মী। সুবলনা হাযবকই ইতাও কাহ্নাই নং লাকলেদনা ঐখোইনা নংতবু ঙাইদুনা লৈবিবনি। কবি কবি তৌসিগে হাযযু ইতাও নুংশিবা নংবো?

মধুমঙ্গল —ঙবাংদি চৈ যাম্না চাখবেদা। গোপী ইমা অমনা ফুবদা।

কৃষ্ণ —পঙলবদি চৈ চাবা শোযদ্রবনি। মীগী ইমুংদা চংলবদি মপু লাক্লগা ননী মাখন চাদুনা অসুম লৈথোক্লবদি চৈ চাবা শোযদ্রবনি - শিবল্লবদি ওখোক্লা ফখ্রনিদা।

মধুমঙ্গল —ইতাওনা হায়বা চুম্মী। হোরেন্দি মপু হেক লাকপদা চেল্লগে।

ময়াম্না চৎপা অমসুং ঙাংনদুনা অঙাংগী লীলাদা শ্রীকৃষ্ণনা মমাং থানা মরি মরি চৎলি জগোয় শানা শানা।

## শৈরেং

জগোই শানা শানা চেনখি কৃষ্ণ,
শৃদাম্ সুদামনচিংবা লোইননা।
কোক্তা চুড়া খোংদা নুপুরনা,
নুংশিবা খোংথাংদা ঝন ঝন চেল্লি।

বাঁশি পায়রি কৃষ্ণনা মমাং থানা
রাখালগী ফিজেৎনা ইরং লংনা।
নোংদোন থক্কী থাজনা লৈবাক্তা,
চৎপগুম ফজৈদা শুমহৎলে পুক্নিং।

খুল্লক লৈরক্কি মরি মরি চৎলি,
অতিয়াদা পাইবা উরোক পরেংগুম্।
লেঙ্গৌন্নে অমুক ইতাও ইতাও কৌনৈ,
অঙাংগী কুম্মৈ কয়াদা নুংশিবা।

য়েংদুনা লৈহৌই গোপীশিংনা
ফজৈদা যশোদাগী মচা অসে।
রাশি গুণতনা চংখোনবা শক্তম্
করম্বা বিধিনা শেম্বা খুৎশেমনো?

লাক্লব্দি মখোইনা ঐগীদা,
পীজগে মবুক থন্না ননী মাখন।
অসুক ফজবা কৃষ্ণ মঙোন্দা,
পীজবদা করি পাম্মুগদগে?

## মীনুংশি চাওবী গোপী অমগী য়ুমদা

ভিক্ষারি শাদুনা গোপাল কহ্নয়ানা
লাকলে গুরালিনি অমগী ময়ুমদা।
নিররে ননী মাখল খরা পীনৌবা,
হাপ্পিয়ু ইমা ঐগী খুৎ অসিদা।

লৌনম তৌরনু নতাং হৈবা গোপাল
নংগী করিসু ৱাত্তেনা নয়ুমদা।
নন্দ যশোদাগী মচানি নংসে,
নশকসু নুংশি, নতৌসু লেমজৈনে।

পীজগে খন্দুনা মমা গোপীনা,
হৈবিরে মাখন মখুৎ মচাদুদা।
চফু ময়ামদগী হৈরিমখৈ থন্দে,
অঙকপনা থনবা হরিগী লীলা।

চংখরে গোপাল সখাশিং লোইননা
গোপীনা ইমুং মনুংদা চংখ্রিঙৈদা।
অহাংবা চফুশিং লোইনা থনহনলমলে,
অঙকপনি হরি মাগী থৌজান্দি।।০।।

মমা যশোমতিনা মচাদা হায়রকই! ইমাগী গোপাল নং চখোক্কনু হায়রগা করিগী চখোকলি। নংবু উদবদা ইমাবু লৈফম খংদে। মিকুপ অমত্তং উদবদা যুগ কয়াগা মান্নেদো ইমানা। ইচাগীদমক থমলি ইমানা ননী মাখন ৱাত্তনবা। মমানা অমুক য়ুমগী থবক ইনখাং তৌবা চংখ্রিঙৈদা মচাদো লৈরমদরে! কদায়দবু থিরুনি।

## গোপালনা য়ুমদগী থোরকপা

থোরকলে গোপাল য়ুমদগী; চুড়া ধরা ফিজেৎ লৈতেংদুনা খোংদা নুপুরনা নিল্লকলি ঝন ঝন, শামু মচানা চৎপগুম্না। ঙাইদুনা লৈরম্মী শৃদাম সুদাম মধুমঙ্গল সুবলনচিংবা, গোপ ময়াম রাখাল ফিজেৎ লৈতেংদুনা।

কৃষ্ণ —ঙসিদি কদাইদা চৎসিগে হা! মধুমঙ্গল?

মধুমঙ্গল —ইতাও কাহ্নাই গোপী প্রভাবতীগীদা হেক্তা চৎলসি। মাগী য়ুমদা ননী মাখন য়াম্না লৈবনি। মাগী মচাদো য়াম্না ফত্তবনি মিঁরৈহৎনি। ঐখোইগা শান্নবসু য়াওদে।

## শৈরেং

শৃদাম সুদাম মধুমঙ্গল কহ্নয়ানা
মথং মথং লেংবান্দা তোংখৎনরে।

থাংথবে শিকাদা থম্বা ননী মাখন,
খুদক্তুদা ফারে শ্যাম্বু প্রভাবতীনা।
(লাওরকই হুরানবা ফারে হুরানবা ফারে।)

চেনশিল্লকলে য়ুম লোন্নবা গোপীশিংনা
খুবাক খুদুনা করেম্ননা ৱা ৱা নোকলে।
কহেয়াগী মশক য়েংল য়েংলদুনা,
হুরানবগী তবানি মপুগী নোংমা।

পুরকলে গোপালবু গোপীশিংদুনা,
ফীনা মকোক মমাই লোইনা খুমজিন্দুনা।
ৱাকৎলে যশোদা রাণীগী মফমদা,
নচা গোপালনা ননী হুরানলমলে।

মাইখুম হাংদোক্তুনা য়েংবদা বাণীনা
নৎলমদবে মচা ইবুংঙো কহেযা।
ওইবমলে প্রভাবতীগী মচা নুপা।
ইকাইরে গোপীদো যশোদাগী মমাংদা।

শ্রীকৃষ্ণনা কনাগী পোৎপু চাগনি। লীলা শান্নবগী ৱাদনি। থম্মোইবু চাংযেং তৌবনি।

মখাদা পুষ্পাঞ্জলি কৎনবা মন্ত্র শ্লোক খরা ইজরি ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা রস চুপ্পদা নুংঙাইনবা।

## নিতি পুজা পদ্ধতি

## পুষ্পঞ্জলি কৎনবা মন্ত্রঃ

১) পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যোমে ভক্ত্যা প্রযচছতি
তদহং ভক্ত্যু পহৃত মশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ।।

২) আবৃন্ত মৃদু পুষ্পানাং ঘন সার সুসং যুতং।
অর্পযাম্যঞ্জলি পুষ্পং কৃপয়স্ব কৃপানিধে।।

মণিপুবি "কনাগুম্বা ভক্ত অমনা, পুকচেল শেংনা উনা অমত্তং ওইরবসু, লৈ মনা অমত্তং ওইরবসু, উহৈ অমত্তং ওইরবসু নৎত্রগা ঈশিং খরদং ওইরবসু ঐঙোন্দা কৎচববদি, কৃষ্ণ ঐনা হরাওনা লৌই।"

## যশোদাগী ৱাখল

মীগী য়ুম য়ুমদা চংদুনা যশোদা ঐগী ইচানা গোকুলগী অঙাংশিং মমান্নবগা লোইননা য়ুমথোং য়ুমথোং লৈরম্বা পোৎ মখৈ হুদুনা চারি কনাগীনা ননী কনাগীনা মাখন। চৈরগসু খুস্মী ইচা গোপালনা ঃ "হে ইমা ঐ কনাগী মপোৎ চাদেনে। ইমাসু য়েংবিয়ু হুরানসু হুরান্দনা ঐবু হুরানবা তাহল্লে প্রভাবতীনা। গোপী অদুগী মচানা হুবা ওইরমলিবা অদুনি।" ইচানা ফম্না হায়দুনসু গোপালবু চিংনদবদি নত্তে। ঐগী ইচাসে ওহ্নোক্লসু ঙকখ্রেদা করিগুম্বা খরদি লৈরে মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি। যশোদা ঐনা ইচাবু নুংশিবদি জগত্তা অনি শুরোই। ইচানগা ঙাংথোরকপা ৱাঙাং কোকিলগী শুরবু ঙমজে অদুগা মমিৎনগা ঐবু কিদুনগা য়েংবা মিৎয়েংদুনগা যশোদা ঐবু কয়াদা নুংশিহনবা। ঐদি ঙাওরে যশোদা করিনো গোপাল ইমাগী ইবুংঙো নংবো?

### শৈরেং

ঙকইদকো নংসে হে কহ্নৈয়া
গোপীগী ননী মাখন হুরানবা।
ফারবা নংগী শকফম ওহ্নোক্লুনা
উহল্লে প্রভাগী মচা ওইনদুম।

চিংনদবদি নত্তে নমা ঐনা,
হে গোপাল নংসে করিনো খংদে।
নশক যেংলে ফজৈ করিসু ৱাত্তে
ঙাংথোরক্লে কোকিল সুরবু ঙমজৈ।

তুম্বা চাবা থকপা মিকুপ পুংজা
গোপাল নংবুতা খলহল্লি নমাবু।
মিকুপ খুদিং শেন্নগনি নংবু
থাদোকলোই নংবু কৈদৌঙৈদসু।

### ব্যাখা

পূর্ন ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরি,
গোপীশিং লক্তা অঙাং শক্তম লৌনা।
নুংশিবনা থনবা ব্রজ প্রেম ঈচেল লীলা,
অমৃত হেনবা তারিমখৈ পেন্দবা।।০।।

মমা ইবেম্মা যশোদানা ফনা হায়দুনসু শ্রীহরিগী বাল্য লীলাদি কায়বা য়াদবনি যশোদা রাণীনা য়ুমগী থবক ইখাং তৌবা ইমুংদা চংখ্রিঙৈদা উচিন নাচিন্না নাছোরকলে রাম কৃষ্ণ মচিন মনাও। উনরে চান্নরবা রাখাল ময়াম সিদাম, সুদাম শুবল মধুমঙ্গল দাম বসুদান্নচিংবা হোজংদা। রাখালশিং অদু শেৎলম্মী গোপগী চৎনবী ফিজেৎ ফিরোল রাম-কৃষ্ণ অনিনা শেৎপগুম বৈকুণ্ঠ নাথ শ্রীহরিনা মাগী পার্ষদশিংগা ফিজেৎ লৈতেংবা চপ মান্নবগুম্বনি। ফজৈদা রাম কৃষ্ণ লেঙ্গোন্নদুনা চৎপসে গোকুলগী লম্বীদা অঙৌবা অমুবা — নোংমদোন থাজনা লৈবাক্তা চৎপগুম। লাই মচাগুম শকফম্না করিসু ৱাত্তবা য়েংবগী পেনবা নাইদবা অদুবু উবদা গোকুলগী মৌ নহা গোপী অনিনা রাম কৃষ্ণবু মচা ওইজনিংদুনা হায়রকই —

নখোই অনি অমুক্তা লেপ্লু
লেঙ্গোন্ননা খোং কারন চন্দুনা।
থৱাই তানা য়েংগে ইচাশিংবু
কনানা ফজবা হেনবরা হায়না।

লেপলে রাম কৃষ্ণ খোং কারন চন্না
সখীশিং মমাংদা লেঙ্গোন্ননা
হায়রকই রামনা কনানা হেল্লি?
ইনাও কৃষ্ণগা বলরাম ঐগা?

## শৌরেং

গোপী অহানবা

ফজৈ ফজৈ রোহিনীগী মচা
লুপা কুচুবু ঙমজবা রাম।
করিগা চাংদমনি চাংদমফম লৈতে,
পুর্ণিমা থানা ইকাইবা শকফম।

গোপী অনিশুবা

যশোদাগী মচা ইবুংঙো শ্যাম
নোংহৌ ঙম্বা চুরানা লৈতেংবা।
শরত পুর্ণিমা ঙমজবা মাইথোং,
তয়ান ঙমজ চিনবান মোমোন নোকপা।

গোপী অহানবা

চেংলবা খ্বাংদা অশংবা ফিগে
থম্বৌ খুবোম কল্লবা শাবান।
খোংদা নুপুরনা নিঙ্লি ঝন ঝন,
খুজিন তরানা থৌরানমিচাক্কুম।

গোপী অনিশুবা

ফজবা খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা,
শংবান্ন খুবোম পুম্বুম তাবা।
খোংদা নুপুরনা নিঙ্লি শকলি
রনু রনু ঝুনু ঝুনু হায়না।

গোপী অনি পুন্না

ইচা ওইজনিংই হে রাম কৃষ্ণ
পীনবিযু নিজবা হে ঈশ্বর।
ইমা ইমা কৌরোনে রাম কৃষ্ণ
পেঞ্জগে থম্মোই ইচানি খন্না।।০।।

অসুম্না গোলোক নাথ শ্রীহবিনা শকফম অনি থোক্কুনা (মাগী কলানা ওইবা) বাম কৃষ্ণ থোন্দুনা পোক্লবে গোকুলদা শুমহৎপা শকফম লৌদুনা অদুগা গোপী মমাশিংগা লোইন্নবা বাল্য লীলানচিংবা অঙাংগী কুম্মৈ শান্নরি। য়েংহন্নিংই গোপী মমাশিংবু গোপশিংবু মখল মখলগী লীলা।

য়েংবগী পেনবা নাইদ্রদুনা হায়রকই — নিংথিবা কৃষ্ণ! ফজবা কৃষ্ণ! নুংশিবা কৃষ্ণ! যশোদগী থবাই ওইবা গোপাল! ঈশৈ অমা শকউ! ননী মাখন শন্দেশ য়াম্না পীজগে! (শ্রীকৃষ্ণগী ঈশৈ শ্রীমুখ মচিন মচাদুনা)

## ঈশৈ

পীজৌনে ননী মাখন, শঙ্গোম যাম্না থোক্কনি,
পীজ পীথকপা হায়বসে, মহৈ যাম্না ফংবনি।
অরাম্বদা পীজৌনে, খৌরাংবদা পীথকউ,
অহাও অহাওবা সন্দেশ পুথোক্কুনা পীজৌনে।

গোপীনা হায়রকই — শকহেনবা নন্দলালা, ইচাগী ঈশৈসিদি কন্নানা তম্বী! ওম্ভোক্লসু নুংশিখরবা ঈশৈনি। ঙাইরমখো ঙাইরমখো ঙাইহাক্তা লৈরম্মু নখোই ময়াম। ইমাখোই

অহাও অহাওবা ননী মাখন, লড্ডু-বেড়া, জিলিবি, কচৌরি, পুরি, পুরানচিংবা পুরক্কে ঈচাশিংগী চানবা। অসি হায়দুনা গোপীশিং অদু ময়ুম ময়ুমদা চৎখিদুনা পুরকলে অচা অথক ময়াম স্নাগী পাত্রদা হাপ্তুনা।

"চাও চাও রাম কৃষ্ণ সিদাম সুদাম মধুমঙ্গল নখোই ময়াম। চৎখরে গোপী অনিদো অদুগা অসুম্না হায়জরি ঈশ্বরবু নিংশিংজদুনা!

"হে ঈশ্বর ননাই ঐখোইনা খুরমজরি অঙাং অনিসিগী মপান্দগী চাবা থকপা অমত্তা ব্রাৎহনবিগনু।" ময়ুম ময়ুমদা চৎখিবা মতমদা হান্না থমলম্বা চফু অহাংবশিং অদু ননী মাখন অচা অথক অথুম অহাওতনা লোইন্না থন্না লৈরমলে। ইশ: ঐখোইবু ঈশ্বরনা চানবিরেদনা।"

অসুম্না গোপী ময়াম্না পুরক্কুনা চাও হায়না থম্লম্বা অচা অথক ময়াম অদু রাম কৃষ্ণগী মমাংদা পৈদুনা লৈরে। সখা ময়াম্না খোঞ্জেল অমত্তনা লাওরকই —

ইতাও কাহ্নাইনা জয় ওইরে।
ময়াম্বুং দাউজীনা জয় ওইরে।

মধুমঙ্গলনা হায়রকই ময়াম য়েংদুনা — ফমলো নখোই পরেং শানা হে সিদাম নংনা মকোক থংউ, মথংদা সুদাম, সুবলনচিংবা মথং মথং ফমউ। ঐ সন্দেশ ময়ামসি য়েল্লগে। পোৎ য়েনবা হায়বসে বামোন ঐগী ইথৌনি।

সিদাম —ইশ: ওস্থোক্লসু য়ামখ্রেদা সন্দেশশিং জিলিবী; কচৌরি, ননী-মাখন, রাম কেলিনচিংবা য়াম্না হাওনা চাবা তারে ঙসিদি।

মধুমঙ্গলনা য়েল্লি — সুদাম - নংগী চালুক্তা হাপ্লগে সিদামদসু হাপ্লে চপ মান্ননা। সুবল নং! চালুক চিংশিনবা য়ারোইকো।

গোপমচা ময়াম্না হায়রকই — হে মধুমঙ্গল তৌনু তৌনু নং অসি বামোন মচানি। অদুক য়াম্না লেমহল্লিবা করিগীনো? লোইনা য়েম্থোকউ নংনা করিগী য়াম্না চাগনি।

কৃষ্ণ —করিনো ইতাও মধুমঙ্গল বামোন নংনা অসুক য়াম্বা অচা অথকশিংসে কদায়দা পুগদৌরিবা? ঐখোইগীদি খরদমক নংনা য়েল্লি। চাবদা ফজদ্রবদি হয়েংমুক্কী মপোক্তা লাইরবা ওইনা পোক্কনিকো!

মধুমঙ্গল —পুরিবসে ঐগীতা নত্তেদা! ঐগী ইপা ইমা ইচিল ইনাওশিং লোইনা পীজগদৌরিবনি।

কৃষ্ণ —ঐনা ফাগি তৌবনিদা! নংসে ইতাও মধুমঙ্গল ইমা ইপা য়াম্না নিংইদা! অসুম্না ফাগি জুগাই ঙাইহাক তৌনরগা য়ুম য়ুমদা হন্নরকলে।

মতাং অসিদা মাখোন হুরানবগী লীলা লোইরে।

# উদুখন (শুম্বন্দা পুনবা) লীলা

## গৌরচন্দ্র

শ্রীগৌরাঙ্গ মহা প্রভূনা শান্নরি,
শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য উদুখন লীলা।
যশোদা মমানা লমহেনবা গোপালবু,
শুম্বন্দা পুনখি চেংল খ্বাংদা থৌরিনা।

হে কৃষ্ণ নংনা খোংদাবনি মালেমদা,
পৃথ্বি' অরূম্বা পাপ মৈশা কোকপিনবা।
ফত্তবা মাঙ্‌হনগে কনবিগে সাধু বৈষ্ণব
ধৰ্ম্ম য়োকখত্তুনা শান্তি পুবকনবা।

লানবিখি নংনা নলকুবর মচিন মনাও
দেবর্ষি নারদগী কল্লবা শাপ্তগী।
হে জগৎকী মবুংঙো নংগী থৌজান্দি
মপান নাইদে থাবদা লোইবা নত্তেনে।।০।।

শ্রীবাসকী মাণ্ডব অদু ভক্ত বৈষ্ণব অমদি গৌর ভক্ত ময়াম তিল্লে। শকলি সংকীর্ত্তন শ্রীনিত্যানন্দ প্রভূ, গদাধর শ্রীবাসনচিংবানা পালা কোইদুনা শ্রী অদ্বৈত প্রভূ অমদি গোবিন্দা ঘোষনা পুং য়ৈরি। অঙকপা কুম্মৈনি শ্রীগৌরগী উদুখন লীলা।

## যশোদাগী ঈশৈ

ফজৈ ফজৈ ইচা গোপালসে,
নোংহৌকুচুনি লৈরোই মাগুম্বা।
মাইথোংনা শরত থাবু ঙমজৈনে
ইংলবা থাবলগী মঙালনি শ্যাম।

ৱাহোংগী চুড়ানা কোক্তা নোম নোম
চুবাদা হাইরি নাইন নোংথাংগুম।

নোকমি নোকমিবা খোই খোইবা মিথয়েং
শুমহৎলি জগৎ, শা উচেক ফাওবা।

শাজৎতা শাথেক্তা পুক্লিং হুরিবা,
কাম কোটিবু ঙমজবা শকফমনি শ্যাম।
তনৌ তনৌবা নুংশিবা চিনবান্না
ইমা কৌবদা কোকিলগী সুর ঙমজে।।০।।

যশোদানা মচাবু নুংশিনা থাগৎলিঙৈ মতমদা কৃষ্ণনা তুংদগী লাক্তুনা তুমিন্না মমাগী ফিজি পাযদুনা চিংই মোমোন মোমোন নোক্তুনা।

যশোদা —ইচানা লাকপা নমানা খংহৌদে, করি চাগে হায়বনো ইমাগী গোপাল।

কৃষ্ণ —ইমা ঐ ঙসিদি য়ান্না বারে শান্নবদা, অমৃত থক্কে ইমা! অসিদা ফম্বীয়ুনে।

যশোদা — লাকও লাকও ইমাগী নীলমনি, ইমা পমগে ফম্মরো ইমাগী তম্পাক্তা অমৃত ইনগে সে নবুক থন্না থকওনে! (তম্পাক্তা পম্বা অদুগা অমৃত ইনবা)

## সূত্র

ওম্থোকইদা লৈরংদা শঙ্গোম শৌরক্তুনা
পাথদুনা মাংলে, লৈবাক্তা লোইনা তারে।
গোপালবু থমলে লৈবাক্তা চেনশিনখরে ইমুংদা
যশোদা রাণীনা শঙ্গোম ঙাক্কে হায়দুনা।

অমৃত নংথবতা ঙাইরিঙৈদা মমানা,
চেনশিনখিবদা শাউরে গোপাল য়াম্না বারৌরে।
রাণীনা হল্লক্তুনা অমুক পমগে তৌবদা,
নিংঙাই তৌরে কৃষ্ণনা, তাদরে মমাগী বা।

যশোদা —ইমাগী ইবুংঙো ইমা পমগে লাকও, ইচাবু ইমানা অমৃত ইল্লগে।

কৃষ্ণ —মাই! মাই! করিসু ঙমলোই ইমা! (লৈবাক্তা খোং নোইরগা) ঐ অমুক হম্না থক্করোই।

যশোদা —ইবুংঙো নংবু শাউরনু কৈদৌগে?
ইমানা চৎকে হায়না চৎপা নত্তেনে।
শঙ্গোম পাথবা ঙাকপা চৎলুবনি,
ইচাগী থক্লবা লোনবনি শঙ্গোম

শঙ্গোমদগী শুংবা অথুম অহাও ঙাকনি,
লডু বেড়া ননী মাখন জিলিবিনচিংবা
হাওর হাওরবা বসগুলা ববফি।

### যশোদাগী ঈশৈ

লাও লাও নীলমনি ইমা পমগে লাওনে।
অমৃত নবুক থন্না পিথক্কে গোপাল নংবো।
থক্রবদি অমৃত ইমাগী লালা, (নংনা)
ইমাগী থৱাইসে পোত্থাফম খংলবোই।
কহেয়া নংনা যশোদাগী থবাইনি,
পাবুংগী শম্মুনি গোকুলগী থাজনি।

### কৃষ্ণ

মাই মাই ইমা নচাগী পুক্লিং নুংঙাইতে
থক্লবোই অমৃত অমুক হন্না থকলোই।

### সূত্র

মচাসে যাম্না শাউবে খংলদুনা,
ইমুংদা চংখ্রে শঙ্গোম লৌকনবা।
তাঞ্জা ফংলে খন্দুনা কৃষ্ণনা
চংখবে ইমুংদা লোৎখবে।
মমানা মপান্দা থোবকপদা
লৈবমদবে মচা নীলমনি।
থোঙ্গান্দা চেনখবে যশোদানা,
গোপালবু কৌব কৌবদুনা,
ইবুংঙো। নংগী শঙ্গোম লৈবেসে
থকলো লাকও ইমানা পাযবিসে।

মমানা থোঙ্গান্দা থোকখ্রিঙৈদো কৃষ্ণনা ইমুংদা ননী মাখন শন্দেশ লোইনা চাইখাইদুনা মাঙহনবা।

চাইখাইবে লনী মাখল সন্দেশ
লৈবংদা খাংদা ঙৌবিবা শঙ্গোম্।

হৈদোকলে ঙম্না মাঙ্‌হল্লে পুন্নমক
থুগাইদুনা ইচাই চায়রে লৈমাইদা।
শারা শল্লে ইমুং অমুক্তোইনা।
চংলকলে য়োং ময়াম হরাও হরাও
পিজথোকলে লৈমাইদা তারিবদো।

## যশোদা

কৌবা তাদ্রদুনা মচা গোপালবু
চংলকলে যশোদা ইমুং মুনুংদা।
উরে মমানা মচানা তৌরম্বা,
ননী মাখল সন্দেশ চাইখাইরম্বা।
শাওনিংবনা যশোদা মৈ থোকলে
চুমইদা গোপীশিংনা ৱাকৎপা
খবা ৱারকপা তারে অঙাংশে।
মাগী লমচৎ শেমদোক্তবা য়াদে।

## যশোদানা মচাবু ৱারকপা

করিনো কাহ্নয়া ইমাগী ইবুংঙো,
ইহে! হৈদোকলে ননী মাখল শন্দেশ।
অসুন্না তৌববু হৌনববনে গোপাল,
শঙ্গোমসু হৈদোকলে চফুসু থুগাইরে।

ফত্তেদ নংসে ইমুংসে ইচাই চাইরে,
মাং তারুবা তৌবা হৌনবরা গোপাল।
থোৎনা চান্না তৌবনা নৱাংলে নংসে,
ৱারক্তবা য়াদে মতম চারিঙৈদা।

তান্নরে গোপালবু চৈ অমা পায়দুনা
চেনগনু চেনগনু গোপাল লৈরম্মু।
চেংলবা খ্বাংনা মশাদু পুঙমদরে,
শম্বুল নাম্থোক্তুনা কেল্লে শমজিবৈনা।
কবম ফংগনি ফংলোইদ হরি মাবু,
ৱাবনা পন্দোম লোমলে যশোদা।

যশোদা —কদায়দনো গোপাল কদায়দা চেল্লিবা, অৰাংবা উদা করিগী কারুবিবা?
কুমথবকউ নংবু তপ্না তপ্না কুমথৌ, তারগা করি থোক্কনি খঙ্দবরা?

কৃষ্ণ —ইমা! হুন্দোকখবো চৈ অদো, ঐ য়াম্না কিরে ফুবিনু ইমা!

যশোদা —চৈদি কিবা খঙববা নংবু!

কৃষ্ণ — শেংনা হায়য়ু ইমা নং ঐবু ফুবরোইদবা?

যশোদা —ফুররোই ফুররোই ইমানা নংবু খক ফুররোই।

## সুত্র

কুমথরে কৃষ্ণ তপ্না তপ্না উদগী
ফারে মচাবু খুজেং পাযদুনা যশোদানা।
অম্মক চেনগে তৌই কৃষ্ণ নাম্থোক্তুনা
মমা মচা কুম্মে ওইরে ফানবদা।

কৃষ্ণ — তৌজববোই ইমা মতুং খক তৌজররোই।

যশোদা —মীগী যুমদসু তৌজববোই হায়য়ুনে গোপাল।
নুমিৎ খুদিংগী বাকৎপদা গোপীশিংনা
যশোদা ঐগী নাকোংসে শিংজা য়েবে,
নং উবদা গোকুল পুম্বা থোঙ্ লোন্নরে।

রোহিনী —শাওবিনু বাণী অপঙ্বা অঙাংনি
কিবনা থক থক নিকলে।
মতুংদদি ফবনি, তোকখবনি
জ্ঞান তাবকলগনি।

যশোদা —খাল্লুনু ইতা, লমহেনবা অঙাংসে
ঙসিদি খঙগনি পুন্দুনা থমগে।
কদায় পীবকউ থৌরী অশাংবা
পুনশিনগে মখ্বাংদা চত্তনবা।

চেংলবা খ্বাংদা পুনবা মতমদা
খুদোল অনি হেক্তা ৰাৎলি থুংদে।
থৌবী অবৈ মখৈ পুরকউ ইতা
থৌরী মযাম শমদুনা হেক্তা পুনগে।

মমাগী মতৌ উবদা কৃষ্ণনা,
য়েংবা ঙমদদুনা পুনহনগে খল্লে।
কাব্রং থৌরিনা ফজবা খ্বাংদা,
পুল্লে মমানা শুস্বনগা পান্ননা।

শ্রীহরিবু করন্না পুনবা ঙমগনি। জগৎসে মহাক্না শেম্বনি, মাতনা শান্নবা লীলানি। খংদেনে যশোদা মমানা মচা গোপালসে হরিনি হায়বা। শিব মহাদেবনা ঙাওজরিবা, উমং ৱামংদা কৈউল থোন্দুনা উৎ তৈশিন্দুনা, চহি কল্প কয়া ধ্যান তৌজবদা ফংবা ঙমদ্রবা, উঙমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপনি। ইবুংঙো মাগী ত্রিভঙ্গ রূপ মথেক অহুম থেকপা চুড়া বাঁশিনা লৈতেং ওইবা নবঘন শ্যাম ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা চরন্দা নুপুরনা নিনবা; থা কোটিবু ঙমজবা মোমোন মোমোন নোকপা নুংশিবা শ্রীমুর্ত্তিনি। অচস্বা মচানি খন্দুনা যশোদা রাণীনা মচাবু থৌবীনা শুস্বন্দা পুল্লিবা।

## যশোদাগী ঈশৈ (মপুক্লিং নুংশিবা)

হায়নৈদো গোপাল নংবু গোপীশিংনা
লনী মাখন হুরানবা কাহ্নয়া।
তাবা ঙমলক্তরে যশোদা ঐনা,
ৱারক্তবা য়াদে কিবা খঙ্নবা।

শুস্বন্দা পুল্লে লমহেনবা গোপাল
থৌরী ময়াম শমজিন্দুনা মমানা।
থরোগুম নৌরবা চেংলবা খ্বাংনি
ইংলবা থাজ কোটিগী মঙান্নি।

শুস্বল চিংলদুনা চৎখরে শন শানা (২)
চংখরে কহ্নাই উ ফাইবোক মরক্তা।
তুখরে যমলার্জ্জুন উপাল খংহৌদনা
ব্রজ তাবগুম হৌনা লাওনা ঙংনা।

হবিগী লীলাদি অঙকপনা থনবা,
থৌজালগী মশকনি নারদগী শাপতো।
পাপ কোকচরে নল কুবর মনিগ্রীব
হরিগী চরন্না হেক্তা শোকপিবদা।

হঞ্জিলবা ফংলে হান্নগী দেব মুর্ত্তি

নল কুবর মনিগ্রীব মচিন মনাওদো।
শ্রীচরন থম্বালবু চিংনা চিংনা য়েংদুনা
কচ্চরকই প্রার্থনা পিরাং শিন্থনা।

## প্রার্থনা

নলকুবর —খুরমজৈ হে কৃষ্ণ পর ব্রহ্ম নংবু
অচৎ-চত্তা জীব শেম্বীবা পরমাত্মা।
থৌজালগী মিৎয়েং তাবিয়ু ননাইবু,
তোল্লবনি খন্না ঙাকপিয়ু লানখিবা।

মনিগ্রীব —লাইগী লাইওইবা হে ভগবান খুরমজৈ
ঙাংঙ্গাবা চরন্দা চংজবি চানবিয়ু।
পাপ পূন্য খঙ্দ্র তোল্লবা ননাইনি,
সংসার মাযাদগী লান্থোকপিয়ু হে কৃষ্ণ।

নলকুবর অমসুং মনিগ্রীর —

মপোক খুদিংদা প্রেম সেবা ফংহনবিয়ু
কচ্চরি থৰাই মঙাসে খুয়া খাদা।
লৌবিয়ু মিৎলু পীরাংসে লৈরাং ওইনা,
লৎনবা তৌবিনু তোল্লবনি খন্না।

প্রার্থনা কৎলবা তুংদা নলকুবব মনিগ্রীব অনিনা ৭ লক হন্না শ্রীকৃষ্ণবু য়েৎ ওইননা কোয়রগা দণ্ডবৎ তৌজরে, খুয়া উফুল পদধুলী লৌজরে কোক্তা হাপচরে, হরিবু দর্শন তৌনা তৌনা স্বর্গদা কাখরে।

নন্দ —হৌজিক তাখিবা বজ্র তাবগুম হৌরবা মখোল
অদু কদায়দগীনো ? করিবু ওইরিগদগে ?
ঐগী থম্মোইসে তনিক তনিকইদা।
খরা থুনা চৎলু উপনন্দ; সুনন্দ নখোই অনিবো ?
ঐগী ইচা কাহ্নযা কদাযদা লৈবগে যেংউ।

উপনন্দ সুনন্দ —হে নন্দরানী ইতৈমা ! গোপালবু
ননাক্তা লৈববা ?

নন্দরানী —লম হেল্লি হায়দুনা খরা কিনবা ইচা
গোপালবু মপান্দা গুম্বন্দা পুন্দুনা থম্বনি।

উপনন্দ —করিনো রাণী শুস্বনগা কোন্ননা গোপালদি লৈতেনা।
শুস্বন চিংদুনা চৎলমগনি।

যশোদা —মাঙলে মাঙলে যশোদা ঐহাকসে
ইচাগী নৌরবা খ্বাংদা থৌরীনা পুনখিবনি।
চেল্লকলে যশোদা মচাবু কৌদুনা
ইমাগী গোপাল ইমাগী নীলমনি!
হাই হাই ইচাসে উনা নল্‌লম্লগনি
ইচাগী থৱাই মাঙ্‌লম্বা তারেদো।
ইশ: লৈরমলে গোপাল উগী কারক্তা
শুস্বন্না উরক্তা কন্না য়েৎশিন্দুনা।
হিংচাবী ওইরেনে যশোদা ঐসে,
অমত্তা পোকচবা ইচাবু লাক্লবা।

নন্দ —হরিগী থৌজান্না ইতৎ তত্তনা
কনবিবনি ইচা কাহ্নয়াবু।
কনানা পুল্লি ইচাবু থৌরীনা,
ইপা থোক্কে নংবু পুল্লিবসে।

কৃষ্ণ —বাবা! নচা ঐবু ইমানা পুনবনি।

নন্দ —করিগী ইচাবু পুল্লিবনো?

কৃষ্ণ —ননী মাখন খরা চারুই হায়দুনা।

নন্দ — মচাবু পমদুনা পুরক্লে স্না শঙ্গাইদা।
ইপাগী ইবুংঙো নংনা চাবমখৈ চারো।

কৃষ্ণ — চারোই চারোই নচা শুকচা চাজররোই! (ওইনবা)

## যশোদাগী ঈশৈ

য়েররোই য়েররোই ইমানা অমুক
ইমাগী থৱাইনি থমজবা গোপাল।
অয়ুক্নী নুমিৎ নুমিদাংগী থাজ
অমত্তা ঙাইজবা চিনবান শম্ভুনি।

লাও লাও ইমাগী তম্পাক্তা লাওনে
অমৃত ইনগে নবুক থন্না থকউ।
যেংগে নশাসে কবি শোকই গোপাল,
শিৎ শিৎ নানবিবি মশা অপুস্বা।

পুকচেল ফত্রবী ঐগুম্বী লৈবোই,
অসুক নুংশিবা ইচাবু পুনবা।
হবিবু নিংজবা মহাবাজগী
পূন্য ফলনা হিংবনি ইচানা।।০।।

## উ ফাইবোক যল্লার্জ্জুনগী ৱারী

নলকুবব মনিগ্রীব মচিন মনাও অনিনি। লাইশিংগী লল শংবা যক্ষবাজ কুবেবগী মচানি। নোংমা মখোই অনিনা নিশা থকচিল্লগা লাকখি কৈলাস চীংগী চীংখোংদা ফজবী নুপী মযাম পুবগা। নাপন্না মযাই কাবদুনা লাইবেম্বীশিং লোইননা মফী মবোল লৌথোক্লগা শামুনা লফুবন নৈখাইবগুম নুপী মযাম অদু তান্নদুনা গঙ্গাগী ঈশিং ঈচেন্দা শান্নখি। মফম অদুদা দেবর্ষি নাবদ লেংঙকখি। ঋষিবু উবদা কবিসু ব্যাবহাব থমদনা উগুম লেপ্পুনা লৈখি। থোইদোক্লা ঋষি নাবদনা মহাদেবগী মগুণ থাদুনা শকপদা কবেম কথাইননা মখোই মচিন মনাওনা নাবদগী মতৌ তমখি। মখোইগী ফত্রবা লমচৎ অদু উবদা নাবদ ঋষিনা শাওদুনা শাপ তৌখি। "নখোই অনিগী লমচৎ অসি উগুম্বনি ইকাইবা খঙদে। মবম অদুনা নখোই অনি গোকুলদা হৌরুবো উ ফাইবোক ওইনা।"

মতুংদা মচিন মনাও অনিদো জ্ঞান তাবক্কুনা ঋষিগী মখোং কোন্দুনা শাপ কোক্লবা হাযজখি। নুংশিবিবদুনা নাবদনা তাকপিবকই — "দ্বাপব যুগকী মমৈদা শ্রীহবিনা পৃথিদা অবতাব তৌবগনি। শ্রীকৃষ্ণনা উপাম্বী অদুদা হেক শোকপদা হান্নগী দেব মুর্ত্তিদো হজ্জিনজৌ। অসুম তাকপিবগা লেংখবে নাবদ ঋষি।

নাবদগী শাপ অদু বব ওইবদুনা হন্দক শ্রীকৃষ্ণনা মখোইবু লানবিবিবসিনি।

# শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা শকচরি
# রাম কৃষ্ণনা শঙ্গোম শুম্বা তম্বা
# দেবর্ষি নারদ লাক্কুনা তম্বীবা

## গুরু বন্দনা

ব্রহ্মানন্দং পরম সুখদং কেবলং জ্ঞানমুত্তিম্
দ্বন্দ্বাতীতং গগন সদৃশং তত্ত্বমস্যাদি লক্ষম্
একং নিত্যং বিমলমচলং সর্ব্বধী সাক্ষিভুতং
ভাবাতীতং ত্রিগুণরহিতং সদ্ গুরুং তং নমামি ।।

আজানু লম্বিতভূজৌ কনকবদাতৌ,
সঙ্কীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ,
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগ ধর্ম্ম পালৌ,
বন্দে জগৎ প্রিয়করৌ করুনাবতারৌ।

## মণিপুরি

পাম্বোম চোনবা কুচু সনা ফুদোংবা,
সঙ্কীর্ত্তন শন্দোকপা মিৎস্না থম্বানবা।
জগৎ সংসার য়োকপিবা ধর্ম্ম ঙাকপিবা,
কলি জীব কনবিবা নাম পীনবিবা,
থৌজানগী অবতার শ্রীগৌরচন্দ্রগী
শ্রীচরন্দা খুরমজে হন্না হন্না।

## ঈশৈ

য়েংউ য়েংউ শ্রী গৌরাঙ্গসে
মুন্না য়েংউ মাগী শকফমসে।

ব্রজগী কৃষ্ণদুমক্নি,
মাইথোংনা রাধাদুমক্নি।

থবাক্তা লৈরে ভৃগ্র পাদ চিহ্ন
খ্বাংদা লৈবে থৌরি পুনফম্।
লেমজবা শাবান পাম্বোম চোনবা,
পুক্লিং হুরি মূর শম্লাংনা।

ঙৌর ঙক্তা তুলসী মালানা
হাইরি হুমলি তত্তনা হাইরি
অসুক ফজনা করম্না শেম্লম্বনো?
বিধিগী অঙকপা করি থৌরাংনো?
ব্রজগী কৃষ্ণদুমক্নি রাধিকাদুমক্নি।।০।।

ধর্ম্ম শাস্ত্র পুন্নমক্না লৈতেংবা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনি। বৈবস্বত মনুনা পুবা ২৮ শুবা কলি যুক্তা শ্রীগৌবনা বিশ্বম্ভর কৌদুনা স্না অহিংবা কুচুনা ঙান্দুনা অবতার তৌবিরে ভাগীরথী তোরৈনা কোনবা শ্রীধাম নবদ্বীপতা। ভক্ত রূপনি শ্রীরাধা কৃষ্ণগী অপুনবা যুগল রূপনি। নিংশিংলে শ্রীগৌরনা শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য লীলা শঙ্গোম শুম্বা হৌবা। শ্রীকৃষ্ণনা লৈশেম্বা হৌবা মতমদা পুথোকখি সুরভি কৌবী শনবী শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিমক্না ওইবী। মহাক্তি শন ইরোইশিংগী মমানি।

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরানবু লেংবিবা ব্যাস দেবনা ব্রহ্ম খণ্ডদা অসুম্না বর্ণন তৌরি মদুদি সুরভীনা কামধেনুনচিংবা মশিং লাকঙমদ্রবা জগৎকী শনয়াম পুথোকখি, মহাক্কী অমৃতনা জগৎ জীববু য়োকপিরি। গোলোক বৃন্দাবন্দা সুরভীনা শনয়াম পুথোক্তুনা পর ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনা গোপ রাখালশিংগা লোইননা শন শেন্দুনা গোলোক বৃন্দাবন্দা গোপশিংগা লোইননা মখল মখলগী লীলা শান্নখি। রাস মণ্ডল শেমদুনা রাধা গোবিন্দনা বাস ক্রিড়া শান্নবিখি সখীশিংগা লোইননা।

দ্বাপব যুগতা মুকুলীধর শ্রীকৃষ্ণনা শন শেন লীলা শান্নগে গোপশিং লোইননা ব্রজ বৃন্দাবন্দা বাধিকা অমদি সখীশিং লোইননা প্রেম ভক্তিগী রসনা ঈচেল ওইবা বাস লীলাবু শান্নগে নিংখি। অসুম্না সিদামগী শাপতা থংজিন্দুনা শ্রীমতি রাধানা বৃষভানুগী মেগোম ওইনা ববষাল ব্রজ বৃন্দাবন্দা পোক্লরে। শ্রীকৃষ্ণসু নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা গোকুল ব্রজ বৃন্দাবন্দা পোক্লরে।

চহি ৫ শুদ্রিবা শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গোম শুম্বগী লীলাবু শ্রীগৌরাঙ্গনা শকলি হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী বাল্য লীলা মশামকপু নিংশিংজদুনা।

শ্রীগৌবাঙ্গগী স্না শঙ্গাইদা তিল্লরে ভক্তমখৈ চিথ্নদে। লোইনা য়াওরকই অভিরাম ঠাকুর, সুন্দব ঠাকুব পুরুষোত্তম নাগ, গোরীদাস পণ্ডিতনচিংবা গৌরভক্ত পুস্বা। শ্রীগৌরাঙ্গনা পাংথোকলি উৎসব শঙ্গোম শুস্বগী। লৌহল্লুরে শনবী চাজেনবী অমা। শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীকৃষ্ণনি খন্দুনা শঙ্গোম শুমলি। ভক্তমখৈনা ব্রজ ভাব নিংশিংদুনা নুংঙাইবা ইপাক্তা তাওরে।

## ঈশৈ

নিংশিংলে গৌরনা কৃষ্ণগী বাল্য লীলা,
কৃষ্ণনা শঙ্গোমশুস্বা হৌবা নুমিত্তো।
হে নাবদগী মশক ওইবা শ্রীবাস পণ্ডিত
নংনা কৃষ্ণবু শঙ্গোম শুস্বা তস্বীখিবা।

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি ষনবু লুনা তৌ,
শস্বীনা ইমানি শস্বীনা লক্ষ্মীনি।
শঙ্গোম শুস্বীখি গোবিন্দ মশামক্তা,
গোপ জাত্তা পোক্কুনা যশোদা'মাগা।

ওসিদি শান্নসি শঙ্গোম শুস্বা লীলা
(ঐগী) ভক্তমখৈগা লোইনদুনা।
কৃষ্ণবু নিংউ কৃষ্ণবু নুংশিয়ু
মাগী লীলাবু ঐখোইনা তমজসি।।০।।

## ঈশৈ

তিল্লরে মীয়াম নন্দগী শঙ্গাইদা
হরাওবে ইনিল নিঙ্লে মীপুম খুদিং।

মীতনা চোঙ্লে ফজবা সভানি,
লৈকাইগী অহল লমন অয়াম্বা,
রাম কৃষ্ণগী লীলা য়েংবা লাক্লে।
মাগী মাগী মফমদা ফম্নরে।

বাম কৃষ্ণ শঙ্গোম শুস্বা তমগদৌরি,
পুবকলে গোপীশিংনা অথেনপোৎ
সন্দেশনচিংবা ফিরুক্তা হাপ্তুনা।

লড়ু বেড়া পুরি পুৱা জিলিবী কচৌরি,
ননী মাখন্না চফু থন্না থন্না।

হাওরবা অথুম্বা অশিনবা হৈ-রা,
লফোই কমলা, কফোই বোরোই চম্প্রা,
কিশমিশ, বদাম অঙ্গুর, য়ুবী,
কিহোম অথুম অথুম্বা মপোপ ফবা।
পুরক্লে গোপশিংনা পাত্রদা হাপ্তুনা।
পৈরে অচা অথক ময়াম নন্দগী
অচৌবা শ্রীবিষ্ণুগী (হরিগী) মাগুবতা।।

অঙম অথৌ খিবিক্লা রাজ সভা তিল্লে। অদুগা তাংবন্দা লেংশিল্লি নন্দ মহারাজ। মনাও উপনন্দ সুনন্দ পুন্নমক্লা শিল্লাংলি। যশোদা রোহিনী অনিনা রাম কৃষ্ণবু ফিজেৎ লৈতেংদুনা ফমহল্লি মপাবুংগী মনাক্তা।

যুগ যুগ খুদিংদা শ্রীহরিনা শান্নবা
লীলা পুন্নমক য়াওরিবা নারদ।
বীনাগী নুংশিবা তাংথক নাইদ্র শুরনা,
নারায়ন (২) — শোন্দুনা লাকলিদো নারদ।

মনাই চেক্লা বাসুদেবসু য়াওরকলি,
শকলি শোল্লি হরি হরি নুংশিব নাম।
অরাম্বা খৌরাংবা কোকপা মহামন্ত্র,
অৱাবা পোৎলুম য়াংবা জীবগী চেংজেন।
শকলি শোল্লি হরি হরি নুংশিবা নাম।।
শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা থুংহনবা ঙম্বা নারদনা
শকচরি ইবুংঙো মাগী নাম গুণ কথামৃত।

## নারদগী ঈশৈ

শকচরি রাম কৃষ্ণ মধুসুদন,
গোপাল গোবিন্দ মাধব নারায়ন।
যশোদা মপারি বালমুকুণ্ড,
রাধাগী মবুংঙো নিংথিবা শ্যাম্।

কংসগী য়েক্লবা ভক্তগী মবুংঙো,
শ্রীবৃন্দাবন চন্দ্র গোপ চুড়ামনী।

তনৌবা খুত্তা বাঁশি থোনবা হে শ্যাম্
ফুইনা ফুইনা খোংবা পুক্লিং হুবা শুবনা।
তোল্লবা নাবদনা খুবমজৈ হে কৃষ্ণ,
লেংলি পাল্লিবগী আত্মা থরাই ওইবা।
ননাইনা লাকচবি শ্রীধাম গোকুলদা
পীনৌনে দর্শন চংজবি খুযা খাদা।।০।।

## অনিশুবা নারদগী ঈশৈ

শোল্লু হবিনাম তত্তনা লৈযেংনা,
জীবগী থবাই ওইবা সিদ হিদাক।
পাম্বৈনি মহাক্তি, অথোইবা লন্নি,
চেৎনা পুঞ্জৌ ফিজিদা ঔষধ নাম।
থম্নাথক্কী লাইজগুম্ তেল্লবা পুন্সিনি,
তিনখিনি মতমগী সংসাব ঈপাক্তা।
মাঙ্বা নাইদ্রবা জীবগী থবাইনা,
চংজফম খঙ্দনা পাইদুনা লৈগনি।
বৈতবনী তুবেল লাল্লমদাই জীবনা
হবিনাম হিদা তোংদুনা শোন্দুনা নাম্
বাধা নাম্না নৌবেল, হোন্দুনা গুরুনা
লানবিনি জীববু লানঙমদ্র ইপাক।

## অহুমশুবা নারদগী ঈশৈ

হবি হবি শোল্লু হে মীওইবা
মতম হেনখিনি অবেম্বদা।
সাধু সঙ্গ তৌজদুনা হংজহৌ,
থিজহৌ লম্বেল মাবু ফংনবা।
স্না লুপা মণি মুক্তা লনগৈ,
অবেম্বনি পুম্বা পুদুনা চৎলোই।
ইমা ইপা নুপী অঙাং মরুপ,
কনাসু নত্তে মাযা সংসাবনি।

পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ লাক্লবা,
কষ্ট-খনাও দা অখা অয়াক্লা ফুল্লবা,
কাওগনু হরি নাম মহা মন্ত্র,
হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে
হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।।০।।

নারদ — বালবাসু! বালবাসু! নং কদায়দা লৈবগে?

বাসু — ঐ সিদা লৈজৈ করি ওইরবনো অজ্ঞা!

নারদ — চৎসি লাও ঙসিদি নন্দগী কোনুংদা,
অচৌবা উৎসব য়াওরুসিনে নংবো।
চাকুসি অহাও অথুম সন্দেশ।

বাসু — উৎসব অচৌবা অপিকপা ঐঙোন্দদি
অমহানি খেন্নদে হে গুরুদেব।
তিনসে কুৎ কুৎ যোত্তুনা লৈগনি।

নাবদ — কবিনো বাসু নংনা হাযবিবদুবো?
নারদ ঐবু ফত্তবা তাহনগনু।
ঐগী ইনাইনা চাবগা নারদ ঐনা
পেল্লিবনিনে হে বাসু নংবো খংউনে।
অসিমসু খঙউ হে বাসু নংবো
উৎসব অচৌবা হায়বদি মীয়াম্না তিনবা,
ফজ ফজবা ফিবোন শেত্তুনা ইন্দুনা
অমগা অমগা নোক্ল নোক্লদুনা
যেংন যেংনদুনা চাবা অদুদনি খেন্নবা

বাসু — মুনিদেব ঐদি য়াম্না ইকাই
ইশকসু থি, ফিজেৎসু সন্ন্যাসকী ফিজেৎনি
মীনা ঐবু লক্লগনি, যেংনগনি।

নাবদ — ঐখোযনা শেৎলিবা ফিবোন অসিদি
মীনা শেৎপা ঙমদবনি খঙউনে।
পুকচেল লাকশিনবা, ইন্দ্রি খুদুম চনবা
শ্রীকৃষ্ণদা বতি লৈবা সাধন ভক্তি লৈবা
সন্ন্যাস ওইবা পুন্নমক থাদোকপা ঙম্বা
ব্রহ্মচার্য্যনা শেৎকদবা ফিজেৎনিনে বাসু।

## নারদগী ঈশৈ

মায়ালাং থদত্তুনা য়েক্লবা তরুক
জয় তৌবা ঙল্লগা শ্রীচরন ফংগনি।
আত্মা সমর্পন তৌরবা মহাক্তনা
ফংজগনি কৃষ্ণগী ঙাংঙ্রারা শ্রীচরন।

করি ওইখি ধ্রুব, অঙাং ওইনা প্রহলাদ
মীনা ঙমফদ্রবা, বলি রাজাগী দান।
ফাওরি জগত্তা মখোইগুম্বা লৈতেনে,
মখোইতনা ফংখি শ্রীকৃষ্ণগী চরন।

ভক্তগী মখা পোনবা শ্রীহরিনি,
সাধুগী থম্মোইদা লৈবনি শ্রীকৃষ্ণ।
কৃষ্ণগী থম্মোইদা ভক্তনা শান্নরি,
শকলি শোল্লি কৃষ্ণগী গুণ তত্ত্ব কথা।

নারদ — হে বালবাসু! শোল্লু হরি নাম
নংনা শকপদো নারদ ঐ তানিংই।

## বাল বাসুগী ঈশৈ

কনাগী পাওখোললোইনো
করি তৌবা লাকপনো?
ভাইবং কৈথেন কারকপা
করিবু লৈবা লাকপনো?

মায়া সংসার কৈথেন্নি
ওইদবা ঙাক্তা য়োনবনি
অচুম্বা পোংশক থল্লিঙৈ
নুমিৎপু সুম সুম তাখিনি।

গুরুগী নাক্তা চংজহৌ
ভক্তিগী লম্বী খংনবা।
গুরু কৃপা নত্তনদি,
অশেংবা মশক খঙলোইনে।

অরেপ্পা মশক অদুদি,
শ্রীহবিগী নামতনিনে।
অমাং অতা লৈত্রবা নাম,
অথোইবনি লৈতে অমা।।০।।

নারদ — বা-বা-নবায়ন, হে বালবাসু! নংগী ঈশৈসিদি ওম্থোক্লা নুংঙাইখ্রেদা। অমগা অমুক শকখো বাসু।

## ঈশৈ

চৎলো চৎলো হে পুক্লিং
শ্রীব্রজ বৃন্দাবন্দা।
থৱাই হকচাং কচ্চবো
মাগী নাক্তা লৈজবো।

যমুনানা চেল্লিবা,
অশেংবা তীর্থ মফম।
লুপচবগা ঈচেন্দা,
পাপকী মৈচাক ইংগনি।

মুনি ঋষি কযানা
ধ্যান তপ হোম কচ্চবিবা।
তান্নজবি হবিগী,
ফংঙমদ্র চবন থম্বাল।

শিজরবা জীবনা,
অথোইবী বৃন্দাবন্দা।
হল্লকপা 'মুক লৈববোই,
লৈগনি মাগী নাক্তা।

কৃষ্ণনা হিরানবা ওইনা
লানবিরি জীবশিংবু।
লানঙমদ্র সাংসার ইপাক
অকিবনা থল্লবা।।

শিব মহাদেবনা,
উফুল রাইফুল তৈদুনা,
শকচবি গোপাল দেবগী
মমিং লিশিং লিশিং ওইবা।

তাজরি পার্ব্বতীনা,
কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা।
শ্রদ্ধা ভক্তি লোইননা
অমৃত হেনবা নাম্বু।

কোকখবে দুর্গাগী পাপ,
দেহদা লৈবম্বা পুম্বা।
লৈচিলদা লোৎলম্বা থানা
ঙাম্থোবকপগুম ঙাল্লকলে
পাপকী অমম্বা কোক্কুনা।।

নাবদ — নুংঙাইদা বালবাসু নংগী ঈশৈসিদি,
অসুক নিংথিবসে কদাইদা তমলুবগে।
নাবদ ঐহাকমক্কা খঙ্বদা ৱাববা,
প্রেম ভক্তি রসনা ইনোৎ হাপ্পা ঈশৈনি।

বাসু — ঐ ইতোমতনা হৈজবনি অজ্ঞা
ননাই ঐনা কনাদগীসু তমলুদে।

নাবদ - ঐনা হংবদি কদাইদগী তম্লুবগে হাযবনি?
ফবে ফবে অদুদি ঐখোই অনি ঈশৈ,
শক্লা নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাই যৌবকলে।
থোংশংবা কনা কনা লৈবগে হংউ বাসু।

বাসু — মহাবাজগী থোংশংবা কনা কনা লৈবগে?

থোংশংবা থওইনা তাদে বাসুগী শকফম উবদা।

বাসুনা - কবিনো? থোংশংবা অসিবু মুর্ত্তিবা নৎত্রগা অযেকপা লাই চিত্রবৎলা?
(মশাদা পায়দুনা নান্দুনা য়েংবা)

থোংশংবা নতৌ য়েংগে তৌবনি।
মহাশয় নং মর্ত্তগী মী মান্দে।

স্বর্গদগী লাকপা মী মাল্লি।
ফিজেৎসু সন্ন্যাসকী ফিশেৎনি (ফিজোন্নি)

বাসু — স্বর্গদগী মহার্ষী নাবদ লেঙ্‌ঙকই।
মহারাজদা চংলকপা যাগনি য়ারোই
হায়বা অমুক্তা হঙ্গৎলু।

থোংশংবা - নারবু খুরমজৈ দণ্ডবৎ তানা,
অদুগা চৎখবে থোংশংবা অদো —
নাবদ লেঙ্‌ঙকপগী পাও তন্নবা মহাবাজদা।

## রাজ সভা

থোংশংবা - মহাবাজ। ননাই ঐনা পুবিবা সিংহ
দ্বাবদা মতিক মগুণ লৈবা নাবদ ঋষি
লেঙ্‌ঙক্কুনা লৈবে।

নন্দ মহাবাজ - যাম্না নুংঙাইবে। নাবদ লেংঙকই হাযবা।
কনা কনা লৈ? পুজাগী পোৎলম পুশিল্লু।
মুনিবু ওক্লবা। ঐ ইশামক চত্তুনা
মুনিবু ওক্লুগে।

নন্দ — দণ্ডবৎ প্রনাম তৌজবি মহামুনি।
কচ্চবি সেবা কবিনা পোনবিগনি।
(চবন শেংজবি অশেংবা জলনা)।
লেংশিনবিসি বাজ সভাদা।
ঙসিদি গোকুল পুম্বা লাইবক ফবে,
তোল্লবা ঐবু দর্শন পীনবিবে।

নাবদ — এবমস্তু শ্রীবিষ্ণু। মঙ্গল ওইযু মহাবাজ।
(অসুম্না ৰাবি শানা শানা চংলকলে বাজ সভাদা
নাবদগী থৌগন তৌদুনা নন্দ নিংথৌনা।)
নিংথিবা আসন কচ্চবি লেঙ্‌শিনবিসি।
(লেঙ্‌শিল্লে মুনিদেব আসন্দা।)

নন্দ — খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ।
ঙসিদি উৎসবকী লৈতেং ওইবিযু।

নারদ — নুংঙাইরে মহারাজ নংগী সেবাদা ঐ পেল্লে।

নন্দ — ঙসিদি ইচা অনি রাম কৃষ্ণগী শঙ্গোম শুম্বা তম্বা নুমিৎনি। খরা তম্বীরম্মু শঙ্গোম শুম্বা ইচা অনিবু।

নারদ — মখোই অনিবু শনশেনবসু হৌনবা তৌসি।

নন্দ — হে! পাওখোল্লোই! চৎলু কোনুংদা অদুগা মহারাণী অদুগা রোহীনিদা মচা ইবুংঙো অনি রাম কৃষ্ণবু পুদুনা লাকউ মুনিদেববু ভক্তি তৌনবা।

যশোমতি - ইমাগী ইবুংঙো বাম কৃষ্ণ! লাও ইমাদা নপাবুংনা কৌরি।

পৌৰারি — রাম কৃষ্ণবু পুরকপা।

নন্দ — লাও লাও ইপাগী ইবুংঙো বাম কৃষ্ণ নাবদ মুনিবু খুরম্মু।

রাম কৃষ্ণ - খুরমজরি মুনি দেবদা।
(জগৎকী মবুংঙোনা নারদ মুনিদা খুরম্মী ভক্তি তৌনা ইবুংঙো মহাক্তি ভক্তগী মখা পোনবনি। ভক্তি তম্বীবা লাকপনি।)

নারদ — রাম কৃষ্ণ অনিবু মকোক্তা নানবিবা।
পুন্সিয়ু রাম কৃষ্ণ নখোই অনি।
কৃষ্ণবু য়েংদুনা নারদ মুনিনা
প্রেমগী ইরা চেল্লি অদুগা
নারায়ন নারায়ন শোল্লি।

## নারদগী ঈশৈ

রাম কৃষ্ণ নখোই অনি মুন্না তারো,
শঙ্গোম শুম্লুসি হৈনবা হোৎনৌ।
শন য়োকপনা গোপগী থবক্কি,
শনশেনগনি শঙ্গোম য়াম্না থোক্লবা।

নিতিগী চৎলু শনশেনবা রাম কৃষ্ণ
কোইনা চৎলু বন তরানিথোইদা।
ভদ্রবন, ভান্দিরবন, লৌহাবন - বন,
বিল্ববন, মহাবন, তালবন, মধুবন
কুমুদবন, বহুলাবন, কাম্যবন,
খাদিরবন, অথোইবী বৃন্দাবন।

নুংঙাইনা শান্নৌ যমুনা মপান
ইবোইদুনা শান্নৌ অঙাংগী কুম্মৈ।

লীলা কযানি শান্নগদবা,
তাইবংগী প্রেম ভক্তি লম্বী ওইবা।
মনিগুম ঙানবা কুঞ্জ কুঞ্জনি,
থম্মোই হুনা নুংশিবনা থনবা।

নন্দ — হে পৌযাবি! মখোম থোকপী শম্বী অনি পুবকউ।

পৌযাবী যান্না ফনি মহাবাজ —
(শন পুবকপা অমসুং পুজা কৎপা)

নাবদ — হে বলবাম শঙ্গোম শুম্বা তম্বীগে লাও।
(বলবামনা মুনিগী নাক্তা চংলকপা)

নাবদ চফু অসিগী মমিং খোমযা চফু অদুগা অতোপ্পা চফু অসিগী মমিংনা অচৌবা চফুনি শঙ্গোম যান্না চনবা। খোমযা চফুদা শঙ্গোম শুম্লগা অচৌবা চফুদা হৈজিনগদবনি।

থৌবী মতৎ অসিনা খোবৌ থৌবী কৌহ,
নিংঙাই তৌবা শম্বীদা মখোং খুদুং অনি
পুনগদবনি, শঙ্গোম শুম্বদা কাওবা ঙমদনবা।

ফম্মু! বাম নিংথিন খুকউনা চপ্পু খোমযা চফু।
শুম্মু শঙ্গোম খুবীগা খুদোনবীগনা চপ্পুনা চিংউ।

সখা মযাম দাউজী বলবাম শঙ্গোম শুম্বা হৈবে।
হৈবে হৈবে থুনা হৈখবেদা।

নাবদ তাকপনা খজিক্তা হৈবনা হেনবা।

নাবদ - অতোপ্পা শম্বী ধবলী কৌবী অদু পুশিল্লকউ।
কৃষ্ণনা শঙ্গোম শুম্নবা।
লাকও কৃষ্ণ শঙ্গোম শুম্বা তম্বীগে।

কৃষ্ণ মাই ঙমলোই, ঐদি যান্না কিজৈ।
(ইবুংঙো মাগী মাযানি)
চংদুনা শঙ্গোম শুমলে তাকপিবা
মতুং ইন্না।

সখা ময়াম - খুবাক খুদুনা হায়রকই —
ঐখোইগী কাহাইসিদি
শঙ্গোম শুম্বা য়াম্না হৈরে।
মাগুম্বা চহি ৫ শুদ্রিবা মহাক্না।

নারদ — নারদনা হায়রকই — তাবিয়ু নন্দ মহারাজ - নচা অনিসে লাইপোকনি।
ঐনা তম্বীবনা খজিক্তা
মখোইনা হৈব্না হেনবা।

## ঈশৈ

য়েংউনে নন্দ যশোদা রাণী
নচা রাম কৃষ্ণ মখোই অনিসে।
শঙ্গোম শুম্বা নিংথিনা হৈরেসে
অঙকপা নচানি পিকলিবনা।

জগৎকী মনুংদা থিবদা ফংলোই
রাম কৃষ্ণগুম্বা নচা অনিসে।
লাইবক ফৈদা যশোদা রোহিনী
রাম কৃষ্ণবু নচা ওইনা ফংজবা।

মুন্না তাবিয়ু নন্দ মহারাজ
অঙক অঙকপা লীলা উরক্কনি।
অৱা নুংঙাই নুংশিবনা থনবা,
তাইবং কুম্মৈনি মখোইনা শান্নবা।।০।।

নন্দ — মহামুনি বর পীনবিয়ু ইচা অনিবু
পুন্সি তোলোইবা অসিতা পীনবিয়ু।

নারদ — এবমস্তু শ্রীবিষ্ণু! লেপ্পমক ফংজরো।
লাইবু হেনবা নচা ঙাক্তনি। অঙকপা গুন্তনা
লৈতেংবা ঙাক্তনি।

## সূত্র

মখল মখা অয়াম্বা লড়ু বেড়া সন্দেশ
জিলিবী কচৌরি শঙ্গোম ক্ষীর লনী মাখোন

শঙ্গোম অফম্বা অনৌবা মুন্না ঙৌবা,
ছানা, ছানাদগী শেম্বা অহাও অহাওবা,
অন্ন ব্যঞ্জন চাক ইনশাং হৈ থোংবা,
পুশিল্লক্কুনা নারদগী মমাংদা পৈররে।
(মহামুনি নারদনা হান্না হাবিরে)

## ঈশৈ

বালবাসু — চাবদা ফজদবা তৌগনু,
ঐগী খরা খাকপিয়ু হে গুরু।
য়াম্না থাপখ্র লম্বীনি লাকইবা,
স্বর্গদগী ইপা ইচাতনি।

হকচাং ফত্রদি লাইনিংবা য়াদে,
খরা নিংথিনা চাবা তাবনি।
মুনিগী সেবা নিংথিনা তৌনবা
পাঙ্গলসে কনহন্দবা য়াদেনে।

তাজৈ ননাইনা হে গুরু নংসে,
থৌজাল হৈবনি চানবী হৈবনি।
জ্ঞানগী পুক্কৈনি হরি ভক্তনি,
ব্রহ্মাগী মচানি জীব শেম্বীবা।

নারদ — ঐনা চারিবসে ওম্থোক্লা য়ামলে। অদুবু ঙমদরে মী অনিগী হাপ্লবনিনা।

বাসু — খুৎ লোন্ননা খুকউ লৈতানা হঙ্গৎচৈ। লেংখৎলো লেংখৎলো হে মুনিদেব। ননাই বাসু ঐ লৈজে। ঐনা লোইনা ফংজরগে অরেম্বদো। (নারদনা অচমন্ তৌদুনা লেংখৎখিবা)।

নন্দ — হাপচগে হে বাসু ওক্ত্রিমখৈ (অবাৎপা হাপ্পা)
(লেংখরে নারদ বালবাসু বর পীরল্লগা।)

## গোষ্ঠ (শনশেনবা)
## (গৌরঙ্গা ভাবি)

ঙসিদি হিয়াঙ্গৈ থাগী নিপান্নি পানবা
গোষ্ঠ লীলা নুমিৎনি কৃষ্ণনা শান্নবা।

অয়ুক অঙনবদা ভক্ত মখৈ তিল্লরে,
লেংথোরকলে গৌর ফিজেৎ লৈতেংদুনা।

ভক্তশিংনা থৌৱানমিচাক্কুম ইকোই কোই
ময়াইদা ঙাল্লি গৌর পুর্ণিমা থাজগুম্।
ষনশেল লীলা নিংশিংদুনা হায়রকই গৌর,
ইমা যশোদা! শেৎপিরো রাখাল ফিজেৎ।

কদায়নো সিদাম সুদাম মধুমঙ্গল
ধবলী শৱালী লোইনা শুরবরা?
হে ইমা নয়াথং পীনরো চৎলগে!
ষনশেনবা পুবর্বাহ্নগী মতম য়ৌরক্লে।

কৌরকই গৌরাঙ্গনা হন্না হন্না, —
কৃষ্ণনা শান্নখিবা গোষ্ঠ লীলা নিংশিংদুনা।

লাকও লাকও দ্বাদশ গোপাল নখোই ষন শেনবা চৎলসি পুবর্বাহ্ন মতম য়ৌরে। দ্বাদশ গোপালনা হন্দক্কী কলিদা অমত্তা চিংখদনা পোক্লরে। য়াওররে গৌর ভক্ত ওইনা অভিরাম ঠাকুর, সুন্দর ঠাকুর, পুরুষোর্ত্তম নাগ, ধনঞ্জয় পণ্ডিত, গৌরীদাস পাণ্ডিত উধারন দত্তনচিংবা।

## ব্রজ বালক - পরিচয়

## দ্বাদশ গোপাল

| | (পুবর্বলীলায়) | | (গৌরাঙ্গ লীলায়) |
|---|---|---|---|
| ১) | সিদাম | — | অভিরাম ঠাকুর |
| ২) | সুদাম | — | সুন্দর ঠাকুর |
| ৩) | দাম | — | পুরুষোর্ত্তম নাগ |
| ৪) | বসুদাম | — | ধনঞ্জয় পণ্ডিত |
| ৫) | সুবল | — | গৌরীদাস পণ্ডিত |
| ৬) | মহাবল | — | কমলাকর পিপলাই |
| ৭) | সুবাহু | — | উদ্ধারন দত্ত |
| ৮) | মহাবাহু | — | মহেশ পণ্ডিত |
| ৯) | অর্জ্জুন | — | পরমেশ্বর দাস |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১০) | লবঙ্গ | — | (কালা) কৃষ্ণদাস |
| ১১) | মধুমঙ্গল | — | শ্রীধর পণ্ডিত |
| ১২) | প্রবাল | — | হলায়ুধ ঠাকুর। |

রাজর্ষি ভগ্যচন্দ্রনা রাস লীলা লিংখৎখিবগুম, লিল্লাই ইবুংঙো গম্ভীরসিংহগী স্না হাক্তক্তা শ্রীহরিগী শনশেন লীলা অসি লিংখৎখি। ভগবান্না চহি ৫ শুদ্রিঙৈগী মতমনি। কৌমার বয়সনি। মৈতৈ জাতিগী থম্মোইদা অপেনবা ইনোৎ হাপ্লিখি। চন্দ্রকীর্ত্তি অমসুং চুড়াচান্দ মহারাজ অমদি মচা ইবুংঙো বুধচন্দ্র মহারজগী স্না হাক্তক ফাওবা করি অমত্তা কায়দনা শ্রীকৃষ্ণগী ষনশেনবা লীলা অসিবু মপুং ফানা শান্নদুনা অয়েংবা ভাবকশিংগী ঙমখৈ লৈতনা পেলহনখি। কৃষ্ণ প্রেমদা পুক্লিং লুপনখি।

শ্রীগৌরাঙ্গগী ভাবিষ্ট অঙকপনি। ইবুংঙোনা লেপলিবা মফম অদু শ্রীনন্দ মহারাজগী স্না শঙ্গাইনি হায়না খল্লে। অভিরাম ঠাকুর, সুন্দর ঠাকুর, পুরুষোর্ত্তম নাগ, ধনঞ্জয় পণ্ডিত, গৌরীদাসনচিংবদো সিদাম, সুদাম দাম, বসুদাম, সুবল নি হায়না খল্লে। মতৌ অসুন্না শ্রী গৌরাঙ্গ প্রভূনা গোষ্ট লীলাবু শান্নরি মাগী ভক্তশিংগা লোইননা।

## সূত্র

শৃদাম সুদাম গোপ মচা পুন্নমক
লোইনা লাক্লরে, ফিজেৎ লৈতেংদুনা
শ্রীকৃষ্ণগী ফিশেৎকা মান্নরা, রাখাল পুন্নমক
শেৎলি, উপলি, নুপুর থাংলি, চুরানা চেপতক
চেপতক। কনানা শিঙ্গা বেনু, কনানা মুরুলী
পায়দুনা ঈশৈ শক্লা শক্লা হরাওনা লাকলি
নিংথিবা নন্দগী শঙ্গোই তম্লদুনা।

## ঈশৈ

চৎনা চৎনা কৌনৈ ষনশেন নহাশিং
হো সিদাম নংবো, কনা ৱাৎলি কৌরো।
হো ইতাও সুবল মধুমঙ্গল
লাকলো লাকলো শনশেনবা চৎলসি।

লাকচরে ভদা, সুভদ্র লোইনা
গোবক্ষ পদ্মক্ষ বিলক্ষন।

যৌবক্লে মহাদেব সুদেব
চন্দ্রমুখ, হাশুমুখ, ভ্রমব
সংচার্য্য বিচার্য্য কুমুদ দেব
লাকলে কামেশ্বব, বল্লভ সবোজ
থোবক্লে অম্বুজ, পঙ্কজ, সুসব, নিবোজ,
খুত্তা   শাজৈ অমমম পাযদুনা।

হৈ হৈ লাওই শন হোইদুনা চৎলি,
নৌজনা, কেজনা গোপ মচাশিংনা।
চুবানা যেৎনা যেৎনা চৎলিবা
খোংদা নুপুবনা ঝন ঝন নিল্লিবা।

ঙসিদি নুংঙাইবে হবাওবে ঐখোই,
শেনগনি শনশেনবা বাম কাহ্নাই যাওনা।
বন বন খুদিংদা কোইনা চত্তুনা,
কৌগনি শনযাম শ্যামগী বাঁশিনা।

শান্নমিন্ননি শ্রীবাম কৃষ্ণগা
কুম্মৈ মখল মখল ফীবুল হাবী।
অকি অখং লৈবোই কৈদৌনুংদা,
বান্না ঐখোইবু ঙাকপি শেনবিনি।

শনশেন্নহা মযাম শন হোইদুনা লাকপনা নন্দগী হোজং যৌবকলে অদুগা কৌজবি কহ্নৈযাবু।

## ঈশৈ

হো ইতাও কহ্নৈযা চৎলসি, শনশেনবা
থেংখবে মতম পুবর্বাহ্ন যৌবক্লে।
ধবলী, কালি, সওযালী সুবভী,
শনযামসু খোংলকলে হম্বা হম্বা তোইনা।

নংতবু ঈখৌ লাংনা ঙাইজবিবা
ইঙাইথক্কী গোপ ঐখোইনি কহ্নৈযা।
ব্রজগী অমুবা থাজ ওইবা হে শ্যাম,
উৎলবো নহাক্কী নুংশিবা মাইথোং।

কবন্না চৎকনি নং যাওদনা,
অকিবনা থনবা শুক্লবা বন্নি।
পুতনা শকটাসুব লানবীবা হে কৃষ্ণ
মাঙহনবনি নংনা তৃনাবর্ত্তবুসু।
(অসুন্না মখাতানা হাযবকই বাখালশিংনা)

## ঈশৈ

যেংউনে সিদাম ইতাও কাহ্নাইসে,
মমাগী তম্পাক্তা ফমলিনেসে।
শনশেনবা মতম যৌবে খংদেসে,
ইতাও নংবু শনশেনবা চৎলোইদবা?

কৃষ্ণনা — কবিগী চৎলোই চৎকনি শনশেনবা
নখোই যাওদনা লৈহৌগনি কবম।
ঙাইবিখো ঐবু হে ইতাও নখোই
চান্নবা মকুপ নুংশিবা সুবল।

ইমা! ইমা! ফিজেৎ লৈতেংবিবো
শনশেনবা চৎনবা থৌবাং তৌবিবো।
ঙাইদুনা লৈবে ঐবু বাখালশিংনা,
যান্না খেংলে ইমা ফি শেৎপিবোসে।

যশোদা — ইমাগী ইবুংঙো কবি বানোনে?
পিক্লিবা নংনা ষনশেন শনঙাকপা।
কবম চৎকনি থোৎলবা খোংনা
তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা লম্বীদা।

কৃষ্ণ ইমান্নবা পুন্নমক চৎলিবনি
মখোইগী মতুং ইন্না ঐসু চৎকনি।

(বলবামনা নন্দবানীদা খুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ হে ইমা ইনাও কাহ্নাইসে যদ শেনবা চৎহনবিয়ু পীনবো যাথং)

## ঈশৈ

পীনরো য়াথং হে ইমা যশোদা
নচা গোপালবু শনশেনবা চৎহল্লু।
ৱাবিরুনু ইমা চিংনবিগনু,
নচা রান্না ইনাওবু খক থাদোকলোই।

থৱাইদগী হেন্না নুংশিবা ইনাওনি,
মহাক উদ্রদি ঐ লৈবা ঙমদেনে।
শনশেনবা গোপগী ধর্ম্মনি ইমা,
হৌনদে লৈথোকপা য়ুমদা ফমদুনা।

তম্বীনি শ্যাম্বু কোইনা শনশেনবা,
বেনু বাঁশি খোংদুনা নুংঙাইনা।
নুমিদাংৱাই শঙ্গারকপা মতমদা
পুরক্কুনা মাবু শিন্নগনি (ইমাদা)।।০।।

যশোদা — মচানা য়াদ্রবদা অদুগা,
ময়াম্বুং বলরামনা হায়জরবদা,
শেৎপিরে রাখালগী ষনশেন ফিজেৎ।
পকচব ফজবতা খন্দুনা।

বোহিনী — অসোমদা বলবাম পোকপি রোহিনীনা,
মচাবু ফিজেৎ লৈতেংবিরে ফজনা।
পকচৈদা অশংবা ফিজোন্না লৈতেংবসে,
লুপানা ফুদোংবা ঙৌরবা হকচাংদা।

## শ্রীকৃষ্ণ রূপ

কস্তুরী চন্দন্ন নোংহৌ অঙ্গদা
স্না ফিগে থোনবা নিংথিবা শ্যাম।
খোই খোই শম্লাংদা চুড়ানা চেপ্লপ,
লাইবক্তা মঙানি থাজগী বিন্দু।

থম্বালনা তাংজ মিৎস্নাগী লৈতেং
তয়ান ঙমজবা তঙাংবা চিনবান।

মোমোন নোকপদা রাশিনা মতুম,
কাম কোটি ঙমজ' খোই খোইবা পিশুম।
খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা ফজৈ
নিংথিজৈ কিঙ্কিনিনা লাকশিনবা।

ফজবা ঙক্তা কৌস্তুভ মনি,
খুত্তা খুজি তান পাম্বোম অনিদা,
খোংদা নুপুরনা ইনিল নিল্লিবা।
রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু হায়না।

(যশোদানা হন্দোক্কুনা য়েংলগা হায়রকই)
ফজৈদা পকচৈদা রাখাল ফিজেৎ
ইমাগী অশংবা নীলমনি।
ইমানা য়েংবগী পেনবা নাইদে,
কুণ্ডল নাইন্না নাপদা হাইরিবা।

ফজৈদা নিংথিজৈ ইমাগী বলরাম
ইমানা য়েংবদা অৱাৎপা লৈতেদা।
তাথরকপা পাম্বোম শামু নাতান ঙমজৈ
কল্লবা লাঙ্গোন নংগী খুৎশু ওইবা।

খুত্তা খুজিগী লৈতেং থৌৱানমিচাক্কুম
খুৎ চাদা মনিগী খুদোপ্পা নোংথাংগুম।
জগত্তা লৈরোই নংগুম ফজবা মুর্ত্তি,
খোংদা মনিগী নুপুরনা ইনিন নিনবা।।০।।

যশোদা রোহিনী - রাম কৃষ্ণ অনিবু ফিজেৎ লৈতেং লোইরদুনা
লেপহল্লে পাক্লব মাঙ্গোন্দা ফজনা নিংথিনা।
ইকোই কোইনা ফমলি নন্দ উপনন্দ সুনন্দ
যশোদা রোহিনীনা মচা অনিবু চেপথ চেপথ
য়েংজৈ মাইথোং থাজ অনিদো হন্না হন্না।
রাখাল ময়ামসু ফমলি শুমাংদা রাম কৃষ্ণগী
কুম্মৈ য়েংলি মিৎ কুপ্তবমখৈ নুংশিনা।।০।।

যশোদা — ইমানা য়েংবগী পেন্দেদা রাম কৃষ্ণ
য়েংদুনতা লৈনিংই ইচা অনিবু।

নখোইনা চৎলমদাইদা জগোই শাবম্মু
ইমাগী মাংদা নিংথিনা কেনা কেনা।

## ঈশৈ

জগোই শাবি বলবাম কৃষ্ণনা
কেনা কেনা লৈনা লৈনা শাবি।
নৌববা খুৎথেক তনৌবা খুৎচানা,
নুংশিবা বাঁশী শুব তাম্থাদা শাবি।

ওইবোমদা চোংলি যেৎলোমদা হল্লি
লৈনা লৈনা চৎলি অমুকসু চোংলি।
কোকিলসু খোংলি বাহোংসু নোইবি,
কাংঙনা চেল্লি মশা খপ্পুনা।

খোইমুনা ঙংলি লৈবাং লৈকাদা,
গুণ গুণ শকচবি কৃষ্ণগী মগুণ।
মালংসু হুমলি লিবি লিবি ইংনা
খোমদুনা পুবি নুংশিবা লৈনম।

## জগোই ঈশৈ অনিশুবা

জগোই শাবো গোপাল নিংথিজনা শাবো,
ফজনা শাবিখৈ পীজগনি ননী।
মাখন লদু বেবা ৱাত্তবমখৈ
ইমানা থমলিদো ইচানা চানবা।

খোংলোনে শ্যাম নংগী নুংশিবা বাঁশী
শুমহৎলো নমাবু গোপীশিংবুসু।
মোমোন নোকলো নমাগী থম্মোই পেহলল্লো
নুংঙাইবেদা পুক্লিং নংগী জগোইদা শ্যাম।

খুবাক তাম্থা পীবি যশোদা নমানা,
ইচাগী জগোই পুক্লিং চংনা যেংদুনা।
মবক মবক্তা লাওবি পেনমনখ্রদুনা,
লাও লাও ইমাগী মনি ইমা পমগে লাও।

## সূত্র

ভগবতি পৌর্নমাসীনা হাযরকই —
হে শ্যাম উৎলো নংগী মথেক অহুম থেকপা।
চুডানা লৈতেংবা খুত্তা বাঁশি পায়বা,
মুনি ঋষিশিংনা ফংগে তান্নরিবা।

## শ্লোক (কৃষ্ণ রূপ)

ওঁ কস্তুবী তিলকং ললাট পটলে বক্ষস্থলে কৌস্তুভং
নাসাগ্রে ববমৌক্তিকং কবতলে বেণুং কবে কঙ্কনম্।
সবর্বাঙ্গে হবি চন্দনং সুললিতং কণ্ঠে চ মুক্তাবলিং
গোপস্ত্রী পবিবেষ্টিতো বিজযতে গোপাল চুডামনি।

ফুল্লেন্দীবব কান্তিমিন্দু বদনং বর্হাবতং সপ্রিযম্,
শ্রীবৎসাঙ্কমুদাব কৌস্তুভধবং পীতাম্ববং সুন্দবং।
গোপীনাং নযনোৎ পলার্চিচততনুং গো-গোপসংঘাবৃতং,
গোবিন্দং কলবেনু বাদনপবং দিব্যাঙ্গ ভূষংভজে।।

## ঈশৈ

উৎপিবে ত্রিভঙ্গরূপ নুংশিবা মুত্তি,
তঙাংবা চিনবান্দা মুরলী থোনবা শ্যাম।
খুবমজৈ হে কৃষ্ণ জগৎকী মবুংঙো
তোল্ল ননাই পৌর্নমাসীনা চংজবি।।০।।

যশোদা — খংদেনে মমা যশোদাদি বাসল্য প্রেম্না কুপখিদুনা
মচা গোপালসে জগৎকী মপুনি হাযবা।
যাশোদা ঐদি পুমঙাও ঙাওবে ইচাবু যেংবদা,
পুমকাও কাওবে সংসাবগী অৰা অনা পুন্নমক।

ফজৈদা নংগী জগোই কনাদগী তম্মুবনো,
পুমঙক ওকলে (ঐদি) ইমাগী থম্মোইগী মণি।
তাঞ্জা মেঞ্জা তাম্মৈ তাংকোক পুন্নমক তিল্লে
ঝনক ঝনক খোংজিনা তাম্থা পীবিবা।

## যশোদানা বলরামদা

তাওনে ইমাগী ইবুংঙো বলবাম
ইমানা হাযবসে মুন্না তাবোনে।
ননাও গোপালসে পিক্লিবা অঙাংনি,
চেকশিন্না শেন্নবিযুকো হে বাম নংবো।
নুংশা শাবগসু উকমদা ফম্মিন্নৌকো,
লাম্লগসু চযোম থোক্তুনা চামিন্নৌকো।

## যশোদানা কৃষ্ণদা পাওমেনবা

ইমাগী ইবুংঙো কহ্নাই
চৎকনুকো ষনগী মমাংদা।
কৈদৌনুংদা ষনযামদো, মাংলোইকো,
নংগী বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা।

তত্তনা তাগে বাঁশিগী শুব,
নংনা বন্দা লৈবি খঙনবা।
মিকুপ অমত্তং উদবা নংবু,
যুগ কযাগা মান্নে ইমানা।

যাম্বুং বান্না মাংদা চৎহল্লু,
সিদাম সুদান্না তুংদা ইলহল্লু।
সখাশিংনা নাক যেৎ কোইহল্লু,
মযাইদা নংনা চৎলুকো শ্যাম।।০।।

মধুমঙ্গল — তাবিযু ইমা হে নন্দবানী,
নচা মধুমঙ্গল চাক চাবক্তে।
লাইব ব্রাহ্মন মচানি ঐদি,
পীজবদা মহৈ লৈগনি ইমা।

যশোমাত — লাকও সিদা পুখম থন্না হাপ্পিবে
লৌববো।

মধুমঙ্গল — হাওখ্রেদা সন্দেশ মযাম অসে
চুন্নদা যেংউ নিবক্তনুকো।

চাবদি ঙমলোই লেম্লগনিদো
পিজনিংবদি অমত্তা যাওদে।

সখা — কবি বানো মধুমঙ্গল নংসে
ওঙ্গোক্লসু চাবা ফজদেদা।
চামিন থকমিন্নবা হাওবনি,
পুমিন্নবসু যাংবনি খঙউ।

মধুমঙ্গল - শাউনু শাউনু অচুম্বা হাযবনি
অদুবু নতৌ যেংবা ঙমদবে।
যেল্লগে ঙন্না নখুৎ তিংথোক্লো,
পবেং শানা ফমলো নখোই মযাম।

সে সে হাপ্লগে নখুৎ নখুত্তা,
জিলিবি, কচৌবি, লদুনিসে,
অঙাংবা তন্নি ববানি অঙৌবা তল,
শাকসু হাপলগেকো তন মথক্তা।

সখা অনিদা মধুমঙ্গলনা হাযবকই -
থুংহৌদবা নখোই অনিদি,
মযাম লোইবগা পিজগে শাউনু।
ভাবিদা লৈবি হাপ্লগে সে সে,
অদুগা কোন্দি নখোই অনিনা,
শেংনা ফেংলগা পিশিল্লু ইমাদা।

নন্দ — চংলকউ লাও ইপাগী বাম কৃষ্ণ
অঙৌবা অমুবা থাগুম ফজৈদা।
লৈবমলোই জগত্তা নখোই অনিগুম
নিংথিবা শকফম অবাৎপা লৈতবা।
বিধিনা ইচা ওইযু তমলমলে,
লাইবক ফৈদা নন্দ ঐহাক অসে।
কাম্বু ঙমজবা পীশুন্না লীকুংনি,
থম্বালনা তাংজবা মিৎস্নানি,
নাতোন নাকচি থোইদিং মপানগুম্মী।
তযানবু ঙমজবা চিনবান্না
পাবুং কৌবদা কযা নুংশিবা।

গোপ জাত্তা পোকপনা বাম কৃষ্ণ
চৎলোকো ঙসিদগী শন্নাও শেনবা।
শঙ্গাবকপা মতমদা হল্লকউকো,
ঙাইবমগে নখোইবু থোঙ্গান্দা যেংদুনা।।

উপনন্দ — গোকুলগী থা ওইবা বাম কৃষ্ণ
ঙাল্লবে নন্দগী শঙ্গাইনুংদা।
অবাৎপা লৈতবে গোকুল অসে
নখোই অনিনা পোক্লকপদগী
শঙ্গোম যাম্না থোকলে মবাং কাযবে
লক্ষ্মীনা ভাণ্ডাব ওইনা ফম্লবে।
চৎলু ঙসিদগী শন্নাও শেনবা
গোপগী শিনফমনি ষনশেনবসে।
নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হল্লকউকো,
নখোইবু উদবা লৈফম খংদে।

সুনন্দ — লাও লাও চংলকউ লাও বাম কৃষ্ণ
মঙ্গল ওইযুকো নচিন ননাও।
ধবা চুডা উপ্পা পকচৈদকো,
শাওংনে শাথেকনে নিংথিজৈদা।

কাম কৌবা লাইনা লাকপবা নখোইবো?
যেংবৈ পেনবা নাইদে ইতোন্না।
বিধিনা কবম্না শেল্লকপনো?
অবাৎপা অমত্তা লৈতেদকো।
শোযদ ঙামদনা হল্লকপা ওইযু,
নুমিদাংবাই নুমিৎ তাদ্রিঙৈ।।০।।

যশোদা বাণী — ইমাগী ইবুংঙো হে কহ্নাই
ইমাগী নাক্তা চংলকউ লাওনে।
নুংশিবা শম্লাংদো মনম নমখিগে,
খজাই অনিদো চুপখিগে ইমানা।

বক্ষা মন্ত্র শোনখিগে ইমানা,
ভূত প্রেত পিশাচবনা চংদনবা।

হকচাং কযাৎ পুন্নমক শিন্থুংনা
ঙাকপিসনু ব্রহ্মানা খুযাদা।

কনসনু খুকউ, লাই শোবাবেন্না,
খ্বাংদা যজ্ঞেশ্বব, থম্মোইদা নাবাযন।
ঙাকপিনি শ্রীহবিনা পাম্বোমদা,
দিনমনি নুমিৎনা খৌবীদা।

কোক্তা শিবনা নঙ্গন্দা হযগ্রীব,
থক খাদা ঙাকপিনি চক্র পানিনা,
চীংনুং মানুংদা কনবিনি জনার্দন্না,
মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা ঙাকপিনি।
মাইকৈ নিপাল মফম পুন্নমক্তা।
যশোদানা নানবিবে মচাবু শিৎ শিৎ
ইমাগী গোপাল মঙ্গল ওইযুকো।।০।।

## সূত্র

বাম কৃষ্ণ — দণ্ডবৎ কচ্চবি নচা ঐখোইনা,
বিদায পীনবিবো ইমা শনশেনবা চৎনবা।

## ঈশৈ

লেংঙকলে বাম কৃষ্ণ গোকুলগী লম্বীদা,
শন্নাও মযাম হোইদুনা খ্বাইগী মাং থানা।
তুংদা চৎলি সিদাম সুবলনচিংবনা,
হৈ-হৈ চৎলু লাওবি শাজৈ খুত্তা পাযনা।

চৎনা চৎনা জগোই শাবি বাম কৃষ্ণ,
খোংলি শ্যামগী বাঁশি শুমহৎপা শুবদা।
শন্নাওনা চেল্লি খৌশা খৌশাদুনা
চিংনা যেংজৈ শ্যামগী মাইথোংথা নোংইনগুম্
বাঁশি মবোল তানা তানা শন্নাওশিংনা।

কুম্মৈ ওইনা যেংনৈ অঙাংগী শনশেনবা
চৈ পাযদুনা থাংগুম হাইনৈ মখোই মশেন।

তত্তনা লাওজৈ রাম কৃষ্ণনা জয় ওইরে,
হৈথরকলে পারিজাৎ স্বর্গ লোক্তগী।।০।।

## সূত্র

শঞ্জাবুংদা হেক থুংলবা মতমদা,
শজিক চাবি শন্নাওশিংনা মবুক থন্না।
অশোমদনা বাখালশিংনা শান্নরি,
ফীবুল হাবী শগোল শানা তোংনদুনা।

## ঈশৈ

ফীবুল হাবী শান্নরি রাম কৃষ্ণ
মাইকৈ মাইকৈ লেপ্পদুনা।
মীচং মীচং নাইনদুনা
গোপশিংগা শান্নরি রাম কৃষ্ণ।

সুবলগী থক্তা কৃষ্ণনা তোংলি,
সিদামগী থক্তা বলবান্না তোংলি,
শ্রীহরিগী অঙকপা লিলানি,
ফীবুল হাবী শান্নরি রাম কৃষ্ণ।

হন্ত্রে হুল্লকলে হন্ত্রে হুল্লকলে ফীবুল পায়দুনা
শ্রীরান্না জয় ওইরে জয় ওইরে লাওরকলে।
কৃষ্ণনা জয় ওইরে জয় ওইরে লাওরক্লে
হরাও নুংঙাইনা ৰা ৰা নোক্লুনা।

অঙাংগী কুম্মৈদা পুক্লিং চংলে (রাম কৃষ্ণ)
শ্রীহরিগী অঙকপা লীলানি।
রাখালশিংবু কৃষ্ণনা অমুক তোংহল্লি।
গোপশিংবু বলরান্না অমুক তোংহল্লি
ভক্তগী মখা পোনবা হরিনা।

মহৈ মহৈ শগোল তোংবগুম্,
কোইচেন চেন্নরি কোইতান তান্নরি।
তান্নরি ফিবুল তাখিবা মফম্
নুংশা মরক্তা হুমাং চেম্বনা।

## সূত্র

চৎখরে বলরাম মধুবন্দা অহাওবা উঁহৈ
হেক্কুনা চানবা সখা ময়ামগীদমক।

সখা ময়াম - হে কাহ্নাই ঐখোই ময়াম চৎসি,
নয়াম্বুং থিরুসি ঐখোইখক্তা,
মফম অসিদা লৈবা নুংঙাইতে,
য়েংউসি মহাক লৈবরা অদুগা
উঁহৈ য়াম্না পানবরা?

কৃষ্ণ — নুংশা থিগনু হে গোপ বালকশা! (অঙাংশা)
দাউজি শুংশোয় শোয়দনা হল্লককনি।
হায়রিমক্তদা হল্লকলে দাউজি,
উঁহৈ ময়াম য়োমদুনা পুরকলে।

দাম — হে বিশালার্জ্জুন, নং করি তৌরি
নুমিৎ থেংলে ষন খোমজিল্লসি।

## ধেনুক হিংচাবা হাৎপা

বিশালার্জ্জন - হে ভায়া! বলদেব নংবু য়েংউ যেংউ!
ষন মকোক পানবা হিংচাবা অমা লৈরে।
ঐখোইবু ফাবিগদৌরে য়াম্না কিজরে
য়াম্না থুনা লাকও হো ভায়া বলরাম!

বলদেব — কিগনু কিগনু ঐ লাকলে ভায়াশা! (২)
হে মহাপাপী হিংচাবা নহাক
ঙসিদি নথরাই লৌরগে খঙগনি।

হিংচাবা — নুংঙাইদা হে বলদেব! অঙাংদি নংনা,
ধেনুকা ঐবু শক খঙ্দরি নত্তরা?
অঙাংনা মৈ কিদে হায়বগুম্বনি।
মৈনা পোক্লগা শাদুনা কপ্পনি শোয়দনা
(হা হা হা নোকপা)

## বলদেবগা হিংচাবা ধেনুকাগা মল্ল থেংনবা

চীংদুম্মুক চাওবা ধেনুকা হিংচাবা
মল্লগী খোংফম চৎলি হঙ্গৎ হন্দা।
মফৈ ফুদুনা মপাম্বোম তিংদুনা,
খোংফম চেৎনা চৎলি বাম ধেনুকা।
কলা অবতাব ওইবা বলদেবনি,
অঙাং ওইববসু পাঙ্গল কন্নবনি।

হিংচাবনা ইল্লি বলদেবনা খাংই,
কোক্কা কোক্কো থেংনৈ মৈ হৌনবি।
পাম্বোম পাম্বোম পাযদুনা ইন্নবি,
খোংপাক্কা খোংপাক্কা কাওনৈ খুদুমগা খুদুমগা থিন্নৈ থানৈ।

নুংঙাইববা মল্লগী কুম্মৈনি কুম্মৈ,
লাকচবে বলদেবনা হিংচাববু।
মবুক্তা ফমলে মঙক ফোইদৎলে
ধেনুকা শিবে শন খোংবগুম্না।।০।।

সখা মযাম - বলদেবনা জয ওইবে জয ওইবে
জয জয বলদেবনা জয ওইবে।

## বকাসুর হাৎপা

সখা মযাম - হে ভাযা কহ্নাই যেংউ যেংউ।
যাম্না চাওবা উবোক অমা লাক্লে।
চাওখ্রেদা বাংইদা অকিবা ফংই,
ঐখোই যাম্না কিবে হাৎপিবোনে?

কৃষ্ণ — কবিগী কিবি বক হিংচাববু,
মহাকপু খুদক্তা হাৎপিগে যেংউ।

সখা — থিল্লগনু হাৎপিবো বক হিংচাবা
অসুক চাওবা উবোক লৈববনে?
হিংচাবগী মাযাসে ঙকখ্রেদা।
হাৎপিবো হাৎপিবো যাম্না কিবে।।

## শৈরেং

নোম্না নোম্না চংলকলে বকাসুরনা,
কৃষ্ণবু য়োৎকে হায়না শংত্রিক য়েংদুনা।
ফারেদো কৃষ্ণনা অশাংবা মচিন্দো
ফর ফর হায়নরি কৃষ্ণগা বক্কা।

বক্কী মচিন পায়দুনা কোইচিং চিংলি
কৃষ্ণনা অকনবা শক্তি শিজিন্ননা।
অঙকপা কুম্মৈনি অনিনা লাক্লবা,
খাঙ্‌বা ঙমদরে বক মপাঙ্গল লোইরেদো।

মখা থংবা মচিন নেৎশিল্লে কৃষ্ণনা,
মথক থংবা মচিন খুৎ অনিনা পায়রে,
মখা শেগাইদুনা হাৎলে বকাসুরবু।
সখা ময়ামগী অকিবা কোকপিরে।।

## শ্রীকৃষ্ণনা বাঁশি খোংদুনা শন্নাও ময়াম খোমজিনবা

খোংলকলে শ্যামগী বাঁশীনা খুৎকৎ তোয়না।
লাকও লাকও হে নুংশিবা শন্নাও ময়াম।
শঙ্গারসি লাকওনে নখোই লোইনা,
চেল্লকলে ময়াদা নাপী চিক্লদুনা।
হম্বা হম্বা খোংনা মমৈ ফিরান শানা।
কৃষ্ণবু ইকোই কোইশিন্দুনা মখোইনা
লেকচবি মরৈনা ঙাংঙ্বাবা চবন থম্বাল।
লাইবক ফৈদা গোকুলদা পোকপা শন্নাওশিং
সিদাম সুদাম সুবলনচিংবা সখা ময়াম,
তিল্লবে লোইনা বাম কৃষ্ণগী মনাক্তা।

## শঙ্গারকপা

শঙ্গারক্লে শ্রীরাম কৃষ্ণনা
সখা মযামগা লোইনদুনা।
উফুলনা মমলে গোকুলগী লম্বী,
ষনয়াম্না চেন্না চেন্না চৎপদা।

নুমিদাংবাই তারমদাই নুমিৎকী
ঙাংঙ্গাবা মশেক মঙান য়েবদা,
ওনখরে লোইনা স্নাগী মচুনা।
চুড়ানা কিঙ্কিনিনা ইরং লং;
থৌবানমিচাক্কুম কয়াদা ফজৈ।

লম্বীগী নাক য়েক দলান'থক্তগী
গৌপীশিংনা চাইথরকখি লৈরাং।
শ্রীবাম কৃষ্ণগী চরন থম্বালদা,
কচ্চরি নুংশিবা ধুপ বর্ত্তিনা।

মিকুপমত্তং শ্যাম উদনা লৈঙমদবী
যুগ কয়াগা মান্নরবী যশোদানি।
মচা গোপালগী শঙ্গারকপা য়েংজবি,
থোঙ্গান্দা থোক্তুনা খুবাক লাইখন তানা।

মচা গোপালনা শঙ্গারকপা উবদা
কয়া হরাওজৈ মাংখ্রবা মনি ফংবগুম্।
চেনশিল্লে যশোদা মচাবু কোঞ্জেদো,
মতম্পাক্তা পমদুনা অমৃত ইঞ্জে।
বোহিনীসু মচা বাম্বু তম্পাক্তা পমজৈ।।০।।

অতৈ বাখালশিং মমা মমানা
মচাশিংবু কোন্দুনা পুশিনখিবা।
নুংশিদা হরিগী শনশেনবা লীলা,
মুৎনাইদ্র মাগী অমৃত হেনবা লীলা।

## শ্রীরাম কৃষ্ণগী আর্তি

আর্তি হাইজরি শ্রীরাম কৃষ্ণগী
নন্দরানী যশোদা মমানা।
মচাবু চিংনা চিংনা য়েংজরি
ঘী বর্ত্তিগী মৈঙান্না অশোক অপন য়েংজরি।

মাইথোং থাজদো পুমঙাল ঙাল্লেসে,
পুমলং লংলে চুড়া কিঙ্কিনিনা।

মচিন মনাও লেঙ্গোন্নবা উবদা,
থম্মোই চাওথোকচৈ মমা অনিদো।
নুংশিদা হরিগী ষনশেন লীলা,
তোল্লবা গম্ভীরসিংহনা খুরমজরি।
মপোক খুদিংদা ননাই ওইজবা,
নিজরি চরন থম্বাল ফিগাও শানা।।

## নিংশিংজবা অমা

লিক্লাই ইবুংঙো শ্রীগম্ভীরসিংহ স্না হাক্তক্তা হৌদোক্লম্বা শ্রীকৃষ্ণগী ষনশেন লীলানি। বাম কৃষ্ণ মচিন মনাও কৌমার বয়সকী মতমদা শান্নবা বাল্য লীলা শনশেনবা, অমৃতগী ঈচেলনি য়েংজক্বা তাজরুবনা য়েংলিমখৈ তারিমখৈ পেনবা নাইদবনি। ওঝা গুরুশিংনা লৈ-পরেংগুম শেম্বীরম্বা লেংবিরম্বা শ্রীকৃষ্ণগী কথামৃতনি। তোল্লবনা মতৌ তমজবা অমসুং খোঙ্গুল লীজবতনি। অরানবা অপরাধ ঙাকপিগনি কাংঙনা শঙ্গোমতমক লৌরগা ঈশিং হুন্দোকপগুম রসতমক অস্বাদন তৌবিয়ু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা। নাপীদগী হেন্না তোনবা শ্রীহুইদ্রোম ভবত সিংহ ননাই নি। অরানবা চুমথোকপিরবদি য়াম্না থোইনা হরাওজগনি।

নিংশিংজবা অমনা বলদেবনা ধেনুকাসুরবু বধ তৌবিখি। ষনশেন লীলা ইজরিবা অসিগী মনুংদা। ব্রাফম অসি ওঝা গুরুশিংনা থম্বীরম্বনি। থাঙ্গৈশেংবদি হায়রিবা পঞ্জখিবা ধেনুকাসুর অমদি বকাসুর অনি অসি নন্দ নিংথৌনা ব্রজ বৃন্দাবনদা লৈফম হোংবা মতমদা বন্দা রাম কৃষ্ণনা ষন শেনবা মতমদা হিংচাবা অনি অসি লানবিবনি।

মথংগী বৃন্দাবন পর্ব্বদা অমুক পঞ্জরকখিনি মসিগী অরাংপা অহেনবা অপরাধ ঙাকপিগনি।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অসি শ্রীভাগবত অমসুং "শ্রীকৃষ্ণ" হায়বা শ্রীঁ ইরেংবম গুলামজাৎ সিংহ ওঝানা ইবদগী খরা খরসু লৌথোকচবনি।

মতাং অসিদা পরম পরাদগী চৎনরকপা শ্রীকৃষ্ণনা কৌমার বয়সতা শনশেনবা লীলা লোইজরে।।০।।

## গোকুলগী মী পুন্নমক্না বৃন্দাবন্দা হোংবা

নন্দ মহারাজগী পুক্নিংদা লৈতাফম্ খংদবা অৱাবগী মশক ঙাক্তা ওইবা মচা গোপালনা খুদোং থিবা থৌদোক্তা ওইরিবা।

মতম কুইনা হৌরক্লবা জমলার্জ্জুন উ ফাইবোক্না খাক লাওনা তুদুনা মচা গোপালবু ননগে তৌরম্বনি। শ্রীহরিগী কৃপানা ইচানা উচিন নাচিন্না হিংজহৌবনি। পুন্নমকসিগী মথক্তা ইচা গোপালনা হেক পোকপদগী দশাদা মাইয়োক্লদুনাতা লৈরকপনি। পোকপদগী নুমিৎ তরানিগী মনুংদা কংসনা পুতনা থারক্কুনা ইচাবু হু পিথক্কুনা হাৎকে তৌখিবনি। শকটাসুরনা কাং ওইনা থৌজিল্লক্কুনা ইচাবু তকথাইদুনা হাৎকে তৌখিবনি। তৃনাবর্ত্ত থারকখি নোংলৈ নুংশিৎ ওন্দুনা অদুগা শুমদুনা থমলিবা ইচাবু অতিয়াদা পুখৎখি। শ্রীহরিগী কৃপানা ইচানা হিংজহৌখি অদুগা তৃনাবর্ত্ত অদু মতোমতা ঈ ওদুনা শিজখি। দরবার অচৌবা অদুদা তিনখি অচৌ অচৌবা ফমনাইবা নন্দগী মচিন মনাওশিং য়াওনা মথংশিংনা মহানন্দ, উপনন্দ, বসুনন্দনচিংবা ঙন্না য়াওরে। সভানা মমু তানা নিংথিজনা খন্নরবা তুংদা বৃন্দাবন্দা হোংবা হায়না লেপ্নরে। মরমদি থোকখিবা থৌদোক পুন্নমক অসি ভোজ রাজ কংসগী খুজিল থৌরাংদগী থোকপা ঙাক্তনি। অদুগী মথক্তা ব্রজ বৃন্দাবন হায়বা মফম অদু য়াম্না ফজৈ অমসুং গীরিরাজ গোবর্দ্ধন হায়বা চীংগী তময়া অদু শজিক মরাং কায়না হৌই। মরম অদুনা শনগী শঙ্গোম য়াম্না থোক্কনি। শঙ্গোমনা গোপ ঐখোইগীদি ইরল ওইগদৌরিবনি। হয়েংমক হেক্তা ব্রজ বৃন্দাবন্দা লৈফম হোংঙসি হায়না নন্দ মহারাজনা স্না য়াথং তাকপিরে।

নোংঙাল্লগা যাত্রা পুংফম য়েংদুনা নন্দ নিংথৌনা মচিন মনাও মহানন্দ, উপনন্দ বসুনন্দ অমদি প্রজা ময়াম গোপ গোপী শা শন পুন্নমক পুদুনা যাত্রা তৌরকলে। শ্রীকৃষ্ণনা শান্নগদবা লীলা খঙ্বা গর্গ মুনিনা পুংফম ক্ষেফম পিদুনা হায়রকই থিন্দনা লেংবিরো হে নন্দ নিংথৌ ব্রজপুরদা —

### শৈরেং

ব্রজপুরদা কোনুং শেম্লগে খন্দুনা
লেংলকলে শ্রীনন্দ লোইনদুনা প্রজা।

স্না লুপা মনি মুক্তা লনগৈ পুক্কে
শনগাডিদা হাপ্লুনা চিংলি তপ্না তপ্না।

উপনন্দ বসুনন্দ মহানন্দ,
বৃষভানুসু লোইনবি মনাইশিংগা।
নুংশিববা গোকুল থাদোক্লুনা চৎলি,
তমর্থিবা কংসগী ৱাবি শানা শানা।

ষনতবু নুংশিবা থবাইমক্লি খনবা,
গোপশিংনা হৈ হৈ লাওনা হোইবি শনযাম।
ধবলী শবালী কালি সুবভী পুস্বা,
ষনবী শন্নাও মযাম তাংথকনাইদ চৎলি।

মযাইদা চৎলি লেমজবী যশোদানা,
বোহিনী গোপীশিংনা মকোক খুমদুনা।
কীর্ত্তীদা মমানা বাধাবু পুদুনা,
লেঙ্‌বিবি ফজবা ফীবোল লৈতেংদুনা।

বাম কৃষ্ণ মচনি মনাও অনিনা
যশোদাগী ফিজি পাযদুনা চৎলি।
পুকসে লাম্বনা খাঙ্‌বা ঙমদবে ইমা,
ননী মাখোন শন্দেশ ইনবিবো নচাদা।

শ্যামগী বাঁশি খোংলকলে তাম্থা চানা চানা,
ষনগাডি পবেংনা মবি মবি চৎপদা।
গোপীশিংগী নুপুব নাইনিল নিল্লকলে,
ঈশৈ শকলি, বাম শ্যামগী গুণ শৈথাদুনা।

পৌর্ণমাসীনা শকচবি খোঞ্জেল বাংনা
হে শ্যাম নমাবু ঙাওহনবা বাসল্য প্রেম্না।
গোপীশিংগী থম্মোইদা নংনা ঙাল্লিবা
অঙকপনি হবি নংগী ব্রজ লীলা।

থনমদে শা উচেক পুম্নমক গোকুলদা,
লোইনা পুবকই চোংঙা তেনৱা কোকিল।
ৱাহোং লাবা অমোম্না জগোই শাদুনা,
নোইনা নোইনা চৎলি লম্বীগী চিদাইদা।

লাকপরা শ্যাম নংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা
জীবদা প্রেম ভক্তি তম্বীগে হায়না।
রাধাগা শান্নবা রাসনা জীবশিংবু
আত্মা শান্তি পীগে লানবিগে খনবরা?

## নন্দগী কোনুং শেম্বা

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ফংলদুনা কৌহল্লুরে বিশ্বকর্ম্মবু ব্রজদা নন্দ নিংথৌগী কোনুং শেম্নবা মাগী খোংলোই খুৎ হৈবশিং লোইনদুনা।

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ফংলদুনা,
থুংলরে বিশ্বকর্ম্ম ব্রজদা।
পুজা তৌজরে নন্দ নিংথৌনা,
অচা অথক কয়া পুথোক্লুনা।

খুৎ লোন্নজে শ্যাম্না বিশ্বকর্ম্মবু
তরাম তরাম ওকচৈ খুৎহৈবশিংবু।
বিশ্বকর্ম্মনা হায়জে হে কৃষ্ণ,
শেমজগে ফজবা কোনুং অমা।

পুরকলে মাগী খোংলোই ময়ামসু
লোইননা মমল য়াম্নবা হীরা।
মণি মুক্তা ইন্দ্র নিলমনি —
ফুরা দলান শাবদা চংগদবা।

শেমলে লিক্লাই য়ুম্বী পরেং পরেং
কম্নবা নুঙ্না হক্তুনা ইক্লুনা।
য়েংবদা মিৎ থকলে পরেং পরেং,
খাঙেন লাকলে ফকলাং অকোইবদা।

শারে কুইদনা ফজবা কোনুং,
ইন্দ্রগী কোনুংগা চপ মান্নবা।
অহিং নুংথিল খাইদ পুমঙাল ঙাল্লি,
হীরা মণিশিংগী মঙালতনা।

শেমজরি লৈমাই তাংল নুংঙৌনা,
মিংশেনগুম ইরং ইরং লংলিবা।

ফল্লাংদা থাংমৈ থেৎফম শেমলিবা,
ফমপাক মথক্তা লৈরোং হৎলিবা।

নিংথৌগী নিংথিবা ইংলবা কা,
রাণীগী ঙৌনা অনানবা তুমফম্।
লৈরে মথংদা গোপালগী হিপফম্
শান্নবা পোৎনা থন্না থম্নবা।

হৈখ্রেদা হে বিশ্বকর্ম্ম নংশে,
অয়েকপা লাইবু বা ঙাংহনবগুম্।
মিনা চনবা পুখ্রিদা শাৎলিবা,
থম্বালদা খোইমুনা লৈহী চুপহল্লি।

ফজনা শেম্বা কাংথোন কয়ানি
লৈরোং হত্তুনা নিংথিনা চনবা।
তেরাগী মোমপাক স্নাগী কাংখল
ময়ুং মণিনা হত্তুনা ফিজনবা।

থোংফম থাকফম অচা অথক থমফম্,
নিয়ম নাইনা শেল্লবা চাকশং।
ননী মাখোন শুংফম অতোপ্পা কা,
শিকা কয়া কয়া য়াওনা শেল্লবা।

শঙ্গোল শং শন পুনফম্ শঙ্গোম শুমফম্,
পরেং পরেং মথং মথং শেম্বা।
শজিক থমফম হাপফম্ শনগী চীঞ্জাক,
করি অমত্তা বাত্তুনা শেম্মীবা।

শুমাং থেলোংসু তনান তনানবা
ময়াইদা তুলসীগী চবুতরা।
ফজনা হৌহল্লে তুলসী পাম্বী,
সেবা চৎনবা যশোমতিনা।

হৈকোন লৈকোন পুমশং পুমশং শংলি,
হৈনৌ হৈবোং কমলা চম্প্রা থারে।
লৈগী জাৎ শুনা হৌরি মাল্লিকা
মাল্লতী মাধবী চম্প নাগেশ্বর।

শিবি চনবা লুরবা পুখ্রিদা,
ঙানু কাংঙনা জগোই শাবিবা।
ইথক ইপোন্না তত্তনা হৌরি
মালংনা লিরি লিরি হুম্বদা।

ৱাংনা শাববা শংবান্না চেকপন,
লাইবেনগুম শাংনা কোনুংবু কোইবি।
ফজৈ নিংথিজৈ য়েংবৈ পেন্দেদা।
মবক মবক্তা থাংমৈ পরেং থানবা।

কোনুংগী হোজংনা ফজবিবা,
কল্লবা য়োৎনা পৌবোন হাপলিবা।
থোংঙাকপা কযানা পাল্লি নাইনা
অহিং নুংথিন্দা তুমদ' ঙাকলিবা।

ফজনা চল্লবা সিংহাসন্নি,
মণি মুক্তানা হত্তুনা শাবা।
সুর্য্য মণিনা গুলা থিল্লবা,
মখোং মবি নোংশানা পুবিবা।

সিংহাসন মপাগী মথক ফল্লাং,
থেৎলিদো বিষ্ণু অনন্ত শয্যা।
লক্ষ্মীনা পাদ সেবা থৌগনবা,
খোইদৌ থম্বালদা ব্রহ্মা ফমলিবা।

মিৎযেং তাবিবি অযেকপা লাইদা,
যেংজৈ গোপালনা মোমোন নোক্তুনা।
পৌর্ণমাসীনা হায়জৈ হে গোপাল
ফজৈদা নংগী অনন্ত শয্যাসে।

লেংশিল্লে নন্দনা গোপাল পমদুনা,
সিংহাসনগী মথক্তা ঙাম্থোইবিবে।
থম্মোইদা ইনোৎ হাপলকলে নন্দ
মচাগী নুংশি শক্তম উবদা।

খংদেনে মপাবুং নন্দ নিংথৌ,
মচা কৃষ্ণসে বিষ্ণুনি হায়বা।

মচাবু য়েংলে বিষ্ণুবু য়েংলে,
খেন্নদে শক্তম কৃষ্ণগা বিষ্ণুগা।

দরবার লোইশংনা কয়া ফজবা
ফমফম পরেং পরেং থারিবনি।
থাংমৈ মরক মরক্তা থাল্লি
নুঙগী ফক্লাংদা লৈতেম মান্নবা।

দরবারগী চংফম ফক্লাংদা থেৎলি
নৃসিংগী অয়েকপা শ্রীমুর্ত্তি।
ফজবা দরবারগী লোইশং শংশাং
লৈরোং য়েক্তুনা নিংথিনা শাবা।

রাম রোহিনী মমা মচা লৈফম
অমত্তা ৱাক্তনা শারিবনি।
লৈবদা নুংঙাইবা থম্মোই ইংবা
ৱাখল বুদ্ধি লৌশিং থোকপা শঙ্গাই।

সুর্য্য নারায়নগী পুজা তৌফম্
নিংথিনা য়েক খোৎলবা সুর্য্যদেব।
গোপীশিংনা নিংজরিবা ঈশ্বর
মাগী মন্দির য়েংবদা ফজৈদা।

কোনুং শেম্বা-শাবগী থবক লোইরদুনা বিশ্বকর্ম্মনা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৌজরে। কৃষ্ণনা খুৎ লোন্ননা হায়জৈ বিশ্বকর্ম্মদা য়াম্না ৱাবিরে খুৎ হৈবনা। করি দক্ষীনা তৌরগা পেনবিগনি বিশ্বকর্ম্ম নংনা। খুৎ লোন্নজৈ বিশ্বকর্ম্মনা মবুংঙো কৃষ্ণদা ননাইবু কৌবিরক্তুনা শাজরিবা অসিনা অপেনবা ওইরে। হে কৃষ্ণ অঙাং শক্তম লৌরিবা নংনা বিশ্বকর্ম্ম ঐবু শেম্বীবনি! ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌনি, খঞ্জদুনা শেম-শাজবনি।

শ্রীকৃষ্ণবু দণ্ডবৎ তানা খুরমজরগা চৎখরে। বিশ্বকর্ম্ম, মাগী খোংলোই ময়াম পুরদুনা।

## শ্রীবৃন্দাবন বর্নন

শ্রীমদ্ বৃন্দাবন রম্যং দ্বাদশবন সুশোভিতম্,
শুদ্ধ স্বর্ন ময় স্থানং অতি কল্প বৃক্ষ সুশোভিতম্,
নানা পুষ্প দ্রুম রম্যং তদ্রেনু পরিপুরিতম্
প্রিয়োনর্ম্ম সখী বৃন্দে সেবন স্থান মব্যাম্।।

চৈতন্য চরিতা মৃতদা গোপী প্রেমামৃতদা অসুন্না বর্নন তৌরি। কৃষ্ণনা সখা আর্জ্জুন্দা বৃন্দাবনগী ফজবা অৱাংবা থাক্কী ওইবগী মরমদা অসুন্না হায়রি।

"ত্রৈলোক্য পৃথিবী ধন্য যত্র বৃন্দাবনং পুরী
তত্রাপি গোপিকাঃ পার্থ যত রাধা বিধামমঃ"

শ্লোক অসিগী অশম্বা আর্থদি —

মরোল অহুমদা পৃথিবীনা হেল্লি,
অদুদগী বৃন্দাবন্না অমুক হেল্লি,
থোইনা হেনবদি গোপীকাশিংনি হে পার্থ
পুন্নমক্তগী হেনবদি ঐগী রাধানি।"

(১) শন্দোক্না হায়রবদা — পৃথিবী অসিদা মশিং লাকওমদনা জীবশিং লৈরি।

(২) পুন্নমক্তগী মীনা প্রধান ওইনা শেম্মী। শ্রীকৃষ্ণগী অবতার খুদিংদা পৃথিবীদা শান্নে লীলা কয়া ভক্ত কয়া কযা শেমদুনা ফত্তবশিংনা ওৎ নৈরবা মতমদা।

(৩) সাধু বৈষ্ণবপু কন্নবা, ধর্ম্মবু য়োকপিনবা পৃথিবীদা শান্তি পুবক্নবা শ্রীকৃষ্ণনা (বিষ্ণুনা) অবতার হেক হেক লৌই।

(৪) গোলোক থাদোক্তুনা রাধা কৃষ্ণনা গঙ্গা জলদগী হেন্না শেংলবা অমকপা লৈত্রবা থুপ্পবা প্রেম রস ঈচেল ওইবা মখল মখা অয়াম্বা লীলা গোপীশিংগা, প্রেমগী লীলা শান্নখি। বাধাদি রাসগীদমক প্রেম মুর্ত্তি ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা পুথোক্তুনা শান্নবনি।

(৫) ফজবা খিবিক্না তিল্লবা বৃন্দাবন, মরোল অহুমদগী পুমহেন হেনবী, ঋতু তরুক্না থৌগল্লিবা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম পোক্নফম শান্নফম। কল্প বৃক্ষনা পরেং পরেং থৈবোং, পাম্বী, হৈনৌ কদম তোমাল নেম নেম নেম নেম নোল্লুক নোল্লকহৌরি। ফজবা উশাদা চোংঙা তেনবানা রাধা কৃষ্ণগী নাম পুন্না পুন্না শোললিবা, ৱাহোংনা নোইনা নোইনা জগোইশারিবা। হৈনৌগী উনা পুংবদা বসন্ত চেক্না কোকিলনা মুনা মুনা য়েংদুনা কুহূঁ কুহূঁ খোইথুম্লবা পঞ্চম সুরনা খোংলিবা। লৈগী জাৎ শুনা শাৎলিবা - জাতি, যুতি, মাধবী, মাল্লিকা শিরিশ নাগেশ্বর ঝিন্তি তিন্তিনচিংবা। কল্প বৃক্ষদা স্নাগী উরিনা য়েৎচরি শাৎচরি উরিরৈনা নুংশিবা লৈনম চেন্না। যমুনানা কোইনা থেক্না খোইনা

চেল্লি লিক্লাংগুম্ গোবর্দ্ধন তময়াদা অমদি ব্রজ মণ্ডলবু থৌগঞ্জরি শ্রীকৃষ্ণবু। মুনি ঋষি কয়ানা চাদ থক্তনা তপ তৌজরিবা শ্রীহরিবু ফংগে তান্নজরি। ব্রহ্মা শিব অনন্তনা মরক মরক্তা লাক্তুনা বৃন্দাবনবু খুরমজরি পুন্য ধাম ওইবা বৃন্দাবনবু থাবদা য়াৎলবা শক্ত ন্না থনবা। মুণি ঋষি কয়ানা উগী জাৎ অমসুং উরী ওইনা হৌদুনা রাধা কৃষ্ণগী লীলাবু য়েংজরিবা শ্রীবৃন্দাবন্নি।

## শৈরেং

ফজৈদা নিংথিজৈ ব্রজ বৃন্দাবন
শুমহৎপা শকলোন্না থল্লবা বন।
মরোল অহুমদগী অথোইবা শক্তম্
ঋতু তরুক্লা থৌগনবা মফম।

গোবর্দ্ধন তময়া শঞ্জাবুং শান্নবুং
যমুনানা কোইনা চেনবা লিক্লাংগুম্।
ঙানু কাংঙনা শারি ইথক জগোই
চোংঙা তেনবানা নুংশিনা খোংলি।

শাৎচরি লৈরাং লৈশক লৈচন শুনা
মাল্লিকা মালতী জাতি যুতি।
লবঙ্গলতা শেফালিকানা
চম্প নাগেশ্বর কেতকীনচিংবা।

ভাওরক্লে খোইমু কোইপাই পাইরক্লে,
চুপচরি লৈহী মবুক পেন্না পেন্না।
খোংলি কোকিলনা কুহুঁ কুহুঁ শুরদা,
তাম্বা পীরকলি উথুম্না তুম তুম।।০।।

জগৎ লৈশেমঙৈদগী লৈরক্লবা শ্রীবৃন্দাবন্নি, শ্রীহরিনা রাধাগা লোইন্না গোলোক বৃন্দাবন্দা শান্নবগুম মর্ত্তদা রাস শান্নবা নিংথিজনা শেমশাদুনা থল্লবা অমত্তা য়াত্তবা শ্রীধামনি।

শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগা লোইন্না মপু মনাই অনিনা লেংথবিরকপনি প্রেম লীলা শান্নবা শ্রীধাম ব্রজ বৃন্দাবন্দা। রাস শান্নবদা নুংঙাইনবা নিংথিবা কুঞ্জ কুঞ্জ কয়ানি, নিকুঞ্জ মন্দির শেমদুনা থমখ্রবা কল্প বৃক্ষ পরেং পরেং হৌরিবা স্নাগী উরীনা য়েৎচদুনা শাৎচরি লৈরাং

লৈকা ফন্না ফন্না মতম হায়বা লৈতনা ঋতু ৬ (তরুক) না থৌগঞ্জবা শ্রীমদ বৃন্দাবন্নি। রাধা কুণ্ড শ্যাম কুণ্ডদা থরো থম্বাল থারিকথানা লৈকা ফন্না ফন্না শাৎলিবা, ময়াই কাবা খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইরিবা।

কদম তোমালনা নেম নেম নেম নেম নোল্লুক নোল্লুক হৌরিবা। শকহেনবী যমুনানা লিক্লাংগুম্ কোইনা চেন্দুনা থৌগঞ্জরি শ্রীরাধা গোবিন্দবু। ফুগাইনা শাৎলিবা থম্বালদা ময়াই কাবা খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইরিবা, উনালক্তা কোকিলদা কুহুঁ কুহুঁ পাঞ্চম শুরদা খোংলিবা। ৱাহোং লাবা অমোমনা মশা ফন্দুনা জগোই শারিবা নিংথিজরে বৃন্দাবন মরোল অহুমদা অতাংবনি। অথোইবীনি।

## শৈরেং

ফজবী বৃন্দাবন, শংবান্নবী কুঞ্জবন,
কদম তোমান নেম নেম, নেম নেম নোল্লুক নোল্লুক।
জীতি যুতি মাধবী চম্প নাগেশ্বর,
থরো থম্বাল থারিকথা মাল্লিক মালতী,
লৈক ফন্না নৌনা নৌনা শাৎচরী।

ময়াই কাবা খোইমু মপৈ মপৈনা,
ঙংনা ঙংনা পাইদুনা লৈহী চুপলিবা।
খোইমু শউম ফংবদা লৈরাংনা কেজবা,
মালং ফৌরোই তুংইন্না লৈনা জগোই শারি।

চোংঙা তেনৱানা শকচৈ রাধা কৃষ্ণ,
উনালক্তা কোকিল কুহুঁ কুহুঁ খোংলি
ৱাহোং লাবা অমোমনা মশা ফন্না ফন্না,
লৈনা জগোই শারি কেকা কেকা খোংদুনা।

বৃন্দাবন্দা হোংলকপদা গোপ গোপীশিংনা ইংনা, তপ্পা অকি অখং লৈতনা পাল্লে। শজিক মরাং কাইনা শঙ্গোম পোথোক হেনগৎলে। নোং মতম চানা নিংথিনা চুরে, অনৌ অপেন ইনশাং নাপী ফজনা হৌরে! লৌউবদা খুদোং চারে, ফৌ গেহুনচিংবা পোথোক খংহেন হেনগৎলে।

## শ্রীকৃষ্ণনা বরই য়োনবীগী লুবাক্তা স্নানা থনহনবা

শ্রীকৃষ্ণনা শান্নরিঙৈদা নোংমদি
লাক্লম্মী হনুবী বরই য়োনবী অমা।

নিজরে কৃষ্ণনা বরই খরা পীনৌবা,
ঐ য়াম্না চানিংলে হে ইমা বরই য়োনবী।

হনুবীনা হায়জৈ হে শকহেনবা গোপাল,
ফৌ খরগা ওন্নসি বরই খরগা।
লৈতবী লাইরবী কনা লৈজদ্রবী
লেম্না পীবসু ঙমদেদা হে শ্যাম্।

পুরকলে হনুবীদো যশোদা নাক্তা,
কৃষ্ণনা হাপ্লিরে ফৌ খুজোক অহুমদং।
অঙকপনি লুবাক্তো স্নানা থল্লে,
নুংঙাইরে হনুবী হরিগী থৌজান্না।

হনুবীনা খল্লি নন্দগী মচাসে; লাইনি, লাই নত্তনা ফৌবু স্না ওনহনবা। হে শ্যাম্ নং লাকপদগী ব্রজ বৃন্দাবন অৱাৎ অপা লৈতরে লক্ষ্মী তুংলেদো।। লাইরবী নবেনবু ইনাক খুনবী ওলহনবিরে।

## গোপালনা পাবুং নন্দগী খুয়া খাদা হঙ্গৎচৈ যমুনা মপান্দা শন্নাও শেনগে

কৃষ্ণনা হায়জৈ বাবা নন্দদা ঃ

তাবিয়ুনে বাবা নচা ঐগী ৱাসে,
হয়েংদগী শন্নাও শেনগে মফম হোংনা।
যমুনা মপান হানৌনা ৱাই ৱাই ফবা,
ইংলবা নুংশিৎনা লিরি লিরি হুস্বা।

পুক্লিং হুনা ফজৈ নিংথিবা শকলোন্নি,
উরিনা য়েৎচরি হৌরিবা উপান্দা।
যমুনা ইথক ইপোম হৌরি ইরং লং,
নুমিৎকী মঙান্না য়ৈবদা মিংশেনগুম্।

নোই পেনগনি শন্নাও শজিক চাজরগা,
কালিন্দিগী ইংল ঈশিং থকচরগা।
ইরোইদুনা শান্ননি য়াম্বুং দাউজীগা,
ঐগা গোপশিংগা ৱা ৱা নোক্লদুনা।

ইচা কাহ্নাইগী ৰাসিদি ওম্ব্রোক্লা নুংশিখরেদা, যাম্নে য়ারে ষনশেনবা হৌবা ব্রজদো হোংলকপদগী। নযাম্বা বামগদি নং খক থা-ন-বা যাদেকো গোপাল। নংনা চৎখ্রগা ইপাদি লৈবা ঙমদে যুমদা, নমাসু নংবু যেংদুনা লৈবনি হোংজংদা থোক্লুনা নংগী মাইকৈ যেংদুনা।

## ষনশেনবা চৎপা

## কৌমার বয়স চহি মঙা ফাদ্রিবা

মথং নোংঙাল্লগা বাম কৃষ্ণ অনিনা প্রাত স্নান ঙন্তানা লোইথোক্লে। লুকহাশংদা লেঙশিন্দুনা লুক হাবে। যশোদা মমানা কৃষ্ণগী ফিজেৎ লৈতেংবিবে মচাবু লৈতেং পূম্বা হাপ্লুনা।

### শৈরেং

পকচৈদা গোপাল চূড়া থেৎপসে
কাম্বু ঙমজৈ শল্লাংনা খোইমুঙম্ ।(ফজৈদা)
লেমজৈদা স্না ফিগে থোনবসে,
চেংলবা খ্বাংদা, কিংকিনি লাকপা।

বাশি লৈবা ইচানি কহ্নৈযা
গুণ পূম্বনা তাংজবনি নংবু।
খুদাংদা খুজি পাম্বোম্দা তান্না
কযাদা ফজৈ শংল অঙ্গদা।

লেপ্লুনে গোপাল ইমাগী মাংদা
যেংগে নংগী শাথেক অহুম।
পাযবোনে নংগী নুংশিবা বাঁশি
খোংলোনে তযান ঙমজ চিনবান্না।

খোংলকলে শ্যান্না মমাগী মাংদা
জগৎ শুমহৎপা বাঁশিগী শুব।
ঙাওবে যশোদা মচাগী প্রেমদা,
তম্পাক্তা পমলে অমৃত ইল্লে।

অসোমদনা বোহিনী মমানা মচা বলবাম্বু অশংবা ফিজেৎ লৈতেংবিবে চুডা থেৎপিবে।

## শৈরেং

লুপানা ফুদোংবা বলবামগী অঙ্গ,
অশংবা ফিজোন্না লৈতেংবা ফজৈদা।
অনন্তনা শাইওনবা লাঙ্গোল থোল্লিবা
ভগবান শঙ্কর্ষন কল্লবা হকচাংনি।

## সূত্র

থোবকলে বাম কৃষ্ণ শনশেনবা চৎনবা
সিদাম সুদাম গোপশিং লোইনা লাকলে।
শন্নাও মচা মযাম পৈববে শ্যামগী মাংদা,
যেংজৈ মবুংঙোবু শন্নাওশিংনা চিংনা চিংনা।

## শৈরেং

যমুনা পাংলকলে বাম কৃষ্ণনা,
ষনযাম হোইদুনা ব্রজগী লম্বী।
সিদাম সুদাম গোপ মচাশিংনা,
হৈহৈ তত্ত লাওবি চৎলু শন্নাওশা।

চেল্লকলে শন্নাও মচা মযামদো,
মাইকৈ খংদনা মমৈ ফিবান শানা।
খোংলকলে শ্যাম্না মাগী মুরুলী,
লাকও লাকও হে শন্নাওমচাশা।

তাবদা বাঁশি খোঞ্জেল শন্নাওশিংনা,
চেল্লকলে মবুংঙো শ্যামগী নাক্তা।
শজিক চাবা হৌবে শঞ্জাবুংদা
মবুক থন্নবা হবাও হবাওনা।।০।।

যমুনা মপান্নি ইংলবা বন্নি
পুক্লিং লৈতানা থম্মোই ইংহনবা।
শান্নবি মখল মখলগী কুম্মৈ
হবিগী লীলা অঙাংগী মতৌদা।

সিদাম — য়েংবিয়ু দাউজী মমাংদা, (অমুক্তা)
চরোং চূম্না পাল্লিবা হৈগ্রীশিংসে।
অমুনবা খোইমিৎ কাবা ঙাক্তনি,
য়াম্না চানিংই অমুক্তা হেকপিয়ু।

বলরাম — পাঙ্গল কল্লবা বলরাম্না,
উপাম্বীদো পায়দুনা নিকলে।
অমুনবা উহৈমখৈ কেল্লকলে,
লৈমাইদা ইচাই চাইনা ফজনা।

সখাশিং — মখোই ময়াম লাক্লদুনা মুন্নদুনা,
চারে থুল্লবা হৈগ্রী ময়ামদো।
ৰা ৰা নোক্লা হায়রকই নুংঙাইরে!
ঐখোইগী দাউজিসে কল্লিদকো,
নিকপদা হে লোইনা তাবসিদি।

## শ্রীকৃষ্ণনা বৎসাসুর হাৎপা

কংসগী য়াথং পুদুনা লাকলে বৎসাসুর ব্রজ বৃন্দাবন্দা কৃষ্ণবু হাৎনবা।

বৎসাসুরনা — উরে কৃষ্ণবু অঙাং ময়ামগী মরক্তা শান্নদুনা লৈবা। তনৌ তনৌবা নিংথিজবা ফজবা গোপালবু উবদা করিসু নাচুংদে হিংচাবদো অঙাংনি খন্দুনা। হিংচাবনা খল্লি করম তৌনা কৃষ্ণবু হাৎসিগে? অসুম্না শন্নাও ওন্দুনা শন্নাও মচা মযামগী মনুংদা লৈরগে অদুগা খুদুং অনিসিনা হেক্তা কাওখাইদুনা কৃষ্ণবু হেক্তা হাৎলগে।

বাখালশিং — য়েংবিয়ু ইতাও কাহ্নাই শন্নাও ময়ামগী মরক্তা শন্নাও অচৌবা অমা য়াওবে মমিৎনা কোরিনি অকিবা শক্তমনি। হাৎপিরো হাৎপিরো মহাকপু যাম্না কিবে ঐখোই।

## শৈরেং

হিংচাবগী মায়া খংলবা কৃষ্ণনা,
তাকচৈ হে দাউজি শল্লুপতা বৎসাসুর লৈরে।
য়েংবিয়ুনে য়াম্বুং মাবু হেক্তা হাৎলগে,
চংশিল্লি কৃষ্ণনা বৎসাসুরগী নাক্তা।

হিংচাবনা খোংনা কাওগে তৌবদা,
ফারে কৃষ্ণনা খুদুং অনি পায়দুনা।

চক্রগুম্ লৈরে বৎসাসুরবু নোংথক্তা,
হাইহক্তুনা হাৎলে লৈমাইদা ফুদুনা।
লৈনাদগী হেন্না থোৎলবা হকচাংনি,
কনবদা মহাদেবগী মবুংঙোনি।
কুম্মৈ য়েংলিবা লাইয়াম্না চাইথরক্লে,
পারিজাৎ হরিগী শ্রীচরন থম্বালদা।

পিকপা চাওবা নাইদবা শ্রীহরিনি। হিংচাবগা পান্ন-বা য়াবা শকলোন লৌবনি। শুকনা হাই! হে পরিক্ষিৎ হরিগী লীলাদি তাজবা খুদিংদা অমৃতনা ঈচেল ওইবনি। তাজরগা পাপ পুন্নমক কোকপনি। শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা পুক্নিং অনি লোংদনা তাজবগা দেহেদা লৈবিবা পাপ লোইনা মাংখিবনি।

বৎসাসুর কৌবা হিংচাবসে মমাংঙৈদা প্রমীল কৌরম্মী, সুর কৌবা নিংথৌগী মচানি। নোংমা মানা বশিষ্ঠ মুনিগী আশ্রমদা, লৈরম্মী নন্দিনী শম্বীগী মনাক্তা লাক্তুনা হুবগে হাযনা থৌরাংলম্মী। "হিংচাবগী মায়া খংলবী নন্দিনীনা শাপ তৌরকখি হে হিংচাবা নং শন্নাও ওল্লো।" হিংচাবনা কপ্তুনা হায়জখি ননাই নচানা খংদদুনা তৌজকবা ইরান্নি অমুক্তা ঙাকপিযু। পেনবিববা নন্দিনীনা তাকপিরকখি মথংগী দ্বাপব কৌবা যুগতা নংগী নশা অদু হরিনা হেক শোকপদা মোক্ষপদগী ফংজবা ওইয়ু। অসুন্না শ্রীকৃষ্ণনা বৎসাসুরবু হাৎলবদা স্বর্গদগী লৈগী দোলাই থাদরক্তুনা বৈকুন্ঠদা কাখি।

## কৃষ্ণ হাৎনবা কংসনা বক হিংচাবা থারকপা

বৎসাসুর শিরে তাবদা কংস নিংথৌদো কিবনা মশাদু নিকলে অদুগা তিল্লিবা সভাদুদা হাযরকই — করিনো অঙাংনা অসুক কনবসিদি। নখোই কনা কনা য়াওবগে নন্দগী মচা কৃষ্ণ অসি হাৎপা ঙম্বা বকাসুবনা ফমফমদগী হৌগক্তুনা নাপল তৌনা হায়রকই — "ঙরাংগী অঙাং! মযাদা অমৃত বস কোক্ত্রিবা কৃষ্ণ অদুনা বকাসুর ঐঙোন্দা করি তৌজররি। তাবিয়ু ভোজবাজ ননাইনা ঙসিগী মনুংদা কৃষ্ণবু হেক্তা হাৎকে। বক্কী ৱা তাবদা কংসনা পানা খুদপ অমা পীরে নুংঙাইমনখিদুনা অদুগা হায়রকই — মঙ্গোল ওইজৌ বকাসুর। কংস ঐগী চিংনবসে কোকহল্লু।

### শৈরেং

লাকলেনে বকাসুর খাদিরবন্দা
নাপল তৌনা থৌওই উশিত্তনা।

ওল্লে খুদক্তা চাওরবা উরোক,
য়োক্তুনা হেক্তা হাৎকে কৃষ্ণবু।

য়োৎলে কৃষ্ণবু মচিন মনুংদা,
য়োৎঙমদে কৃষ্ণবু খংচাও চাওবদা।
থাদরে হরিবু লৈমাইথক্তা,
করম হাৎকনি জগৎ' মপুবু।

ফারে কৃষ্ণনা বক্কী মচিন্দু,
কোইচিং চিংলে বক মচিন পায়দুনা।
য়াখা নেত্তুনা য়াথক পায়দুনা,
মখা শেগাইরে হাৎলে বকাসুর।

## সূত্র

সখাশিংনা লাওরকই হে গোপাল
ওষ্ঠোক্লসু কল্লিদকো নংসে।
চীংদুম্মুক চাওবা উচেক হাৎঙম্বা
হে কৃষ্ণ গোপাল নংনা জয় ওইরে।।০।।

বক অসি মমাংঙৈগী মপোক্তা উৎকল কৌরম্মী। হয়গ্রীব হিংচাবগী মচানি। নোংমা মানা জাজলি মুনিগী আশ্রম মনাক্তা খোই চোপলম্মী। "মুনিনা শাওদুনা হে ফত্রবা হিংচাবা জীব হাৎপা নং বক (উরোক) ওল্লো।" শাপ ফংলবদা মুনিগী মখোং কোন্দুনা হায়জবদা - মুনিনা তাকপিরকই — সে সে মুন্না তারো - ২৮ শুবা বৈবস্বত মনন্তর, দ্বাপর কৌবা যুগতা শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীগী অরূম্বা কোকপিনবা অবতার তৌরগনি। মদুদা হরিগী খুত্তা নথরাই থাজবদা মুক্তি ফংবা ওইজৌ।

গোপালনা বকাসুর হাৎপগী
কুম্মৈদো যশোদাদা তম্লম্মী।
রাখালনা হায় তাবিয়ু নন্দরানী
চীংমুক চাওরবা বক হিংচাবনি।

বকপু হাৎপনি ইতাও কাহ্নাইনা
য়াথক য়াখা নেত্তুনা শেগাইদুনা।
ওষ্ঠোক্লা কল্লি নচা গোপালসে,
কনবিদো মানা বক্কী খয়াত্তগী ঐখোইবু।

তাবদা যশোদা মচাগী ৱারি,
খাংঙমদে থম্মোই নিংদোন চোংলেদো।
গোপ জাত্তা পোকপনা হাই গোপাল,
ইমাদি মাংজরে ইমাগী কানহ্বাই।

যশোদা — খুরমজৈ হরিবু তোল্লবীনা,
কনবিয়ু ইমাগী কহ্নৈয়াবু।
কচ্চরি অথুম অহাও ননি মাখোন,
অসুন্না ধ্যান তৌজৈ মিৎ উইশিন্দুনা।

তাঞ্জা অদুদা গোপালনা লাক্লগা
চাথোকখরে শন্দেশ ময়াম অদু।
যশোদানা মিৎপাংবা মতমদা
উরে মচানা চাথোকখিবদো।
হাই! গোপাল নং অসিদি ওম্থোকপনি,
তৌহৈদে করিগী চাথোকলিবা।

ইমা: হরিদা কৎল প্রসাদি
ঐনা ফংবনি করিসু কায়দে।
খংদেনে মমা যশোদাদো
মচা গোপালসে হরিনি হায়বা।

## কংসনা অঘাসুর হিংচাবা থারকপা

বক শিবে তাবদা কংসদো অসুম অসুম কৃষ্ণবু কিবা হৌবকলে। রাজ সভা তিন্দুনা খন্নবদা কৃষ্ণ হাৎনবা অঘাসুরবু থাবা তাবে। অঘাসুর হিংচাবনা হায তাবিয়ু ভোজরাজ ননাইনা কৃষ্ণদা নত্তে গোপ রাখাল শন্নাও লোইনা হেক্তা য়োৎকে মখোইনা লাকপা লম্বীদা যা কাথোক্কুনা। য়াথক্লা নোংদোন খেৎনা বাংবনি য়াখাদা পৃথিদা য়েশিন্দুনা লৈগে। য়োৎশিল্লবা মতুংদা য়া উমশিনবদবু কনা জীবনা হিংবা ঙমগদগে। হু কামশিন্দুনা লোইনা হাৎকনি।

অশোমদনা শ্রীকৃষ্ণনা মমা যশোমতিদা হঙ্গৎচৈ — ইমা হয়েংদি যন শেনবা চৎপদা চয়োম খরা য়োম্বীয়ু। ইমা! নচাদি ওম্থোক্লা ৱাখরেদা, যন শেনবা হায়বসে। যন চেনখ্রগা কোইতান তান্নদুনা থৎপনি মখোইবু। চাক লাম্বনা খাঙবা ঙমদবনি হকচাংসে শোম্থবনি। যশোদানা হায়বকই ইমাগী গোপাল ৱাখংদ্রিবদি নমানি। ইচানা কয়া ৱাবগে হায়বদো

নমানা খঙ্উদরে। হয়েংদি চয়োম নিংথিজনা য়োমগে ইচানা চানবা, লনি মাখোন সন্দেশ শঙ্গোম ক্ষীব য়াওনা। হে রাখালশা! নখোইসু নমা নমাদা হায়য়ু চয়োম নিংথিনা য়োম্মু হয়েংদগী লাল্লবা নুংশা শারবা মতমদা উরুমদা ফমদুনা চামিন্নবা।

লৈহৌবা ঙমলোই ইচানা চৎখ্রগা!
নোংমা কাংদনা হিংচাবগা থেংনবা!
করিনো যশোদা ঐনা তৌগদবসিবো!
ইচাবু ষনশেনবা থাদবসু য়াদে।

## শৈরেং

ইমাগী গোপাল হল্লকউকো নং
নুমিৎনা তাদ্রিঙৈ মমদ্রিঙৈদা।
ঙাইবমগে নংবু ইমানা হোজংদা
ননী পায়দুনা ইচানা চানবা।

লৈবা ঙমদে ঐদি মিকুপ অমা ফাও
কহ্নাই নংবু উদ্রবদি ইমানা।
ইমাগী শম্মু ইমাগী থৱাই,
গোপ জাৎকী থাংমৈ ওইবা গোপাল।

চৎখ্রগা নংনা ষনশেনবা কহ্নাই
নংগী ৱাখন্দা ঙাওবনি নমাদি।
করি থোক্লগবা শুক্লবা বন্দা
হিংচাবগা লাল থেংনরমগদরা?

## শৈরেং

ইমাগী গোপাল নফী শেৎপিবগে
ফজ ফজবা পকচবা খন্দুনা।
ফজৈদা গোপাল ইমানা পেন্দেদা,
যেংলিখৈ পেন্দে নংগী মাইথোং থাসে।

ইচাগী দশাসে ওস্থোক্না কুংখ্রে
নোংমা কাংদনা হিংচাবা থেংনবা।
শ্রীবিষ্ণু নৃসিংহনা জনার্দন্না,
ঙাকপিবা ওইসনু ইচা গোপালবু।

য়োমলে চয়োম ইচাগী চানবা,
লনি মাখোন ক্ষীর লদু বেরা চাক।
চামিন্নৌনে নয়াম্বুং বলরামগা,
নুংশা শারগা উরুমদা ফমদুনা।

মহৌশাগুম্ ঙসিসু ষনশেনবা,
লেংলকলে রাম কৃষ্ণ মচিন মনাও।
শন্নাও হোইদুনা সখা ময়ামগা,
চৎলি ষনশেনবুং তান্না হরাওনা।

পুনরকলে মাগী মাগী চয়োম,
অহাওবা সন্দেশ লনি মাখন লড্ডু।
মখ্বাং মখ্বাংদা পুন্দুনা বাখালশিংনা,
হায়রকই ইতাও কহ্নাই চামিন্নসি।

নংনা চারগা ঐখোইনা পেঞ্জেনে,
করিনো নংসিবো অসুক নুংশিবসে।
হিংচাবা লাকলে নংগা থেংনৈদো,
ঐখোইগী থৱাই কনবিদো নংনা।

কনানা ঈশৈ শকলি কনানা হোইবি ষন,
হে হে লাওনা খুত্তা শাজৈ পাযদুনা।
নবুক থন্না চারুসি হে শন্নাও নখোই
অনৌবা হানৌ যমুনা মপান্দা।

## শ্রীকৃষ্ণনা অঘাসুর হাৎপা

ঙাইদুনা লৈরম্মী অঘাসুর লাইবেন
কৃষ্ণবু লম্বীদা য়া কাখত্তুনা।
চংখরে রাখালশিং শন্নাও মযামদো,
মরি মরি লাইরেনগী খযাৎনুংদা।

কৃষ্ণতবুনি ঙাইদুনা লৈরম্বা,
খঙদুনা চংখরে কৃষ্ণ য়ানুংদা।
উমশিনখরে লাইরেন য়াথক য়াখাদো,
লোইনা লৈরে য়ানুংদা হরি য়াওনা।

খংচাও চাওথোকলে, শ্রীকৃষ্ণ যানুংদা,
পোকখাইদুনা শিবে অঘাসুব লাইবেন।
লাইযাম্না চাইথবকলে পাবিজাৎ, লৈবাং
খিকথবে নোংগুম কৃষ্ণগী অঙ্গদা।

থৌজানগী মিৎযেংনা যেংবিবদা
হিংলে শন্নাও মযাম সখা মযাম।
হান্নগুম চোংদুনা শান্নজবে,
হবাও মথোই কানা নোক্লা খেনা।

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিবকই ঐগী চান্নবা গোপ বাখাল পুন্নমক হৌজিক্তি মাগী মাগী চযোম থোক্তুনা চামিন্নসি উপাল মকুম অসিদা।

অঘাসুব লাইবেনবু হাৎলবা মতুংদা,
ফম্মিন্নবে কৃষ্ণ - ব্রজ বাখালশিংগা।
যমুনা মপান পুক্লিং হুববা মফম, (দৃশ)
মিৎযেং তাবিবে শ্যাম মোমোন নোক্লা।

ইকোই কোইনা ফমলে থম্মোই ইংনা,
কোইনা চৎলি শ্যাম বাখালশিংগী মাংদা।
যেনবিবে লদু বেবা ক্ষীব ননী
থুংবিবে লোইনা অমা চিখুদ।

অঙকপনি শ্যাম মাগী ব্রজ প্রেম,
গোপানা মাবু কযা নিংজবা।
চামিন্নে নোক্লা নোক্লা হবাওনা,
খঞ্জে মা-মাবু হেন্না নুংশিবী।।০।।

## (ব্রহ্মা বিমোহন লীলা)

## ব্রহ্মানা পুক্লিংদা চিংনরে

## কনানো কৃষ্ণ হায়বসে ঐনা শেম্বদা য়াওদেনা

ব্রহ্মানা বাখল তৌই মদুদি গোলোক্কী মপুনি হাযবগা থকশি খাশি ইথম ামদনা তোল্লবা গোপ মচাশিংগা চিনগা চিনগা থেংনদুনা ইন্নদুনা চাক ক্ষীব ননি মাখন্নচিংবা চামিন্নে। হবিগী গুণ ভাক্তবে যাম্না অচম্বা মওংনি। মবম অদুনা শ্রীহবি ওইদবা তাবে।

বাখালশিংনা শন্নাও থিবিঙৈদা পুন্না গোপ বাখাল শন্নাও পুম্বা খংলোইদবা মফমদা লোত্তুনা থম্লগে। নন্দগী মচা অসে কনানো হাযবা পবিক্ষা যেংথোক্লগে। মখাদা অমুক হন্না শৈবেংগী মওংদা ইজবি।

## শৈরেং

কনানা শেম্বনো নন্দগী মচাসে,
মমিং কৃষ্ণ কৌই, বাশিনা যোম্বনি।
চুডানা লৈতেংই খুত্তা বাঁশি পাযবনি,
গোবর্দ্ধন্দা যন শেনবনি গোপশিংগা।

চাং যেংগে খন্দুনা পুক্লিংদা ব্রহ্মানা
লোত্তুনা থমখবে বাখাল শন্নাও মযাম।
খঙলোইদবা মফম চীংগী লোকন্নুংদা,
ব্রহ্মাগী মাযানা তুমদুনা লৈহনখি।

হবিনি হাযবগা মগুণসু ঙাক্তবা,
গোপ মচাশিংগা চামিন থকমিন্নবা।
ইতাও ইতাও কৌনা কযা নুংশিনবা,
ফীবুল হাবী শগোল তোংদুনা শান্নবা।

## শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাবু ঙকহনবা

পুথোকলে কৃষ্ণনা সখা শন্নাও মযাম,
শ্রীঅঙ্গদগী অমত্তফাও বাত্তনা।
নুমিৎ খুদিংগী কৌবি সখা মযামদো,
সিদাম সুদাম সুবল যনশেনবা চৎলাস।

হৌনবা লৈতনা চৎমিন্নে যনশেনবা
শ্যামগী বাঁশি কৌদুনা মমিং মমিং।
দাম বসুদাম, মহাবল নখোই লাকওনে
থেংখবে যনশেনবা মতম ওইবক্লেনে।

কৃষ্ণমক্তা পুথোক পা সখা মযামনি,
শন্নাও মচাশিংসু কৃষ্ণনা ওইবনি।
হাযনবা লৈতনা শজিক চাবি শন্নাও,
সখাশিংনা পুল্লপ পুন্না শান্নমিন্নে।

নুমিদাংবাই শঙ্গারকপা মতমদা
মমাশিংনা ওকলম্মী মচা মচাবু।
কোন্দুনা পুশিনখি পিকলিবা মচাবু
অমৃত পীথকখি মবুক পেন্না পেন্না।

শন্নাও মচাশিংনা চেনশিন্দুনা মপীদা,
শঙ্গোম থকখি হবাও হবাও মথানুংদা।
বাখালসু শন্নাওসু হবিনা ওনবনি,
লাইবক ফৈদা ব্রজদা লৈবিবা নখোই।

নোংমা হংখি বামনা মনাও শ্যাম যেংদুনা
ইযাম্বগী গোপাল নংসে ঙকইদকো।
মমাংঙৈদা মান্নদবা ষনশেন লীলা,
হেন্না থোইনা বাখালশিংবু নুংশিবিবা।

যেংউ দাউজী সখা শন্নাও মযাম অসে,
কৃষ্ণ ঐগী হকচাংদগী পুথোকপনি।
ব্রহ্মানা হুবিখি সখা শন্নাও মযাম,
চহি অমা ফাবে মানা লোৎপিখিবা।

## ব্রহ্মানা অনুতাপ তৌখি,
## ওন্থোকপনি নন্দগী মচা কৃষ্ণসে পরং ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণদুমক্নি

লাক্নে বিধি ব্রহ্মা বাম কৃষ্ণবু যেংবা
লৈবমলে যমুনা মপান কদম মখোংদা।
খোংলি শ্যামগী বাঁশি মবোল হাপ্পুনা,
বাগনু হে সখা শন্নাও নখোই পুম্বা।

ব্রহ্মানা উবে সখা শন্নাও বাত্তনা
শন শেল্লম্মী কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা।
তাবদা বাঁশি শুব চেল্লকলে শন্নাও,
সখা মযাম লোইনা ইকোই কোইবে শ্যাম্বু।

অমুক যেংলে ব্রহ্মানা মযাম লোৎফমদা,
সখা শন্নাও পুম্বা লোইনা তুম্‌লম্মী।
অমুক লাকলে ব্রহ্মা শঞ্জেনবুং তান্না,
ষনশেল্লম্মী সখা মযাম শন্নাও মযাম।

অসুম তৌনা ব্রহ্মা হঙ্গৎ হন্দা চৎলি,
অঙাওবগুম বুদ্ধি চোইরবা মীগুম্না।
বিরাট ৰূপ দরশন ফংজরে ব্রহ্মা ময়াম্না
ইকোই কোইশিন্দুনা পর ব্রহ্ম কৃষ্ণবু।

ব্রহ্মাণ্ড অমমমদগী ব্রহ্মা ময়াম,
মমাই মঙা পানবদগী লিশিং পানবা।
বেদ থীবি মিত্তা পী তানা কপ্তুনা,
মচিন ময়ামদুনা নুংশিবা শুবদা।

মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং শিদ্ধ ৰূদ্র ৰাত্তে
মুর্ত্তি পান্দুনা তিল্লে অমত্তা চিশ্খদ।
পুন্নমক উবদা ব্রহ্মা জ্ঞান মাংখবে,
অশিবগুম লৈমাইথক্তা তিংথোকখবে।

ব্রহ্মানা খঙ্‌জবে নন্দগী মচা কৃষ্ণ
অতৈ নত্তে পব ব্রহ্ম গোবিন্দনি।
পৃথিবীগী অৰূস্থা কোক্লবা লেংঙকপনি,
মাগী মাযানা ব্রহ্মা ঐবু ঙাওহনবনি।

নিংঙমদ মৈনা চাক্লকলে ব্রহ্মানা
কবিগী হবিদা ইবাল লংজকবা।
মপান নাইদ্র মাগী থৌজাল নিজগে,
কোকপিযু ইবালসে ঙাকপিযু হাযজবি।

হবি মাগী খোইদৌ থস্বালদা শাৎচবা,
চতুর্মুখ কৌবা পঙ্‌লবা ব্রহ্মানি।
নিবাকাব ব্রহ্ম মশক খঙদবা ঐনা
(পবং ব্রহ্ম মশক খঙদবা ঐনা)
কবম্না খঙ্গনি ব্রহ্মা ঐগী হৌবকফম)

ব্রহ্মা হাযবা মিংথোল ফংজদুনা ঐনা
শেমজবনি জীব জগৎ সংসাব অসে।
অহানবা ওইবা মাগী যাথং ইনবনি,
সৃষ্টি স্থিতি প্রলযগী মপুনি মাদি।।ㅇ।।

## ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা চংজবা

নন্দগী মচা হে কৃষ্ণ নং নত্তনা
কনা লৈ জগত্তা ঐবু লানবিনবা।
দোলাইদগী কুমলে পোল্লি পোল্লি চংজরে
দণ্ডবৎ তানা খুমজৈ চরন কোন্দুনা।

ইহৌরবা মিৎলু পিরাংদি তপ তপ তারি
ঙাংঙ্রাবা চরন্দা গঙ্গাগী নোংলিক্কুম।
প্রেম্না থবাক ফুল্লে হীক্কা হীক্কা কপলে,
ফমলে ব্রহ্মা মরু লুক্ক খু-লৈতানা।

উজরে ব্রহ্মানা গোপ রাখাল শন্নাও
ময়াম্না কৃষ্ণবু কোইশিন্দুনা লেপ্পা।
মখোই লোইনমক পাম্বোম মরি মরি পাল্লি,
ফুইনা নোংহৌবা কুচুনি মখোইশিংদো।

গোপশিংনা থৌৱানমিচাক্কুম কোইরগা
ময়াইদা ঙাল্লি কৃষ্ণনা থাজগুম্না।
অতিয়া কুচুগী শকলোন হে নারায়ন,
মণিগী লুহুপ থোনবা ইংলবা শক্তম।

খ্বাংদা নিংথিজবা স্না ফিগে থোনবা
থবাক্তা কৌস্তুভনা ইরং লংলিবা।
কুণ্ডোগী পরেংনা হাইরি পুক্লিং হুনা,
খুজি তান্না পাম্বোম মরিদা লৈতেংবা।

খুত্তা শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম থোনবা
লক্ষ্মী সরস্বতীনা নাক য়েৎ থৌগনবা।
মুণি ঋষিশিংনা স্তুতি তৌজরিবা,
শ্রীহরিনা ঙাম্থোইবিরি মোমোন নোক্কা।

মমাই মঙা পানবা ব্রহ্মাদগীনা,
লিশিং পানবনা লৈরম্মী চরন নাক্তা।
মিৎলুদা পীতানা লৈশি লৈথোঞ্জরি,
হা কৃষ্ণ নংদি ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি।

নংতনা শেম্মী, মন, অহঙ্কাব, তেজ, সগুণ
নির্গুন, মহৎ, চেতনা, সত্ব বজ তম ।
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বব নংগী শক্তমনি,
নংনিনে শেম্বীবা যোকপিবা মাঙ্হনবা।

মাইকৈ ঙাকপা লাইশিং সিদ্ধ রুদ্র ৱাত্তে
মুর্ত্তি পান্দুনা থৌগল্লি সিদ্ধি মযাম।
ব্রহ্মাদগী হেনবা পুন্নমক উবদা,
মহাক জ্ঞান মাঙ্দুনা লৈমাইথক্তা তাবে।

ব্রহ্মা জ্ঞান মাঙ্লে খঙ্লদুনা কৃষ্ণনা,
থৌজালগী নুংশিবা মিৎযেংনা যেংবিবে।
কোকিলগী শুববু ঙমজবা বাহৈনা
তাকপিবকই কৃষ্ণনা ব্রহ্মা যেংদুনা।

হৌগৎলো হে ব্রহ্মা নিংথিনা ফমলোনে
হাযযু কবি চিংনবা লৈবগে নংবো?
পীদি শিঙ্থ গঙ্গা ইহৌগুম, ব্রহ্মানা,
খু লৈতানা যেংজৈ শ্যামগী মাইথোং থাবু।

## ব্রহ্মাগী স্তুতিদা কৃষ্ণনা পেনবিবা

শ্যামগী খুযা থম্বালবু ব্রহ্মাগী কোক্তা
থাঙ্গৎলগা হিক হিক কপ্পুনা হাযজৈ।
অঙাংনা মৈ কিদবগুম লংজকুবে
অমকপা লৈত্রবা শ্রীচবন থম্বালদা।

নিংঙমদ বাখন্না খাংজবা ঙমদবে,
শন্নাও ওন্দুনা কৃষ্ণনা শজিক চাবা।
চহি অমা চুপ্পা হে শ্যাম নংনা লেনখি,
নোংজু নুংশা খাইদ নংনা শনশেনখিবা।

লাইনক ফৈ ব্রজগী ইমাশিংনা শ্যাম্বু
মতম্বাক্তা পমদুনা অমৃত ইনখিবা।
হে কৃষ্ণ নংনা ঙমদবা কবি লৈবি,
সখা পুম্বা নংগী অংশনা ওইখিবা

হে পূর্ণ ব্রহ্ম হৌফম লোইফমসু ওইবা,
মায়ানা নংঙোন্দা চংদবা ইবুংঙো।
নংতগী নগুণবু খঙ্জবা ঙমদ্রবা,
ব্রহ্মা ঐসে কয়া তোনখ্রবা মপোকনো?

অপঙ্বা জীবনা নংবু মশক খঙ্দে,
চেংবু হুমদোক্তুনা (হুন্দোক্তুনা) ৰাইবু খোমজিল্লিবা।
হন্না হন্না পোকই খাংজবি অৰাবা
জীবনা নংগী মায়ানা মরম ওইদুনা।

শ্রুতি স্মৃতি শাস্ত্রনা খংঙমদে নগুণবু
হে কৃষ্ণ নংবু অমম্বদা পোৎ থিবগুম।
হৌজিক ফাওবা ব্রহ্মা ঐনা খঙ্ঙমদেনে
প্রজাপতি হায়না নাপল কাকুদুনা।

হে হরি নংদি অন্তর্যামি ওইবনি,
জীব খুদিংমকপু উবি খঙ্বিবনি।
ননাইনা লানখিবা ঙাকপিয়ু হে কৃষ্ণ
চংজরি ঙাংঙ্লাবা শ্রীচরন থম্বালদা।

অমম্বা লৈচিল হুমদোকখিদুনা,
থাজনা ঙানবগুম্ তবং তবং,
ঙাল্লকলে ব্রহ্মাগী ৰাখল পুক্লিং,
ঙমজবে উবা শ্যামগী মাইথোং থা।

## লোৎলুবা শন্নাও ময়াম ব্রহ্মানা কচ্চবা

ব্রহ্মানা কচ্চরে লোৎলুবা — সখা,
শন্নাও পুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা।
খুবমজৈ শ্যাম্বু ঙক্তা ফি য়েত্তুনা
লৌবিয়ু হায়জৈ ননাইনা কচ্চবা।

নিজবি খুয়া খাদা ফিগাও শানা,
পোকচগেনে কলি কৌবা যুগতা।
তোল্লু মপোক্তা হরিদাস ওইনা
য়াওজগে লীলা গৌরগী তুংইন্না।

শোঞ্জগে হবিনাম তাংলবা নাম্
জীবগী পাপতগী কোকপি ঙম্বা।
হবের্নাম হবের্নাম হবের্নামৈব কেবলম্
কলৌ নাস্তেব নাস্তেব নাস্তেব গতি বন্যথা।

হবি সঙ্কীর্ত্তন শকচ-শোঞ্জদুনা,
পাম্বে লৈত্রবা জীববু লানবিগে।
শোঞ্জগে তাংল, মমল নাইদ্র নাম,
যুমথোং খুদিং চত্তুনা যেঞ্জগে নাম।

## পেনবিরবা কৃষ্ণনা তাকপিরে ব্রহ্মাদা

তাকপিবে কৃষ্ণনা হে ব্রহ্মা নং
নিংবা থুংজবো নিজবা পুম্বা।
কৃষ্ণ ইশাদগী নাম্না হেল্লি,
কাওগনু শোল্লু অহিং নুংথিল খাইদ।

নংগী অন্তকাল যৌবক্লু মতম,
উহনগনি ঐগী ত্রিভঙ্গ রূপ।
ফংগনি শোযবোই পূন্য ধাম গোলোক,
নাম শোনবগী মহিমা গুণতনা।

ব্রহ্মাগী ভক্তিদা পেল্লদুনা
তাকপিবে কৃষ্ণনা ঐ শাওদেনে।
হল্লো হল্লো ব্রহ্মা ব্রহ্মালোক্তা,
সৃষ্টিগী থবক মুন্না যেংশিল্লু।

ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বব অহুমসে
কৃষ্ণ ঐগী অংশনি খঙ্উনে।
সৃষ্টি স্থিতি প্রলয অহুম্মকসে,
কৃষ্ণ ঐগা পুন্না পাংথোকপনি।

যাথং তাবদা নুংঙাইবে ব্রহ্মা
ভক্তি কচ্চদুনা বিদায লৌবে।
চৎখবে হবি হবি শোন্দুনা,
কৃষ্ণগী লীলা কনা খঙ্গনি।

## সখা শন্নাও ময়াম্বু কৃষ্ণগী থৌজাল মিৎয়েং তাবিবা

সখা শন্নাও ময়াম্বু হরিনা
নানবিরে তপ্পা তপ্পা নুংশিনা।
চামিন্নরে চাক কোইনা ফমদুনা।
ৱা ৱা নোক্তুনা নুংশি চান্ননা।

য়েংউ য়েংউ ইতাও সিদাম সুদাম,
সুবল নখোই ময়ামগী ষন শুরবরা ?
শুরে শুবে লাওরকই হে কাহ্নাই,
নংনা ৱানা থিরুবা ময়ামদো।

শ্রীঅঙ্গদগী পুথোকখিবশিং
সখা শন্নাও পুম্বা হঞ্জিনখরে।
খঙহৌদে উহৌদে কনামত্তা,
কবম খঙ্গনি মাগী লীলাবু।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণনা শঙ্গারকপা মতম নুমিদাংৱাই

নুমিদাংৱাইবম তাবমদাই নুমিৎকী
ঙাংঙ্গা মঙালদা চুমথাং খল্লিবা।
পোম্বী চেক্লাশিংনা পাইনবকলে,
মাগী মাগী মহুম তম্লদুনা।

খোংলকলে শ্যামগী বাঁশি ফুইনা ফুইনা,
শঙ্গারসি হায়না নুংশিবা শুরনা।
সখা মযাম্না চিংনা চিংনা য়েংজৈ
হে শ্যাম নহাকসে ওম্থোক্লসু ফজৈ।

খরা চৎলগা উরে অঘাসুরগী
শরূ পোলাং শাংলবা মশা।
য়েংবিয়ু দাউজী চহি অমা ফারে,
অঘা শিবদগী শন্নাও শেল্লকপা।

তোল্লববু কনবিগে চিংখৎপিগে লাকপনি কৃষ্ণ মর্ত্তলোক্তা। লুনা তৌবিরি তোল্লবা জাৎ গোপবু। ষন শেনবদি পূণ্যগী মশকনি তাকপিবনি জগৎ জীবদা। চহি অমা ব্রহ্মানা লোৎলুবা মচাশিংনা তমজৈ মাগী মাগী মমাদা অঘাসুরবু শ্রীকৃষ্ণনা হাৎপগী ৱাবি ঙসিদা

থোকখিবগুম্। অঙকপনি ইবুংঙো মাগী লীলা। হৌজিক কৃষ্ণসে চহি ৬ শুরে। অদুগা ময়াম্বুং বলরামনা চহি ৮ চংলে। ষন্বী শন্নাও পুন্না শেনবা হৌরগনি। অনিমক চাওবা শারেপ ফারে য়েংবগী অপেনবা লৈতরে বিকার মুর্ত্তি ফিভম মতিক চানা তনৌ তনৌ লফু লেম্নাদগী হেন্না ফজরকলে।

মতাং অসিদা কৃষ্ণনা চহি ৫ দা শন্নাও শেনবা লোইরে।

## শ্রীকৃষ্ণনা ষন অচৌবা শেনবা হৌবা
## (পৌগণ্ড ৰয়শ য়ৌরবা)

ফজরে নিংথিজরে য়েংবদা কৃষ্ণসে
চাওবা শারেপ ফারে চহি ৬ শুরে।
লেমজৈদা বলরাম নোংশা শাবান্নিদা,
চহি নিপাল শুরে কল্লবা শক্তমনি।

হঙ্গৎচৈ রাম কৃষ্ণনা মপাবুং নন্দদা,
নচা ঐখোই হৌজিক চাওরে পাঙ্গল কল্লে।
হয়েংদগী ষন অচৌবা শেনবা হৌরগে,
পাবুংনা শঙ্গাইদা পোথাদুনা লৈবিয়ু।

নুংঙাইরে নন্দ নিংথৌদো মপুক্লিংদা
ইচা পোকচবগী কান্নজরে রাম কৃষ্ণ।
ইহুৎ শিন্দুনা ষন অচৌবা শেল্লোকো,
ইপা পোথারগে নখোইনা হায়বা য়ারে।

নোংঙাল্লে হৌগৎলে ঙন্না রাম কৃষ্ণ
চাবা থকপা লোইরে মমানা লুক হৌদুনা।

কৃষ্ণ — ফিজেৎ লৈতেংলে ইরং লংলে ফজরে,
স্না ফিগে থোল্লে চেংল শ্যামগী খ্বাংদা।
কস্তুরী চন্দন্না শংলবা হকচাংদা,
পুক্লিং হুরি নুংশিবা অঙ্গ গন্ধনা।

কোক্তা হাইরি নোম্ নোম্ ৱাহোংগী চুড়ানা
থম্বালনা তাংজবা নুংশিবা মিৎস্নানি।
মিৎচিনা হাইফেৎ হাইফেৎ পুক্লিং হুরিবা
খোই খোইবা পীশুমনি কাম্বু শুমহৎ শক্তম।

পকচৈদা কৌস্তুভ মণি বনমালা,
খুজি তান খুজিনা নোংথাংগুম লংলিবা।
নুপুরনা অঙাংবা চরন থৌগল্লিবা,
রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু নিল্লিবা।

বলবাম — লুপানা ফুদোংবা ভৌরবা অঙ্গদা,
অশংবা ফিজোন্না লৈতেংলে বলরাম।
শংবান্ন কোযেৎতা অনন্ত মতোক থেৎ,
শামু নাতোন মানবা ফজবা পাম্বোমনি।
খুজি তান্না থেংনৈ খোকলি নুংশিবা শুর,
ঝননা ঝননা ঝন, ঝন্তা ঝন ঝন, ঝন।।

বিদায লৌবে মমা যশোদা বোহিনীগী
চবন শোকচৈদো ষনশেন চৎলমদায়দা।
পাওমেঞ্জে রাণিনা হে দাউজী নংবো
ননাও কহ্নাইসে থাদোক্কনুকো।
বামনা খুমজৈ নোল্লুক্লা মমা যেংদুনা,
হঞ্জরক্কে ঐখোই নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা।

## রাম কৃষ্ণনা ষন শেনবা লেংথোরকপা

থোবকলে রাম কৃষ্ণ ষস্বী ময়াম পুদুনা
সিদাম সুদাম গোপ মচাশিং লোইননা।
ধবলী শৱালি কালি সুরভী ষনয়াম
তপ্পা তপ্পা চৎলি ব্রজগী লম্বীদা।

গোপ গোপীশিংনা য়েংজৈ কুম্মৈ ওইনা
রাম কৃষ্ণনা মাং থানা চৎপা উবদা।
পেঞ্জেদা মমাশিং, মচাশিংনা চৎপা,
নোম্না নোম্না চৎলি ষনয়াম হোইবদুনা।

অহল লমনশিংনা পোথাজরে ঙম্না,
মচাশিংনা শনশেন ষনঙাক ঙল্লকপদা।
কয়া নুংঙাইজৈ রাম কৃষ্ণগী তুংইনবা,
কনবিনি মচাশিং খুদোং থিবদগী।

কোইনা চৎলি বৃন্দাবন বন বন খুদিংদা,
মিৎযেং তাবিদো শ্যাম বনগী নিংথিজবা।
কল্প বৃক্ষশিংনা হৌবি পবেং পবেং
নোল্লুক নোল্লুক কদম তোমাল ঝিন্তি তিন্তি।

কৃষ্ণনা হাযবকই যেংবিযু হে দাউজী
উবী উপালশিংনা মরু লুকলিবসে।
যাম্বুংগী শ্রীচবনবু খুবমজবনি,
চহি কযা তপ তৌজবদা ফংঙমদ্রবা।

স্বর্গগী লাইযাম মুণি ঋষিশিংনা,
হৌববনি বৃন্দাবন্দা উপাল ওইনা।
মেংলবা কৃষ্ণগী খুৎনা শোকপিবদা
উবী উপালশিংনা মতু চুংজবিবা।

চেনশিল্লকই শজিনা বাম কৃষ্ণগী নাক্তা
চবন শোক্কে হাযনা মতু ইপোন পোন্না।
নানবিবে গোপালনা শজিগী মথাদা
থৌজাল মিৎযেং তাবি নুংশিবা মিনোক্না।

বাবি শানা শানা অসুম লাকপনা,
যৌবকলে নিংথিবনা তিনবা ভাণ্ডিববন্দা।
মযাম্বুং বামগী মাইথোং হুমাং কাববদা
পোত্থাহনগে খল্লি শ্যাম্না সেবা তৌনা।

নিংশিংলে কৃষ্ণনা ত্রেতা যুগকী বাবি,
লক্ষ্মন্না শ্রীবাম্বু সেবা তৌখিবা।
অদুগুম সেবা তৌগে কৃষ্ণ ঐনা,
লক্ষ্মন্না ঐগী ইযাম্বা ওইনা পোক্তুনা।

নিংথিজবা শয্যা শেমলে গোবিন্দনা
হেক্তুনা থম্বাল মযাম যমুনাদগী।
চেপহল্লে দাউজীবু থম্বালগী শয্যাদা।
থৌগল্লি তপ্না তপ্না খোং নোইদুনা।

লেংখৎলে বলবাম শয্যাদগী তপ্না,
হাযবকই ঐখোই নুংঙাইনা শান্নসিনে।

নুংজাও লংবা শান্নে অমগা অমগা,
শানবা তান্নে ঐনা হেল্লে ঐনা হেল্লে।

বলরাম কৃষ্ণনা মথং মথং লংই,
মচিন মনাও শানবা চপ মান্নে খেন্নদে।
সিদাম সুদাম দাম লোইনা নুং লংহল্লি,
অমগা অমগা তান্নে নোক্লা নোক্লা।

শগোল তোংবী শান্নে কোইচেন চেন্দুনা
অমমম পোদুনা য়াঙ্না চেনবা তান্নে।
অঙকপনি শ্যাম অঙাংগী মশান্নদা,
নুংঙাইহল্লি হরাওহল্লি গোপশিংবু।

## রাম কৃষ্ণ জগোই শাবা

বাম কৃষ্ণনা জগোই শারকলে
বাখালশিংসু শাবে ইকোই কোইনা।
যমুনা মপান তিংথৌ মথক্তা,
লৈনা লৈনা শারে নৌব খুৎথেক্লা।

খুজি পাম্বোম ফাবী খোংদা নুপুব
নিল্লি ঝন ঝন ঝন নোং খোংবগুল্লা
অমগা অমগা পাযনরি চেৎনা,
চক্রগুম লৈবি যাংকোক লৈবিগুম।

ফজবা খিবিক তিনবা কুম্মৈনি
হবিনা শান্নে কলা' ফম্বাক্তা।
নুংশিবা বাঁশিগী শুর ইপোমনা
চেনখৎলি যমুনা ইথক হৌনা।

## বলদেবনা ধেনুক হিংচাবা হাৎপা

সিদাম সুদামনচিংবনা মখুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ হে দাউজী বলবাম ঐখোই চাক য়াম্না লামলে কোনা মহৈ খবা পীজৌবা, ভাণ্ডিরবনসিদা অঙকপা ফংনা হৌবি। তৌইগুম্বসুং ধেনুক হিংচাবা কিবনা কনা অমত্তা চংবা ঙমদে। কোনা পাম্বী মখোংদা অমুনবা উহৈতনা পৈদুনা লৈ, অবেম্বদা। সখাশিংগী ব্বা তাবদা বলদেবনা পাম্বীশিং অদু কোইনোম নোম্বদা

লৈবাক্তা পোরোপ পোরোপ কেল্লে ইচাই চাইনা তারে ঙাংশং ঙাংনা। উহৈ উপাল নোম্বগী মখোন তাবদা বন্দুদা লৈবা অকিবা মশক ফংলবা ধেনুক হিংচাবা ঙংলদুনা চেনশিল্লকখি বলরাম তম্না।

## শৈরেং

চেনশিনলক্লে ধেনুক হিংচাবনা
ঙুং ঙুং ঙংনা রামগী মাইকৈ তম্না।
থেংনরে মল্ল যুদ্ধ অনিনা,
শামু লমশা অনি য়াথিন্নবগুম্।

খুৎকা খুৎকা খোংপাক্কা খোংপাক্কা,
কোক্কা কোক্কা থেংনৈ মৈ হৌরিবা।
পাম্বোম পায়দুনা চেপ্পা চিংথনৈ,
থরো থরো ওল্লি লৈমাইথক্তা।

বলরামনা মখোং পায়রদুনা
উরুরু লৈরে চক্রগুম য়াঙ্না।
হায়হত্তুনা লৈবাক্তা ফুবদা,
ধেনুক হিংচাবা মথৱাই থারে।।০।।

হিংচাবগী মনাইশিং খোংমি লানমীনা মখুত্তা খুৎলাই পায়রদুনা চেনশিল্লকই বলরাম্বু হাৎকে হায়না। বলরাম্না অচৌবা উপাম্বী অমা ফুক্তুনা চেনশিল্লকলিবা হিংচাবশিং অদুগা থেংনৈ অকনবা লাল। কন্নানা খাংবা ঙমগনি হরিগী অংশ অবতার ওইবা সঙ্কর্ষন শ্রীভগবান বলরামগী মাইয়োক্তা। হিংচাবশিং অদুনা মৈরানবী ওইরগা অচৌবা মৈবুলদা চোংশিন চোংশিন্দুনা মথৱাই থাবগুম বলরাম্না তান্ন তান্নদুনা অয়াম্বা হাৎখি। হিংহৌবা খরনা চেনখরে। স্বর্গগী লাইশিংনা কুম্মৈ য়েংবা নুংঙাইরদুনা হৈথরক্লে পারিজাৎ পোলাং থন্না বলরামগী শ্রীচরন্দা।

## যমুনা কালীহ্রদদা ঈশিং থকপা

অমাং কৈরোই শান্নৈ রাম কৃষ্ণনা,
মাগী মাগী মিচং খায়নদুনা।
রামগী মিচংদা মহাবলনচিংবা
কৃষ্ণগী মিচংদা সিদাম সুদাম।

হুমাং তপ তপ তানৈ চেন্নৈ চোংনৈ
অমগা অমগা ফাবা তান্নৈ।
য়াঙ্না চেল্লি লৈজবা থাদুনা
থেক্না লৈরি ঙমদনবা শোকপা।

সিদামনা লাওই শ্যাম্না জয় ওইরে,
মহাবলনা লাওই রাম্না জয় ওইরে।
অঙাংগী কুম্মেদা লুপ্তুনা হরি,
নুংঙাইনা শান্নে রাখালশিং লোইননা।

তান্নবা ৰাদুনা রাখাল ময়ামদো
ঈশিং থক্লে যমুনাগী ঈশিং।
তোবর্বান কাবদা রাখাল লোইনা শিরে,
হু চেনবা ঈশিং থকলুবদগী।

থেংনরে শ্রীগোবিন্দনা মখোইবু,
শিদুনা লৈরম্বা তুরেল লৈরাইদা।
শ্যামগী থৌজাল মিৎয়েং তাবিবদা,
রাখাল লোইনা হিংগৎলে তুম্লুবগুম্।

কৃষ্ণনা উরে কালি কৌবা লিন্দো,
ঈরোন্নুংদা লৈরে মতু মচাশিংগা।
কাহত্তুনা তারে উচেক ৰায়াফাও
খাংবা ঙমদরে জীব অমত্তনা।

কালিবু তাম্থোক্কে খল্লে কৃষ্ণনা,
জীব খুদিংগী অৱাবা কোক্লবা।
খঙ্হন্দে কনাবু কালিগী মরম,
বারক্কে নিংলে কালিবু শ্যাম্না।

শঙ্গারক্লে শ্যাম নিতিগী মতৌগুম্
সিদাম সুদামনচিংবগা লোইননা।
চংনখরে ময়ুম ময়ুমদা মখোইনা
মাগী মাগী ষনয়াম হোইজিন্দুনা।

## কৃষ্ণনা কালি ব্বারক্কে থৌরাংবা

নোংঙাল্লগা শ্যাম সখা পুন্নমক
লাক্কে ষনশেনবা কালিন্দি পাংনা।
খোংথাং চানা চানা চৎলি শনয়াম,
কৃষ্ণগী বাঁশি শুর তানা তানা।

নটবর বেশ থোনবিরে শ্যাম্না
ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা কুচুদা।
মুক্তা পরেংনা থৌরানমিচাক্কুম
খুত্তা খুজি খোংদা নুপুর ঝন ঝন।

যমুনা মপান নিংথিবা উমংদা
পিজরে ষনয়াম শজিক অফবা।
কালিহ্রদদা হৌবা কদমদা
কাদুনা য়েংলি শ্যাম্না কালিবু।

নুংশিৎনা লিরি লিরি হুম্বদা
কয়াদা নুংঙাইজে শ্যামগী পুক্কিং।
ফিগে গুঞ্জানা নোংথাংগুম হাইরি
ব্বারক্কে খল্লি কালিবু কৃষ্ণনা।

## শ্রীকৃষ্ণনা কদমদগী কালিহ্রদ ইরোম্মুংদা চোংথবা

চোংথখরে কৃষ্ণ যমুনাদা,
থাজনা ঈশিংদা লুপখিবগুম্।
তৌঙমদবা শ্যাম্না থম্নাথক্তা,
জগোই শারি লৈদুনা চোংদুনা।

কন্নাবু কিগনি শ্রীহরিনা,
কালিগী মচাশিং লোইনা শাওরে।
ময়ানা চিকলে শ্যামগী হকচাংদা,
য়া লোইনা কেপ্লে নুঙদা চিকপগুম্।

য়েৎশিল্লি শ্যামগী হকচাং লিলশিংনা
থদৎলি শ্যাম্না থৌরী থদৎপগুম্।

তম্বুরে কালিদা মনাইশিংনা,
কনগ্রে অঙাংসে মপা লৈতেদা।

## কৃষ্ণ কালি অনি থেংনবা লাল

ঙুং ঙুং ঙংলে কালি ইরোম্নুংদা
যমুনা ইপাক হুনা চাক্লকলে।
মচা মনাই ময়াম কৌশিল্লকলে,
নীল, পীত, শঙ্খ চূড়, কুমুদ
কর্কট, প্রখর, চন্দ্র, ছটা
লালগী শেম শারো তাকপিরে কালিনা।

লুপথখরে শ্যাম তুরেল মখাদা,
চিংই কালিগী মমৈ পায়দুনা।
কালিনা খাংই অকনবা থাদুনা,
মমৈনা য়েৎশিল্লি শ্রীকৃষ্ণবু।

নাম্ভোকলে কৃষ্ণ লিলগী মমৈদগী
অদুগা শুরে খুদুম্না বজ্রগুম্।
মকোক ভাওরে কালি খাংবা ঙমদে
পাঙ্গল হল্লে শক্তি পুন্নমক মাঙ্লে।

নন্দ যশোদানা পাও তারে মচাগা কালিগা অকনবা লাল থেংনরে হায়বা

অমঙ্গল পুন্নমক থুংলরে ব্রজদা,
শঙ্গাইশেন পাইরে ধুমকেতু থোকলে।
ঈগী নোংসু চুরে মফম খুদিংদা,
কপলি যমুনা ঈথক ইপোম হৌনা।

মকু খোংই, কাক্সা লাক্ল লাক্ল খোংই,
কোনুং চংদুনা লমহুই খোংই তোইনা।
হুই ময়াম কপলে মতম চাদনা,
নন্দ যশোদা লোইনা কপনরে।

চেল্লকলে নন্দ যশোদা রোহিনী
প্রজা ময়াম লোইনা মিপাইনরে।
কপলে যশোদা পীরাং শিঙ্হনা,
মাইকৈ মমলে উদরে করিমত্তা।

শ্রীসঙ্কর্ষন বলরাম্না থেমজিল্লি
হে ইমা। গোপালসে করি তৌরোইনে।
বাবিরুনু ইমা উকল লৈরিনে
হরিনা শৈগ্নে শ্যাম্মু মতম পুম্বা।

য়েংউনে ইমা তারিবা খোঙ্গুলসে
ইনাও শ্যামগীনি কনাগীসু নত্তে।
শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, ত্রিকোন
অষ্টকোন, ধনু, শন খোংগুন, থা মচেৎ,
ঙা, ঘট মরি আকাশ স্বস্তিকম, ধবজ
বজ্র, অংকুশ, রেখা তরামাপলনি।

নন্দ যশোদানা কালিহ্রদ যমুনা মপান য়ৌরক্লে। ব্রজ বাসি ময়াম তিল্লম্মী। রাখাল ময়াম্না লৈমাইদা ওন্দুনা কপলম্মী কোইচেন চেন্দুনা যমুনা মপান্দা অদুগা হায়রকই "ইতাও কাহ্নাই নং শিরবদি — ঐখোইসু যমুনাদা চোংথদুনা থবাই থাগনি।"

নন্দ যশোদানা তেংথাদুনা কপলম্মী। উরী বারি অপুম্বা মমিত্তা মপি তারি। মাইকৈ ঙাকপা লাইশিংনা চেন্নরি মাইকৈ খংদনা। মখাদা শৈরেংগী মওংদা অমুক ইজরি।

## শৈরেং

তেংথাদুনা কপই নন্দ যশোদা,
নুংঙাইয়ু তমলমদে নন্দ ঐসে।
যশোদানা হায়রকই ইচাগী দশাসে
ওহ্মোক্লা কনখরে লোইবা নাইদে।

পুতনানা ইচা হাৎকে তৌখিবা,
পোকপা নুমিৎ তরানিদা ঙাইরিঙেদা।
তৃনাবর্ত্তনা পুখৎখি নোংদোন্দা
ইচানা তারকখি তৃনাগী থক্তা।

অশিদসু নত্তে ইচাগী দশা,
শকটাসুর, বকনসু হাৎকে তৌখি।
যম্লার্জ্জুন উপাম্বীনা নন্দুনা
শিগদবদা হিংখিবনি শ্যাম।
হরিগী থৌজাম্না কনবিবনি।।

ইমাবু করি ওইরসিগে গোপাল
ইমাগী থৱাই ইমাগী শন্থু।
নং লৈত্রবদি ইমাসু শিনি,
অয়ুক্কী কোরৌ নুমিদাং থাজ।

রাম্না লাওরকই হে ইনাও কাহ্নাই
মতম ওইরে কালিদমন তৌরো।
ইমা শিখিবনা হানবা তারে,
ঐ য়েংবা ঙমদরে ইমাগী মতৌ।

ফাওগৎলকলে শ্যাম ইরোন্নুংদগী,
কালিগী মতোক চামদা তোংদুনা।
মমৈ চেৎনা পায়দুনা কৃষ্ণনা,
লানবিরগে ফৎত্রবা কালিসে।

ঙাংনরে ময়াম ফাওগৎলকলে শ্যাম্
য়েংউনে চাওরবা লিলগী থক্তা।
ফজৈদকো নন্দগী মচাসে,
অকিবা অমত্তা খঙ্দেদকো।

যশোদানা লাওরকই নংবু লিন্না,
চিক্কুনা শিরোইদরা হা গোপাল।
অঙকপা থবক ঙাক্তা তৌবসে,
করি মতৌনো গোপাল নংসিবো!

## কালিগী থক্তা কৃষ্ণনা তাণ্ডব জগোই শাবা (কালিদমন)

তাণ্ডব জগোই শারকলে কহ্নৈয়া
মতোক চামদা চোংদুনা চোংদুনা।
খোংজি মখোলনা নিঙ্লি ঝন ঝন ঝন ঝন
চুড়ানা হাইরি ৱাহোং পাইবগুম্।

যমুনা ইপাক্তা চাওরবা কালি,
লুপফেৎ লুপফেৎ তৌনা ৱানা খাংজে।
শ্যামগী বিশ্বরূপ পুঙমদে কালি,
ঈখেং হাথরে মত্রোক খুদিংদা।

কালিনা হায়জে হে কৃষ্ণ গোপাল
ননাইনা লানখিবা ঙাকপিয়ুনে।
শ্যামগী বাঁশি শুরবু তাজবদা,
অবাবা কোকলে কালি রাজাদো।।০।।

## কালিগী প্রার্থনাদা পেনবিরবা কৃষ্ণ

খুরমজে কালিনা কৃষ্ণগী চরন্দা,
মমৈনা শ্যামগী খুয়া থম্বাল শোক্লা।
খুৎ লোন্নদুনা মাগী নুপীশিংনা,
হায়জরকই কনবিয়ু মবুংঙোবু।

পেনবিরবা কৃষ্ণনা তাকপিরকই,
হে কালি নং চৎলো রমনক্ দ্বীপতা।
নংগী নুপী অঙাং লোইনা পুদুনা
নুংঙাইনা পাল্লুরো মফম 'দুদা।

মুণিগী শাপনা চংবা ঙমদে গরুড়
হায়রিবা রমনক্ কৌবা দ্বীপতুদা,
কৃষ্ণ ঐনা হায়রিবসে তারো কালি
চাবা তৌররোই গরুড়না নংবু।

কালিহ্রদদা দান ধর্ম্ম তর্পন কৎপা
পিতৃলোক্লা পেনবিবা ওইরসনু।
শাগৈ অনি পুন্না লাঞ্জবা ঙস্মু
পুঙমদ্র পাপ পুম্বা কোকপা ওইসনু।

নংগী ঐগী কালিহ্রদ লীলাসি,
ভক্তি তৌনা তাজরবা মীশিংদো
লিলগী অকিবা লৈতবা ওইসনু।
নিংজবা পুম্বা থুংবা ওইরসনু।
ফংঙমদ্রবা বৈকুণ্ঠ ফংজসনু।

স্বর্গদগী লাইয়াম্না পারিজাৎ
খিকথরকখি যমুনা ঈপাক্তা।
কচ্চখি শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা,
অমৃত ওনখরে ঈশিং ঈপাক।

কৃষ্ণবু খুরম্নগা কালিদো,
চৎখরে নুপী অঙাং পুদুনা
কালি তাম্থোকখিবা ইরেন অদো
কালিহ্রুদ হায়না তীর্থ ওইখি।

কালিগী থক্তগী কুমথরকপা মতমদা গোপালবু নন্দ যশোদা অনিনা, কোঞ্জে চেৎনা যশোদাগী মথানুংদা

নন্দ যশোদা অনিনা মচাবু
নান্দুনা নান্দুনা চুপচৈ লাইবক্তা।
ইমাগী মনি অশংবা গোপাল,
নংবু কনবিরে শ্রীগোবিন্দনা।

গোপ গোপী পুন্নমক্লা থবাক য়ৈ,
শ্রীকৃষ্ণবু মিৎ কুপ্তখে য়েংজেদো।
চাওরবা লিনগী থক্তা হে শ্যাম্ নংনা
শাবা জগোইগুম্ লৈরোই জগত্তা।

ফজেদা শ্যাম গোপগী থবাই ওইবা,
খুৎনা নৌবনে খুজিনা লংবনে।
নোংথাং কুপকুম্মি লৈনা লৈনা শাবা,
ফন ফন চোংনা চোংনা কোকয়াম মথক্তা
অমুক হন্না উররোই জগোইদো।
মহাদেবনসু ঙমলোই শাজবা।।

নুংঙাইবা ইপাক্তা তাওরে পুন্নমক
কালিবু তাম্থোকপা যমুনাদগী।
অকিবা কোকপিরে প্রজা পুম্বগী,
হরিগী থৌজান্দি মপান নাইদে।

## শ্রীকৃষ্ণবু থাগৎপা

কৃষ্ণগী তৌঙম্বা শক্তি উবদা
থোইদোক্লা ঙকখরে প্রজা পুন্নমক।
ফত্রবা কালিবু খুদুম চন্দুনা,
হবু অমৃত ঈশিং ওলহন ঙম্বা।

লেংখৎলে শ্যাম তোর্ব্বান্দা উনরে প্রজা,
য়েৎনা থম্বাল ওইনা বাঁশি পায়দুনা।
লেংশিল্লকই তপ্না তপ্না মোমোন নোকনা,
পুর্ণিমা থাজগী মাইথোং থা ওমজনা।

সখাশিংনা চেৎনা কোল্লি কৃষ্ণবু
হিক হিক কপ্তুনা লাইবক্তা চুপ্তুনা।
নংগা মরুপ ওইবনা কনা কিদে,
লাইবক ফৈদা গোপ ঐখোইসে হে শ্যাম।

ব্রজ গোপীশিংনা ঈশৈ শকলম্মী,
কৃষ্ণগী মগুণ শৈথা - শৈথাদুনা।
গোপ গোপী ঐখোইবু হে শ্যাম নংনা
চিংখৎপিবা, কনবিবা লাকপরনে ?

পেল্লে ব্রজ বাসি ঐখোই পুন্নমক
শাওবরা নং ননী হুরানবা হায়বদো ?
নুমিৎ খুদিংগী পুরক্কনি ননী,
নংগী চানবা নমাখোইনা শোয়দনা।

কৃষ্ণনা ময়ামদা খুৎ লোন্নদুনা,
হায়জে হৌজিক চৎপা মতম নত্তে।
নুমিৎ তারে খুদোং থীবা থোক্কনি !
লেক্লসি অহিং উখোংদা ফমদুনা।

## লাম্মৈ হৌদুনা চাক্লকপা
## কৃষ্ণনা লাম্মৈ থকপা

খণ্ডহৌদ লাম্মৈ হৌদুনা চাকলকলে,
শা, ঙা, জীব কয়া মৈশানা শিরে।

ময়াম পুন্নমক থোইনা মিপাইনরে
চাকলিবা অকনবা লাম্মৈ উবদা।
হে কৃষ্ণ কনবিয়ু ঐখোইবু মুক্তা,
চেনফম খংদে শজিগুম শিবা তারে।

থকচিনখরে মৈয়ামদো শ্রীকৃষ্ণনা,
য়া কাথোক্তুনা বিশ্বরূপ শক্তম লৌনা।
কিবনা ময়াম্না মিৎ উইশিল্লিঙৈ,
ময়াম্বুং রামদি উহৌই পুন্নমক।

মোমোন নোকই দাউজী বলরামদো,
হে শ্যাম নংবু ইনাও ওইবা লাইবক ফৈ।
নংগী অংশনা ওইবা নয়াম্বা ঐনি,
নংগী লীলাবু করম খঙ্গনি ঐনা।

নোংঙাপ্লে হৌগৎলে প্রজা পুন্নমক,
ময়ুম ময়ুমদা লোইনা হন্নরকলে।
যশোদা মমানা মচা গোপালবু,
নিংথিনা ইরুবিরে তক নান্দুনা।

## প্রলম্ব হিংচাবা হাৎপা

রাম কৃষ্ণ মচিন মনাওনা নুমিৎ খুদিংগী শন শেনবা চৎলি কায়দনা বন বন খুদিংদা শনয়াম হোইদুনা সিদাম সুদাম সুবলনচিংবা সখাশিং লোইননা। ফজ ফজবা ফিরোলতনা লৈতেংই, রাম কৃষ্ণ অমদি সখা ময়াম্না ব্রজ গোপী মমা মমানা শেৎপিদুনা। কনানা ঈশৈ শকই, কনানা মচিন্না পুংলোন য়ৈরি অদুগা শ্যাম্না বাঁশি খোংলি খুৎখৎ তোইনা নুংশিবা শুর হাপ্তুনা শনয়াম্বু তাহন্দুনা তাংথক নাইদনা চৎহল্লি। কনানা শিঙ্গা বেনু খোংলি ব্রজগী লম্বীদা চৎনা চৎনা অমগা অমগা য়েংন য়েংনদুনা। কয়াদা নুংঙাইবা গোলোকী হবিনা মনাইশিংগা ষনশেন লীলা শান্নবা।

সিদামনা কৃষ্ণবু থাগৎপা

সিদাম্না হায়রকই য়েংউ য়েংউ
ঐখোইগী শ্যামসে ফজদরা ?

শ্যামগী কোক্তা ৱাহোংগী চুড়া
খুত্তা বাঁশি খ্বাংদা স্না ফিজেৎ
চরন্দা নুপুরনা নিল্লিবা,
ঝন ঝন ঝন ঝন ঝন ঝননা ঝন ঝন।

সুদামনা বলরাম্বু থাগৎপা

সুদামনা অমুক হায় তারো শ্দাম
ঐখোইগী রামসে ফজদরা ?

রামগী কোক্তা অশংবা কোয়েৎ
খুত্তা য়োৎচৈ খ্বাংদা শংল ফিজেৎ।
লুপানা ফুদোংবা নোংশাগুম্বা,
থম্বৌ খুবোম চরন্দা নুপুরনা
নিল্লি লাওরি রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু।।

সখা ময়াম পুন্না শাকলি ঈশৈ

তাকপিরম্মী ইপা ইপুশিংনা,
কাওগনু ঐখোই গোপ জাৎনি।
শেৎচরি চৎনবী ফিজেৎ ফিরোল,
চুড়ানা লৈতেংলি কৃষ্ণগুম্না।

খুণ্ডা শাজৈ খ্বাংদা পুল্লি চয়োম
অহাওবতা শেমদুনা পুরিবা।
রারগা চানবা য়োমলকপনি,
নুংশিরবী ঐখোইগী ইমানা।

হৈ হৈ লাওনা যন হোইরদুনা,
য়ৌরকলে নিংথিরবা ভাণ্ডিরবন।
হানৌ হৌবা শংবান্ন তপ-বন।
পীজৈদো শনয়াম অশংবা শজিক,
চাজৈদো অনৌবা খন - খন্দুনা।

ভুংগী থৌদোক খঙলবা শ্যাম্না,
হায়রকই তারো রাখাল নখোই।
ঙসিদি নম্নবী শান্নসি —
মাইথিবনা পোদুনা চেন্নসি।

য়ারে য়ারে ঐখোই পুম্নমক,
শান্নরে অনি অনি ওনশিন্ন।
সিদামনা নম্মী শ্রীকৃষ্ণবু,
অঙকপনি হরিগী লীলা।
শ্যাম্না পোদুনা চেল্লি শৃদাম্বু।
মনাই শৃদাম্বু ঙমহনবনি।

কংসনা থাবকপা প্রলম্ব
যাওববে বাখাল শাবদুনা।
নম্নবে বামগা হিংচাবগা,
বলবামনা নমদুনা থমলে,
মাইথিবে হিংচাবা বামগী খুত্তা।

হাযনবা মতুং ইন্না বাম্বু,
হিংচাবনা লেংবান্দা পুবে।
চেল্লকলে ভাণ্ডিববন হেন্না,
কংসগী নাক তান্না পুগে হাযনা।

মাযা খঙ্‌লে সঙ্কর্ষন বান্না,
খংলুম লূমথবে শ্রীবামগী হকচাং।
পুবা ঙমদবে বলবামগী অকন্বা
হিংচাবা মাযা কাযদুনা লেপ্লে।

অকনবা লাল থেংনবে বামগা,
হিংচাবগা কাওনৈ থিন্নৈ নমনৈ।
থবো থবো ওন্নৈ লৈমাইদা,
বামগী বজ্র মানবা খুদুমনা,
শুবদা বাম্বুবে হিংচাবা,
মকোক মনুং চংখবে প্রলম্ব,
হিংচাবা শিবে বামনা হাৎলে।
লংথোকখবে যুথক অনি লাপ্না।।

লাওনবকলে সখা মযাম্না,
বামনা জয ওইবে বামনা জয ওইবে
কল্লিদকো হে বলবাম নংসে,
নংনা হাৎলে চাওবব হিংচাবা।

## বৃন্দাবন্দা হৌরিবা উপাল উরীনচিংবা জীবশিংদা কৃষ্ণগী মাধুর্য্য রূপপু দর্শন পীনবিবা

বসনা থল্লবা অমৃত ঈচেলনি,
ইখৌতা লাংলবা শ্যামগী ষনশেল লীলা।

ব্রহ্মা শিবনা নিংবদা খঙ্‌ঙমদ্রবা
থুপ্লবা মাগী গোপগী পুন্সিনি।

স্বর্গগী লাইশিংনা কুম্মৈ য়েংনিংদুনা,
কদম তোমাল উরী উপাল ওইনা হৌরি।
নিতিগী শান্নরি বৃন্দাবন্দা শ্যাম্না,
য়েংবিরি থৌজালগী নুংশিবা মিৎয়েংনা।

যেংবগী পেন্দেদা হে গোপাল কহ্নৈয়া,
তঙাংবা চিনবান্দা মুকুলী থোল্লিবা।
খুৎচা তরানা মরোল হাপ্পা খোংবদা,
থম্মোই ইথক হৌরি ষনবী শন্নাও মযাম,
তু চুংনা তাজৈদো উরী উপাল খিবিক।

জীবগী নিংজবা থুংহনবিগে হায়না,
পীনবিবি দর্শন শনয়াম হোইদুনা শ্যাম।
শ্যামগী মাইথোং থাগী অমৃত রসবু
চুপহল্লি (ফংহল্লি) বৃন্দাবনগী জীবশিংদা।

কোকিলনা খোংলিবা মিহৌর শুরনা,
ৱাহোংনা শাজরি মশা ফল্লদুনা।
কাংঙনা চেল্লিদো নোইনা নোইনা লেম্না,
জগোই শারিদো শ্যাম লোইননা জীবশিংগা।
কয়াদা চানবিবা শ্রীহরিনা জীবশিংবু।।

কৃষ্ণগী মুর্ত্তিবু মমি তাহনবিরি,
থম্মোই থম্মোই খুদিং ব্রজ গোপীশিংগী।
চোংঙা তেনবানা শকচরি কৃষ্ণনাম্
চেল্লাগী নুংশিবা য়াৱা খোম্থাং শুরনা।

ৰূপ বস গন্ধ স্পর্শ নুংশিবা ৱাঙাং
সাম বেদগী মপু কলাগী হৌরকফম্।
নংগী ৰূপতবু উজরবা জীবনা
নংগী অঙ্গবু শোকচরবা জীবনা
ফংবনি বৈকুণ্ঠ পাপ কোল্লদুনা।
পোকপা শিব অমুক লৈররোই জীবদো।

ব্রজগী প্রেম রস মহাও তংবিরি
বৃন্দাবনগী প্রেমদা শান্নরি কৃষ্ণনা।
লাইবক ফৈদা হে ব্রজ ভূমি বৃন্দাবন,
কৃষ্ণগী লীলা শান্নফম প্রেম পোক্লফম।

মীওই মপোক্তা পোক্তুনা হে কৃষ্ণ,
চহি তবেৎ ফারে কিশ্বোব বয়স চংলে।
স্না ফিগেৎ থোক্লে লিক খুজি লৈতেংলে,
শুমহৎলে জগৎপু চুডা বাঁশি থোন্দুনা।

কাম দেবনা কোইতান তান্নবি কৃষ্ণবু
ফজবা অনৌবা বাশি হাপকে হাযনা।
কামগী মবুংঙোনি কৃষ্ণ কৌবা মহাকসে,
লক্ষ্মীগী থম্মোইবু লাংতক্লহনবনি।

প্রেমগী ইপাক্তা তাওবা হৌবক্লে হে শ্যাম,
কনাগী প্রেমনোনে বাধিকাগী প্রেমনি।
ব্রজ গোপীশিংদা প্রেম পীগে হাযবনি,
গোপী পুম্বা ঙাওবে কৃষ্ণগী প্রেমদা।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণগী রূপ (কৈশ্বোর বয়স)

ফুইনা নোংহৌ কুচুনি শ্যাম,
চুডা চেপ্না লৈতেংবনি।
স্না ফিগেৎ থোনবনি,
পকচৈদা ফজে কিঙ্কিনী।

ঙাংঙ্গা মচু ইন্নফিনা,
মাংদা যাষ্টে চুমথাংগুম্না।
লৈতে লৈরোইনে জগত্তা,
শ্যামগুম ফজবা শকফমসে।

শবদ পুর্ণিমা থাজগী,
ইংল মাইথোং ঙমজবা শ্যাম।
লাইবক্তা কস্তুরী চন্দন,
মযাইদা বিন্দু নমলিবা।

লীরুংগুম্ খোইবা পীশুন্না,
কাম কোটি কোটি হেল্লিবা।
থম্বাল লকানা তাংজবা,
মিৎস্নানা মোমোনতা নোকপা।

থোইদিং মপান্না তাংজবা,
নাতোন্না কযা নিংথিজৈ।
তয়ান ঙমজবা চিনবান্নি,
কফোইনা ইকাইবা যাতানি।

ঙাংথোক শক্তোকপা ৰাঙাংনা,
কোকিল শুব হেন্না নুংশিবা।
থম্মোই খুদিং জয় তৌঙম্বা,
নন্দগী মচা হে কৃষ্ণ।।

কৌস্তুভ মনিনা ওক্তা,
স্নাগী লিকফাং থোল্লিবা।
কুণ্ডো পবেংনা সংবান্ন,
থবাক্তা উবোক পবেংগুম্।

স্না খুজি খুদোপ তান্না,
নোংথাংগুম ইবং লংলিবা।
হাইনা হুমলি বৈজন্তি,
মালানা খু যৌনা চোন্না।

পুক্লিং হুববা শকফমনি,
বাশিনা যোল্লবা হে শ্যাম।।
মথেক অহুমদা বাহোংগী,
চুডানা লৈতেংবা কৃষ্ণ।
চিনবান্দা বাঁশি থোন্দুনা,
থুল্লবা শুবনা খোংলিবা।

তাজৈদো বাঁশি শুববু,
যমুনা ঈচেল চেনখত্তুনা।
কাযহল্লি মুনিশিংগী ধ্যান,
লেপহল্লি নুমিৎকী খোংচৎ।

শম্বী শন্নাও চেল্লকপনি,
ময়াদা নাপী চিক্কুনা।

খাংজৈদো রাধানা পুক্লিং,
হকচাং তনিক তনিক্লা।
নুংশিবা শুরনা লকাদা,
য়েবদা য়ুম্বিগুম লেপ্পী।

সাম বেদগী শক্তম ওইবা,
নটবর বেশ থোক্লিবা।
কলা সংস্কৃতিগী মপু,
পুন্নমক খঙবা হে কৃষ্ণ।

রাগ তাননা তুং ইল্লিবা,
জগোই খুথেক খোংথাংদা।
চোংলে ফজৈ লৈরে পকচৈ
পুক্লিং হুরবা শকফমনি।

চরন্দা নুপুরনা নিল্লি,
রুনু রুনু ঝুনু ঝুনু।।
নুমিৎ মঙান্না নঙান্নি,
থাজ কোটি হেন্না ইংবা
বায়ু কোটি হেন্ন কনবা,
ব্রহ্মাণ্ডগী মপুনি নংদি।

অহানবা পরং ব্রহ্মনি,
কৃষ্ণ গোবিন্দ কৌবনি।
ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরবু,
পুথোকপনি জগৎ শেম্নবা।

নংতনি লৈহৌগদবা,
প্রলয়গী মতম লাক্লবা।
দেবা দেবী পুন্নমকসে,
তিনখিনি নংগী অঙ্গদা।।

নন্দ যশোদা মপারি,
গোপগা যন শেনমিন্নবা।

গোপ গোপী থৱাই ওইবা,
রাধাগী চান্নথোইবা শ্যাম।

গোলোক গোকুল বৃন্দাবন্দা,
রাস শান্নরিবা হে কৃষ্ণ।
খুরমজৈ সচ্চিদানন্দ,
মুরুতি ওইবা গোবিন্দ।।

প্রেম ভক্তিগী তুংনফম্,
মুণি ঋষিগী নিংনফম্।
হোম, তপ, যজ্ঞনা ফংঙমদ্র,
ভক্তগীদি মখা পোনবা।

তোল্ল তারগী মবুংঙো,
সাধু বৈষ্ণবপু কনবিবা।
যুগ যুগ খুদিংগী ধর্ম্মবু
য়োকপিবা হে ভগবান।।

## বর্ষা ঋতু

হৌখরে ওলাংথা, থুংলরে নোংজুথা,
কুপখরে অতিয়া, নোংনা পুম্মম মমলে।
নোংলৈ নুংশিৎনা লৈনা লৈনা শিৎলে,
নোংথাং কুপলে খাক লাওনা পৃথ্বি নিকলে।

নুংশানা চাক্লবা, খাঙ্ঙমদ পৃথ্বিবু,
অৱাবা কোকপিরে, কুমগী নোং চুদুনা।
পুথ্রি খোংবান থল্লে, পাৎকী ইমাই চোল্লে,
য়াঙ্গংবী তুরেলশিং লোইনা মশা নোইরে।

ঈশিংগী জীবশিং; হরাও মথোই কারে,
চোংদুনা শান্নরে, ইরোইদুনা ঈশিংদা।
ইপাক্তা ইনুংদা, চাদুনা লুপ্তুনা,
শারম্বা কোক্তুনা অইংবা ফংজরে।

মাইকৈ পুম্বা শংলে, শিরুবা হিংগৎলে,
হৈপাল লৈপাল পুম্বা, নৌনা য়েন্নিং চোংলে।

লৈরাং খিবিক পোমলে, নোক্না লৈশা্ৎ তমলে,
ফুগাইনা শাৎপা লৈরাংদা খোইমু ইল্লে।
চরাম্না খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইরে,
লৈকা খুদিং পেন্না পেন্না লৈহী চুপলে।
লৈরাংনা কয়াদা হরাওনা পেঞ্জবা,
মবুংঙো খোইমুবু উজবা ফংবদা।
নোংগী মপৈ মপৈ — সুম সুম পাইখিবগুম্,
চেম্থরি তুরেলসু হল্লকপা লৈতনা।
লৈরাংনা লৈখোক লোয়রগা কেন্নখিবগুম্
লুপখিনি জীবসু মতমগী ঈপাক্তা।

## যমুনানা হরাওনা জগোই শাবা

শংবান্নবী যমুনা, হোংলে ফজবা চরৈ
হরাওনা জগোই, শারে, ইথক ইপোম থেক্তুনা।
লৈনা লৈনা শারকলে, তোবর্বান চাংজৌ থেংদুনা,
মবুংঙো শ্যাম লাকপদা, উৎচনিংবা খুথেক্লি।
গোলোক্তা বিরোজানি মর্ত্তদা যমুনানি,
কৃষ্ণগী লোইনবিনী, চান্নবীনি সখীনি।
তুরেলগী শক্তম লৌনা, চেনবনি বৃন্দাবন্দা,
মবুংঙোগী সেবাবু তৌজগে খন্দুনা।
ইরোইদুনা শান্নরে, যমুনাগী ইপাক্তা,
রাম কৃষ্ণ মচিন মনাও, রাখাল ময়াম লোইননা।
থকচরে মবুক থন্না শম্বী শন্নাও পুন্নমক,
ইংলবা যমুনাগী অমৃত হেনবা ঈশিং।
যোগী ঋষি কয়ানা উনাগী খাংপোক খল্লে,
অকনবা তপ তৌজরে কালিন্দীগী তোবর্বন্দা।
শোঞ্জরিনে তত্তনা জয় শ্রীবৃন্দাবন,
জয় জয় রাম কৃষ্ণ গোপ গোপীগী থরাই।
সুম সুম চৎখি মতমনা, লাকলে শরদ ঋতু
মংলম্বা বর্ষাগী নোং, মাংখরে খংহৌদনা।

ঙাল্লকলে থাজ মানা মঙাল কোটি কোটিনা,
খিকথরি মেংল ইপোম্ মালেম ইমা মাইথোংদা।

হৌরিবা কল্প বৃক্ষ নিংথিনা পরেং পরেং,
য়েৎচরি মনিং তন্না নৌজবী উরীতনা।
শাৎচরি লৈবাং লৈকা ফন্না ফন্না কেজনা,
ইঙৌ ঙৌনা থাবলনা চামথোক্লবা মাইথোংনা।

লৈপাম্বা খোইমুশিংনা ঙংনা ঙংনা পাইদুনা
চুপচরি লৈরাং লৈহী, লৈকা খুদিং তোংদুনা।
ফজরে নিংথিজরে থাবলগী ঈপাক ইপোম্
চীংজাওনা ইমু মুনা লেপলি সমুদ্র ইথৎকুম।

## শরদকী থাবলবু য়েংবদা গোপীগী থম্মোইদা কৃষ্ণগী মমি তাবা

হো শরদ থাজ ও মেংনা ইংনা চৎলিবা,
নঙাল ইপোমনা তাইবং থম্মোই শুমহৎলিবা।
মূনা মূনা য়েংবদি নংনা মোমোন নোক্লা
ব্রজ সখীগী মতৌ য়েংবরা হায়য়ুনে।

থাজ নংবু উরগা সখী ঐখোইনা
নিংশিংই নন্দগী মচা শকহেনবা শ্যাম।
তুম্বা চাবা থকপা মিকুপ খুদিংমক্তা,
মাবুতা উজৈনে য়েংউ যেংউ মাইকৈ।

থাজ কোটি হেনবা শ্যামগী মাইথোং থানি,
থম্মোই খুদিংবু অইংবা পীনবিবা।
হো থাজ নংদি মপান্দতা ঙানবনি,
শ্যাম্না ঙানবদি থম্মোই অতিয়াদনি।।

## ব্রজ সখীশিংনা শ্যাম্বু মিহৌবা

ফজৈদকো হে শ্যাম অৱাৎপা লৈতেদা
বিধিনা শেম্বরা নংবু ব্রজগীদমক।
ফুইনা নোংহৌ ঙম্বা চুড়ানা লৈতেংবা,
খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা পকচবা।

ষন হোইদুনা চৎনা চৎনা বাঁশি খোংবা,
চরন্দা নুপুরনা ঝন ঝন ঝন নিল্লিবা।
বাঁশিগী শুর তাবদা চেনশিল্লকখিবা,
ষনবী শন্নাওশিংনা মমৈ ফিরান শানা।

ঙমদবা লৈতেদা হে শ্যাম নংগী বাঁশি,
চাক্লবা থম্মোইবু অমৃত খিকপিবা।
জগত্তা শান্তি পুরকপা বাঁশিগী শুর,
লেপ্তুনা তাজেদো নুমিৎকী খোংচৎনা।

নুংশি প্রেম য়াওরবা শ্যামগী বাঁশি শুর,
তনিক্লে থম্মোই ব্রজ সখী ঐখোইগী।
মিকুপ অমত্তং শ্যাম নংগী সেবা ফংজগে
পোকপগী মহৈ য়াঞ্জগে চানবিযুনে।

যোগী ঋষিশিংনা ধ্যান কায়দুনা লেপচৈ
তান্নজে নখোং থম্বাল ফংজগে হায়না।
যোগীবাজ সিবনা চীংনুংদা ফমদুনা,
নংগী বাঁশি শুর তাবদা প্রেম শিঙ্থরি।

নংবু পোকপী যশোদা রাণীনা নংগী
বাঁশি শুর তাবদা বাসল্য প্রেম হৌবা।
কবিনো খংদেনে কনানো নংবু শ্যাম্,
জগৎকী মপু শ্রীহরিনা লাকপরা?

## কত্যায়নী পুজা
## শ্রীকৃষ্ণবু মপুরোইবা ওইগে হায়না

পুক্লিং ৱাখল চপ মান্ননা লেপ্লদুনা ব্রজ গোপী ময়াম্না লাক্লে পুল্লপনা যমুনা মপান্দা কদমগী মখোংদা অদুগা কত্যায়নী দেবীগী মুর্ত্তি লিংখৎচদুনা পুজা কচৈ। হে ইমা! চানবিয়ু গোপী ঐখোইবু, কচ্চরি অথুম অহাও শন্দেশ মখল ১৬ শুনা শেমজরিবা পুজা অসে লৌবিয়ু লৎনদনা। নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা প্রাত: স্নান লোইরগা অশেংবা ফী শেত্তুনা থম্বাল অশংবা অমমম পায়দুনা লাক্লগা পুজা কচৈ থা অমা চুপ্না। হে ইমা: চানবীহৈবী পীনবিয়ু বর অসিতা নন্দগী মচা শকহেনবা শ্যাম অসে ইপুরোইবা ওইজগে।

পেনবিরবা দেবীনা পীনবিরে বর — নখোইনা নিংবা থুংজরো!

দেবীদা পুজা কচ্ছবা অদুগী প্রার্থনাদো শৈরেংগী মওংদা মখাদা ইজরি।

## শৈরেং

কচ্ছরি প্রেম পুজা হে ইমা ইমা:
কত্যায়নী দেবী চানবী হৈবী।
চানবিয়ু ব্রজ গোপী ঐখোইবু
লৌবিয়ু পুজা লৎন লৈতনা।

খঙ্জদে যন্ত্র হৈজদে মন্ত্র,
থম্মোইগী লৈরাং কচ্ছবা নত্ত।
অশংবা থম্বাল লৌবিয়ু লৎনদ,
লৌবিয়ুনে লদু ননী মাখোলসু।

পীনৌনে নন্দগী মচা শ্যাম্বু
ঐখোইগী ইপুরোইবা ওইজগে।
মিকুপমত্তং ওইরবসু মাগী
ফংঙমদ্র চরন সেবা ফংজগে।

পেনবিরবা দেবীনা হায়রকই,
হে গোপী নখোই নিংজবা থুংজৌ।
শান্নরো যমুনাদা ইরোইদুনা,
লাক্কনি শোয়দ শকহেনবা শ্যাম।

কত্যায়নী দেবীগী য়াথং মতুংইন্না গোপী ময়াম অদো লৈরাইদা মাগী মাগী ফি মলগা যমুনাদা ইরোইদুনা শান্নে। ফজরবী গোপীশিং বিদ্যাধারিনা ওনবা নোকপদা রাশি নরবীশিং, নোক্না নোক্না কাম্বু পোক্লবী কৃষ্ণবু শুমহৎকে মওংনি মতৌনি। শান্নরি মগা অমগা ঈশিং চাইনদুনা।

## বস্ত্র হরন লীলা

## গোপীশিংগী নিংজবা মহৈ য়ালহনগে হায়না যমুনা মপান্দা কদমদা কৃষ্ণনা ভাম্ভোইবা

গোপী প্রেমনা পুল্লদুনা রাসরাজনা
লেংলকলে তুমিন্না যমুনা মপান্দা।

কদমগী মথক্তা কাখত্তুনা কৃষ্ণ
গোপীগী কুম্মৈবু যেংই থবাই তানা।

দেবী' বববু থুংহনবিগে খন্দুনা,
পুথোকলে কৃষ্ণগী শুমহৎপা মুর্ত্তিবু।
বাহোং মতুগী চুডানা লৈতেংলি কোক্তা,
কুণ্ডো পরেংনা যেৎলি চুডা মখোংদা।

লাইবক্তা চন্দন থবাক্তা কৌস্তুভ মণি,
স্নাগী লিক্না লৈতেংলি ঙকশমদা।
শংবান্ন থবাক্তা মুক্তা পবেং হাইবি,
অনৌবা নোংহৌদা উবোক পবেং পাইবগুম্।

খ্বাংদা স্না ফিগে মণিনা হৎলবা,
নোংথাং কুপ্পগুম্ ইবং ইবং লংলিবা।
থাবু ঙমজ মাইথোংনা মোমোন নোক্কুনা,
খিকপিবে অমৃত যমুনা ঈপাক্তা।

হবিগী যাথং ইল্লদুনা নুংশিৎনা
খোমদুনা পুবক্লে গোপীগী মফিশিং।
কদমগী মখোংদা ফিতনা পৈববে,
গোপীশিংগী নিংবা থুংহনগে খন্দুনা।

খোংলে শ্যামগী বাঁশি কদমগী মথক্তা
খুখৎ তোইনা থম্মোই ইহৌব শুবনা।
কামগী ইথক হৌবে তাবদা বাঁশিগী শুব,
ঙাওবে গোপী পুম্বা শ্যামগী শক্তম উবদা।

হাযজৈদো গোপীশিংনা খুৎ লোন্নদুনা
খংদববা হে শ্যাম অবাবা উবিদে।
কাখৎপা যাদবে তুবেলদগী ফি লৌবা,
ইকাইথিবী নুপীনি খংদববা শ্যাম।

ঈশিংদা কযা কুইনা লৈগনি হাযযু,
কনানা ফি পিবিনি শ্যাম নং নত্তনা।
ব্রজদা মিংচৎ থিবী ওইহল্লগেবা,
অসিগুম্বা ফিভমদা ফি লৌরবদি।

লাওজৈ দুখী: শ্যাম দাসনা গোপীশিংদা,
হায়জৌনে নখোইনা শ্যামগী শ্রীচরন্দা।
পীনবিবা হরিনি ফংগনি শোয়রোই,
ফিসু ফংগনি, নিংজবসু থুংগনি।।০।।

## গোপীশিংনা ফি নিজবা

খুবাম চাংজৌ লোন্ন ইকাই নুংশি যান্ন
হায়জৈ গোপীশিংনা শ্যামগী শ্রীচরন্দা।
পীনবিবো ফি চানবিদুনা ঐখোইদা,
ইংবনা লৈঙমদরে ঈশিং মনুংদা।

করিনো ইবুংঙো কবম্না লাক্তুনা,
ঐখোইগী ফিবু হুরিবনো নংনা।
নুপীবু থৌওইদনা খনবরা হে শ্যাম,
অহল লমন হিংলি নিংথৌ পাল্লি খংদরা?

## গোপীশিংগী ৱা তারগা কৃষ্ণনা তাকপিরকই

নোংলৈ নুংশিংনা হুমদুনা পুরক্লবা,
মাঙ্খ্রদবা ফিযাম ঐনা থম্বীবম্বনি।
কোমদা ভাববা ষনবু চিংখৎলগা,
মীবু বাইগে হাযনা তান্নবগুম্বনি।

জগৎ শুমহৎপা শ্যাম ননাই ঐখোই লাল্লে,
অপংবা নুপীনি ঙাকপিযু ইরালসে।
যমুনা ঈশিংদা লুপ্তুনা লৈবদি,
অসুম শিবা তারে খাংঙমদ।

পীনবিবো ফিদো ননাই ঐখোইদা
কচ্চবি থৱাই মঙা পুল্লিং হকচাংসু।
চংজবি চানবিয়ু গোপী ঐখোইবু
নং নত্তনা কনা লৈতে কনবিনবা।

## গোপিগা কৃষ্ণগা ঙাংনবা

য়েংই কৃষ্ণনা গোপীশিংদা
অমমম ওইনা মিৎচি খত্তুনা।
করেম্নবা ৱাহৈনা লক্সরি
হায়রিমখৈ তাদে উদা ঙাংবগুম্।

শাওরকলে গোপী ময়াম অদুনা
ইবুংঙো নংসিদি তৌবা ঙম্মি।
ষনশেনবা অঙাংগী মতৌ হেক ওই,
খোইদৌ শিকপা ৱাঙাক ঙাংলি নংনা।

কুচুদা মুদে ইবুংঙো নংসে,
থম্মোইসু য়াওনা মুইনে হে কহ্নাই।
করিগী নুপীদা ব্যবহার থমদবা
নুঙ্গুম্না কল্লি নংগী থম্মোইসে।

নংগী শাজৎসে হৌজিক ফাও হন্দ্রি
ঐখোইবু লকনৈ উশিৎ থৌওইদনা।
ঐখোইসে কনানো নহাক খংদ্রি,
নাপম্না মযাই কাদুনা নংনা।

## কৃষ্ণনা গোপীশিংদা প্রেম পীনবিবা

ঙাম্বোবকলে থা কোটি ঙমজনা
শ্যামগী মেংন ইংলবা মঙান্না।
গোপীগী থম্মোই পুমইং ইংখরে,
উবদা শ্যামগী মাইথোং থাজবু (থম্বালবু)।

য়েংমখৈ পেনবা নাইদেনে শ্যাম
নংগী জগৎ শুমহৎপা মুর্ত্তিদো।
হুখরে থম্মোই গোপী ঐখোইগী
হায়ফম খঙদেনে পুমঙাও ঙাওরেনে।

রসগী তুংনফম ওইবা কৃষ্ণনা,
উৎপিরে গোপীশিংদা নুংশিবা রূপ।
ধ্রুব নারদ প্রহ্লাদনা ফংঙমদ্রে,
ফংজরে লাইবক ফবী গোপী ঐখোইনা।।

## ফংঙদ্র মুর্ত্তিবু দর্শন পীরবা তুংদা কৃষ্ণনা হায়রকই

মোমোন নোক্তুনা হায়রকই শ্যান্না
হে গোপী নখোই কনাবু নিংলি।
মপোক কয়াদা হর গৌরীবু
নিংদুনা ঐবু ফংবনি নখোইনা।

যমুনা মপান নুমিৎ খুদিংগী,
কাত্যায়নী পুজা তৌবা নৎত্রা?
দেবীগী য়াথং মতুং ইন্দুনা,
লাকপনি ঐ যমুনা মপান্দা।

করি কান্নগনি শাওশিন্নরগা
কারকলো লৌররো নখোইগী ফি।
অরেম্বদা মাংলোই দেবীগী বর
নখোইনা নিংজবা থুংলগনি।

বৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং
রাস শান্নগনি গোপী নখোইগা।
অসি হায়রম্লগা শ্রীগোবিন্দনা,
খোংলকলে বাঁশি মিরবা শুরনা।

কৃষ্ণনা মিৎচিনা য়েংবিবদা,
পেৎথরে গোপীগী পুক্নিং থম্মোই।
নাম্থোকপা ঙমদে শ্যামগী মিৎয়েংদা।
লাংদা থুরবা শজি অমোম্‌গুম্।।
হুখরে শ্যান্না গোপীগী থম্মোই।
কৃষ্ণ — প্রেমদা লুপখরে গোপীশিং।।

শ্যামগী দর্শন ফংবদা ঙাওদুনা,
হে ইতা লাইবক ফৈ গোপী ঐখোই।
যোগিন্দ্র মুনিন্দ্রনা ফংঙমদ্র,
ইবুংঙো মাবু ফংজরে হৌজিক।

থবাই হকচাং কৎখ্রবনি মঙোন্দা
করিগী ইকাইগনি হে ইতা।

থম্মোইতা পাম্বা হরি মঙোন্দা,
করিসু নত্তে ঐখোইগী হকচাং।

কাখৎলে কংফান্দা মথং মথং
ফি লৌবা লাকলে ব্রজ গোপীশিং
ওইথংবা খুৎনা হকচাংদা খুমলে,
য়েৎথংবা খুৎনা থবাক্তা খুমলে।

খৌরি ফন্ল্লে প্রেম্না ইরা চেল্লে,
হায়জরকই শ্রীচরন থম্বালদা।
ধর্ম্ম পুম্বা থাদোক্তুনা হে কৃষ্ণ,
চংজরি খ্নয়াখাদা চানবিয়ুনে।

(হে ব্রজগী থা যশোদা মপারি
পীনরো ফি তোল্লবী ঐখোইদা।)

তাকপিবে শ্যাম্না গোপীশিং য়েংদুনা
পাপ লৈরে নখোই কালিন্দী তুরেলগী।
ফী য়াওদনা ইরুজরুবগী
কোক্কনি পাপ সুর্য্যবু খুরম্মু।

কালিন্দীসে নুমিৎকী মচানি
যমুনা কৌনা চেনবনি ব্রজদা।
খুৎ থাঙ্গত্তুনা (লোন্নদুনা) সুর্য্য খুরম্মু,
ভক্তি তৌজৌ ইপাপসে কোকপিয়ু।

চিংনবা লৈতবে সখীশিংদো
খুবমজরে নুমিৎপু খুৎ লোন্ননা।
হে সুর্য্য দেব পীনৌনে শ্যাম
মাবু ফংলবদা পাপ লৈতরে।।

## শ্রীকৃষ্ণ বাক্য

তাকপিরে কৃষ্ণনা গোপীশিংদা,
কৃষ্ণ ঐবু ফংগে হায়রবদি,
অপাম, কল্লক মিহৌ নাপল ইকাইবা
পুন্নমক থাদোক্তুনা চংজগনি।

গোপী নখোই পাপ কোক্লে হৌজিক্তি
ফংঙমদ্র ঐবু লেপ্পা ফংজবে।
শবদকী থাবলদা নখোইগা ঐগা
বাস - শন্নসি কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং।

শ্যামগী মধুব বাক্য তাবদা গোপীশিংদো হবাও হবাওনা মফি মবোল লোইনা শেৎচিঞ্জদুনা ফংগে তান্নবা মণি ফংবগুম শ্রীকৃষ্ণবু ফংজদুনা মযুম মযুমদা চৎখবে শ্যামগী গুণ শক শক্কুনা।।

## দ্বিজশিংগী মফমদা চাকনিবা

| | | |
|---|---|---|
| নোংজু নুংশা খাক্তনা | — | ষন শেল্লস্মী বাম কৃষ্ণ |
| নুমিত্তুদি লাক্লস্মী | — | অশোক বন্দা সখাশিংগা। |
| সখা মযাম অমমম্ | — | নম্নদুনা শান্নবস্মী, |
| বাবদুনা সখাশিংনা | — | হাযবকই হে কৃষ্ণ, |
| চাক ওম্বোক্লা লাম্লেনে | — | চাক খবা পীনবিযু। |
| থাবকলস্মী কৃষ্ণনা | — | বসুদাম সখাশিংবু |
| বন্দা যজ্ঞ ফমলিবা | — | ব্রাহ্মনশিংগী মফমদা। |
| নিজবি চাক ইনশাং | — | খবা পীনবিযুবা, |
| চৈবকই দ্বিজশিংনা | — | গোপদা পীবা যাদে। |
| ঐখোইগী জাতি ধর্ম্ম | — | লোইনা মাঙ্‌লগনিনে। |
| ইকাই নুংশি যান্ননা | — | হল্লকলস্মী সখাশিং |
| পাওদমজৈ শ্রীকৃষ্ণদা | — | মিত্তা পী ইবা চেন্না। |
| মোমোন নোক্লা কৃষ্ণনা | — | অমুক থাবকই সুবলবু |
| নং চৎলু ব্রাহ্মনীশিংদগী | — | চাক ইনশাং নিকচো। |

## ব্রাহ্মনীশিংদগী চাক ইনশাং নিরবা

লাকলে সুবল নিববে চাক ইনশাং ব্রাহ্মনীশিংদগী, হবাওবে মখোই স্বর্গ খুৎ লাম্বা ফংবগুমলে। ব্রহ্মনীশিংনা শেমলে পুখমদা সনদেশ মযাম পুদুনা লাকলে অশোক বন্দা কৃষ্ণদা কৎনবা।

| | | |
|---|---|---|
| থিংলস্মী দ্বিজশিংনা | — | মাগী মাগী বমনীশিং |
| মখুত্তা চৈ পাযদুনা | — | থীনা থীনা চৈদুনা। |

গোপ জাত্তা চানবা — পীব দ্বিজ ময়েং তাই.
দান তৌবা হায়বসে — মৃফম মতম য়েংগদবনি।

নমথেক্তুনা লাক্লম্মী ব্রাহ্মনী পুন্নমক্লা.
পুরকলে সন্দেশ পুন্নমক শ্রীচরন্দা কৎনবা।
হে জগৎকী মপু শ্যাম লৌবিয়ু লৎনদনা,
কৎনিংদুনা পুরকপা চাক ইনশাং ময়াম,
করিগী নিবিরিবা তোল্লবী ঐখোইদগী
নুমিৎ খুদিং কচ্চবা অদুদি লৌবিদনা।

## ব্রাহ্মনী অমখক্তি মপুরোইবনা থিংদুনা য়ুম মনুংদা কপ্তুনা লৈরম্মী চৎপা ঙমদ

হা কৃষ্ণ ননাই ঐদি নংগী দর্শন ফংদরে,
লাইবকথিবী ননাইবু চানবিদুনা লৌশিনবিরো।
পীনবিরে দর্শন শ্যান্না থম্মোইদা ঙান্দুনা,
তিনখরে মাগী আত্মা শ্রীহরিগী চরন্দা।

## ব্রাহ্মনীশিংনা কৃষ্ণ প্রেম নিজবা

লাইবক ফৈদা ব্রাহ্মনী ঐখোইসে
শ্যামগী মাইথোং থাবু উজবদা।
করিনো খঙ্দে ব্রাখল থোক্তরে
জ্ঞান মাঙ্লে হংগুম লেপ্লে হকচাংসে।

মনাইগী পুক্লিং খঙ্লদুনা শ্যান্না,
হায়রকই খোইরুম মোমোন তৌনা।
চাক ইনশাং নিরু থাখিবনি ঐনা,
করিগী লাক্লি ব্রাহ্মনী নখোই।

নখোইগী নপুরোইবা পুন্নমক
যজ্ঞনা অথোইবনি খনবনি।
ঐবুদি মহৌশানা তাথিবনি,
হে ব্রাহ্মনী নখোইগী ব্রাখল লাক্লে।

চংহল্লরোইদো নয়ুম নয়ুমদা,
নখোইগী নপুরোইবশিংদুনা।
অদুবু ফরে লাক্লবনিনা,
ৱারুন্নু নয়ুম নয়ুমদা হল্লো।

নুপীগীদি নপুরোইবনা লাইনি,
অসুন্না শাস্ত্রনা প্রমান পীনরি।
মখোইগী সেবা লুনা চান্ন তৌ,
মদুতনা তাল্লোই খুদিং ধর্ম্মনি।

শ্যামগী ৱা তাবদা ব্রাহ্মনীশিংনা
কপ্পুনা হঙ্গৎলি খুৎ লোন্ননা।
কবি বানো তাকপিবিবা হে শ্যাম,
ওন্নরে য়াথংদো ননাই ঐখোইদা।

নহাক্কী তমথিববা বাঙাংনা,
তাশোন ওইরে ঐখোইগী থম্মোইসে।
নংতবু নিংজদুনা লৈজবী,
ব্রাহ্মনী ঐখোইনি হা গোবিন্দ।

কনানা মচা কনানা লোইনবা
মতম খরগী ওইবা য়ুম কৈ, লল।
নংবু ফংজরগা হে মুকুণ্ড
অতৈ করি অমুক পাম্লগনি।

ফংজরে হৌজিক হে শ্যাম নহাকপু
উজরে নিংথিবা মাইথোং থাবু।
মহৈ য়াল্লে মীওইনা পোকপগী,
ফংহনবিয়ু প্রেম তোল্লবীশিংবু।

পুন্নমক থাদোক্কুনা চংজরি,
হে গোবিন্দ তোল্লবগী মপু।
পুবিয়ু ননাই ঐখোই যুগ খুদিং,
য়েংগে পেন্না নংগী লীলাবু।

অঙকপনা থল্লবা নংগী লীলা,
লানখিদো নখুত্তা হিংচাবশিং।
পুতনা তৃনাবর্ত্ত শকটাসুব,
বকাসুব অঘাসুবনচিংবা,
ফত্তববু মাঙহনবা হে কৃষ্ণ।

দ্বিজ ব্রাহ্মনগী চৈবাক লাল্লবী,
তোল্লবী ব্রাহ্মনী ঐখোইনি শ্যাম।
কবিগী হল্লুনি যুম যুমদবু,
থবাইসে থাবনি শ্রীচবন্দা।
মদুনা বৈকুণ্ঠ ফংবা ওইজগে।।

ব্রাহ্মনীশিংগী পুক্নিং খঙবিববা,
কৃষ্ণনা থৌজানগী মিৎযেং তাবিবে।
নখোই হৌজিক শেম শাবো হন্নবা,
নপুবোইবনা কবিসু শাওববোই।

## ব্রাহ্মনীশিংনা হরিগী কৃপা ফংজবা

পুক্নিং শেংনা পুবকপা চাক ইনশাং সন্দেশ
কৃষ্ণ ঐনা চাবে সখাশিং লোইননা।
হে ব্রাহ্মনী নখোই শ্যাম ঐবু নিংজবনা,
ফংগনি শোযদনা শ্রীধাম বৈকুণ্ঠ লোক।

মাযাগী থৌবীনা পুনবা ঙমলোই নখোইবু
নবুংঙোশিং ফাওবা পাপ কোক্লবনিনে।
চিংনবা তৌগনু হল্লো নযুম নযুমদা
চান্না লুনা তৌবমগনি নখোই পুস্বা।

ওকলক্ষ্মী মখোইবু মাগী মাগী নুপানা
থোইনা হেন্ন থাগৎলক্ষ্মী চানবীবক্ষ্মী।
লাইবক ফৈ নখোই কৃষ্ণ তত্ত্ব খংবীনি,
সাধু সঙ্গ হবিগী জ্ঞান গুণ খংবীনি।

## ব্রাহ্মনশিংনা জ্ঞান তারকপা

ব্রাহ্মন ঐখোইসে কযাদা পঙ্খ্রবা
কবিগী হবিদা লংজকুবনো ?
কৎপদফাও লৌবিদবা হবিনা
নিববদা চাক ইনশাং পীখিদবা।
কযা চাওখ্রবা লূম্লবা পাপনো ?

জগৎ সংসাবসে মানা শেম্বনি,
জীববুসু শেম্বীবা মহাকনি।
হিংনবা পাম্বেসু মানা শেম্বনি,
মাগী মবল ঙাকনি কনাগী নত্তে।

যজ্ঞ তৌবিবা হবিবু ফংনবা,
মাতনা পেল্লগা লোইবে খন্দুনা।
মনি মাঙ্খবে খুত্তা পাযবমদাই,
হে শ্যাম ঐখোই লাল্লে ঙাকপিযুনে।

ব্রাহ্মান ক্ষেত্রি বৈশ সূদ্র হাযনা,
জাৎ মবি থোক্লা খাইবি লাইবিক্লা।
চাওথোকচকুই ঐখোই ব্রাহ্মান জাৎনি,
বেদ খণ্ডবনি শাস্ত্র হৈবনি।

নাপন্না মন্ত্র পুক্লিং অসিনা
উনা উনা উদে হবি মাবু।
গোপ নন্দগী যুমদা কৃষ্ণনা,
থুপ্তুনা শান্নবি সংসাব লীলা।

মিৎ পাংলে ননাই ঐখোই হৌজিক্তি
জাৎ হাযবা অমা অমুক লৈতেনে।
কৃষ্ণ ভজন চৎপা চণ্ডালদুনা,
ব্রাহ্মান্দগী শকক চামা হেল্লি।

তোল্ল গোপবু চিংখৎপিনবা,
লাকপবা নংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা।

নয়া কাথোক্কুনা যশোদাবু,
ব্রহ্মাণ্ড উহনবা নৎত্রানে শ্যাম।

পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণবু খংনবা,
সাধু সঙ্গ তৌজহৌদে ঐখোইনা।
মাগী দর্শন ফংজরো তাকপিবা
মাঙ্খরে খুৎকী মনি অরেম্বদা।

অৱাবগী পোৎলুম পুরদুনা
লেনবা তারেদো ঐখোইগী পুন্সি।
পুক্নিং শেংদবা মীবু কৃষ্ণনা,
চানবিবা নুংশিবীবা হৌনদে।

ঙাকপিয়ু হায়না তুরুসি খুয়াদা,
অতৈ চংজফম লৈতে শ্যাম নত্তনা।
ঙাকপিহৈব থৌজালহৈব মহাক্নি,
নুংশিহৈব গুণতনা লৈতেংবনি।

দ্বিজ ময়াম হৌনদুনা লাকলে অশোক বন্দা শ্রীরাম কৃষ্ণবু দর্শন তৌজগে হায়না। পুক্নিং খঙলবা উবিবা কৃষ্ণনা হান্ননা মফম অদু থাদোক্কুনা লেঙ্খরে নন্দালয়দা।

কংসবু বধ তৌবা লাকপদা
দর্শন তৌজসি শ্রীকৃষ্ণ মাবু।
ধ্রুব নারদ প্রহলাদনা ফংঙমদ্র
শ্রীমুর্ত্তিবু য়েংজসি পেন্না পেন্না।

ওঁ

বেদ মরিনা খঙ্বা ঙমদ্রবা
হরি মাগী থুপ্লবা লীলানি।
ব্রহ্মা শিবনা তপ তৌজবদা,
ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন থম্বালনি।

সরস্বতীনা বীনাগী শৈথেক্লা
নুংশিবা শুরনা য়ৌবা ঙমদ্রবা।
লোইনাইদ্রবা হরিগী লীলাবু
কন্নানসু খঙদে ইবুংঙো মাবু।

মপান নাইদ্রবা হরিগী প্রেমদা,
লুপ্তুনা শোঞ্জৌ নুংশিবা কোলোই।
হরি নামতনা লানবিনি জীববু,
চাংজৌ নাইদ্রবা লানঙমদ্র ঈপাক।

## হরি নামগী মহিমা গুণ (ভজন)

হরি নামগী অথোইবা গুণবু
ব্রহ্মা শিবনা খঙবা ঙমদে।
অনন্তনা শৈথাবা ঙমদ্রবা,
সরস্বতীনা শকচবা লোইদ্রবা।

ধ্রুব নারদ প্রহলাদ যোগীনা
ঋষিনা নিংবদা ফংঙমদে।
নারায়ন নাম হেক শোঞ্জবদা,
আজামিন ব্রাহ্মন স্বর্গ কাখি।

নারদ ঋষিনা যমগী লৈবাক্তা
হরে কৃষ্ণ নাম হেক শোনবদা
নরক্তা লাক্লরম্বা জীবশিংদো
লোইনা কাখিদো স্বর্গ লোক্তা।।০।।

তাকপিরকই গৌরাঙ্গনা হে কলি জীব
শোল্লু হরি মাগী গুণ তত্ব হে মীওইবা।
চংবা ঙমলোই পাপনা যমগী থৌরীনা পুল্লোই,
লানবা ঙমদ্রবা জীববু লানবিবা হরিনি।

## শ্রীশ্রীগোবর্দ্ধন পূজা

শ্রীকৃষ্ণনা মপাবুংদা খুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ। ইন্দ্র পুজা তৌবা তোক্লসি বাবা অদুগী মহুত্তা গোবর্দ্ধন পুজা কৎলসি। করি কান্নগনি অরেম্বদা ইন্দ্র পুজা তৌরগা। নোং চুহনবসে মাগী মথৌনি। নুমিৎ থা থৌৰানমিচাক মৈ ঈশিং নুংশিৎ জগৎ পুম্বা শ্রীহরিগী য়াথং ইঞ্জবতনি।

গোবর্দ্ধন ঐখোইগী থৰাইনি। শজিক মরাং কায়না হৌদুনা ষনয়াম্বু মবুক থনহনবনি। শঙ্গোম য়াম্না থোক্লগা গোপ ঐখোইগী হিংনবা লম্বী ওইরিবনি। শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা মতুং

ইন্না ইন্দ্র পুজা তৌবা তোকলে।

মরম অসিনা ইন্দ্র পুজাগীনি হায়না লাংলম্বা লৈশু তিংথৌ, অচা অথক লদু বেরা শন্দেশ ননী মাখন্নচিংবা, ব্রজগী মীপুম খুদিংনা পুরকপা অদু গোবর্দ্ধন তময়াদা লোইনা পৈদুনা থেন্দুনা থমলে। লোইন-লোইননা শম্বী সুরভীনচিংবা শম্বী চাজেনবী পুরক্তুনা পুজা কৎনবা থৌরাং তৌরে। মরমদি শম্বীদা লাই পুন্নমক লৈবনি। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম অমনা লেঙ্‌শিনখরে গোবর্দ্ধন্দা আত্মা ওইনা। মরম অসি লৈবনা গীরিরাজ গোবর্দ্ধন হায়রিবনি।

## শৈরেং

কচ্চরি পুজা গীরি গোবর্দ্ধন
তোল্লবা গোপ ঐখোইনা নংবু।
লৌবিয়ু ভক্তি থম্মোইগী লৈরাং,
পেনবিয়ু খরদং কচ্চবসে।

হে দ্রোণ পর্ব্বতকী মপারি নংদি
পুল্লস্ত্য মুণিনা পুরকপনি।
হরিগী লীলাবু মপুং ফানবা,
ঙাম্বোইরি নংনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা।

কৃষ্ণনা লৈবনি নংগী থম্মোইদা,
তাজৈনে ঐখোয়না নংগী নগুণবু
লৌবিয়ু হাবিয়ু কচ্চবা পূম্বা,
লনি মাখন লদু পেরানচিংবা।

হৌহনবিয়ু শজিক হানৌ ইশং শংনা
মবুক থনহনবিয়ু শম্বী শন্নাওবু।
শঙ্গোম য়াম্না থোক্লগা গোপগী,
থৱাই হিংজবনি হে গোবর্দ্ধন।।০।।

## ইন্দ্র দেবগী উৎপাৎ

ইন্দ্র দেববু চহিগী পুজা তৌবা তোকখিবদগী অশাওবা ঙমখৈ লৈতরে ইন্দ্রদেব। ব্রজ পুম্বা মাঙ্‌হল্লগে খনখরে। নোং পালা মরি কৌরক্লে, নুংশিৎ নিফুমাপল শিৎলকলে।

নোং নুংশিৎ ময়ামদা য়াথং পীরক্লে। অঙকপা ফংনা চুথরে, নোংলে নুংশিৎ উরুরু লৈনা য়োৎশুক নুংদুম তাবগুম লেনতনা হৈথরে। ব্রজ পুম্বা পুমতাও তাওরে যমুনা অকিবা ফংনা চাওরে। মরক মরক্তা ইন্দ্রনা ঐরাবৎ তোংদুনা বজ্র শীংজং থাদরি খাক্লা লাওনা, নোংথাং কুপলি প্রলয় ওইরে। য়ুম শঙ্গোন্নচিংবা থুদেকলে, দলান ফাওবা ঈশিং চেল্লে। অকিবা ফংলে চেন্নরে ব্রজগী প্রজা পুম্নমক। মখাদা শৈরেংগী মওংদা অমুক ইজরি ঈশৈ শুর পানবা য়ানবা।

## শৈরেং

অশাওবগী ঙমখৈ লৈখিদরে ইন্দ্র,
মাবু পুজা তৌবা তোকখিবদগী।
ব্রজবু পুমতুম তুমহল্লগে খনখরে,
নোং নুংশিৎ ময়ামদা য়াথং পীরকলে।

নোং পালা মরি নুংশিৎ নিফুমাপলনা,
প্রলয়গী মতৌগুম্ শিত্তুনা হৈথরে নোং।
ঐবাবৎ তোংদুনা বজ্র পায়রদুনা,
থাদরি বজ্র খাক লাওনা নোংথাংলক্তা।

ঙরং ঙরং ঙরং ঙংলি অতিয়াদা,
নুংদুম্মুক চাওরবা লেন্না থুদেকলে য়ুম্।
অকিবনা থল্লে মীয়াম চেন্নরক্লে,
পুমতাও তাওরে ব্রজ বৃন্দাবন উপবন।।০।।

জগৎ পুম্বা খংবি উবিবা অন্তর্য্যামি ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন মোমোন নোক্লা তাকপিরকই ব্রজ বাসি নখোই পুম্নমক ঐগী ইতুং ইল্লকউ গোবর্দ্ধন তান্না। শ্রীকৃষ্ণগী অকর্ষনিক বাঁশি কাম বীজ হাপ্তুনা কৌরি রাধা গোপীশিংবু অর্মাদ ব্রজগী ইমা গোপীশিং অহল লমন পুম্নমক। বেনু খোংদুনা কৌরি ষনবী শন্নাও ময়াম। কৌরি ব্রজ রমনি পুম্নমক — ইমা নখোই লাকলো গোবর্দ্ধন তান্না চেল্লকলো।

মতৌ অসুম তৌনা ময়াম পুম্বা পুল্লরে গোবর্দ্ধন তময়াদা। অদুঙৈ লাই হিংচাবনা সমুদ্র মন্থনগী মতমদা থেঙ্গু অবতার তৌবিদুনা মন্দর পর্ব্বতপু শাম্থিয়েল য়েম্পাক থাঙ্গৎপগুম ইয়াং য়াংনা থাঙ্গৎলি গোবর্দ্ধনবু অদুগা ভগবানগী ইচছানা অপাকপা থেল অমা চিংখাদা ময়াম লৈবা চন্নবা অমা শেমখি। নুমিৎ ৭ নি খুদোন্না পুখি গোবর্দ্ধন। থেল

অদুদা ময়াম চংদুনা পোত্থাদুনা লৈখি। ইবুংঙো মাদি ভক্তগী মফমদা লৈরাংদগী হেন্না থোৎলি, ফৎত্রবশিংগী মফমদা বজ্রদগী হেন্না কল্লি। জগৎ পুন্নমক মাগী শক্তিতনা পুবিবনি। করিসু লৈতবা গোবর্দ্ধন চীং মচা অদুদি হাযকুগনু।

## গীরি গোবর্দ্ধন ধারী শ্যাম

কৃষ্ণনা থাঙ্গৎখি গীবি গোবর্দ্ধন
পুবিখি খুদোন্না নুমিৎ তরেৎনি।
শুবাবেনগী নোং নুংশিৎ বজ্রদগী
কনবিখি গোপ শম্বী শন্নাওপুম্বা।

থম্বীখি মযাম্বু চীংখাদা নুংঙাইনা,
পুমঙান ঙালখি শ্যামগী থা-কোটি মঙালনা।
উৎপিখি গোপশিংদা মোমোন নোক্না,
জগৎপু শুমহৎপা ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তি।

বাধানচিংবী মতা সখী মযাম্না,
নোংইনগুম থকচবি শ্যামগী মাইথোং থাবল।
শম্বী শন্নাওশিংনা হম্বা হম্বা খোংদুনা
মবৈনা লেকচৈদো শ্রীচবন থম্বালবু।

যশোদা মমানা মিৎ কুপ্তুনা য়েংজৈদো,
মচাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি উবদা।
থেঙ্গু অবতাবনা মন্দব চীং পুবগুম
ইচানা পুবিবি গোবর্দ্ধন ফুক্কুনা।

## ব্যাখা

তাইবংনা নোক্নবা তোল্লবা গোপ জাৎপু
চিংখৎপিবা নংনি হে ব্রজগী থাজ।
নংগী থৌজান্দি মপান নাইদে হে কৃষ্ণ
নংতনা কোকহল্লি অকিবা পুম্বা।

## ইন্দ্র দেবগী প্রার্থনা

চেল্লকলে ইন্দ্রদো সুরভী লোইননা
ঙাকপিযু হাযজবে চরন কোন্দুনা।
সুরভী ইন্দ্রনা থোঞ্জেদো শ্যামগী মিং
গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা "গীবিধাবি" হাযনা।

চহি ৮ দা ঙাইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা নুমিৎ ৭ নি চুপ্পা গীবিবাজ গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা অদুবু ব্রজ বাসি পুম্বনা গোপালগী মগুনবু শকচ শোঞ্জদুনা চিংখাদা ইনিল নিলখি। গর্গ চার্য্য মুণিনা গোপালবু শ্রীকৃষ্ণ হাযনা থোনখি অদুগা হাযখি হে নন্দ নচাসে হবিগী অবতারনি।

হে গোপাল নংগী নমিংদি বাল মুকুণ্ড হাযনা, প্রলযগী মতমদা ঈশিংদা স্না খোংনাং মনাদা তাওরম্মী গোপাল দেবগী শক্তম উত্তুনা। যোগেশ্বর মহাদেবনা শ্রীগোপাল দেবগী নাম্বু তত্তনা শোঞ্জবিরনি চীংনুং মানুংদা, লোক তাইগীবি গুহাদা ফমদুনা। শ্রীশ্রীগোপালদেবগী স্তোত্রম সহস্র নাম্বু মহাদেবনা ভবানী — পার্ব্বতীগী মফমদা কৈলাস চীংগী মন্দিরদা লীবিখি। মাগী লীলাদি কনানা খঙগনি। যুগ খুদিংগী মানা শান্নবা লীলানি।

## শৈরেং (শ্রীকৃষ্ণ রূপ)

কাম কোটিদগী হেন্না ফজবা শ্যাম,
চন্দ্র কোটিদগী হেনবা কৃষ্ণচন্দ্র।
সুর্য্য কোটিদগী হেন্না ঙাল্লবা,
বাযু কোটিদগী হেন্না কনবা গোপাল।

ব্রহ্মা ব্রহ্মণ্ড পুম্বগী মপু ওইবা
বাধা লক্ষ্মীনা নংবু থৌগঞ্জবিবা।
থবাক্তা ভৃগু পাদ চিহ্ন লৈতেংবা,
তুলসী মালা কৌস্তুভ মনি থোল্লিবা।

চেংলবা খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা শ্যাম,
কিঙ্কিনীনা খ্বাংদা লাকলিবা ইরং লং।
কোক্তা চুডা নোম নোম নোম নোম হাইবা
তঙাংবা চিনবান্না বাঁশি খোংলিবা শ্যাম।

ধ্রুব নারদ প্রহলাদ যোগী ঋষিনা
নিংবদা ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন থম্বাল।
নটবর বেশ লৈতেংদুনা হে কৃষ্ণ,
তাইবংদা জগোই খুথেক উৎলিবা।

খোংলকলে শ্যামগী বাঁশি মিরবা নুংশিবা শুরনা, ব্রজ পুম্বা ঈশিংনা থুম্লম্বা, তাওরম্বদো লোইনা কংখরে যমুনাদা চিংথদুনা, তাদুনা। ব্রজগী য়ুমকৈ শঙ্গোল পুম্নমক লোইনা কংলে।

শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরাম অমদি গোপীশিংনা আর্তি কৎলি গীরিরাজ গোবর্দ্ধন্দা, অথুম অহাও সন্দেশ ময়াম থেন্দুনা। লক্ষ্মীগী মবুংঙোনি অৰাৎপা লৈবা নত্তে অচা অথক্তনা গোবর্দ্ধন তময়াদা অঙকপা ফংনা পৈবনি।

## গীরিরাজ গোবর্দ্ধনগী আর্তি

আর্তি কচ্চরি গীরিরাজ গোবর্দ্ধন
ব্রজ সখীশিংনা করতাল খিংলি শকলি,
শঙ্খ খোংলি কাংশি য়েরি হৌনা,
ব্রহ্মা ইন্দ্রনা দর্শন তৌজরি,
কৃষ্ণনা খোংলি বাঁশি নুংশিনা,
শৈথাবি গোবর্দ্ধনগী মগুনবু
ব্রজ বমনীশিংনা লাওজরি
হে গোবর্দ্ধন ব্রজগী থৰাই ওইবা
মপোক খুদিং কৃষ্ণ লীলা য়াওজগে।

## প্রার্থনা

হে গীরিরাজ শ্রীগোবর্দ্ধন
নগুণতনা নশক উৎলিবা।
শুরারেনগী নাপল য়েথেকপা,
গোপশিংগী থৰাই কনবিবা।
পীনৈদো শজিক শম্বী শন্নাওশিংদা
হে গোপগী থৰাই গোবর্দ্ধন।

শ্যামগী বাঁশি শুরদা ঙাওজবা,
কৃষ্ণমক্না পুজা কচ্চবা।
থাবদা লোইনাইদ্র নংগী নগুনবু
শকচরি শোঞ্জরি তোল্লবনা।
লাৎচগে নংবু থম্মোইনুংদা
ব্রজবু প্রেম পীনবিবা নংবু।

গোবর্দ্ধন্দা কৎপা সন্দেশ ময়াম অদু ময়ামদা য়েন্থোক্তুনা মবুক থনহনখি কৃষ্ণগী কৃপানা। নুমিৎ ৭ নি চুপ্না অরাবা খাংখিবা ব্রজগী অহল লমন — রমনিনচিংবা সখী ময়ামদো অরাবা পুন্নমক কাওহনখি শ্রী কৃষ্ণগী থৌজাল মিৎয়েং তাবিদুনা অমৃত খিকপিদুনা।

নন্দ যশোদা, কৃষ্ণগী মখুরা মতোন্নচিংবা পুন্নমক শম্বী শন্নাও রাখাল ময়াম লোইনা মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নরকলে। মমা ইবেম্মা যশোমতিনা, রোহিনীনা শিঞ্জ- লাংজদুনা মচা অনিগী মঙ্গলগীদমক অশেংবা ঘী বর্ত্তি অমদি তুলসী মনানা - আর্তি হাইজরি মচা অনিবু মুন্না মুন্না য়েংদুনা মপুক্তদি বাসল্য প্রেমনা চাজেনবী শম্বীগুম রাণীগী মবুক অদু থুক থুক লাওখি মচাবু য়েংদুনা।

## রাম কৃষ্ণগী আর্তি

জয় জয় রাম কৃষ্ণ আর্তি হাইরি
শঙ্খ খোংলি ঘন্টা মৃদঙ্গ করতান য়ৈরি।
গোপ গুওয়াল পুম্বা ঈশৈ শকলি,
ঘীগী বর্ত্তিনা হাইজরি যশোদানা।
ফজৈদা রাম কৃষ্ণগী রাখাল ফিজোল,
নিংথিজৈ চুড়ানা চেপ্লপ চেপ্লপ
অঙৌবা থাজ অমুবা থাজ,
অনিনা পুন্না ঙাল্লি ব্রজদা।
লেঙ্গোন্নরি শুমহৎপা শক্তম্না।
মাইকৈ মরিদা সখীশিংনা লাওরি
লাইবক ফৈদা রাম কৃষ্ণবু ফংজবা।

## ব্রজ গোপীশিংনা রাম কৃষ্ণবু শৈথাবা প্রার্থনা

খুরমজরি রাম কৃষ্ণ শকহেনবা,
ব্রজগী অঙৌবা অমুবা থাজ।
চম্লবা গোপশিংগী পুন্সিবু,
কন্নবিবা শঙ্কর্ষন হে শ্যাম শুন্দর।

কালিগী হুবু ময়াই চমহনবা
অঘাসুরবু মাঙ্‌হনবা কহেয়া।
গোবৰ্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা নংতনা
কন্নবিবনি ব্রজ বাসী শা-ষনবু।

মপোক মপোক খুদিং ননাইগী
ননাই ওইজবা পীনবিয়ুনে।
তোল্ল গোপ জাত্তা পোকচদুনা,
নংগী প্রেম সেবা ফংহনবিয়ু।

ওঁ পূর্ণমদ, পূর্ণমিদং পূর্ণাৎ পুর্ণমুদ চ্যতে।
পুর্ণস্য পূর্ণমাদয় পূর্ণমেব বশিষ্যতে।।

ওঁ শান্তি: শান্তি: শান্তি।

ব্রজ গোপ গোপী পুন্নমক্কা ময়ুম ময়ুমদা হনবা মতমদা রাম কৃষ্ণগী মগুণ থাগৎ থাগত্তুনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা চৎনখি।

হে রাম কৃষ্ণ নখোই অনিবু কনানো,
কনানা থারকপনো তোল্লবা গোপগী
মপোক্তা গোপশিংবু চিংখৎপা
লাকপরা ? লাইবক ফৈদা ব্রজদা
পোকপা ঐখোই অসি রাম কৃষ্ণগী
মাইথোং থাবু উবা ফংজবা।

মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা গোবৰ্দ্ধন থাঙ্গৎপা অমসুং গোবৰ্দ্ধন পুজা লোইরে।

## নন্দবু বরুনগী মনাইশিংনা ফাখিবা

মহা একাদশী নুমিৎ থোকই,
ৱাকচিং থাগী নিন্দুং পানখৎলকপা।

বর্ত্ত কৎলি নন্দ মহারাজনা,
কুম্মৈ ঈশৈ জগোই কয়া তৌই।
শম্বী কয়া দান তৌই নন্দনা
দক্ষীনা স্না লুপাসু য়াওনা।
মচা কৃষ্ণগী মঙ্গল ওইনবা,
ব্রাহ্মনশিংনা বেদ পাঠ তৌজরি।
নোংঙাল্লগা দ্বাদশী পুংফমদা
লেংঙকলে নন্দনা যমুনাদা।
স্নান ক্রীয়া লাংনবগীদমক,
কোনুংদগী মনাইশিং লোইনদুনা।
ওম্থোকই খঙ্হৌদেদা করিনো
নন্দ নিংথৌবু ফাদুনা পুখি।
বরুনগী মনাইনা সমুদ্রদা,
গুম্ভীর লাইরেন ঙানচিংবা লৈবা।

## বরুণ দেবনা কৃষ্ণবু খুরুমজবা

খুরমজরে নন্দ মহারাজবু
ঈশিংগী নিংথৌনা ভক্তি তৌনা।
ৱারি শারি কৃষ্ণগী মরমদা,
অদুগা হায়জৈ নচাসে হরিনী।

## যশোদানা তেংথাবা

নন্দ নিংথৌনা ঈশিং মনুংদগী
কারক্তুবদা নুংশা থিনরে।
গোপ পুন্নমক কপ লাওনরে,
শিরমগনি খন্নরে ঙন্নমক।
কোনুং তান্না চেনখৎনরে ময়াম
যশোদা রাণীদা পাও তমজরে।
অৱাবা ঙমখৈ লৈতরে রাণী,
কৃষ্ণবু কৌরকলে কপ্ন কপ্ন।

যশোদানা মশম ইফা ফানা,
লৈবাক্তা থরো থরো ওল্লকলে।
হায়রকই শ্যাম নপাবুং থিরুচো,
লৈফম খংদে ইমা শিরগনি।

লেংলকলে কৃষ্ণ বরুন নাক্তা,
উজরে মপাবু বরুন নাক্তা।
লেংশিল্লে শ্যাম মণিগী তাংবন্দা,
পুজা কচ্চরে বরুন্না কৃষ্ণবু।

খুৎ লোন্ননা হায়জরকই বরুন্না
ঙাকপিয়ু ঐগী অরানবা পুম্বা।
হে হরি নংবু উজনিংদুনা
পাবুংবু ফাদুনা পুরকপনি।

বরুনগী পুকচেনবু খংবীদুনা
কোনবিরে কৃষ্ণনা নুংশি চান্ন।
তাকপিরে হরিনা মোমোন নোক্না
হে বরুন নং ঐ কাওননুশিকো।

তাজেনে বরুন কৌবা ননাইনা,
লৈবিরি নন্দগী মচা ওইনা। হে শ্যাম
নোংজু নুংশা খাক্তা যন-শেল্লিবা,
বৃন্দাবন্দা রাখালশিং লোইননা।

হরি নংগী লীলা অঙকপনি,
সমুদ্র মন্থন্দা হরি নংনা,
কচ্ছপ অবতার তৌবিদুনা,
মন্দর চীংবু নঙ্গন্দা পুবিখি।

বাসুকীনা য়েৎশিন্দুনা চীংবু
লাই হিংচাবনা সমুদ্র নৈখি।
ঐরাবৎ উচ্চৈশ্রবা: শন্দম্বা,
অমৃতনচিংবা কয়া ফংখিবা।

কালকুট হুনা সমুদ্র চাক্লবা,
জীবনা লৈবা ঙমলক্ত্র মতম,
নংগী য়াথংনা মহাদেবনা
হু পুন্নমক মখৌরিদা থমখিবা।

জীব পুন্নমক কনবিবা হে মাধব,
নংগী নগুন কন্নানা খংগনি।
সমুদ্র ঐগী ইচা লক্ষ্মীবু —
নঙোন্দা কৎপা নৎত্রনে কৃষ্ণ।

ৱারি কয়া লীরবা মতুংদা
নিংশিংনৈ বিষ্ণুগী অবতারবু
যুগ কযা কয়ানি নংনা শান্নবা,
দ্বাপর যুগতা কৃষ্ণ অবতার।

নোংমতসু লাকচবা ঙমজদে,
ঈশিংদগী কাখত্তুনা কংফান্দা।
নংগী শিষ্টা পাংথোক্তুনা ঐনা,
শেন্নরি ঙা থেঙ্গু ঈশিংগী জীব।

## শ্রীকৃষ্ণনা নন্দবু বরুন লোক্তগী পুরকপা

বরুন ঐ পেক্লে দর্শন ফংজবা,
কচ্চরে স্না লুপা মণি মুক্তা।
শ্রীগোবিন্দগী চরন থম্বালদা,
ঙক্তা ফী য়েত্তুনা বরুন ঐনা।

লেংঙকলে কৃষ্ণ পাবুং নন্দগা,
ময়াম পুন্নমক ৱা ৱা কপ্পরে।
নুংঙাইবগী পিরাং তৈথোকচরে,
শিরুরবা নন্দবু উবদা।

নন্দনা হায়রকই যশোদাদা,
য়েংউ স্না লুপা ময়াম অসে,

ইচা শ্যামদা বরুন্না পীরকপা,
ইচা পোকপগী কান্নরে রাণী।
জগোই শারে নন্দ নুংঙাইমন্দুনা।।

গোপীশিংনা পুরকলে চাক ইনশাং,
চান থরুবা সন্দেশ মখল শুনা।
একাদশী পারনা ফংমিন্নরে,
ৰা ৰা ময়াম নোক্ল নোকুদুনা।

যাবট্রা রাধানা তাজরি পাও
মবুংঙো শ্যামগী তৌবা ঙম্বা শক্তি।
বিধিনা পঞ্জাও ওইনা থৎখরে,
হা কৃষ্ণ, রাধাবু অসুম থম্বরা,
আয়নগী লোইনবী ওইনা ঐবু।।

## রাধা কৃষ্ণ অনিগী অহানবা প্রেম কৃষ্ণ রূপ

কনানো কদম মখোংদা লেপলিবসে,
থা কোটি ঙমজবা মুনা রাশি লৈবা।
খোইখোইবা শল্লাংনা খোইমুগুম্ লেংলিবা,
কোক্তা মণিগী চুড়ানা নোম নোম হাইবা।

লাইবক্তা ঙাল্লিবা থাগুম কুমকুম চন্দন,
মুরবা পীশুন্না কাম কোটি ঙমজবা।
নাদা কুণ্ডল নাইন ঙক্তা মুক্তা পরেং,
স্না খুজি খুদোপ নোংথাংগুম্ লংলিবা।

ফজবা ঙক্তা - কৌস্তুভ মণি প রেং
বৈজন্তি মালানা খুউ য়ৌন চোল্লিবা।
খ্বাংদা স্না ফিগে চরন্দা নুপুর
মোমোন মিনোক মিৎচিনা কাম, ইথক হৌরি।

কদমদা ঙাদুনা মুরুলী খোংলিবা
তাংথক নাইদ' ইংল 'নুংশিবা শুরনা।

মিহৌরবা খোঞ্জেল তাবদা গোপীশিং
শুমহৎলে থম্মোই ঈথক ইরাং হৌরকলে।

## শ্রীকৃষ্ণনা মাশুণ লৌবগী লীলা

কদায়দগী খোংলকপা বাঁশিনো ?
কদম মখোংদগী খোংলকপরা ?
রাধা ঐগী থবাইসে চিংখরে
নুংশিরবা বাঁশিগী শুরনা।

লেঙ্ঙকলে রাধা শামু খোংথাংগুম্
লেমজবী নৌজবী নিংথিবী রাধা।
মতা সখীশিংগা লোইনদুনা,
যমুনাদা ঈশিং শোকপা শানা।

কদমদা ঙাদুনা ফমলিবা শ্যাম,
য়েংজকই বাধানা ফল্লপ ফল্লপ।
শজি মিত্তা তথকপা মিৎয়েংনা
য়েংনৈ রাধা শ্যাম্ থম্মোই থম্মোইগা।

চৎখরে ইকাইথিবী রাধানা,
ফিজিনা হাইফেৎ খুমদুনা মাইথোং।
কাংঙনা নোইনা নোইনা চৎপগুম্
রাধানা চৎখিবা য়েংহৌই শ্যাম্না।

শক্তা, গুন্দা লময়ৌবী অথোইবী,
বিধিনা শেম্বদা য়ৌঙমদবী,
পুর্ণিমা থাজ ঙমজবী মাইথোং;
ব্রহ্মা শিবনা উঙমদবী রাধা।

গোলোকী রাধানি কৃষ্ণৈ লোইনবী.
শ্যামগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইখিবী।
শ্যামগী প্রেম মুর্ত্তি ওইবী রাধানা
পোক্লরে ভানুগী মমোম্ ওইনা।
সিদামগী শাপ ফংদুনা ইবেম্মা।।০।।

করম্না কাওগনি কৃষ্ণ ঐনা
হে রাধে কৃষ্ণগী থৱাই ওইবী।
উনগে ঙসি অহানবা ওইনা
গোপী নিংঙোল ওইবী রাধা নংবু।

লোৎলে রাধা জাটিলা কিবনা,
কুটিলাগী চৈরাক অকনবনা।
মিপাই চাওবী রাধা ওইরেনে ঐ
তোল্লিদা রাধাগী মপোক অসে।

কল্লিদা সিদাম মাগী শাপ অসে,
লুহোংবিরে রাধাবু অঙাং ওইনা।
নপুংশক ওইবা আয়ন মঙোন্দা
মমিংতা ওইবী মাগী নুপীনি।

নিংশিংলকই বাধানা হে কৃষ্ণ
গোলোকনাথ জগৎকী মপু।
পোক্লরে নংনা নন্দগী মচা শ্যাম,
রাধাদি ওইরে পোনগী চেক্লাগুম্।

আয়ন্না মপোক ৭ কৃষ্ণবু নিংজবনি। রাধাবু মাগী নুপী ওইহনবিয়ু হায়না। লেংবিরকলে শ্রীকৃষ্ণ তরুকলকশুবদা অদুগা তাকপিরকই — হে আয়ন নং হৌনদবা থবকনি নংনা নিরিবা অদুদি ওইবা য়ারোই! জগৎকী মমা প্রকৃতি শক্তমনি রাধা হায়বিদো। অচম্বা নত্তে কৃষ্ণ ঐগী থৱাইগী থৱাইনি। নংগী নুপী ওইবা হায়বসে ওইথোক্তবনি। অদুবু তারো নমিৎ পাংথোকলো। হয়েং দ্বাপর যুগতা কৃষ্ণ ঐনা নন্দ যশোদাগী শঙ্গাইদা মচা ওইনা লৈগনি, মতম অদুদা নমাবু নংনা ফংজৌ। তৌবদদি নং নপুংশক ওইয়ু। মরমদি তৌহৈদবা বরনি নংনা নিরিবদো! আয়ন্না তিংঙক তিংঙক মবুংঙোগী বদন-চন্দ্র অদুবু য়েংজরগা, হায়রকই — জগৎকী মবেম্মবু ঐগী য়ুমদা থমদুনা লাৎচগে হায়বনি। "এবম বস্তু" হায়রম্লগা লেংখরে কৃষ্ণ।

অমৃত হেনবা রাধা কৃষ্ণগী প্রেমগী লীলা শান্নবদা মতেং পাংহনগে খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছাদগী হনুবী অমা লাকলে রাধা কৃষ্ণগী শক খংনহনগে প্রেম থৌরীনা পুনহনগে হায়না। রাধা কৃষ্ণগী লীলা নুংঙাইনবা মতেং পাংনবা যোগ মায়ানা ওইরকপা হনুবীনি হায়না ননাই লিখকম্না বর্ণন তৌজরি। ব্রহ্মা শিব সরস্বতীনা শকপদা লোইনাইদ্রবা ইবুংঙো মাগী লীলানি, তার তারগা অমৃত হেন্না থুম্বনি।

## শৈরেং

হনুবী অমা লাকপা উরে লম্বেলদা,
কৃষ্ণগী অৱাবা কোকহনগে খন্দুন।
গুণ লৈবী লেমজবী ভক্তিনা লৈতেংবী,
লাইবক্তা শিন্দুরনা ঙাংলি লৱাই য়ৌনা।

কাজলগসু থারি অহল ওইরবসু;
য়াদি হাইরে নোমলে ৱা ঙাংবা মতমদা।
নাশিকানা চিংথবদা নাতোন পৈরে,
কুচুদি ঙৌইদা, উনশাদি খুইরেদা।

চৈশু অনি পায়রি খুৎ নামা নামা,
মখোং মরি পানবা শগোন্না চৎপগুন্না।
হনুবী উবদা নুংঙাইরে শ্যাম পুক্লিং;
নিংজবা মহৈ য়াল্লগনি খনবদা।

## শ্রীকৃষ্ণনা হনুবীদা হায়জবা

তাবিয়ু ইবেন নশুগী ৱাসে,
উরুরে রাধাবু কৃষ্ণ ঐনা।
কদম মখোংদা লৈরিঙে মতম্
স্নাবুল য়েপ্পুনা চৎখি রাধা।

কয়াদা ফজৈ চাংদমফম লৈতে;
পুর্ণিমা থানা তাংজবী মাইথোংনি।
শামুগী শাজৎ কাংঙগী খোংথাং
জগৎ শুমহৎপা শক্তমনি রাধে।

মাগী হাইফেৎ য়েংথোকপা মিৎয়েংনা
শজিগী মিত্তাবু ঙমজবীনি।
তুম্বা চাবা চৎপা মিকুপ খুদিং
রাধা মাবুতা খন্দুনা লৈরে।

মাবু উদ্রবদি কৃষ্ণ ঐগী
থৱাইসে মাঙ্বনা হানবা তারে।

স্বর হোল্লি হায়বদু মঙাইরেনে,
খাংবদা ৱারে হায়বিয়ু উপাই।

হনুবীনা মতৌ য়েংলগে খন্দুনা,
শাউদুনা হায়রকই ! হে ঘনশেন নহা শ্যাম !
নংনা ৱাধাবু ফংবা ওইথোক্তবনি,
মথিক নেম্বনা থা লাম্বগুম্বনি।

হে ইবুংঙো নংসে অঙাং ওইরিনা !
ৱাধাবু অদুম খনবা করি নতিক লৈ।
উরগা মীগী নুপী করিগী পামলুই,
হৌনবী লমচত্তি খংদ শারদনা।

মশক্তি মতৌদি লক্ষ্মীবু হেনবনি,
জগত্তা অনি শুদ্রবী ৱাধিকানি।
ফজবা চিনবান্না খোইকুম মোমোন তৌবা
কনাসু লৈরোইনে পুক্নিং শুমহত্তবা।

## কৃষ্ণনা হনুবীদা হায়জবা

হনুবীগী মখোং কোল্লদুনা শ্যাম্না
হায়জরকই মিৎলু পিরাংদি শিষ্টনা।
ৱাধাগী প্রেমতনা মৈরি থোক্লা চাকলে,
হিংলুবগী অমুক কান্নবা লৈতরে।

যোগী ফিজেৎ শেৎনা সন্ন্যাসী ওইদুনা,
কোইনা চত্তুনা পুন্সিসে লেঞ্জরগে।
ৱাধা ৱাধা হায়বা মাগী নাম শোন্দুনা,
থৱাইসে থারগে মাবু উদ্রবদি।

হায়য়ুগবা উপাই থৌজাল হৈবী ইবেল,
খিকপিরো থৌজালগী অমৃত ইকোক্তা।
থৱাই অসি থাগদৌরে - নুংশিবিয়ু,
ইবেন নত্তনা ঐগী কনা লৈজদে।

## হনুবীনা কৃষ্ণবু থেমজিনবা ৱাগনু শ্যাম ইবেন্না শিনগনি

করিগী হায়রি অদুক হন্থনা,
হে শ্যাম নংগুম্বা কনা লৈরিবা।
কালিগী থক্তা জগোই শাবনি,
নংনা পুবনি গীরি গোবর্দ্ধন।

হোৎনগনি শোয়দনা নবেন্না,
তরাই তরাইনা খনবদি য়ারোই।
মনেমসু ফত্তে মচনসু ফত্তে,
রাধাসু কোইশেন শেন্নে চেকশিন্না।

অচম্বা নবেন্দি নত্তে ঐসে,
দেশা উপাই অমা হেক্তা য়েংগে।
মঙ্গল ওইরদি করি পীনি শ্যাম্
থবক ঙম্লগা কাওগল্লি মীনা।

## নবেন্না পামজবা হায়জগে হে শ্যাম

মপোক খুদিংদা থম্বীয়ু ঐবু
তাংলবা নংগী চরন থম্বালদা।
নংদি জগৎকী মপুনি কৃষ্ণ,
খংজবনি ননাই নবেন ঐনা।।

লাকলে হনুবী যাবট তমদুনা,
ফম্লরে রাধাগী নাক্তা তুমিন্না।
রাধানা হংজৈ করি থবক্কী,
লাকপনো ইবেল হায়বিয়ু নশুদা।

## রাধাগা হনুবীগা ৱাহং পাওখুম্নবা

হে রাধে করিগী খংদে কৃষ্ণ মাবু
বেদনা পুরান্না তাকপা ঙমদ্রবা।
মুনি ঋষিশিংনা তপস্যা তৌদুনা,
মাগী হৌফম লোইফম থিবদা ফংদ্রবা।

ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনা মগুণ শকলিবা
লক্ষ্মীগী মিৎ নহাগী লৈতেং ওইরিবা।
গঙ্গানা মাগী খুয়াবু শেংজরিবা
হরিবু থৌশাদবা পঙমল্লি নংসে।

নুমিৎ, থা, মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিয়ানা
মাগী থৌদাতবু ইল্লিবনি রাধে।
জীবগী থৱাই হকচাং মানা শেম্বনি,
সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মপুনি মাদি।

নাপল তৌনু বাধে নশক ফজৈ হায়না
যৌবনগী পুন্সি অরেম্বদা মাংখিনি।
তঙাংবা মাগী খুয়া থম্বালবু নিংজৌ,
চুপচৌ খোইমু ওইনা থম্বালগী লৈহীবু।

## হনুবীগী ৱাহং তারগা রাধানা খুমজবা

মুন্না তারো ইবেন বাধা ঐগী ৱাবি,
গোলোক্কী মবেম্মা ওইরম্বীনি রাধা।
কৃষ্ণনা পুরুষনি বাধানা প্রকৃতিনি।
কৃষ্ণনা নুমিৎনি, বাধানা মঙালনি।।

ইবুংঙোনা মৈনি বাধানা মৈশানি,
মানা শক্তিমান্নি, ঐহাক্না শক্তিনি।
মহাক্না থাজনি, ঐহাক্না থাবন্নি;
তৎনা থানা য়াদ্রবা বাধা কৃষ্ণনি।

নুংঙাইনা লৈজবী গোলোক্তা বাধানা,
ফংখিদো সিদামগী নাম্থোকপা ঙমদ্র শাপ।
পোক্লরে কৃষ্ণনা গোকুল ব্রজপুরদা,
ইবুংঙোগী তুং-ইঞ্জরক্লি বাধানা।

খংবিদে থিবিদে রাধাবু কৃষ্ণনা,
কয়াদা তোক্লি আয়নগী নুপী ওইরে।

নপুংশক আয়ন্না লাৎচবনি ঐবু,
রস অসি খংবা কনা য়াওদে তাইবংনা।

গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎপা শ্যামগী খুদোনবীনা,
মাগী দর্শন ফংজৈ তোল্লবী রাধানা।
নোংইনগুম যেংজৈদো, শ্যামগী মাইথোং থাবু,
পুমঙান ঙানখি চিংখা, শ্যাম মাগী মঙান্না।

তোল্লিদা রাধা ঐসে মপোক থিখরেদা,
খোংদা ঝিঞ্জুর থাংলবী পোনগী চেক্লাগুম।
বিধিনা পন ওইনা খাজিনখ্রবী রাধা,
নাম্থোক্কনি করম হায়য়ু ইবেন নংবো।

কৃষ্ণগী থৌজাল নত্তনা অতৈ লৈতে,
সংসার লিপুন্দগী নাম্থোক্লবা উপাই।
যমগী মশকনিনে জাটিলা হায়বিদো,
হুইগুম শঙলি ঐবু কুটিলা কৌবিনা।

হায়বিগনু ইবেল ঐগী ৱানবনি,
নাম্থোক্কুনা পনসে করম ফংগনি শ্যাম।
কান্নদ্র পুন্সিনি মপোক ফৎত্রবী রাধা,
শ্রী কৃষ্ণবু ফংজৌ তম্লমদ্রবী ঐনি।

## হনুবীনা অমুক খুম্মি

রাধাগী পুক্নিংগী ৱাহংবু তারগা
পাওখুমজৈ হনুবীনা — ইবেল লৈরিনা।
নপুকনিংতা লেপ্পু শিনগনি ইবেন্না,
ঐনা শিনবতা য়াও — ইতুং ইল্লকউনে।

ব্রজদা লৈরিবা গোপী পুন্নমক্না,
কৃষ্ণবু নিংদবা কনা য়াওরিবগে।
মাগী প্রেম ফংজবা অদুগুম্বা মীনা,
নুংঙাইবা ইপাক্তা তাওগনি ইথক্কুম।

হায়বিয়ুনে উপাই নিংজগেনে শ্যামদো,
থরাই হকচাং পুন্না কচ্চগে চরন্দা।
রাহোংগী চুরানা লৈতেংবা শকহেনবা শ্যাম
খুত্তা বাঁশি পায়বা মথেক অহুম থেকপা,
চিনবান্দা বাঁশিনা রাধা রাধা কৌবা,
উজনিংই পেন্না — নিংথিবা শ্যাম মাবু।। ০।।

নুংঙাইবমক্তনা হনুবীনা হায়রকই,
ইবেল চৎলে চৎলে রাধে রারুগনু।
বাধা কৃষ্ণ নখোই অনিবু পুন্না,
উনহনগে নিংথিজবা কুঞ্জবন্দা।

## হনুবীনা নন্দগী রাজ সভাদা ওইদবা পাও পীরবা

লাকলে হনুবী নন্দগী রাজ সভাদা
অদুগা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচরকই।
তাবিয়ু ব্রজগী নিংথৌ অমসুং
তিল্লিবা ফমনাইবা গোপ পুম্নমক।
হনুবী ঐনা তাজরকপনি পাও অসে
ভোজরাজ কংস নিংথৌনা হায়রকপনি।

নন্দ নিংথৌনা মচা পোক্ত্রিঙৈদদি
ক্ষীর লনি লড়ু বেডা নচিংবা
কৈথেন্দা পুরক্তুনা য়োল্লবনি।
হৌজিক্তি কৈথেন্দা অমত্তা ফংদরে।
মরম অদুনা গোপ পুম্নমক
অমত্তা চিখদনা হাৎলগনি হায়না
লাওথোকখি হায়বসি তারকপনি।

**ৰাফম অসি নিংথৌ অমদি প্রজাশিং দরবার তৌদুনা নিংথিংনা খন্নরে। অদুগা পোৎ য়োনবা হায়না লেপ্লরে।**

হয়েংদগী লনি মাখন পুদুনা
মধুপুর কৈথেন্দা পোৎ য়োনবা থারসি।

তৌইগুম্বসুং ময়াম্না হায়রকই —
নুপী ঙাক্তা করম্না পোৎ য়োনবা থাগনি।
নুপাসু খরা য়াওনা চৎপা তাবনি।

ৰাঙাং অসি তারগা হনুবীনা খুমলকই ঃ
নুপাগা চংবা য়াবা নত্তে কৈথেন্দা।
নন্দনা লাওরকই ইবেনগা চৎমিন্নৌ
ইবেনগা চৎলদি করিসু চিংনদে।
করি খল্লি প্রজা ময়াম পুম্নমক।
য়ারে! য়ারে! ইবেন্না ঙাক-শেনগনি,
হায়রগদি ফত্তবা করিসু থোকলোই।
য়াম্না হে শিংবা থবক ঙম্বা ইবেন্নি।
হনুবীনা হায়রকই ঙমজরোই ঙমজরোই
কৈথেল চৎপদা বন ফাওদুনা চৎকনি,
শা কৈনচিংবা থেংনরবদি করম তৌনি?
অদুগীসু মথক্তা গোপীশিংদি
নহানিনা গম গম হেক্তা চৎখিগনি
শোল্লবী হনুবী ঐবু হুন্দোক্লমগনি ।
ময়াম চংদুনা খুরমলে হে ইবেন!
নংনা চানবিদুনা খরা চৎপিয়ু
গোপী ময়ামদো খরা পুবিয়ুনে।
ইবেন্ন য়ারবদি ঐখোয়গী নুপীশিং
ইচনশিং পুম্নমক লোইনা থাজগে।
"হনুবীনা য়াৎপা পোরম করম শোয়গনি
অসি খল্লদুনা হায়রকই ময়ামদা"
ফরে ফরে মখোই ময়ামদো পুবিরগে।

অদুগা শেম শাহল্লো য়োনগদবা
পোৎ ময়ামদো — ঐহাক চোপ্পা য়াদেকো।
শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অঙকপনা থনবা
রাগকী তুংনফম, তারিমখৈ পেন্দবা।
তানিংদুনতা লৈবা অমৃত হেনবা।
ব্রজ গোপী ময়ামদুনা শ্রীকৃষ্ণবু
উবা ফংজগনি খনবদা হরাওজৈ।
আয়ন লাক্কুনা হনুবীগী মফমদা
হায়জরকই হে ইবেন নং রাধাবু
খরা চেকশিন্ন পুবিয়ু নুংশা থিজৈ।
হনুবীনা খুম্মী রাধা হায়বদো,
ঐগী থৱাইনি ঐগী নাক্তা থমগনি।
মতম পুন্নমক্তা মিগুম লোইনগনি।

## কৈথেন কানবা গোপীশিংনা কৈথেন্দা পোৎ য়োন্নবা শেম শাবা

অয়ুক ঙন্তা হৌগত্তুনা গোপীশিংনা
মাখন চিংবা লোইনরে মহৈ মহৈ।
ক্ষীর ছানা লড্ডু বেড়া কচৌরী গুলা,
মখল মথেন শুনা হৌরে অহাওবঙাক।
লনি মাখন ক্ষীর হৌরিবা পোৎশিংদু
তোঙান তোঙান চফু থন্ন থন্ন হাপচিল্লে।
পরেং পরেং থমলে মাগী মাগী পুনবা,
তরু তরু ফিনা নাম্থোক্তুনা থমলে।
নীংথিবী ফজবী মৌ নহা গোপী ঙাকনি,
ৱাঙাং ৱাতানা কোকিল শুরবু ঙমজৈদা।
ব্রজ গোপীশিংনা শ্যামবু কয়া নিংজবা
শ্যামগী মগুনবু শৈথানা শকচরিবা।
লাওনরি গোপশিংনা লূনা চৎলুকো,
মধুপুর সহরদনি চৎকদবা নখোই।

তনান তনানবা ফি-রোল শেত্তুনা চৎলু,
গওয়ালি গোপীনি, হায়নখিনি মীনা।

নন্দগী মচা কৃষ্ণনা শান্নরি,
গোপীশিংগী থম্মোই লকাদা চংদুনা।
রসনা থনবা রাধা কৃষ্ণগী লীলানি,
তাবদা শোনবদা অমৃত হেনবনি।

দু:খী শ্যামদাসনা ঈশৈ ওইনা শক্তুনা
শ্রীকৃষ্ণ লীলাগী ঈপাক্তা তাওজরি।।০।।

## রাধিকা অমদি গোপীশিংগী ফিজেৎ লৈতেংবা অদুগা হনুবীনা লুচিংদুনা গোপী পুন্নমক্না চৎমিন্নবা

## রাধাগী ফিজেৎ

শরৎ পুর্নিমা ঙমজবী রাধা
নুপীলক্তে তোমথিন ওইনা ঙানবী।
পকচৈনে শংল ফিজোলগী লৈতেং,
স্নাগী কুচু লেমজবী শকফম।

কুম কুম চন্দন থৌৱানগুম ইরংলং
কোরৌগুম শিন্দুর লাইবক ময়াইদা।
কাম্বু শুমহৎপা খোই খোইবা পীশুম
খোইরুম মোমোন তয়ান ঙমজ চিনবান।

শ্যাম্বু খোইরাংহনবা অমুবা কাজল
পুক্লিং হুরবী থোৎনা নৌজবী।
ফজৈদা নাশিকা থোইদিং মপালগুম,
সনাগী খুজি তান নুপুর নোংথাংগুম।

লুতুংগী বেনীবু লিন্নি খন্না
মিত্তাজে ৱাহোংনা কোইপাই পাইনা।
উবদা ৱাহোংগী ফল্লবা মমৈ,
শ্যামগী চুরানি খল্লুরে রাধা।

লাইরেম্বীনা ওইবা, গোপীশিংনি,
কয়াদা পকচৈ নাৎকী ফিজেৎ লৈতেং।
বেনী লোনশিল্লে নাচোম থেৎচিল্লে,
নিংথিজৈ ফজৈ লাইবক্তা শিন্দুর।

মিত্তা কাজল নাতোন্দা নাশিকা,
কুম কুম চন্দন (থম্বাল) লৈরিক্কুম লাইবক্তা।
মখল মচুগী শাবিনা পুমলং লং,
স্নাগী খুজি তান খোংদা নুপুর।

পীশুম্না লিকুং কাম্বু শুমহৎপা,
মাইথোংনি রাধাগী শক্তিনা ওইবা।
কৃষ্ণবু দর্শন ফংগনি খনবদা,
পুক্লিং মকা লামজৈ কয়া হরাওজৈ।

চৎলি গোপীশিংনা ইকোই কোইনা,
মযাইদা রাধানা থাজগুম ঙান্না।
শজিগী মিত্তা মিৎয়েংনা ফল্লপ,
খম্রাংচাৎকুম নোমতক কাংঙ খোংথাং।

মঙম শান্দ্রবী চৎপদা লেমজৈদা,
কৃষ্ণবু শুমহৎকে মওংনি রাধে।
শ্যামগী প্রেম ভক্তিনা থম্মোইনুংদা,
কাওবা লৈতনা খঞ্জবী ইবেম্মা।

হনুবীনা লুচিংপুরেল ওইনা,
চৎলকলে গোপীশিং মরি মরি।
মকোক্তা লনি মাখন পুদুনা,
পোৎ য়োন্নবা মধুপুর কৈথেলদা।

মাংদা চৎলি রাধানা উশিন্নদে,
শ্যাম্না কৌজরকই ঙাইবিখো রাধে।
কদায় চৎলি ননী মাখন পুদুনা,
খুমজৈ রাধানা পোৎ য়োনবা চৎচরি।

রাধানা হায়জে করি তৌরি শ্যাম
মফমসিদা লৈরম্বা করিগীনো ?
ঐ মাশুন ফল্লম্মী মফম অসিদা,
ঙাইখো মাশুন পীরমখো পোৎ থারম্মু।

শ্যাম রাঙাংদা ইবেম্মা নোকচৈদো,
করি লীলানো শ্যাম নংনা শান্নবা।
দুখি শ্যাম দাসনা শকচৈ মাশুন ফম্বা,
নুংঙাইহল্লু হে শ্যাম কালাগী মপু।

## রাধানা খুম্লকপা কৃষ্ণনা মাশুন ফমই তাবদা

রাধা ঐদি তাদেনা খংদেনা,
কৃষ্ণনা মাশুন লৌই হায়বসে।
ইবেম্মদো থোইনা নোকনিংলক্লে,
শ্যামগী ওইদবা মতৌ উবদা।

কৈথেন্দা ননী মাখন য়োনবসে,
ব্রজ গোপী ঐখোইগী ইথৌনি।
চানিংলগা নিয়ু পীজগেনে,
হে শ্যাম নংগী হৈনবী তৌগনু।

চৎকে লম্বী থাদোকউ লৌনম্বা,
ওম্বোক্লসু ইকাইবা খংদেনে।
নোকমি নোকমি তৌনা থম্মোই হুবা,
নংগী শকফমদো উৎকনু ঐখোইদা।

রাধানা ফনা ঙাংজরবসু
শ্রীকৃষ্ণনা খক তাবিবা লৈতে।
চিংনা য়েংই মিৎচিনা রাধাবু
থৎলি লম্বী পাম্বোম তিংথোক্লুনা।

শ্যামগী মিৎচি তেন উবদা রাধা
চিংনরে পুক্লিংদা কিবা পোকলে

হনুবী কৌদুনা হায়জৈ করিনো ?
ইবেন নংবু তাদরা শ্যামগী রাঙাং।

হংলরাও মানা করি পামলিবা,
ঐবু অসুম চোপ্পা তারবরা ?
হনুবীনা নুংঙাইজৈ পেঞ্জৈদা,
রাধা শ্যামগী লীলা উবদা।

## হনুবীগী কুম্মৈ

শ্যাম নং খংবরা গোপী ময়ামসে,
ময়ুম পাল্লবী মৌ নহা ঙাকনি।
হনুবী ঐ য়াওরিসি নং খংদরা,
নহাক অরেম্বদা চোপচ-গনি।

রাধাগী শাওবা অদু ফনবা,
হংলকই হনুবীনা কৃষ্ণদা।
নংনা পামলিববো করিনো শ্যাম,
কনা মাশুন লৌখি কৈথেন কাবদা।

য়েংউ শ্যাম ! ঐগী চৈশু য়াওরিসে,
নংবু হেক্তা ফুবগা লোইরে।
কৃষ্ণনা য়াল্লে রাধাগী ফিজি,
হনুবীনা তান্নরি কোইনা কোইনা ।
শ্যাম্না চেল্লি রাধাগী অকোইবদা,
লক্ল লক্লনা ফিজি পায়দুনা।

## রাধানা অমুক হায়বা

নোকনিংবা শাওনিংবা য়ান্ননা
হায়রকই রাধানা গোবিন্দবু।
ফজদেদা শ্যাম নংগী শাজৎসে,
নুপী লক্লবা ইকাইবা খঙদে।

শ্যাম নং ! নন্দ যশোদাগী মচানি,
নশক নতৌ নগুনসু ঙাক্তবা।
নঙাল য়েংই পুর্নিমাগুম ইংই,
ফুইনা নোংহৌ ঙমজৈ নিংথিজৈ শ্যাম।

নোংশাগুম ফজবা চেংল খ্বাংদা,
স্না ফিগে থোনবদা পকচবা।
জগৎপু শুমহৎপা মাইথোংনি শ্যাম,
ব্রজ গোপ গোপীগী থৱাইনি।

নহাক্লা ফজরিবা অদুবু,
ষনশেন নহাগী মতৌ হেক ওইদা।
নংগী শাজৎসে ঐ পামদে শ্যাম
রাধা ঐসে শাগৈগী মৌনি।

থাদোকউ লম্বী চৎকেনে ঐখোই,
থেংলেবা—সে—কৈথেন্দা পোৎ য়োনবা।
ৱাশি তাবদা হায়রকই কৃষ্ণনা,
লৈশি লৈথোন্না হে শিংবা বাঙাংনা।

## শ্রীকৃষ্ণগী মাশুন লৌবা

নশক্তি য়াম্না ফজরগা হে রাধে,
ইনাক কৈরাক য়াম্না খুনবসু ওইরগা,
করিগী লম্বীগী মাশুন পীনিংদে।
পীফম থোকপনি ময়ামদি পীবনি।

ঙসিদি শ্যাম ঐগী লাইবক ফবনা,
ফারেদো নাথৈদুনা চৎলম্বা নংবু।
শেল ওইনা পীগেরা পোৎ ওইনা পীগেরা,
পীদনদি চৎপা শুকয়ামক য়ারোই।

শ্রীকৃষ্ণনা ৱাঙাং হৈবা লৈরোং থেৎপা
নাটক লীলাগুম শেম শাদুনা হায়রকই।

তাকপিগে খঙদ্রগা করম্বা পোৎতা,
মাশুন লৌবগে হাযবসে তাবো রাধে।

মখুৎ মশা হাইনা ফিভম শেমদুনা
শুমহৎপা শকফম উত্তুনা হাযবকই।
ঘী-থাও শঙ্গোম চুহি স্না লুপা খোইহি,
মখোইশিংসে মাশুন লৌই শেন ওইনা।

শকফম হঞ্জিদুনা হাযবকই শ্যাম্না,
পনখ্রিবশিংসে নত্তবা খবমুক হাযবগে।
নৃপী মশক ফজবী মখোৎ কাবকপীশিং
ললোল ইতিক তৌবী কৈথেল কাবীশিং।
মখোইশিং অসিনা মাশুন মহুত্তা,
পীরম্লগা চৎখিবা যাগনি মযাম্না।

চুমদ-চুমলবোই খল্লেদো গোপীশিংনা
বাঙাং হৈবা শ্যামগী শুমহৎপা শক্তম।
গোলোক থাদোক্তুনা ব্রজ বৃন্দবন্দা,
লীলা শান্নগে হায়না লাকপনি কৃষ্ণ।

তাকপিবকই শ্যাম্না গোপীশিং মফমদা,
মখা তানা অমুক হাযরগে তাবোনে।
খোইকুম মোমোন দান, মিৎচিনা য়েংবা দান।
পোম্বীগুম চিল্লোক্ক চেক্লগুম চিনদিন্ন,
নুংশিগী তেন্ন থম্মোই লকাদা থাবা।

পীবম্মু রাধে পোৎশকশিং অসে,
থাদোক্লগে লম্বী চৎলো কৈথেন্দা।
নপুকনিং নুংঙাইনা হরাও হরাওনা,
পোশিৎ-চাশিৎ ফরো মঙ্গল ওইরকউ।

গোপী ময়াম্না থিক থিক নোক্লকলে,
শ্যামগী শেমজিন শাজিনবা ৱাঙাং তাবদা।
অদুবু শাওদে গোপী ঐখোয়দি,
শ্যাম নংবু থম্মোইদা লাৎপা ঈশ্বরনি।

## রাধা কৃষ্ণ অনিগী অমগা অমগা ৱাহং পাওহংনবা

করি ৱাঙাংনো শ্যাম হায়হৈদবা ৱাঙাক,
মথোং হুকখিদ্রেদা শকহেনবা শ্যাম নংবো।
লৌবা য়াবা ৱাবু অমত্তা য়াওদেনে,
নাপল তৌরবা নিংথৌ মচানি হায়না।

নপাঙ্গল কল্লি গোবর্দ্ধন ফুকপনি,
পুতনা হাৎপনি নাপল তৌরবা শ্যাম।
বকাসুর অঘাসুর বৎশাসুরনচিংবা,
নংনা হাৎলে অসিরা চাওথোকচরিবা।

ব্রজ গোপীদদি শুকয়ামক য়ারোইনে,
কন্নাদনো নংনা ভীক্ষা নিরিবো?
নুপী নহা উরগা নমিৎ থকলিবা,
অতৈগী নুপীবু নমানি খনগনি।

অতোপ্পা নত্তেনে হে কৃষ্ণ নংবো
ইনেম্না পোকপনি মরি য়াম্না নকনৈ।
অতৈগা ওইরদি ৱাথোক লাম্হোক্কনি,
তোকপিরগে ঙসি মতুং-মনাও তৌনু।

## কৃষ্ণগী অচুম্বা বাক্য

কৃষ্ণ ঐঙোন্দদি চপ মান্নে পুন্নমক,
মরি থোকপা থোক্তবা করিসু লৈতে।
লৈবনি ঐনা জীবশিংগী থম্মোইদা,
আত্মা ওইনা পরমাত্মা শক্তম লৌনা।

গোলোক্তা শাওগনবী রাধা কৌরম্বীনা,
ফংখিদো সিদামগী কল্লবা শাপকী চৈখেং।
পোক্লরে বৃষভানুগী মমোম ওইনা,
কৃষ্ণ কৌবা ঐবু ফংজগে খন্দুনা।

পোক্লরে কৃষ্ণ ঐসু দেবকী মচা ওইনা,
মধুপুর নিংথৌ কংসগী কৈশুম শংদা।

পৃথিবীগী অরূম্ব কোক্লবা লাকপনি,
লৈরবনি নন্দ নিংথৌগী শঙ্গাইদা।

হায়নৈ ঐবু যশোদানসু পোকপনি,
কৌনৈনে ঐবু নন্দলালা শ্যাম হায়না।
নোংজু নুংশা খাক্তা বন্দা ষন শেল্লিবসে,
হে বাধে নংগী মবমগীদমকনি।

গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা ব্রজ কনবিবা,
কালিবু তানবা, যমুনা হুবু শেংদোকপা,
অঘাসুব হাত্তুনা বাখালশিংবু কনবা,
লাম্মৈ থকপনি ব্রজ মীযাম কন্নবা।

ঐদি মবোল অহুমগী মপুনি হে বাধে
পোকপা হিংবা শিবা প্রলয় ঐনা শিনবনি।
বাধা, লক্ষ্মী, সবস্বতী অহুম্মক্লা
কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌরিবনি। রাধে।

গোলোক্কী কৃষ্ণদু ঐনি খণ্ডউনে।
বাধা নংনা ঐগী চান্নবী নুপীনি।
মী, লাই, মুনিশিংনা নংবু উঙমদে।
ব্রহ্মা শিবনা নংবু উবা ফংদে।

অদুগুম্বা কৃষ্ণ ঐনা রাধা নংগী;
প্রেম ফংজগে হাযনা মাশুল লৌবা শাবি।
চানবিরো হে রাধে হাপ্পিবো প্রেম ভীক্ষা,
নত্রবদি ঐগী থব্লাইসি থাবনি।

## রাধাগী পাওখুম

মবুংঙো কৃষ্ণগী ৱাবু তাজদুনা
বাধানা খুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ।
করি পামলি শ্যাম, গওয়ালিনী ঐঙোন্দগী,
লক্ষ্মী সরস্বতীগী মবুংঙো নংনা।

করিগী নপুংশক আয়ন্দা রাধাবু
লুহোংবা মতমদা থিংবিদবনো শ্যাম।

রাধা ঐবু অৱাবা অমুক পীরনু,
থাদোকপিরো লম্বী চৎহনবিরো ঐবু।

## কৃষ্ণনা অমুক হায়বা

লৈরিবা ব্রজগী গোপী পুন্নমকসে,
ললিতা বিশাখা, সখি নিপাল পুম্বা,
রাধে নংগী হকচাংদগী পুখোকপনি,
ঐখোই অনিগী লীলা মতেং পাংনবা।

ঐনা হায়বদা খংদ্রবনিনা রাধে
মাশুন পীরমদনা চৎপা শুকয়ামক য়ারোই।
অসি হায়না শ্যাম্না ফারেদো রাধাবু
মন্দর চীংবু বাসুকীনা য়েৎপগুম।

লাওজৈদো রাধানা খোঞ্জেন্দি ৱাংনা
ইতা নখোই নপোৎ লোইনা থোংগৎলো।
য়াথং ফংবদা থোনগৎচরে পোৎ পুম্বা,
থাংথরে শ্যাম্না গোপীশিংগী কোক্তগী
ফমহল্লে ময়ামদো য়েংহল্লে কুম্মে।।

মহাদেবনা গৌরীবু পম্বগুম্না
পমলে রাধাবু শ্রীকৃষ্ণগী তম্পাক্তা।
পোম্বীগুম চিল্লোকনৈ চেক্লাগুম চিন্দিন্নে,
গোলোক্কী হরিবু উবা ফংজবা।
অদুবু কপচৈ ইকাইদুনা রাধান্।।

## ইকাই নুংশি য়ান্নরবী রাধাগী অৱাবা ৱাহৈ

ইবেন হনুবী নংনা অসুম শিনবরা ?
রাধা ঐদি চোপলে শিখিবনা ফরে।
তাহৈদ ৱা ঙাক তাহল্লে রাধা ঐবু
মীরোল য়াওদবা শ্যাম মাগী মচিন্দগী।

ইফি ইরোল লোইনা শেগাইবিরেনে,
ঐদি করম্নবু য়ুমদা হঞ্জিনগনি।

হে ইতা নখোই কনাদা হায়দোকপিগনু,
রাধা হাৎপা পাপ পুকো হায়দোক্লদি।
ওইরে হৌজিক বাধা মিংচৎ থিহল্লে,
বিধিনা তম্বরা রাধাগী লাইবক্তা।
যাত্রা তৌরকপদা ওমঙ্গল ঙাক থেংনৈ,
শবীনা লমলানখি মীনা তুংদা কৌহৌই।
পুক্লিং চিংন-চিংন লাকপনি তোল্লবীনা,
থোক্লবে হৌজিক অমত্তা চিখদনা ।
মতৌ য়েংঙমদেদা হনুবীনা বাধাবু,
হাযবকই শ্যাম নংসে খবা হেনমল্লি।
বাধা কৃষ্ণগী প্রেম ঈচেল অসিনা
শিন্থবা ওইসনু ভক্তগী মিৎলুদা।
অসিতা নিজবি দু:খী শ্যাম দাসনা,
ইহৌজগে থম্মোই রাধা কৃষ্ণগী প্রেম।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণনা হি হোনবা শাদুনা লেংলকপা

হনুবীগী পুক্লিং চমন্নরে
বাধাগী অবাবা উবদা।
যেংউনে শ্যাম রাধাসে ইকাইরে।
গোপীশিংগী মাংদা নংগী নতৌনা।
ইবেন্না হায়বা ইল্লুনে কাঙ্গাই
লৌকুচো হি অমা পুরকউনে।
গোপীশিংবু যমুনা লানবীয়ু,
রাধাগী প্রেম ফংগে হায়রবদি।
হনুবীগী ৱাসে য়ানিংলে শ্যাম
গোপীশিংসু থোইনদুম হরাওরে।
হনুবীনা হায়রকই গোপীশা,
মাশুনগী থৌদাং ঐনা পুরগে।
মহৈ মহৈ পোৎ থোনগৎলে কোক্তা,
রাধাগীসু শ্যান্না থোনগৎপিরে।

লেংলকলে রাধা যমুনা লম্বীদা,
পুর্নিমা থাজগুম পুমঙাল ঙান্ন।
শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা লাকই
নুংশিরবা গোপীগী খোঞ্জেন্না.
শ্যাম শুন্দর শকহেনবা ব্রজগী থা,
ঙাওরে গোপীশিং ঐখোই নোংইন চেক্লগুম।

মাংখরে শ্যাম উহৌদে কনানা,
রাধাগী প্রেমদা ঙাওরবা কৃষ্ণ।
মাগী লীলা কনানা খংগনি,
খংচাও চাওহল্লে যমুনা ঈশিং।

হোংদোকলে শ্যামগী রাখালগী ফিজেৎ,
হুন্দোকখরে ধরা চুড়া লোইনা।
নৌরেন খুত্তা পায়দুনা কৃষ্ণনা,
হিরানবা শারি গোপীবু লান্নবা।

লাকলে কৃষ্ণ হি অমা হোন্দুনা,
লুপা মচুগী হিনি ফজৈদা।
মনুংদা রেসম ফিদা থারিবা,
হিথক্তা ফমলি হি হোনবা শানা।
থা কোটি ঙমজনা ঙাল্লকলে শ্যাম
জগৎপু শুমহৎপা শক্তম লৌদুনা।

য়েংউনে ইতা হিহোনবা নুপাসে,
মথোৎ কারকপা ফজবা পাখংনি।
কোক্তা ইন্নফি কোইয়েৎ য়েৎলিবা,
ওইগী চুবাদা ফিজিন তারিবা।

ন্নাহোং মতুসু থেৎলি চেপতক্না,
অনৌবা নোংহৌ ঙমজবা কুচু।
স্না ফিগে থোল্লি চেংল খ্বাংদা,
খোইদৌ য়ৌনা শিরি গুঞ্জ মালা।

নাতোন্দা গজমতি নাশিকা,
স্না খুজি তান পাম্বোম অনিদা।
ঙক্তা কৌস্তুভ মনি থোল্লিবা,
কাম কোটিবু ঙমজবা শকফমনি।

কৌবকলে গোপীনা হো হিহোনবা,
লাকখো শোমদা হি হোঞ্জিনবিবকউ।
খল্লিদা শ্যাম্না শিংইদা হনুবী,
ঐগী পুক্লিং থুংলনি ঙসিদি।

হোঞ্জিল্লক্লে হিদু তোর্ব্বানলোমদা,
ইংলবা যমুনা ঈপাক মথক্তা।
নৌবেন জগোই শানা শানা শ্যামনা,
নোংথাং জগোইগুম অহাংবা মালংদা।

যমুনা খবা লানবিযু ঐখোযবু,
হে হিহোনবা হিবানমন পীজগে।
জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা,
হিহোনবা শাবি যমুনা তুবেলদা।

## গোপীশিংবু হিরানবিবা কলি জীববু লানবীবা ওইসনু লানঙমদ্র ঈপাক বৈতরনী তুরেল

শকহেনবী কালিন্দীনা —হবাও হবাও থেক নৌনা,
চেঞ্জবি জগোই শানা —শানা লৈনা লৈনা।
মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা— হি হোনবা উজবগা,
যমুনানা কয়াদা — পৈঞ্জেদো হবাওজৈদো।

ঙসিদি বাধা কৃষ্ণ — অনিনা হি তোংলগনি,
যমুনা ঈপাক্তা — শান্নগনি প্রেম লীলা।
মিৎকা মিৎকা চান্ননা — থম্মোই থম্মোই শিন্ননা,
প্রেমগী মৈচাক কোক্কনি — রাধা কৃষ্ণ অনিনা।

ব্রম্মা সুরারেন লাইয়াম, —কোটি কুনথ্রাহুমদোইনা,
মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী — য়াথংবু ইঞ্জবিবা।

মুনি ঋষি কয়ানা — চাদ থক্তা তপ তৌরিবা,
অদুগুম্বা কৃষ্ণনা — ঙাওরি রাধাগী প্রেমদা।

যমুনা ঈপাক্তা — হিহোনবা শক্তম লৌনা,
হি হোল্লিদো কৃষ্ণনা — গোপীবু লানবীনবা।
রাধাগী প্রেম রসবু — ইখৌ লাংবিরি শ্যাম্না,
রাধা মাগী — থাবলগী অমৃতবু নিজরি।

লানবিয়ু যমুনাসে—হো হিহোনবা শকহেনবা,
মমল কয়া লৌগনি — হিবানমন পীজগেবা।
হোঞ্জিল্লকলে হি অদু — গোপীশিংগী মনাক্তা,
মোমোন নোক্তুনা— হিহোনবা শারদুনা।

য়েংউ ঐগী হিসিদি — মীয়াম্না তোংবা য়াদে,
নপোৎকা লুম্বনে— নশানগা লুম্বনে।
মী অমমমতা ওইনা — লাল্লবদি য়াগনি,
অপিকপা হিনি ঐগীসে— চেকশিন্দবা য়াদে।

মৌনহাগী মমলনা —খ্বাইদগী তাই য়ামদেদা,
অহল লমন অঙাংগীনা লিক্লোন অনিতনি।
পাখং লৈশা মৌগীনা লৌই শরুক অনিতা,
তাবদা শ্যামগী ৱাঙাং, তুমিন তুমিন নোকনৈ য়েংনৈ।

## রাধাবু হিরানবিনবা থৌরাং

লানতা লানবিয়ুনে—পিরগে হিরানমনদো,
লানবিরে গোপীশিংদো—অমমমতা ওইনা।
হংলকই রাধিকানা—করিনো হিরানবা নহা,
ঐবুনা ইকোন কোন্না—লানগদৌবগী মরম।

মুন্না য়েংলগা রাধানা—ওম্থোক্লসু মানখ্রেদা,
ঙসাইগী মাশুন লৌবা—কহ্নাইদো শোইরোই।
নত্তেদা রাধে নংবো—কাখৎলো হেক্তা হিদা,
থাংজিনবিরে কাহ্নাইনা—রাধাগী মপোৎ হিনুংদা।

ফমহনলে রাধিকাবু—ফজনা রেশম 'থক্তা,
শ্যামগী ইঙ্গিৎ ফংবদা—ঈচেল কল্লে যমুনা।
অকিবা ফংলকলে—মরৈ মরৈ তানা চেল্লে,
পায়ফমসু খুদোং চাদে—করম তৌগনি ঐদি,
রাধা ঐবু ঈশিংদা —শিয়ু তম্বরা হে শ্যাম।

কৃষ্ণনা হায় হে রাধে—নং করিগী পাখৎলি,
ঐগী নাক্তা ফমলোরাও—ঈশিংবু কিরবা রাধে।
কৃষ্ণগী নাক্তা তুমিন্না—ফল্লরে রাধা চিংননা,
হে শ্যাম নংসে ওস্থোক্না — ঙকখ্রেদা নংগী লীলা।

নংনা কুম্মে উৎলিঙৈ—নুমিত্তি সুম সুম থেংলে,
পুমখ্রনি লনি মাখন—মযামসে অবেম্বদা।
কচ্চরে চরন থম্বালদা —হাবিয়ু হরাও হবাও,
নতাৎ হৈবা ব্রজগী—অমুবা থাজ নংবো।

শ্যাম্না হারে অহাও অহাওবা লদু পেরা,
খরনা ঈবেম্মদা ইনবিরে নোক্ন নোক্না।
মিপাই চাওবী বাধানা কিবনা মশা নিকলে,
ফমজরে শ্যামগী তম্পাক্তা ঙকশমদা কোন্দুনা রাধা।

মবুংঙোগী থৌগনবু —ফংজবদা রাধানা
শ্যামগী প্রেমদা ইহৌরে—হিক্না হিক্না কপলক্লে।
জগৎকী মবেম্মা ওইরম্বী রাধাবু করিগী ?
গোপী নিংঙোল ওইহল্লে—মৌগী শিংদা চলহল্লে।

নংনি বিধি নোংদম্বা—নংতনা শিনবা ঙাকনি,
রাধাবু অৱাবগী—ঈপাক্তা তাহনবা হে শ্যাম।
সিদামগী শাপ্না মরম—ওইদুনা হে গোবিন্দা,
নংগী প্রেমতবু লোন্না—লোন্না নিবা তাবরা ?

চক্রগুম লৈরে হিদো—চৎলু য়াদরে লেপ্লে,
বিধিনা নংগী মাইথোং—থাবু য়েংনিংলমাক্লে।
ঐসু উপাই লৈতরে—য়েংউ নুমিৎসু লেপ্লে,
শ্যাম ঐসু লেপ্লে নংগী তাঙলবা মাইথোং উবদা।

হি হোনবা শারবা শ্যাম—ঙকথ্রেদা নংগী লীলা,
রাধা ঐবু হে কৃষ্ণ—ওহোক্না চানবিখ্রেদা।
অসি হায়না রাধা শ্যাম—লুপথখরে যমুনাদা,
ফমিন্নরে ইরোন্নুং—ফম্বাক্তা য়েৎকা ওইগা।

## রাধানা খুৎ লোন্নদা হঙ্গৎচে মখুংঙোদা

মপোক মপোক খুদিংদা—মনাই রাধাবু পুবিয়ু,
নংগী লীলা য়াওহনবিয়ু—রাধা ঐবু থাদোকপিনু।
শ্রীচরন নাক্তা লৈজগে—তত্তনা সেবা ফংজগে,
চানবিয়ুনে হে গোবিন্দ—নংগী প্রেমদা লুপচগে।

## তাকপিরকই কৃষ্ণনা, মনাই রাধাবু য়েংদুনা

যুগ যুগ খুদিংদা হে রাধে—নংগা লোইনগনি ঐনা,
কৃষ্ণ ঐ নং শান্নগনি—নুংশিবা লীলা কয়া।
ঐগী ওইদা লৈদুনা নং ঐ — নুমিৎ থাগুম ঙানগনি,
জগত্তা প্রেম য়েনবীদুনা—জীববু লানবিগনি।

থান্নবা য়াদ্রে নং ঐনা — গোলোক্তা শান্নখিবা রাস
শান্নগনি বৃন্দবন্দা — অমৃত হেনবা রাস লীলা।
খোংগনি ঐগী বাঁশিনা —- তত্তনা রাধা রাধা নাম,
য়াওহনগনি রাস গোপীশিং — কুঞ্জ কুঞ্জদা শান্নবা।

পুথোক্কনি ঐনা শুর — ছন্দ তান রাগ রাগিনী,
কলাগী অয়ৌবা থাক — যন্ত্রগী নুংশিবা শুর।
রাধা নংগী অয়ৌবি — জগোই খুৎথেক ফজবী,
শাগনি রাধে নং ঐ — কলা ঈপাক্তা লুপ্তুনা।

শ্যাম ঐনা খোংগনি বাঁশি — সাম বেদদা হাপ্তুনা,
ঈথক হৌহনগনি থম্মোই — নুংশিবা শুর তাবদা।
ঐগী বাঁশি মুরুলী — কৈদৌনুংদা খোংখিদ্রি,
নংগী প্রেম্ন চিংনবনি, শ্যাম ঐগী প্রেমদা লুপকনি।

## ব্যাখা

শ্রীকৃষ্ণদি ওইদা ওইহনবা ঙম্বনি। মৈ ঈশিং নুংশিৎ অতিযা লৈবাক তুরেল গীরি গুহা ব্রহ্মাণ্ড মরোল তরামরি মাগী শক্তমনি। মপাম্ছোংদা কিবা শারিবা রাধানা, মীগী মপোক ওইবনা। প্রকৃতি শক্তম ওইবী রাধানি। শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংবা হকচাংদগী পুথোকখিবি ইবেম্মা রাধানি। ঈশিংবু করিগী কিগনি। ঈশিং কংফান অমত্তনি ইবেম্মদা। মশা পুম্নমক ঈশিংনা চোৎপসু লৈতে। লনি মাখন চোৎপসু লৈতে।

ইবেম্মনা বিধিবু নিন্দা তৌরি

কপচরি রাধানা বিধিবু নিন্দা তৌদুনা অদুগা শ্রীচরন থম্বালবু কোঞ্জদুনা হায়জরকই— হে কৃষ্ণ নংগী শ্রীচরন থম্বালবু ইফোং ফোংনা সেবা ফংদবা তারেকে৷ ননাই রাধানা! থাদোকপিগনু ননাই রাধাবু।

## শ্রী কৃষ্ণ বাক্য

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরকই হে রাধে।
সিদামগী শাপ ওন্থোক্লা কনখরেদা।
নংসু খল্লু সিদাম অসে থোংশংবনি
রাধা কৃষ্ণ ঐখোয় অনিগী শ্রীধাম গোলোক্তা।
নংগী ননাইনি সিদাম। মাগী শাপসু নংনা
লৌবা তাবনি। শাপকী মরোলদি নং মুন্ন তারো।—

"হে রাধে নং গোপী নিংঙোল ওইনা পোকউ!
মীগী নুপী ওইয়ু। সখী বিরোজানা কৃষ্ণগা
লোন্না উনবগুম নংসু কৃষ্ণগা লোন্না লোন্না
উনদুনা লীলা শান্নৌ! চহি ১০০ কৃষ্ণগা কায়নৌ।"

অসিবু হৌনবরা হে কৃষ্ণ—জগৎকী মবেম্মা
তাইবং জীববু শেম্বীবা, শাবিবা প্রকৃতি রাধা
ঐবু অসিগুম্বা লুম্লবা পুঙমদ্রবা শাপ। মনাইগী
ৱাকৎ তাবিরগা তাকপিরকই—হে রাধে ৱাগনু
কৃষ্ণ ঐনা ফনবা লোইনা শিনগনি।

## রাধা কৃষ্ণ অনিনা ঈশিং মনুংদা লুপখিবদা গোপী ময়াম্না তেংথাবা।

রাধা কৃষ্ণনা ঈশিংদা লুপখ্রবদা,
কপ্নরক্লে ব্রজ গোপী ময়ামদো।
উররোইদো হে শ্যাম নংগী নুংশিবা রূপ,
হন্দক্কী মপোক্তা তোল্লবী ঐখোইনা।

গোপী ঐখোইবু নংনা লাম্থোকপিখি,
পাক্লবা যমুনা তুরেলগী ৱাংমদা।
লাইবক ফৈ রাধা নবুংঙোগী তুং ইনখি,
নংগুম্বা লৈরোইনে জগৎকী মনুংদা।

মীরোল খঙ্‌ঙৈদগী নিংজরকপনি শ্যাম,
নংতবু ফংনবা পুজা কৎচরকপনি।
হিংলুবগী করি কান্নগনি হকচাংসে,
থৱাইসে থারগে যমুনা ইরোন্নুংদা।

কৃষ্ণ প্রেম্না খৌরি ফুল্লে খাংঙমদরে,
হে শ্যাম লৌশিনবিরো ননাই গোপীশিংবু।
মাইথোং পীরাং শিন্থ গোপীশিংনা হায়জে,
হা বিধি নংসে ওম্থোক্লা ফত্তেদকো।
শ্যাম মাবু ফংগনু তম্লমলে লাইবক্তা।।

## যমুনা ঈয়াইদা রাধা কৃষ্ণ অনিনা শান্নবা

গোপীশিংগী কপ্লগী খোঞ্জেল তাবদা
মনাইগী প্রেম্না পুল্লে ভগবান কৃষ্ণ।
ফাওগৎলকলে শ্যাম্না রাধাবু পমদুনা,
শান্নরি রাধাগা প্রেম ইনোৎ হাপ্তুনা।

তাওমিন্নৈ অনিমক যমুনা ঈয়াইদা,
অনৌবা নোংহৌদা নৌথাংগী জগোইগুম।
রসগী তুংনফম রসরাজ কৃষ্ণনা
ঙাওহল্লি রাধাবু শ্যাম্না শোকপিবদা (কোনবিবদা)।

ফুগাইনা শাৎলবা স্নাগী থম্বালদা,
পুন্না লেপ্লে রাধা কৃষ্ণ সেঙ্গোন্ননা।
শ্যামগী মুরুলী নুংশিনা খোংলকপা,
তাবদা গোপীশিং থম্মোই ইথক হৌরে।

রাধানা হঙ্গৎচে হে চান্নথোইবা শ্যাম,
থাদোকপিরো মায়া শিবতারে গোপীশিং।
নংগী চরন থম্বালদা চংজখ্রবা,
থৱাই হকচাং কৎখ্রবা গোপীঙাকনি।

অনিগী কুম্মে য়েংজরি গোপীশিংনা,
তনৌবী মাইথোংবু ফিজিনা খন্দুনা।
লাইবক ফৈদা হে কালিন্দী শংবান্নবী,
শান্নবি বাধা শ্যাম নংগী ঈপাক' ঈযাইদা।

গোপীশিংনা কপচৈ পিরাংদি শিঙ্গনা,
হে কৃষ্ণ নংগী চরন ফংনু তম্লম্লে।
শমান লেংমান্নবী বাধা রাণীদি,
ফংখরে কৃষ্ণবু লাইবক ফবা হেনবনা।

## তোবর্বান্দা কৃষ্ণ কারকপা

হি হোনজিল্লক্লে শ্যাম, বাধাবু পুবগা,
গোপীশিংগী নাক্তা মোমোন মোমোন নোক্লা।
পুক্লিং হুর শ্যামগী নুংশিবা মিৎয়েংনা,
য়েংবদা কোকখরে গোপীগী প্রেম মৈচাক।

ইবেম্মশিংনা কোইনা ফমলি থৌৱানমিচাকুম,
ময়াইদা ফমলি শ্যাম লৈচিল পকত্র থাজগুম।
চিংনা চিংনা য়েংজৈ শ্যামগী মাইথোং থাজ,
থাবল ইপোম্বু থকচৈ নোংইন গোপীনা।

গোপী খুদিংমক লৈ পরেং পায়দুনা
হুকচৈ শ্যামগী ঙক্তা নুংশি নুংঙন্না।
খুরমজৈ মবুংঙোনি খন্দুনা, -
কচ্চরি থৱাই হকচাং পুন্নমক।

ৰাদি ঙাংদে থম্মোইনদি পামজৈ,
কৌজনিংই নুংশিবা হায়নবু।
গোপী ঐখোইগী মিৎম্না থম্বালদা,
খোইমু ওইনা তোংবিয়ু নিংথিবা শ্যাম।

লৈরাংনা লৈখোক লোইরক্লগা শ্যাম
লৈনম্না তিঞ্জগে খুয়া খাদা।
পামজদরে অমুক জীব ওইনা,
পোক্তুনা অমম্বা সংসারদা লৈবা।

## শ্রীহরিগী মহিমা গুণ

মপুং ফাবা মায়া চংদ্রবা,
ঐশ্বর্য্য পুম্বা তিনবা হরিনি।
ধ্যান তপ্‌না ফংঙমদ্র জগৎ মপুনা
গোপীগী প্রেমদা লূপ্লিবা করিগী।

হিরানবা শানা গোপীবু লানবিরি
বন্দা যন শেল্লি, তোল্লবা গোপগা।
মুরুলী খোংলিবা জগৎ শুমহৎনা,
করিগী রাধাবু তোইনা কৌরিবা।

নিংজবা মাগী মফমদা লৈবনি,
থম্মোইদা থাজ ওইনা ঙানবনি।
লৈজবা কৎপনা পেনবিবনি,
প্রেমগী লৈরাংবু লৌবিবনি।
(থম্মোইগী রসবু চুপ্লিবনি।)।।

## কালিন্দী তোর্ব্বানগী দৃশ

ইনৌতা নৌই পুক্লিং হুবা শক্তম্
কালিন্দী তোর্ব্বান ফজবা কুঞ্জবন।
ফুগাইনা শাৎলে লৈরাং লৈশক শুনা,
ইঙৌ ঙৌ, ইঙাং-ঙাং ইশং শংনা।

খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইদুনা,
পামজবা লৈরাং লৈশক খল্লিবা।
গোপীশিংগী থম্মোই হুরে উবদা,
প্রকৃতিগী নিংথিজরবা শকলোন।

মলয়া নুংশিৎনা লিরি হুমদুনা,
য়েল্লরি নুংশিবা হৈনম লৈনম্।
উনালক্তা কোকিলনা কুঁ কুঁ খোংলি,
ৱাহোংনা শারি জগোই লৈনা লৈনা।

থরো থম্বাল থারিকথা - শাৎচরি,
কাংঙ লাবা অমোম্না চিল্লোক্নরি।
গোপীশিংগী থম্মোইবু ইংহল্লিবা,
হে শ্যাম কালিন্দী কুচুবু ঙমজবা।

শ্রীরাধা গোবিন্দনা গোপীশিংগা,
শান্নরি থম্মোই হুর প্রেমগী লীলা।
মাগী মাগী পুক্লিংবু পেলহল্লিবা,
বাধাবুসু শাওহন্দে শ্রীকৃষ্ণনা।

অচম্বা নত্তে ব্রজগী গোপীশিং
মখোই' পূন্য ফলনা ফংজবা মপোকনি।
খঙজে মখোইনা নন্দগী মচা কৃষ্ণদো,
জগৎকী মপু পরং ব্রহ্ম হরিনি।

তারিখৈ পেনবা নাইদবা লীলানি,
থকলিখৈ ওকপা নাইদ অমৃতনি।
তারগা হরিগী খোইহীগুম্বা কথা,
কোক্কনি ইংগনি তাপ অহুমগী মৈচাক।

## গোপীশিংনা কৈথেন্দা পোৎ য়োনবা চৎনবা কৃষ্ণগী য়াথং লৌবা

শ্যামগী মাইথোং থাবু য়েংজদুনা
হরাওরে ফজবী ব্রজ গোপীশিং।

কচ্চরে চরন্দা থব্রাই হকচাং
মত্ত্রুবা থম্মোইবু লৌবিয়ু শ্যাম।
মতম খংবী গোপীগী লুচিংবী
রাধানা হঙ্গচ্চৈ শ্রীকৃষ্ণদা।
চৎচরগে ঐখোই পোৎ য়োন্নবা,
অথুম অহাও মধুপুর কৈথেন্দা।
ঙাইবিরম্মু কালিন্দী তোবর্বান্দা
হি-হোন্দুনা য়ুমদা পুবিনবা।
মতৌ যেংগে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা,
ঐদি হল্লগে নখোই চৎলোকো।
শ্রীকৃষ্ণগী বা তাবদা বাধানা,
গোপীশিংনা খোং থাংদোকপা ঙমদে।
হায়জৈ রাধানা হে শ্যাম চান্নবা,
কনা লৈ নং নত্ত' লানবিনবা।

## কৃষ্ণগী বাক্য

শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই মোমোন তৌনা,
ঙাইরমগে ঐনা নখোই ময়াম্বু,
কৈথেন্দগী হল্লক্ত্রিবা ফাওবা।
চৎলো চৎলো কৈথেন্দা পোৎ য়োনবা।
(পোৎশিৎ য়াম্না ফরকউ হে রাধে)

## গোপীশিংনা কৈথেন্দা চৎপা

হরাও হরাও চৎলি গোপী পুম্বা,
শামু-শাজৎনি লেমজ খোংথাংনি।
কাংঙগুম্ নোইনা নোইনা লেংঙকলে,
পরেং শানা নিংথিবী গোপীশিংনা।
য়ৌরকলে কৈথেন্দা থীনবা তৌদনা
হনুবীনা মাংদা লুচিংদুনা -।

ক্ষীব ছানা লনি মাখন অতৈসু,
লোইনা শিৎলে অহাইবা মমলদা।

হরাওরে গোপীশিং য়াম্না তোংলে,
লৈনরে পোৎ মানা মানা পাম্বা।
মখল মখা নুপী ফুরিৎ কয়া,
শাড়ী কয়া তবাবী ইন্নফি।

ৰাদি ঙাংদে, তুমিন তুমিন লৈনৈ;
মবুংঙো শ্যামগী হানবা (চানবা) য়োমনৈ।
ইঙ্গিৎ খংবী হনুবীনা লাওরকই,
ওক্লে ওক্লে চৎলসি থেংখ্রনি।

লৈবমদ্রবদি শ্যাম্না কমদৌনি,
পাখৎনরে হনুবীগী বাদা।
মপোৎ থোনগৎনরে লাক্লে থিন্দনা,
কৃষ্ণগী নাম্ শোল্ল-শোল্লদুনা।

থৌজাল হৈব ইবুংঙো মহাকনি,
য়েংহল্লি মানা ঐখোইবু কৈথেল।
ফংজরে দরশন তাংল, শ্রীরূপ;
মপোক ফৈ ব্রজ গোপী ঐখোইসে।

## ব্যাখা

জীবগী আত্মা - পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণবু উজবা ফংবদা কয়াদা নুংঙাইজৈ ব্রজ গোপীশিংনা মপোক ফবা ওইরে। মখোইগী থম্মোই লকাদা মতম্ চুপ্পা কৃষ্ণ অনুরাগ, রাগদা তাওদুনা লৈখরে। চাবা থকপা মতম পুন্নমক্তা তুমিন তুমিন কৃষ্ণ শোন্দুনা লৈনখরে। সচ্চিদানন্দ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা কনাবু পাম্মুনি। কৃষ্ণ প্রেম পীনবিবতনি।

## শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু হিদা পুদুনা ব্রজ মাইকৈরোমদা হোল্লকপা।

গোপীশিংনা লাকপা লাপ্না উদুনা শ্যাম
হোন্দোকলে হিজাওদো যমুনা ইপাক্তা।
মখোইগী পুকচেন থাক য়েংগে খন্দুনা শ্যাম
মনাইগী প্রেম ভক্তি, পূক্লিংবু চাংয়েংলি।

কৌবকই বাধানা অমুক্তা ঙাইবিখো,
হো হিহোনবা শ্যাম ঐখোইবু লাম্থোকপিযু।
হে চান্নবা কৃষ্ণ কবিগী চৎলিবা,
গোপী ঐখোইবু হুন্দোক্কুনা লমহাংদা।

নং নত্ত' লৈতে জগক্তা লানবিনবা,
গোপীগী উপাইদি নংতনি হে কৃষ্ণ।
বাধাগী অচেৎপা বাহে তাবদা শ্যাম্,
হোল্লকলে হিদো তপ্না তপ্না তৌর্ব্বান্দা।

হাযবকই কৃষ্ণনা মাযা তৌবদুনা
নুমিৎসু থেংলেদো নুমিদাংবাই ওইবে।
হিবানমন হান্না পিখো লানবিবগে,
শকুক অনি হেন্না লৌগনি হন্দক্তি।

কনা লৈতে খন্দুনা চাওথোকপবা শ্যাম
হাইগৎলে হিবানমন থেংলে হাযজিন্দুনা।
নংগীদমক লৈবকই হাওব হাওববা পোৎ,
পীজগনি শোযদনা খব খব নংবু।

গোপীশিংগী বাঙাং তাবদা কৃষ্ণনা,
নোক্কুনা হায ঐখোয অঙাংনি খনববা ?
(ঙমোক) কবোক পীজবগা থেমগনি অসিবা
নোকক্রেম হাযগ্রেল্লগা হেক্তা যাবা নত্তে।

শ্যামগী বা তাবগা বাখল চাওবী বাধানা,
ফমহল্লে কৃষ্ণবু খুদাং পাযবদুনা।
মানা মানা লৈবকপা অচাথক মখৈ,
ইঞ্জবে শ্যামগী মযা কাখৎহন্দুনা।

কনাবুসু মিচং মিখাই নাইবিদে শ্যাম্
হাওখ্রে হাযনা হাবে অচা অথক মযাম।
কৃষ্ণনা বাধাবু চিংখত্তুনা ফমহল্লে,
গোপীশিংবুসু ফমহল্লে হিনুংদা।

কুম্মৈ যেংলি হনুবীনা নোকফেৎ নোকফেৎ
মানা শিনবা পোকপৈ মহৈ যাল্লে।
হা কৃষ্ণ ননাই হনুবীবু চার্নবিয়ু,
পুবিয়ু যেংজগে নুংগী লিলা খুদিং।

হোল্লকলে হি শ্যাম্না যমুনা ইপাক্তা,
নৌবেন জগোই শানা থাবু ঙমজ মিনোক।
শুমহৎলে গোপীশিং উজবদা শ্যাম রূপ,
যেকখবে নুংশি মুর্ত্তি থম্মোই লাইযুমদা।

কুমথবে গোপীশিং হিদগী মবি মবি
মপোৎ মচৈ লোইনা কোক্তা থোনগত্নুনা।
লেংঙক্লে রাধা সখীশিং লোইননা,
ব্রজগী গোপীশিংনা চৎখিবা মাইকৈদা।

শ্যাম্বু যেংনা যেংনা চৎখবে গোপীশিং
উবিমখৈ শ্যাম্বু হন্না যেংদুনা।
কল্লিদা শ্যাম্ গোপীদা থম্বা নংগী প্রেম
ভক্তিতবু (থম্মোইতবু) পাম্বা জগৎকী মপু।

## ব্যাখা

মতাং অসিদা লোইজবে খবমখৈ শ্রীকৃষ্ণ জন্মদগী বাল্য লীলা, যনশেন লীলা, গোপীশিংবু যমুনা ঈপাক লানবিবা।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মনাই সখীশিংগী অচেৎপা পুক্নিংবু খঙবিদুনা শবৎঋতুগী মাল্লিকানচিংবা লৈ পুম্নমক্না লৈকা ফন্না শাৎল্লকপা মতমদা বাস শান্নগে খনখি। অসুন্না দশমস্কন্ধগী ২৯ শুবা অধ্যাযদগী ৩৩ শুবা অধ্যায ফাওবা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা বাস পঞ্চাধ্যাযবু মপাং চেফোংদা ইজবক্কে।




— লোইববা —

